[illegible]

# থিয়েটর অমদি সাহিত্যগী ব্রারেং খরা

কোইজম শান্তিবালা

ꯊꯤꯌꯦꯇꯔ ꯑꯃꯗꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌꯒꯤ ꯋꯥꯔꯦꯡ ꯈꯔꯥ

# থিয়েটর অমদি সাহিত্যগী

# ৱারেং খরা

কোইজম শান্তিবালা

**THEATRE AMADI SAHITYAGEE WARENG KHARA** A collection of critical essays by Koijam Shantibala Khurai Lamlong Bazar, Imphal-795001

| | |
|---|---|
| *অথোঙবা* | দ নিউ লাইট পব্লিশর্স |
| *কপি মশীং* | ১০০০ |
| *অহানবা খুৎনম* | ২০০৬ ইং |
| *মমল* | লুপা ৯০.০০ |
| *কোপি রাইট* | হক পুম্না অইবীগীনি। |
| *নম্ফম* | ঐজ্ঞা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টর<br>নাওরেমথোং বজার, ইম্ফাল। |
| *লাইরিক ফংফম* | ১। অইবগী য়ুম,<br>খুরাই লমলোং বাজার।<br>২। রাজেশ বুক স্টোর, ইম্ফাল।<br>৩। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল। |

---

*অইবীগী ফোঙখ্রবা লাইরিক :*

অমুবা মীৎখূমফি (শৈরেং), ২০০৪

তল তরেৎ (অঙাংগী লাইরিক) ২০০৬

# ৱাহৈ খরদং

নৈন-মীৎয়েং থমদুনা সাহিত্যগী লাইবিক পাবা হায়বসি অৱাবা অমনি। মীৎয়েং অসোমদা যাম্না নক্লা চঙশিন্দুনা লাইবিক অসি পুথোকপা নৎচদে। অমবোম্দা মণিপুরী সাহিত্যদা ক্রিয়েটিবকী লাইবিক্তি য়াম্না মরাং-কায়না পুথোক্রবে। লাইবিকশিং অদুবু পাবগা অপাবগী ৱাবোল পীবা হাযবসি চৎনদবা নীযম অমগুম্না লৈনবি।

হীবম অসোমদা মতাং খবদা সাহিত্যগী সংস্থানশিংনা নুংশিবিদুনা থৌদাং পীবিবকপদগী আর্টিকল খবা ইজখি। ফোঙম্রবা আর্টিকলশিং, সেমিনাব পেপবশিং অমদি ফোঙদ্রিবা ৱাবেংশিং পূনশিল্লগা লাইবিক ওইনা শাগৎচবনি। য়াম্না খঙ-হৈবে হাযদুনা পুথোকচবা নত্তে, ইচম চম্না ইশাগী ওইবা ৱাবোল খবা পীজবনি। মবম অসিদগী নৈনবগী পাদম কয়া থাদুনা কুপশিন্না চঙশিঞ্জকবা তৌজদে। মতম কয়াদগী চোইনা চোইনা তাদুনা লৈববা নৈন-ৱাবেংশিং অসিবু ফোঙদোক্রবগীদমক থৌনা হাপ্পীখিবা মব্দপশিংবু থাগৎচবি। লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপা যাহনবিবগীদমক মবী লৈনবা সাহিত্যগী সংস্থানশিংগী থৌপুবশিংবুসু থাগৎচবি। অবোযবদা অথুবা মতমদা লাইবিক ওইনবা হোৎনবীবিবা ঐজ্ঞা কম্প্যুটব প্রিন্টিং সেন্টবগী ইচিন-ইনাও পূন্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচবি।

মে ১০, ২০০৬ ইং

শান্তিবালা

# য়াওফম তাকপা

| | | |
|---|---|---|
| ১। | মণিপুরী থিয়েটরগী লমদা নুপীশিং | ১ |
| ২। | মণিপুরী সাহিত্যদা দ্রামা ইরী নুপীশিং (১৯৫০-২০০৪) | ১৯ |
| ৩। | জি সি তোংব্রাগী দ্রামাদা নুপীগী শক্তম | ৩৩ |
| ৪। | অরাম্বম সমরেন্দ্রগী 'কাববাব' | ৪৫ |
| ৫। | 'যেন্নীং থাগী ঈশৈ'দা যেক্লিবা সমাজ | ৫৪ |
| ৬। | বাজেন সবাংথেমগী রেডিও দ্রামাশিং | ৫৯ |
| ৭। | ডাক্তর কমলগী শৈরেংদা পুন্সিগী মশক | ৬৭ |
| ৮। | চাউবগী শৈরেংদা মরৈবাক নুংশিজবগী ব্রাখল | ৭৪ |
| ৯। | লবঙ্গলতা উপন্যাসতা তাবিবা সমাজগী মমি | ৮৫ |
| ১০। | পুন্সিবু মশক তাক্লিবা কাব্য | ৯৫ |
| ১১। | শ্রীবীরেনগী সনাগী কৈবাক | ১০২ |
| ১২। | কোইজম ধীরেনগী লাইবিকশিং | ১০৭ |
| ১৩। | নুংশিববু শৈথাবা | ১১৭ |
| ১৪। | সুধীর নাউবোইবমগী পুন্সি অমদি ব্রাবীমচাশিং | ১২২ |
| | ইন্দেক্স | ১৩১ |

# মণিপুরী থিয়েটরগী লমদা নুপীশিং

মণিপুর, কলা-সংস্কৃতিনা মকা ফন্না শাংলিবা মফম অমনি। যেলহৌঙেদগী হৌনা, নিংথৌ কযা কযাগী মতমদা অনৌ অনৌবা কলাগী মওং নৌনা লৈশাৎ তম্লকপসু কয়ানি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোক্লম্বা দৃশ্য কাব্যগী মশক ওইবা জগোয ঈশৈনা মপূং ওইবা, অভিনযগী মতেংনা ভাব রস পোকহনবা রাসলীলাগী মখল কযা অমা— মহারাস, বসন্তরাস, নিত্যরাস গোষ্ঠলীলা অমদি মহাভারত, রামাযণ, শ্রীমদ্ভাগবতকী৩ংবদগী লৌথোক্লুনা মাগুবতা, শুমাংদা, অহাংবা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা ভাবোর্কশিংনা কোযশিন্দুনা শান্নবা লীলা মখল কয়া অমা চন্দ্রকৃর্ত্তি মহারাজগী মতমদা খুমাং চাওশিল্লম্মী অসিদসু নত্তনা ফাগি জুগাইনা মপূং ওইবা প্লোট অমদি এক্সন যাওদবা ফাগি লীলা কযা, লোযননা মণিপুরী জাতিগা মৈহৌরোন্দগী শাগোনবক্লবা লাই-হরাওবগী থৌরম-পূম্নমক অসিনা মণিপুর, অঙনবা মতমদগী কলাগী লমদা মরোমদোম মপূং ফানা লেপচদুনা লাক্লি।

অদুর ড্রামা হাযনা খঙনবিবা নোংচুপলোমগী ইংলিন্দগী পুথোরকপা প্রোসেনিযম থিয়েটর অসিদি মণিপুরদা পঙকুই কুইড্রিবা মতমদগীনি হায়রসি অযাম্বনা যানববা রাফমনি। মণিপুরনা বৃটিশকী মখা পোন্না (খৃ ১৮৯১) লৈববা মতুংদা বাঙ্গালীশিংনা পুশিল্লকপনি। খৃ ১৯০৩ দা রমাচরণ মুখোপাধ্যায় বান্ধব নাট্যশালা হাযবা থিয়েটর হোল অমা লিংখত্তুনা বাঙ্গালী অমসুং মৈতৈ মচা পূনদুনা 'মেরার পতন' হায়বা ড্রমা অসি শান্নখিবা অসিনা অহানবা ফম্পাক লীলানি হাযনা লৌনৈ। মসিগী মমাঙদা কনাগুম্বনা রাজা চূড়াচাঁদগী মাগুবতা খৃ· ১৯০২ দা ফম্পাক শাবগা মৈতৈ মচা ঙাক্তনা 'প্রভাস মিলন' শান্নখিবা অসিনা অহানবা ড্রামানি হায়না থম্লবসু য়াওই। চেনবা যাদ্রবা রাফম অমদি খৃ ১৯০২-০৩ দগী নোংচুপলোমগী ইংলিস ড্রামাগী মওং অসি মণিপুরদা মতম অসিদগী যৌরকই হায়বা অসিনি। থমজগদৌরিবা বাফমদি অসিগুম্বা ফম্পাক লীলা অসিদা মণিপুরী নুপীশিংনা কযাম খুমাং চাওশিন্না শরুক য়াববগে হাযবর্সিনি।

**লীলাগী শক্তম :**

মীওইবগী সমাজ, সভ্যতা মহৌশাগী খূদোল অমনি। মসিবু মতম চূপ্পদা লেঙদনা লৈহৌনবগী খূদোল অমা ওইনা মহৌশানা মীওইববু নুপা অমসুং নুপী হায়না তোঙানবা শক্লোন অনী থোক্লা খাযদোক্লুনা থম্বীবম্মী। শক্লোন অনী অসি অমনা অমদগী অথোয-অহেন লৈনদে। মহৌশাগী তম্পাক অসি মখোযগী তোঙানবা মথৌ তৌনদুনা ঈশ্বরগী খৎশেমবু মপূং যাহল্লি। ড্রামা হাযবা কলা অসিসু মীওইবগী পুন্সি শক্লোনবু মতৌ তম্বনি। পুন্সিসিমক মতৌ তম্নবা হোৎনবকপনিনা লীলাদসু নুপী অমদি নুপা হাযনা খায়দোক্লুনা উৎপা তাবনি। অঙনবা মতমগী মণিপুরী ফম্পাক লীলাদা নুপানা নুপী শাদুনা শক্তম লাংনবন্নবসু ইকুই কুইদনা নুপীনা নুপীগী শক্তম লাংবা হৌবকখি। খৃ ১৯০২-০৩ দগী চৎথবকপা ড্রামাগী খোঙচৎ অসিনা খৃ ১৯১০ দা জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্রশিং অমদি ইড্রুকেসন ডিপার্টমেন্টনা লীলা কযা শান্নবা হৌবকই। মকওইনা খাইবাকপম নবকিশোর, চোংথাম খম্বা, ক্ষেত্রিমযুম মুনাল হাযবিবা মীওইশিং অসিনা লুচিংদুনা ড্রামাশিং শান্নি পুরাগনকই। লীলাশিং অসিগী মতাংদা—

> খুম্লক্লা শানবমবদগী মমৈথংদা মহারাজনা শ্রীগোবিন্দজীগী
> মাণ্ডবতা থৈজ শেমদুনা শান্নহনল্লে। মতাং অসি ব্রাইদগাদি
> ড্রামাদা নুপী কুম্বা লৌবে[১]

হাযনা ফংঙি। কোনুংদা শান্নবা হৌখিবা লীলা অসি প্রহ্লাদ চরিত নি হাযনা পীবম্মি। লীলা অসিদগী হৌনা নুপী যাওনা হৌবম্ব ওইনা পীখি। মতৌ অসিদা লম্বানবা ওইনা যাওখিবী নুপী কলাকারশিংদি— কাংঙবম মাইপাকপী, শাইখেম কন্যা অমদি আনন্দী দেবী হায়বিবা নুপীশিং অসিনি। মসিগা মরাঙদা নুপীগী শক্তম লাংলম্বা নুপাশিংদি নোংমাইথেম থাম্বাল, খুমন্থেম মধুমঙ্গল, লাইশ্রম কার্তিক, হিজম ইবাবত, অশাংবম মীনকেতন, ঙাংবম যুগোলচন্দ্র, খাইদেম নোংথাই, লমাবম যাদুমনি অসিনচিংবা মীওইশিংনি। মতম অদুদা শান্নখিবা লীলাশিংদি— **সভাপর্ব্ব, বিরাটপর্ব্ব, কংসবধ, প্রহ্লাদ চরিত** অমদি **সীতা বনবাস** অসিনচিংবা।

মথক্তা পঙ্খিবা বৈষ্ণব ধর্মগা মরী লৈনবা কৃষ্ণলীলাশিং উদুখাল, গোষ্ঠ, রাসলীলা মখলশিং পুন্নমক অসিদা নুপীমচাশিংনা শকক যাবা ঙাম্লম্নি। ঙাগোয ঈশে

---

১। অশোকপম শ্যামসুন্দর মণিপুরী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর, লা ৩০

লোযনবা কলাগী পোথোক অমা ওইবা মবল্লা অয়াম্বা নুপীমচাশিংনা জগোয় ঈশৈ হৈনবম্মী। মসিদগী শমথবকপা অমা ওইনা সভাপর্ব্ব,অশ্বমেধ যজ্ঞ, দ্রোনপর্ব্ব অসিদা নত্তনা পাসখেলা, মার্ব্বাক জগোয়, খুবাক ঈশৈ পুম্নমকশিং অসিদগী নুপী কলাকারশিং থোবক্লবগী মবম ওইখি। মশানা কলাকার অমা ওইনা চোংথোক্লুনা থোবক্লবা মীওইশিং অসিদগী দ্রামাগী নুপীগী চরিত্র কুম্লবা নেকপা তারনি। অদুনা অঙনবা মতমগী মণিপুরী দ্রামা য়াওরীশিংদি জগোয ঈশৈ হৈবী ঙাক্তনি হাযবা যাই।

## দ্রামাগী খোঙজেন্দা নুপীশিং :

বাংলা লোন্দ: অর্মদ বাংলা লোন্দগী অনুবাদ তৌদুনা শান্নবা দ্রামাশিংনা মণিপুরী দ্রামানি হাযনা লৌনবম্বদগী খৃ ১৯২৫ দা লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহলগী নবসিংহ বু সনা কোনুংদা চুড়াচান্দ মহারাজনা থৌবাং তৌদুনা পুথোবকপদগী মণিপুরী দ্রামাগী মাথকৈদা অহোংবা অমা লাকখি। নৈকাই নৈকাইদা থিয়েটর পানজবা মীওই কয়া পুনশিন্নদুনা দ্রামা কয়া শান্নবা হৌরকখি। সংস্থান কয়া অমস শেম্নবর্কাখ। খৃ ১৯২৮ দা শোরোখাইবম ললিতকী ঐতিহাসিক প্লে সতী খোংনাংবু যাইস্কুল নুপীমচা দ্রাম পার্টিনা শান্নদুনা দ্রামাদা সমাজগা নর্কশিনবা মওং অমা ঈনোং হাপ্লকখি। অমুক্না মথম কয়াদা সংস্থান কয়া অমা লীংখৎনদুনা দ্রামা হৌবা হৌরকই— ইম্ফাল থয়েটর (১৯২৭), মণিপুর দ্রামাটিক ইউনিয়ন (১৯৩১), চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির (১৯৩৫), এরিয়ান থিয়েটর (১৯৩৫) সোসাইটি থয়েটর (১৯৩৭) অসিনাচংবা।

ইম্ফাল এরবাদা নত্তনা খৃ ১৯২৩ দা, নম্বোলদা হৌজিকী 'সঙ্গীত নাটক মন্দির' না নম্বোল দ্রামা সমিতি কৌদুনা লীলা কয়া পুথোবকই। অহানবা ওইনা **প্রহ্লাদ চরিত** পুথোক্লুনা নুপী কনা দ্রামাদা পুথোবকই। মখোযশিং অদুদি — সাইখোম লক্ষ্মী, খুন্দ্রাকপম প্রভাবতি, লাইতোঞ্জম মীৎলু, সোইবম অঙাংপেম্মা, থাইদোম খম্বালক্টো, লৌরেম্বম লৈরাকলৈমা, কোঞ্জেংবম পীশক, পালুজম মোইথাপ, ঙাঙোম পশোং, যুম্নাম ওংবী নুংশিমতুম অসিনাচংবনি। ইম্ফালগী মফম কয়াদসু কোসমোপোলিটান দ্রামাটিক ইউনিযন নব নাট্য মন্দির, শিংজমৈ দ্রামাটিক ইউনিয়ন অসিনাচংবা কয়া লিংখৎনদুনা নুপীশিংব হেন্না দ্রামাদা মফম পীরকখি। মতম অদুগী নুপী কলাকারশিংদি হোল খুদিংমক্তা ইযাওদা যাওবা ঙাক্তনি। মখোযশিং অদুগী মীং খরদং থমজরি — নিংথেমচা ওংবী নুংশিতোম্বী, বসমী,

চিবোম গৌবমণি, মোইবাং ইবেমহল, কবাম ওংবী ওম্বীসনা, ফুবাইলাৎপম বাধে, চিংঙাখম ইবেয়াইমা, ফুবাইলাৎপম ওংবী ইবেতোম্বী, ঙাংবম ওংবী যাইমবী, লৌবেন্নম তোম্বীনৌ, নযনীশিজ, অমুমচা, ইবেমপিশক, খিযাম ইবেনী, অবিবম ইবেমহল, কাংঙবম তোম্বী, সামাদ্রাম নুপীমচা, অবিবম মানবী, লাইমযুম থম্বালঙৌবী, ৱাবেপ্পম বাসমনী, চনম্বম ওংবী বীমলা, মনমোহিনী, সামাদ্রাম তোন্দোন, গুরুমযুম বিনোদকুমারী অমদি ক্ষেত্রিমযুম বন্ধনী অসিনচিংবা। মখোযগী মবক্তা কলাকাব খবদি হৌজিক ফাওবা দ্রামাদা অকনবা শকক যাদুনা লৈবি। খবা অমনা মনা-মথুম কযা অমা ফংদুনা মীযাম্না শকখঙনবী ওইনা লৈবি। কলাকাবশিং অসিগী মনুংদা খবদং লৌখৎচদুনা মবী মখোঙ থমজবি।

**সাইবেম কৈন্যা (১৮৯৯-১৯৬৬)**

ৱাংখৈ নিংথেম পুখ্রী মপান্দা পোকখিবী সাইবেম কৈন্যা দেবী , মণিপুবগী ষ্টেজ দ্রামাগী লমযানবী কলাকাব ওইখি। এম ডি ইউ , চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দিব, আব ডি এস , পেবেদাইজ অমদি রূপমহলনচিংবা হোলশিংদা মতম শাংনা মায পাক্লা লীলা তৌখি। **সতী খোংনাং, দেবলা দেবী, ইবেম্মা, পোক্তবী**নচিংবা লীলা কযাদা মরুওইবা শক্তম লাংখি। অসিদসু নত্তনা যাম্না ঙন্না নুপীনা থিযেটব ম্যুজিক্তা থৌদাং লৌখি। মশামক ঈশৈ শকপদা নওনা সতী খোংনাংগী ঈশৈগী সুব পানখি। চুড়াচান্দ মহাবাজনা মনা ওইনা লৌ পাব অনী পীখি।

**চিবোম গৌবমণি (১৯১৪-১৯৮২)**

থোইদোক হেন্দোক্লা তোমথিন ওইনা ঙাল্লিবী কলাকাবনি। লীলা ১০০গী মথক্তা তোঙান তোঙানবা কেবেক্তব কযাদা শক্তম লাংখি। এবিযান, এম ডি ইউ , চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দিব অমদি মতম মতমগী ওইনা খুল্লক্কী হোলশিংদসু লীলা যাওখি। মনা মথুম কযানা লৈতেংলবী কলাকাব অসি খৃ ১৯৭৪ দা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা নাট্য বিশাবদ উপাধি পীখি।

**ফুবাইলাৎপম ৱাধে (১৯১৩-১৯৮৫)**

অঙাং ওইবিঙৈদগী জগোয ঈশৈ পামজনা হৌবকখিবী কলাকাব অসি লান মমাঙ অমসুং মতুং ফাওবদা লেপ্তুনা দ্রামা যাওখি। লান মমাঙদগী লৈকাই লৈকাইগী সংস্থান কযাদা যাওবকপনা লান মতুংদগী রূপমহলদা লেপ্তুনা লীলা য়াওখি। লীলা ১০০ গী মথক্তা কৃষ্ণবী বাধে মনা-মথুম কযা ফংখি।

**ঙাংবম ওংবী থাইমবী (১৯২৩- )**

কৈশাম অমুবগী লমজিং মথাদা মণিপুর ফোঙবা কৌবা কুম্মৈ অদুদা মপুং ওইনা যাওবকপনি মতুংদা এম ডি ইউ গী মপুং ওইবা নুপী কলাকাব ওইনা লৈখি। সাবিত্রী সত্যবান দা সাবিত্রী, দেবলা দেবী দা দেবলা শাখি। দেবলাদা মেডল ফংখি।

**নিংথেমচা ওংবী নয়নী (১৯২০ - )**

জগোয ঈশৈনা মপুং ওইবা মাগুব লীলাদগী হৌবকখিবী কলাকাব অসি ঙল্লিরৈঙেগী এবিযানগী লীলা কযাদা শরুক য়াবকখিবীনি। মতুংদা এম ডি ইউ রূপমহল, পেবেদাইজর্নাচিংবদসু যাওখি। জগোয ঈশৈগী লমদা ষ্টেট কলা একাদমী, মণিপুরী সাহিত্য পাবিষদনা মনা মপুম পীখি।

**হাওবম ঙাংবী (১৯২৪ - )**

অঙনবা মতমগী লীলাশিংদা জগোয ঈশৈগী ওইনা শরুক যাখি। এম ডি ইউ, রূপমহলনচিংবদা লীলা যাখি। জগোয ঈশৈগী ওইনা ষ্টেট কলা একাদমী এরার্দ খমাদি পাবৰকী নৃত্য ভূষন উপাধি ফংখি।

**লৌবেম্বম ওংবী ইবেমপিশক (১৯২০ - )**

চহী ৭ শুবদা সনা-জন্মস্থানদা শান্নবা লবকুশ লীলাদা মচে অনুমচাগা লোযননা মহাক্না কুশ শাদুনা লীলা যাওবা হৌবকখি। কৈশাম অমুবগী মণিপুর ফোঙবা কৌবা জগোয ঈশৈনা মপুং ওইবা কুম্মৈ অদুদা যাওখি। মতংদা ইম্ফাল থিযেটব, এবিযানচিংবদা লীলা যাওবকখি। অহল ওইবক্লবা মতম অসিদা ফিল্মগী মাযকৈদা নৌনা অমুক কলাবু সেবা তৌবি।

**অরিবম মানবী (১৯২৫ - ১৯৯৬)**

পাদাখনা, নুপীপালা, মার্বাক জগোযনচিংবদগী মমিং লৈবকখিবা মানবী তুংদা এম ডি ইউ গী মপুং ওইবা নুপী কলাকাব অমা ওইনা লৈবমখি। লান মমাঙ অমসুং মতুং ফাওবদা লীলা চান্মগী মথক্তা কৃষ্ণমখী। শীংথানিংঙই ওইবা লীলা খবদি উত্তরা দা উত্তরা, বিল্বমঙ্গল দা চিন্তামণি, মমৌ ইবেম্মা দা মনেম্বোক পসিনচিংবনি। মণিপুরী সাহিত্য পাবিষদনা খৃ ১৯৯২ দা নাট্য ভূষন উপাধি পীদুনা মহাক্না থিযেটবদা তৌবা দানবু শকখঙদুনা ইকাযখুম্নবা উৎখি।

**লাইময়ুম থম্বালঙৌবী (১৯৩০ - )**

জগোয ঈশৈ পামজনা হৌবকখিবী কলাকাব অসি লান মমাঙ অমসুং তুং ফাওবদা লীলা চান্মগী মথক্তা কৃমখি। চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দিবদা অঙাংহলগী ইবেম্মাদা ইবেম্মা শাদুনা অহানবা দ্রামাদা খোঙদাবকখি। কলাকাব অসি তুংদা

এম ডি ইউ দা মপুং ওইনা লীলা যাওখি। মতম মতমগী ওইনা এবিয়ান, রূপমহল, সোসাইটি, পেবেদাইজনচিংবা সংস্থান কযাদসু যাওখি। ষ্টেট কলা একাদমীনা জগোয ঈশৈদা 'ফেলো' অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা নৃত্য ভূষন পীদুনা ইকাই খুম্নখ্রবীনি। ড্রামাগী লমদা মনা মথুম কযাসু ফংখি।

**ব্রাবেগ্নম বাসমনী (১৯২৮-১৯৯২)**

চহী মাপল শুবদগী য়াম্না নৌনা ড্রামাদা খোঙদাবা হৌবকই। বোক্সী, পেবেদাইজ, এম ডি ইউ গী নুপী কলাকার ওইনা লীলা কৃমলকই। তুংদা সোসাইটি থিয়েটরগী কলাকার ওইনা লৈখি। মতম মতমগী ওইনা খুম্নক্কী হোল শযাদসু যাওখি। মেট্রিক পাস, মণি-মমৌনচিংদা লীলাশিংদা মকওইনা নুপীগী শক্তম কৃমখি। মনা মথুম মেডলনাচিংবা কযা ফংখি।

**চনম্বম ওংবী বীমলা (১৯৩০ - )**

চহী ৭তগী এলিম্যানগী ভক্তনাজ দা চন্দ্রকেতুগী শক্তম শাদুনা অহানবা ওইনা ড্রামা যাওবকাখি। ইম্ফাল থিয়েটর, রূপমহল, সোসাইটি, বোক্সী, পেবেদাইজনচিংবা সংস্থানশিংদা যাওখি শক্তম লাংবনা নাত্না ড্রামদা ঈশৈ কয়া শক্কুনা থিয়েটর ম্যুজিক্তা অচৌবা দান হৌবখী। মনা মথুম মেডলনচিংবা কযা ফংখিবী কলাকারনি।

**সামাদ্রাম ভোন্দোন দেবী (১৯৩১ )**

অচাং ওইনা নব নাট্য মন্দিরদা বসন্ত-বীমেন্না দা ... গী শাদুনা ড্রামা শাওবা হৌবকখি। তুংদা পেবেদাইজ, এম ডি ইউ, এবিয়ান রূপমহলচিংবদা শাওখি। এম ডি ইউ গী হাওবং লৈপং শাফবী দা শাফবী শাদুনা খৃ ১৯৫৪ দা দিল্লীদা মণিপুরী ড্রামাবু শক ত্থাকপদা শবক যাদুনা মনা লৌবকখি। এবিয়ানগী থোইবী শাদুনা (খম্বা- থোইবী) ময়াম্না চন্না শক খঙনা চৎখি। ডাগোর ঈশৈকুসু পামজনা হৌবকখিবনা তুংদা জে এন ডান্স একাদমীদা আর্টিষ্ট অমদি এসিষ্টেন্ট কোরিওগ্রাফর ওইনা লৈখি। খৃ ১৯৮৭ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ফেলো পীখি। খৃ ১৯৯২ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা নাট্য ভূষন উপাধি পীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি।

**গুরুমযুম বিনোদকুমারী (১৯২৭ - )**

যাম্না ওন্না এম ডি ইউ গী অবেপ্প মরূপ তা চাইল্ড আর্টিষ্ট ওইনা যাওদুনা লীলা কৃমলকই। লীলা চাম্মগী মথক্তা কৃমখ্রবী কলাকার অসি রূপমহলগী লেংদ্রবা আর্টিষ্ট ওইনা লৈখি। শক্তম লাংবগা লোযননা শৈশকপী অমা ওইনসু থিয়েটর ম্যুজিক্তা শকক যাখি। কলাকার অসি মতম মতমগী ওইনা মনা মথুম কযা ফংলবীনি।

## অনৌবা দ্রামাগী খোঙজেল :

থমজথিবা কলাকার্বাশিং অসি লান মমাঙদগী মতুং ফাওবা অকনবা ঈথিল অমগা লোযননা দ্রামা যাওদুনা মীয়ামগী সেবা তৌবস্নি। লীলাগী খৃপুথোক (প্রদর্শন) অমদি ষ্টাইলদা লান মমাও অমদি মতুংদা ৰব খেন্নবা লাক্তবদি নত্তে। অদুবু মপৃং ওইনা লান মমাঙদগী চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দিৰ, এম ডি ইউ নচিংবা সংস্থার্নাশিংনা পুথোবকপা নেচবেল এক্টিংনা হৌজিক ফাওবদা মফম চাউনা কন্দুনা লাক্লি। সোবোখাইবম ললিতনা অবেপ্পা মক্ষপ, সতী খোংনাং-নচিংবা দ্রামাদ, পুথোকপাবন্থা মওং অসি মতম কুইনা চৎথদুনা লাক্লি। অতোপ্পা অমনা ১৯৩৭ তগী সোসাইটি থিযেটবনা ইউরোপিযান থিযেটবগী মনি তাখা লীলা কযা তোথ্রগী মংমদগী পুথোবকই। লীলাদা থম্মোয় শোকপা ব্রাইহ ব্রাতা যাওহন্দনা কবেন্দ্র যগি তৌবা অমাদ নৌপিশংগী মতেংনা দাইপাগর্কা অযৌবী থাক্রা লীলা তৌবা তৌবকই। অসিগুম্বা বিহলিষ্টিক প্লেগ মংসং অদি খৃ ১৯৭০ অদুরাইফাওবা যান্নি মখং শেংনা চৈবি।

মসিগী তুংদা মণিপুরি থিযেটবনা অনৌবা মাথেন অম ওনবা তৌবকই। প্রোফেসনেল থিযেটব আর্টকী ঈশৌ অসিদা চাংযেং তৌব হৌবকই। মদুনা কলেজ বর্গী মণিপুরী থিযেটবগী খোংচত্তা এক্সপেরিমেন্টেল থিযেটবগী মশক অমা লাকখি। কোলেজ অমদি ইউনিভর্সিটিগী ওজা অমদি ছাত্রশিং, দ্রামা ইন্সটিটুসন্নাশিংদা তম্লকপা মহৈবোই থোক্লকপা, লোয়ননা হান্নগী লীলা তৌবকপা, থাইগী-লমনাশিংগী মবপা অতোংবা যাওনবকপা প্রমনকাশিং অসিনা অনৌবা চাংযেং লীলা মসদা মাযপুংবা পোক্শিন্দুনা হোৎনববই। মণিপুবদতা লীলা তৌদুনা লৈবন্নদগী অতোপ্পা ভাবতকী মফম কয়াদা লীলাগী অথোইবা অহেন তান্নবা যাওকপা অমাং পৃথিবীগী ওইনা অনৌবা চাংযেং লীলা কয়াদা মণিপুবসু শকক যাকনা পুন্নমক অসিনা লীলা তৌবা নুপীশিংদা হেন্না লীলাগী মহাউ লৈহল্লকই। খৃ ১৯৫৪ দগী তোম্বদান দেবীনা বেষ্ট এক্ট্রেস কী মফম কল্লুবদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা মণিপুরী নুপীশিংনা ভাবতকী মফম কয়াদা মনা মথুম লৌবকপা লেপত্রি। ওল মণিপুব ইন্টব ওফিস সিভিল সার্ভিসেস দ্রামা কমপিটিসন, পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্ট ওফ মণিপুব, কলচবেল ফোবম, থিযেটব সেন্টব মণিপুব, নোর্ট ইষ্টন থিযেটব ওর্গানাইজেসন, লাংমেদোং দ্রামাটিক ইউনিযন অমদি মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমী অসিনচিংবা কাওলুপাশিংনা মণিপুবদা অথোইবা অহেন তানবগী থৌবম পাঙথোক্লি। ভাবতকী

মফম কযাদা— এল্লাহাবাদ নাট্য সঙ্ঘ, বিহারগী নাট্য মহোৎসব, উরিষাগী উটকল যুব সংসক্রুটিক সঙ্ঘ অমদি হিন্দী লোনদা পাঙথোকপা অসাম নাট্য পরিষদ, সিমলাগী ওল ইন্দিয়া আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন অমদি নেসনেল স্কুল ওফ দ্রামা, দিল্লীনা শীনবা ফেষ্টিভেল কযা, পূম্নমক অসিদা নুপী কলাকারশিংনা চোংথোক্তুনা শরুক য়ারক্লি। মসিগা লোয়ননা লেঙদনা লৈববা দ্রামা হোল খবনা হান্নগী রিয়েলিষ্টিক প্লেরু ভাক্তুনা মতমসিগী মিহুল যাওবা লীলা তন্তনা পুথোক্লি।

অনৌবা কলাকার কযানা খ্ ১৯৬০-৭০ গী মতম অসিদা মমিং লৈনা ফম্পাক্তা থোক্লকই। খবদং পঞ্জববদা তম্ফামণি, বজনী, সূর্য্যমুখি, ইন্দু, য়েংখোম বোমা, কৈশাম বোমাবতি, হিজম বোমা, সাবিত্রি, বাশি, বজনী, চিত্রা, যাইমা, গুণীলৈমা, প্রমো, সোবিতা, মেম্মা অমদি নয়নমা অসিনচিংবনি। ইকান কান্নদনা থোবকই বেদবতী, মীনাকুমাবী, ভুবনেশ্ববী, বীনো, অমুসনা, যাম্মিনী, কল্যানীনচিংবা কয়ানি। '৭০গী মতুংদগী হেন্না লীলাবু কৃপশিন্না নৈনবা হৌবকই। নুপীমচা কয়ানা অনৌবা থিয়েটবগী নীয়মাশিং তমদুনা থোক্লবকই। লাইশ্রম বিমলা, থোঙাম থোইথোই, কৈশাম বাণী, চান্দনীনচিংবা কযাসু যৌনা লৈনা থোক্লক্তুনা শক তাক্লবা হোৎনবকই। অনৌবা চাংযেং লীলা কযা হৈস্নাম কহ্নইলাল, লখ্য ইবোতোম্বী, বতন থিযাম, অবাম্বম লোকেন্দ্রনচিংবা ডিবেক্তব কযানা পুথোক্লবকই। মখোযনা লীলাবু স্কুলশিংগী মওংদা পুশন্দুনা নৈনবগা পুথোক্লবা হোৎনবকই। অ৺নবা মতমদা ঈশৈ জগোয়না মপূং ওইবম্ম, মদুদা অপেনবা পোক্লম্বা অদুগী ওন্ন তৈনবদা চাংযেং লীলাশিং অসিনা হকচাংনা দ্রামাগী লোন ওইবকপা জগোয় অমদি ঈশৈবু তোঙান্না য়েংবগী মহুত্তা দ্রামাগী ব্রাহম্মেক ওইনা কলাকারশিংনা উৎথোক্লবা হোৎনবা তাবকই। অনৌবা লীলা যাওবীশিংনা নুং পান ফাওনা এক্ট তৌদুনা মশামক ব্রাহং হংনীংঙাই ওইহনবা তাবকই মওং অসিমক সাবিত্রিগী এক্টিংগী মওং শৈথাবদা পীবিবা —

> a fused physical action of acting dancing
> and singing which renders her body dilated
> so innocently and powerfully

অসিগুম্বা মওং অসি যৌনা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংনা উৎপা তাবকই। তাঙ্কক অসিদা নুপীমচা কয়ানা অনৌবা ষ্টাইল অসি মমি তম্না লীলা য়াওনবকই। খবদং পঞ্জববদা—

---

* School of performance Art, Kalakshetra Manipur (Report of the 1st Open Session) Imphl p 35

বোমোলা যেনশেম্বম, ফজতোন (বানিযান বিপর্টোবি থিযেটব), লাইবেনমযুম ভুমেশ্বরী (এবিযান), মাইবম ছত্রাবলি (কোসমো), মিনাকুমাবী শগোলশেম (পেবেডাইজ), বাজকুমাবী বেদবানি (এম ডি ইউ ), পুখ্রম্বম বনজিতা (ডিল বিপর্টোবি), লাইমযুম গাইত্রি (এম ডি ইউ ), সত্যবতি (কোসমো), সর্মিলা (থিযেটব মিবব) অসিনচিংবনি।

'৬০ গী মতমদা লাকপা নুপী কলাকাবশিং মবক্তগী অম-অনীদং লৌখ্রুনা হেন্না মযেক শেংনবগীমক মখোযগী মবমদা থমজবি।

**খুন্দ্রাকপম তম্ফামণি (১৯৪০ - ২০০৩)**

যাম্না অঙাং ওইনা লীলা শংওবকই। মযুম পানবদগী মতম খবা লীলা লেপলুববা তুংদা রূপমহলদা শংওবকই। জামসেদপুরদা শান্নবা ড্রামাদা বেষ্ট এক্ট্রেসকী মনা লৌবকই। ঈশৈগী থৌওংদসু চাউনা শক যাববকই। পব্লিসিটি দিপার্টমেন্টতা ড্রামায ঈশৈ ড্রামাগী থবক তৌদুনা কলাকাব অমা ওইনা লৈবম্মী। মণিপুরী ফিল্ম খবাদসু শংনা যাবম্মী।

**ক্ষেত্রিমযুম বশি (১৯৫০-)**

১৯৬৯ দগী এবযানদা লীলা যাওবকই। মচা অহুম লৈববা তুংদা শ্যাম শর্ম্মা মানঙাবগী লমজিং মখাদা যাওবকপনি। তীর্থ যাত্রা লীলাদা মনা ফংঙি। এম ডি ইউ , রূপমহল, সোসাইটিনচিংবদসু লীলা যাওখি। ড্রামা ইউনিটতা লৈদুনা জীবিকা ওইননি লোযননা কলাগী সেবাসু তৌবি। ড্রামাদা নত্তনা ফিল্মদসু কলাকাব ওইনা শরুক যাই।

**লাইমযুম মীনাকুমাবী (১৯৪৯ -)**

লাইশ্রম নেত্রজিৎনা পুশিন্দুনা রূপমহলদা লীলা যাওবা হৌখি। হৌজিক ফাওবা রূপমহলগী নুপী আর্টিষ্ট ওইনা লেঙদনা লৈবি। মতম নতমগী ওইনা ডিপার্টমেন্টকী ওইবা লীলাশিং কৃমদুনা মনা কযা ফংঙি। খৃ ১৯৭০ দা ভোপালদা মাংঙুববা মণি দা বেষ্ট সপোর্টিং এক্ট্রেস অমাদি খৃ ১৯৭৬ তা দিল্লীদা পাঙথোকপদসু বেষ্ট সপোর্টিং এক্ট্রেস অমুক হন্না ফংঙি। হৌজিক ফাওবদা ড্রামা যাখ্রেগী মথক্তা কৃমখ্রে। রূপমহলগী বব ইন্টরভিউ হৌজিক ফাওবা কাউনাদ্রবা কলাকা। অসিনা যাওখিবা লীলানি। ড্রামদা নত্তনা ফিল্মদসু যাওদুনা কলাগী সেবা তৌব।

## তাকপী-তম্বীবদা :

মণিপুরী নুপীশিংনা অনৌবা ড্রামাগী খোঙচত্তা ফম্পাক্তা থোক্তুনা ভাবতকী মপান্দা অমদি মনুংদা মনা কয়া ফংদুনা মীংচৎ কয়া পুবক্লি। মণিপুরী থিয়েটরবু শক তাকপদা নত্তনা থিয়েটরনা মণিপুরবু পৃথিবীগী মফম কযাদা শক তাকপা হেল্লক্লি। ইন্দু দেবী, চান্দনী, অমুসনা, বেদবানী. থানিললৈমা, বঙ্খোনি অসিনচিংবা কয়ানি। মিং খবদং পঞ্জকবনি অযাম্বা এক্টেসশিংনা মনা কযা মণিপুরগী ওইনা পুবকখ্রবনি। অদুবু নুপী কলাকারশিংনা ফম্পাক্তা থোক্তুনা চোং ফনবা অসিতনা পেল্লব্রা হায়বদি নৎত্রি। তাকপি তম্বীবগী লমদসু থৌনা ফনা চোংথোক্লবক্লি। সাবিত্রি, ক্ষেত্রিমযুম বন্ধনী, য়েংখোম বোমা, হৈস্নাম ইন্দু অমদি বঙ্খোনি নচিংবা কযানি। মতাং অমদা স্নাখ্যা ইবোতোম্বীনা হায়খিবা—

> When I started theatre the biggest challenge was
> that there was no good theatre teacher in Manipur
> We still have good performers in every field of art
> *but no teacher*

ব্রাফম অসিদগী নুপীশিংনা নাথৈদুনা চৎনবা হোৎনবকই।

**ক্ষেত্রিমযুম রন্ধনী (১৯৩২ - )**

অঙাং ওইবিভৈদগী জগোয ঈশৈ পাম্না হৌবকই। চহী ৯/১০ দা এবিযান্দা ভক্তবাজ শাদুনা অহানবা লীলা কুম্লকখি। রূপমহল, সোসাইটি বোক্সীনচিংবদা য়াওবকখি তুংদা এম ডি ইউ গী লেঙদ্রবা কলাকার ওইনা লৈখি। থম্বালনু, পূর্ণিমা (শবত-পূর্ণিমা) কুমুদিনি মীযাম্না কাউনদ্রিবা শক্তমশিংনি। মনা কযা ফংলবীনি। য়াম্না ঙন্না নুপী ডিবেক্তব ওইনা চোংথোক্তুনা মণিপুরী ড্রামাগী অনৌবা ইতিহাস ইখি। খৃ ১৯৬৪ গী পব্লিসিটি ডিপার্টমেন্টনা শীনবা ড্রামা ফেষ্টিভেলদা লাংমৈদোং ড্রামাটিক ইউনিযনগী **৩৬৬-আই: পি: সি:** তম্বীদুনা পুথোকখি। কাছাবদা লৈবিভৈদসু **উসমান-থম্বাল** ডিবেক্সন পীখি। খৃ ১৯৯৮ দা এম ডি ইউ গী অহানবা নুপী ডিবেক্তব ওইনা থোক্তুনা ইবোতোম্বী ব্রাইখোমগী **খঙদনা অসুম লোইখিসনু** হাযবা ড্রামা অসি পুথোকখি। খৃ ১৯৯১ দা মণিপুব সবকাবনা সাটিফিকেৎ ওব ওনব পীদুনা ড্রামাদা কৎথোক্লবা পুন্সিবু শকখঙবীদুনা ইকাই খুম্নবা উৎখি।

**হৈস্নাম ইন্দু দেবী (১৯৪৭)**

এলাংবম জযগী মণিপুব আর্টিষ্ট টুবিং ড্রামা পার্টিদা য়াম্না ঙন্না চহী ১৪/১৫ দগী যাওবকই। ১৯৬৫ দা এলাংবম জযগী **পুন্সি পামেল** দা বেষ্ট এক্ট্রেস কী মনা

ফংবা হৌই। হৌজিক ফাওবদা ভাবতকী থাক্তা বেষ্ট এক্ট্রেসকী মনা তবাগী মথক্তা ফংলবীনি। এল্লাহাবাদ, বোম্বে, উরিষা, বিহাবনচিংবা মফম কযাদা কাউণ্ডমদ্রবী কলাকাব অমা ওইনা মীয়াম্না শকখঙলবীনি। যুম পান্দুনা মচা নুপা, নুপী লৈববা মতুংদা এম ডি ইউ দা লেঙদনা কলাকাব অমা ওইনা লৈখি। মতম মতমগী মতুংইন্না অতৈ সংস্থান কযাদসু যাওদুনা মীয়ামগী সেবা তৌবি। ফম্পাক্তা থোক্নুনা লীলা যাওবদা নত্তনা মশামক্না লীলা তশ্বীদুনা পুথোকপা হায়বসি কলাকাব অসিগী অপান্বনি। অদুনা এম ডি ইউ গী বন্ধনীনা তশ্বীবা খঙদনা অসুম লেনখিসনু হায়বা দ্রামা অসিদা তেংবাংবী ওইনা লৈখি। খৃ ১৯৯৯ দা তুবী লৈমা নুপী শুমাং লীলা কম দ্রামা মন্দলগী ব্রাশক কলাকাব অসিনা তশ্বীদুনা পুথোকপদা এল্লাহাবাদতা ঐতিহাসিক প্লেগী কাঙলুপ্তা খ্বাইদগী ফবা দ্রামা ওইবকই। লীলা অসিমক উবিষ্যাদা উৎপা মতমদা মতম কুইনা লীলাদা কৎথোক্নুনা লাক্লবা ইন্দুবু শকখঙবীবা ওইনা নাট্য ভূষন হাযবা মীংথোল অসি পীবিদুনা ইকাইখুম্নবা উৎপীবকই।

**যেংখোম বোমা দেবী (১৯৪৭ - )**

ছাত্র অমা ওইনা তোঙান তোঙানবা মগুণ উৎপা ওইনা তম্ফাসনা স্কুলদা ক্লাস থ্রি তমলিঙৈদা লব-কুশ শাদুনা লীলা থোকখিবদগী লীলা যাওবা হৌখি। চাউবাক্লা খৃ ১৯৬০ দগী যাওবা হৌই। ছাত্রগী পুন্সিদা মতম মাঙহন্দবা হায়বগী পান্দমদা দ ষ্টুদেন্ট আর্টিষ্ট এসোসিযেসন্না দ্রামাগী অশেংবা ঈহৌ পোকহনখি। ইন্দ্রকুমাব, কহ্নাইলাল, লোকেন, বতন থিযামনচিংবা অনৌবা চাংয়েং লীলাগী লমযানবশিংগা লীলাগী মতমদা পুনবা ফংখি। অবাম্বম সমবেন্দ্রনা কাঙলুপসিগী ওইনা জর্জ্জ সাহেবকী ইমুং ইদুনা পুথোকখি। লীলাসিদা খৃ ১৯৬৮ দা বেষ্ট এক্ট্রেস কী মনা ফংঙি। মসিগী মমাঙদা কৃ. ১৯৬৭ তা বামচবণগী কথোকপা-দা বেষ্ট সপোর্টিং ফংঙি। মথংদা ৰূপবাগগী লীলা কযানা মীয়ামদা হেননা শক তাকখি। মমি য়াওদ্রবা মী, ভাইহাক লম্বীদা, দশা, অন্ধা যুগ অমদি অশংবা নোংজাবী-নচিংবদা মক ওইবা বোল লৌদুনা কুমখি। অশংবা নোংজাবীগী ইন্দু পুন্সিদা কাউণ্ডমদ্রবা কেবেক্তব অমনি হাযখি। অদুবু পঞ্জনীংবদি নুপী অমনা থৌনা ফনা খৃ ১৯৮৪-৮৫ গী ইন্টব ওফিস সিভিল সার্ভিসেস দ্রামা কম্পিটিসন্দা সমবেন্দ্রগী মিবাং বু ডিবেক্সন তৌদুনা পুথোকখি। খ্বাইদগী ফবা ডিবেক্তবগী মনাসু লৌখি। শ্যাম শৰ্ম্মা, মোতিলাল, লোকেন, কহ্নাইলালনচিংবা কযা থেংনবক্লবসু মখা-তাবা ডিবেক্সনদি তৌদ্রে বেডিও প্লে, ফিলমদা মায়পুননা কলাবু যোকখৎলি।

**হৈস্নাম ওংবী সাবিত্রি (১৯৪৬ - )**

মণিপুরী থিয়েটরগী অতিযাদা অবংবা থৱানমিচাক্কুম ঙাল্লিবীনি। অঙাং ওইবিঙৈদগী জগোয় ঈশৈ পামজনা হৌবকখি। মমিং লৈবরী কলাকার মনে গৌরমণিনা লম অসিদা লমজিং লমতাক্কুনা পুশিনবীখি। মপুং ওইনা এলাংবম জযগী লীলা পার্টিদা চহী ৫ / ৬ হায়বদগী যাওবকই। তুংদা কহ্নাইলালগী লোযনবী ওইনা লৈখিবদগী কলাক্ষেত্রগী মায়পুনবী কলাকার ওইনা লৈরি। পীথোবকপা মগুণ যাওবরী কলাকার অসিগী কৃপশিন্না উৎপা ঙম্বা এক্টিংদ: পৃথিবীগী ড্রামা তৌবা কযানা অনৌবা ৱাহংথোক থিবি। **পেবেৎ, অফ্রিকাগী ৱাখলদগী** মায় পাক্লবা লীলাশিংনি। নুপীশিংদা থিয়েটরবু হেন্না শন্দোবকপগী পান্দমদা থিযেটর এসোসিযেসন ফোর রুমেন আর্টিষ্ট মণিপুর লিংখৎখি। খৃ ১৯৯৬ তা পুন্সি কৌবা ড্রামা মশানা ইদুনা অমসুং তম্বীদুনা পুথোকই। মণিপুরী থিয়েটরদা মচাক্ত কাল্লবা মফম অসিগীদমক ষ্টেট কলা একাদমিনা খৃ ১৯৮৭ তা থিযেটর এৱার্ড পীদুনা ইকাই খুম্নখি। খৃ ১৯৯১ দনা সঙ্গিত নাটক একাদমিনসু মনা পীদুনা ইকাই খুম্ন বা উৎখি। ১৯৯১ দা কাইরোদা পাঙথোকপা কাইরো ইন্টরনেসনেল ফেষ্টিভেল ফোর এক্সপরিমেন্তল থিযেটরদা বেষ্ট এক্ট্রেসকী মনা ফংখি। সাহিত্য পরিষদনসু থিয়েটর এৱার্ড পীদুনা ইকায় খুম্নখি।

**কুমারী লাইশ্রম বন্ধোনী দেবী (১৯৬৫ - )**

জগোয় ঈশৈগী সার্টিফিকেৎ পায়রবীনি মনা কযা অমসু ফংলবীনি। তোপ খোংনাংমখোং PADA গী নুপী কলাকার ওইনা খৃ ১৯৮২ দগী লৈখি। খৃ ১৯৯৯দা কটক্তা শীনবা কম্পিটিসন্দা বেষ্ট এক্ট্রেসকী মনা ফংঙি। নহা ওইরিবী কলাকার অসিনা লীলা থোকপগী মথক্তা তম্বীবগী থাক্তা যাম্না নৌনা মায় ওনশিনখি। খৃ ১৯৯৫ দা **চিঠি** হায়বা লীলা মচাঅমা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ট্রেনিং কোলেজগী ডিরেক্সন পীখি। মসিগী মমাঙদা খৃ ১৯৯৪ দা লৈঙাকলেম্বীগী **মখোয়রুসু কনবিসি** পুথোকখি। নীলধ্বজ খুমনগী **চীংনুংগী শৈরোল** খৃ ১৯৯৮ তা পুথোকই মশামক লীলা কৃম্মী। বেষ্ট এক্ট্রেসকী মনা ফংঙি অমদি সেকেণ্ড বেষ্ট ডিরেক্তরগী মনাসু ফংঙি। খৃ ১৯৯৭ তনা **তাঙ্গোই** পুথোকই PADA দা নত্তনা বাশিখোং ড্রামাটিক এসোসিযেসনচিংবা সংস্থান কযাদসু লীলা তম্বী। নহা ওইনা লীলাদা লৌরিবা থৌদাংবু শকখঙবীদুনা এল্লাহাবাদ নাট্য সঙ্ঘনা খৃ ১৯৯৮ দা 'নাট্য শ্রী' উপাধি পীদুনা নৌনা মচিন তুমখৎলক্লিবী অসিবু থৌনা হাপ্লিবি।

## আর্ট টেক্নিক খরদা :

চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না থবক খূদিংমক লমজেল তান্নবকপা মতমনি। মণিপুরী থিয়েটরনা পৃথিবীগী থাক্তা যাওনবা হোৎনবকপা অসিনা মণিপুরী নুপীশিংসু তুমিন্না লৈথোক্তে। চুম্না লীলা যাওদুনা লৈবক্নদগী হেন্না থৌ চিনবা ষ্টেজগী -ওইবা থবক থৌবম কয়াদা মায়পুনবকপা যাওবকই। অমবোমদা থিয়েটর হাযবসি কম্পোজিট আর্ট ফোর্ম অমা ওইবা মবমনা তোঙান তোঙানবা আর্ট কয়া মঙোন্দা চঙশিনবা তাবকই। মপূং ওইনা থিয়েটর ম্যুজিক অসিসু চঙদ্রবা যাদ্রবা অমনি লোযননা ফিজেৎ-লৈতেং, ষ্টেজ শেম শাবা, মৈঙালগী মবমদা, শক শেম্নদা নুপীশিংসু যাওশিনবা তাবকই। বানিয়ান, ক্রমেন আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন, তুবী লৈমা নুপী শুমাং লীলা কম দ্রামা মন্দলনা নুপী কযাবু লম অসোমদা মাযপুনহন্দুনা হেন্না মতিং লৈবী কলাকার পুথোর্বক্লি।

**লোইতোংবম ওংবী চাওবী দেবী (১৯৫৮ )**

কোসমোপোলিতান দ্রামাটিক যুনিয়নগী ডিবেক্তব দোবেন্দ্রগী লোয়নবীনি। খোঙ্জেল যনা পোক্লকপী কলাকার অসি মপন্থৌ অমদি মমাবোক্রা পামজবা লম্বেলদা মতিক চানা এহৈ তমহনখি। নট সংকীর্তনগী শৈশকপী ওইবদা নতনা নুপীশিংতনা শান্নবা শুমাং লীলা চাংদম্লবদা খৃ ১৯৮০ দা থোইবী শাদুনা বেষ্ট এক্ট্রেসকী মনা লৌখি। মসিদগী ফোক সোংগী শৈহেক হৈনখি। মাগুবতা শুমাংদা নীংতম্না শকপা শৈশকা থিযেটব ম্যুজিক্কী অকক্লবা শৈশকা চাশিন্ননা চৎপা ঙমই। কোসমোনা পুথোকপা লীলা কযাদা ম্যুজিক কন্সলটেন্ট ওইনা থৌ পুই। সনাগী সিংহাসন ('৮২), মীহাৎ ('৮৯), কাও-কে ('৯১) চাওবা নোংখোন শেঙ্গাব-নাচিংবদা সুব পান্দুনা ঈশৈ শকই। দ্রৌপদীদা সূত্র গাবগী মতংদা ঈশৈ শক্লুনা পুথোকই। তাজমহল ('৯৫) দা সংকীর্তন, নোর্দন ভমদি মবিফৎকী শৈহেক পুন্না শেম্মী। শ্রীতোম্বগী যুম (তকানিনালানা পাসখেলা অমদি মান ভজনগী শৈহেক পুথোকই), ইকোপ পুংগী কাওবেন অসিনচিংবা লীলা কযাসিদা ম্যুজিক ডিবেক্তবগী মতেং পাংদুনা লীলা অমদি ঈশৈ চাশিন্নবা শেম্মী। খুদম ওইনা দ্রৌপদী লীলাদা 'ইহাং হাংহৌবে ইন্দ্রপস্থ কোনুংসে/বিজয়া হস্তিনাপুর মাংব্রে পাণ্ডব মঙা' অচিকপা সিকেন্স অমদা শাগৎপা শৈহেক্লি। হায়গী অঙনবা মতমগী লীলা যাওবীশিংনা ষ্টেজদা মশা থোক্লুনা লীলা কম্বদা ... শৈশকপীশিং ... যট্টবগী এইবা মৃজিক আর্ট অমা শেম্না তাবকই। হাযগী শৈশকপী ... পঙবদা ভাংবম ইবেয়াইমা, লাইশ্রম ...

নয়নী, ইবেমহল কলাকাবশিং অসি লীলা থোক্লা থোক্লা ঈশৈ শকখিবী ঙাক্তি। মতুং তাবকপদা অনৌবা আধুনিক ঈশৈনা লীলাদা শৈশকপী ওইনা লৈবকখিবশিংদা সনাতোম্বী, অসেম বীমলা, অবাম্বম যমুনা, অয়েকপম কমলা, গুরুময়ুম বীনোদকুমাবী, নুপীমচা অমদি নুংশীতোম্বী অসিনচিংবনি।

অসুম্না হীবম খুদিংমক্তা ওল্লকপা অসি গুম্না নহা ওইবিবী নুপী খবদি হেন্না থব্রায় য়ওশিন্না তোঙান তোঙানবা ফোর্ম টেক্নিক কয়াদা থবক তৌবি। নুপীশিংতগী ওইনা লিংখৎপা তুবী নৈমা শুমাংলীলা কম দ্রামা মণ্ডল অমদি রুমেন্স আর্টিষ্ট মণিপুব (১৯৯৪) লীংখৎতুনা অনৌবা ঈহৌ অমা ওইনা চঙশিল্লকখি। মখোয়বুসু কনবিসি হাযবা দ্রামা অসিদা ম্যুজিক ডিবেক্তবগী থৌদাং জগোয ঈশৈদা মমিং লৈববী লতানা ওইখি। লাইটকী থৌদাংনা ফজতোন্না পুখি। বানিযান থিযেটবনা পুথোকপা ভীষ্ম দা নুপী কলাকাব কযানা তোঙানবা আর্ট টেক্নিক্তা শরুক য়াই। ফিজেৎ লৈতেংদা ফজতোন অমদি বোমোলা, শক শেম্বদা বিনোতা অসুম্না শরুক য়াবি।

**ক্ষেত্রিময়ুম ফজতোন (১৯৬৫ - )**

মোইবাং পৰ্বগী থোংলেন শাবা ক্ষেত্রময়ুম কঙ্গাইগী মচানি। ১৯৮৪ দগী লীলাদা মায়পুননা যাওবকই। বানিয়ান বিপর্টোবি থিযেটব, থিযেটব এসোসিযেসন ফোব ব্রুমেন আর্টিষ্ট, মণিপুবগী মক ওইবা থৌ পুবী অমদি কলাকাবনি। লীলা থোক্লা থোক্লা ফিজেৎ- লৈতেং, মৈ, ষ্টেজগী অশিন-অবাং ওই। বানিযানগী মুনবীপ্রবা লৈঙাক অমদি ফৌওইবী দা ষ্টেজ মেনেজব ওই। ভীষ্ম, অন্ধা যুগ, রেঙশোনেনচিংবদসু মৈ, ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবগী থৌ পুই। বিহাব সবকাবনা শিনবা কম্পিটিসন্দা ট্রুপ লীদব ওইনা চৎলি। দ্রামাদা থিজিন্নীংবগী অপাম্ববু শৌগৎপীদুনা মিনিষ্ট্রি ওফ হ্যুমেন বিসোর্স দিভলপমেন্ট ওফ কলচব, না খৃ. ১৯৯৯ দা জুনিয়ব ফেল্লোসিপ পীবিদুনা হেন্না থৌনা হাপ্পিবিবা কলাকাবনি।

## ব্রারোইশিন :

মথক্তা মমিংতগী ওইনা থেংনজরুবা নুপী কলাকাব খবগী থৌদাং নৈনদুনা থমজবা অসিনা চাউবাকপা মণিপুবী নুপীশিংনা হৌজিক ফাওবদা লৌবিবা থৌদাং খবদি তাক্লব্রা হায়না খঞে। কলাকাবগী পোক্লফম্নি মণিপুব অদুনা মণিপুবগী কাচিন কোয়া কয়াদা মশীং থিঙমদ্রবা কলাকাব কযা লৈবিবনি। পূম্নমকপু কোনশিঞ্জবা ঙমজদবা অসি অশোনবনি হায়না লৌজবি।

ঐখোয়গী ড্রামা য়াওবী নুপীশিংনা অঙনবা মতমদগী মীনোক মৈশা কয়া মায়োক্লদুনা, পামজবনা মাঙওইননা যাওবকখিবী ঙাক্তনি। ড্রামা যাওবীশিংবু লমচৎ কোমলবী ওইনা লৌনবা, মচা-মমৌ ওইনা পুশিন্নীংদবা তাক্কক অমা অঙনবা মতমদা মায়া ফোংনা লৈ হায়ববসু, চৎনবী অসি হৌজিক ফাওবা মূৎত্রি। অদুনা টেলেন্ট লৈবী নুপীমচা কযা যূম পাল্লবা তুংদা লীলা লেপখিবা ঙাক্তনি। শক্লাইববী সাবিত্রি ফাওবা মপুবোইবা কহাইলালগী শৌগৎপা য়াওবমদ্রবদি থিযেটব জগত্তা মাগী মমিং তাবা যংলম্লোই। বাশি দেবীগী লীলাগুম্লবা ব্রবীদা কবেম্নবীবা, লৈকাইগী অঙাওবা নুপামচাশিংনা নুং ফাওবা লংশিনবীবা লীলামক্লি হায়বা যাই। খুন্দ্রাকপম তম্ফানা লীলা থোক্লিঙৈমক্তদা মপুবোইবনা অতোপ্পা নুপীগা লুহোংবা লীলা য়াওব্বগীদমক্লি। ইন্দু দেবীনা অহানবা ড্রামা যাওবকপদা মবোক্লা লীলা য়াওবী অফাওবী হাযনা নাতৈ চাদবা ব্রাহৈ কযানা চৈ-থাংঙি। পূম্নমক ঙক্লা ফজববা লীলাগী মচাক ঙাক্লি। মসিবু মায়োক্লদুনা অব্রাংবা ফিদা অমদা মণিপুবগী নুপীশিংনা ড্রামাবু য়োকখৎনবা হোৎনবি।

পামজ-পামজনা পুন্সিগী নোংমগী অকুপ অতাগী থৌ কযানা পুনখিদুনা যাওখিদবী কয়াসুনি। মবক্তুদগী অমনি যেংখোম বোমা দেবী। মপা নৌনা কাযনখিবদগী ইমুংগী ভাব পুবা ঙমনবগীদমক লাইবিক তম্না লোইশিন্দবা যাদে হাযবগী থৌচিনবনা ষ্টেন্দিং হোল অমতদা যাওবা ঙমখিদে। অদুবু ড্রামানা সমাজ সেবাগী ব্রাখলদা যাওবকখি। এম ডি ইউ গী **মেব্রার পতন** অমদি এবিয়ানগী **নেফাকী এক শ্যাম** দা লীলা শুক্তম তমদনা মমান্নবী কলাকাবগী মায ঙাক্তুনা লীলা কুমখি। কলাকাবগী অব্রাবদি কলাকাবতনা খঙবনি। অসিগুম্না কলাকাবশিংবু সবকাবনা অমদি সমাজনা মতেং পীবিব্রা হংনিংঙাই ওইবা ব্রাহংনি। মতাং অসিদা ডা নোংমাইথেম তোম্বীনা হায়খিবা নীংশিংনীংঙাই ওই—

> মণিপুবদা মতিক চাবা মগুণ লৈবা কলাকাব ব্রাত্তনা লৈ ।
> ব্রাৎলিবদি মখোযবু মতিক চানা ইকাইখুম্নবীবা মশক খঙবীবা,
> পৈশা ফংহনবা অসিনি। কলাকাবশিং অসি চন্নদনা অবেম্বদা
> মাংখ্রগদ্রা হায়না নুংশা থীবা পোক্লকই।[১]

---

১। ডা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ ২১শুবা মণিপুব পুম্বগী ড্রামা ফেষ্টিভেল : ডিবেক্তব, **লীলা** ইবা কৃতিক, অহূমগী লৈনবা মবী সনখোং ৯শুবা মশীঙ (১৯৯৭)

মসিগী মথক্তা সমাজনা মখোযবু থাক বাংনা থম্লীদে। সাবিত্রি দেবীনা পূক্লীং নুংশিনা হায়— লাইবিক লাইশু হৈববা নুপীশিং হাযবদি ডাক্তব, ওফিসাৰশিংনা ঐখোয়বু ওস্থোকপা মীৎযেংনা য়েংবী। জগোই ঈশৈগী স্কুল কলেজ লৈবকপা, জগোয় ঈশৈ দ্রামানচিংবগী সার্টিফিকেৎনা লাইবিক-লাইশু তম্বা, থবক তৌবনচিংবদা কান্নবা খবা ফংবদগী অমদি লাইবিক হৈবী কযানা দ্রামা য়াওবকপদগী খবা থাক ৱাংনা লৌনবক্লে হাযনা ইন্দু দেবীনা হাযজববসু হৌজিক ফাওবদা নুপী আর্টিষ্টশিংবু সমাজদগী নাইতোম তাহন্না য়েংবা মীৎয়েংদি লেপত্রি।

মখোয়দি কথোক্লবা পুন্সিনি। দ্রামা যাওদুনা ফংলকপা শেলনা ইমুংগী ফিভম থোইনা মতেং পাংবা নত্তে। মহাবাণী শাবগা হল্লকপদা শীং লৈতদুনা কোযথি থিবগা শীং খাযদুনা চাক থোংডি ইন্দুগী পুন্সি। পৈশা ফংবগী মতাংদা ঙক্লা ফোঙদোকই বোমানা, হায়বীবকই কপ বাগনা দ্রামা শান্নদুনা ফন্দ খোমলগা থাংমৈবন্দগী মুচি খুলগী মৈ চাকপদা মতেং পাংখি। ফংবগী ৱাদি খল্লুদে। সঙ্গিত নাটক একাদমী, মিনিষ্ট্রি ওফ হ্যুমেন রিসোর্স ডিভ্লপমেন্টনচিংবনা সংস্থান খবদা শেলগী তেংবাং পীদুনা থিজিনবগী লমদা পূক্লীং থৌগৎলবসু (সংস্থান খবদা অমদি কলাকাব অমা অনীগী মবাইবক্তা) মখোয়গী পুন্সি নুংঙাই যাইফনা নীংতমনা লৈবা নংত্রি। থবক তৌবগী মী থম্বা তৌনদ্রিবা মণিপুবী সমাজনি অদুনা ইমুংগী থবক খুদিংমক হোৎনবা তাবনি। মনেম্না যাবা মৌ ওইবা তাই লোযননা মীযাম্না যাবা কলাকাব অমসু। চোংজবা চেঞ্জবা ঙমলিবমখৈ কলাকাবশিং অসিগী পেঞ্জর্বনি। অহল ওইবক্লবা মতমদা সবকাব নংত্রগা লন্নাই সংস্থানশিংদগী থাগী পৈশা খজিক্তং লাক্তুনা মতম অমদা ৱাজবম্বগী মহৈ চানিংঙাই লৈজদে। মখোযদি কালেনগী মৈশা কযা খাংদুনা শাংকাযবক্লিবী লৈবাকলৈনি। মীনোক মৈশা কযাগী মবক্তা ইজ্জৎ লৈনা হিংবা ঙম্নবগীদমক তিজ্ঞংনা যোম্বী চিংগোংলৈসু ওইবা তাবনি।

অসুম্না লাইবিক লাইশু হৈববী থৌনা লৈবী নুপীমচা কযানা মাঙদা চঙশিন্দুনা লাম্থেংনবা লেপত্রি। সমাজগী থওইবীদ্রবা মীৎযেংবু শীংনদুনা এস থানিললৈমা (১৯৬৯- ) অমদি টি শিলা (১৯৭৪-) হাযবিবী নহা ওইবিবী কলাকাব অনী অসিনা এন এস ডি , নিউ দিল্লীগী মখাদা দ্রামাগী কোর্স তম্বা লোইদুনা লীলা কযা পুথোবক্লে। থানিললৈমনা 'খেঞ্জোংলাং' কৌবা দ্রামাগী সংস্থান লীংখৎতুনা মশানা ইবা লীলা মঙা— কদোমদনো চৎলিসিবো, ঐ ঙাওবা নত্তে, নোংলৈসিদা লেপত্রবদি, মায়থিহৌরে নোংবান ঐ, ঙায়বি অমখক অমসুং সেক্সপিয়বগী লীলাশিং অমদি সংস্কৃত লীলাশিং পুথোক্তুনা অকনবা ঈহৌ পুবক্লি।

মণিপুরদতা নত্তনা ভারতকী মফম কয়া—দিল্লী, শিমলা, কেরলা অমদি জাপাননচিংবা লৈবাক্তা চৎতুনা তম্বীবগী থবক তৌবগা লোয়ননা ৱার্কশোপনচিংবা য়াওদুনা হেয়া লৌশিং তানশিল্লি। অসিগুম্বা নহা ওইরিবী ডিরেক্টর অসিগী নুংঙাইতবদি নুপীগী মিংদা খুদোংচাবা লৌদুনা লমচৎতা পাউথোক্লগা আর্ট অসিবু নমথনবা হোৎনবা অসিনি। পূম্নমক অসি ওইদুনসু ডিরেক্টর অমা ওইনা নুপাশিংগা চাংদম্নবদা অকিবা লৈতে অমদি তম্বীবদা খুদোংচাদবা কবিসু লৈতে হায়না থৌনা ফনা হোৎনরি। টি শিলানসু 'প্রোসপেক্টিপ রিপর্টোরি থিয়েটর' লীংখৎতুনা ড্রামা কয়া পুথোরক্লি। মণিপুরগী মপান অমদি ভারতকী রাংমা টোকিও, বার্লিন নচিংবদা চৎতুনা মণিপুরী থিয়েটরবু মশক তাক্লবা হোৎনরি। অসুম্না থৌনা ফববী কলাকার কয়া অমনসু প্রোজেক্ট, ৱার্কশোপ কয়াদা থৱায় যাওনা শরুক য়াদুনা অচৈনবা কয়া কায়থোক্তুনা থিয়েটর আর্টপু হেন্না মশক খোক্লবা হোৎনরি। কলাকারশিং অসিগী হোৎনজমল্লা হৌজিক্তি থিয়েটরগী অনৌবা আন্দোলন অমা হৌরক্লি। সরকার অমসুং সমাজনা থওইরিদ্রবসু।

--( )--

## মতেং লৌজখিবা লাইরিক, চেফোঙ অমদি উন্নজখিবশিং :

(ক) লাইরিক

১। অয়েকপম শ্যামসুন্দব, মণিপুবী শুমাংলীলা অমসুং থিয়েটব, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ,ইম্ফাল ১৯৮০।

২। Rustom Bharucha The Theatre of Kanhailal, Seagull Books,Calcutta 1992

৩। সদানন্দ, মুনিন্দ্রো (সম্পা ) অনীশুবা লাঙ্গাও মমাঙগী মণিপুবী থিয়েটব, পান্থোইবী নাট্য মন্দিব,ইম্ফাল ১৯৯৯ ।

৪। লৈমপোকপম দামোদব (সম্পা ) খুতু ১০০ শুবা, দি কলচবেল ফোবম, ইম্ফাল ১৯৯৮ ইং।

৫। মনিন্দ্র কোনসম, সনথোঙ ৯শুবা,প্রিযাদর্শনি বুক ট্রস ১৯৯৭।

৬। পোক্রম্ফম ২৩শুবা চহী, ২৯৫ শুবা মশীং নবেম্বব ৭, ১৯৯৮।

৭। দ ইম্ফাল ফ্রী প্রেস ভোলুম ২/৩১৯ ডিসেম্বব ২, ১৯৯৮

৮। দ ইম্ফাল ফ্রী প্রেস ভোলুম ৩/০৮৯ এপ্রিল ৭, ১৯৯৯

৯। কোইজম ধীবেন, অনীশুবা লাঙ্গাও মতুংদা লাকপা মণিপুবী দ্রামাগী খোঙচৎ (এম এ গী ফোঙদ্রিবা ডিসার্সটেসন) ১৯৭৪।

১০। কোইজম শান্তিবালা অনৌবা মণিপুবী দ্রামাদা সমাজগী সমস্যাশিং (পিএইচ. দি·গী ফোঙদ্রিবা থেসিস), ১৯৮৮

(গ) উন্নজখিবা মীওইশিং :

১। য়েংখোম বোমা দেবী; য়াইস্কুল।

২। লোইতোংবম দোবেন্দ্র অমদি লোইতোংবম ওংবী চাওবা, হাওবম মবক।

৩। লাইশ্রম বঙ্কোনি, তোপ খোংনাংখোং।

৪। ক্ষেত্রিময়ুম ফজতোন, কোংপাল।

৫। হৈস্নাম ইন্দু, কৈশামথোং।

৬। নোংমাইথেম তোম্বী, কৈশামপাৎ।

(ঘ) চেফোঙ :

১। Anjum Katyal (Editor), Theatre in Manipur Today Seagull, Calcutta, 1997 (June, Sept )

# মণিপুরী সাহিত্যদা দ্রামা ইবী নুপীশিং
## (১৯৫০-২০০৪)

> A search for an authentic "Indian' theatre had begun within fifty years of Sir William Jones translation of "Shakuntala" in 1789 [১]

ভাবতকী দ্রামাগী খোঙজেল্দা মতম অসিদগী মশাগী তোপ তোপ্পা মশক থিবা হৌখ্রবনি। নোংচুপলোমগী দ্রামাগী ঈথিল্দগী মণিপুরী দ্রামাগী মশকসু শাগৎপা হৌবকই হায়বা য়াই। খৃ. ১৯০২-০৩ গী মতমদগী নোংচুপলোমগী দ্রামা প্রোসেনিয়ম থিয়েটর অসি মণিপুরদা য়ৌবকই। মসিগী মতুংদগী দ্রামাগী স্ক্রিপ্টশিং পুথোক্লবকই। লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহলগী **নরসিংহ** (১৯২৫), সোরাখাইবম ললিতকী **সতী খোংনাং** (১৯২৮), অমদি **অরেপ্পা মরুপ** (১৯৩১) অসিনচিংবা দ্রামাশিং ইনবকই। অসিগুম্বা তাক্কক অসিদা মণিপুরী নুপী অইবীশিংনা য়াওশিনবা ঙমখিদে। নুপীনা লাইবিক তম্বা মাংঙি হায়দুনা নুপী লাইবিক হৈবী মবাং কায়না খোবক্তবদগী ওইবা য়াই।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙচৎ অসিদা নুপী অইবীশিংনা খোঙ থাংজিনবা হৌবকখিবদি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদগীনি। ভাবতকী সাহিত্যদা য়াম্না ঙন্না খৃ. ১৯১৫ গী মতমদগী মলায়ালম অইবী থোত্তাক্কাত ইক্কাভু অম্মানা **সুভাদ্রার্জুনাম** ক্লাসিকেল ষ্টাইলদা প্রোজ পোইত্রি য়ান্ননা পুথোবক্তুনা শকক য়াবা হৌবকই। সংস্কৃত অইবী মিতা দেবীনসু খৃ· ১৯৪৯ গী মতমদা ইমুং-মনুংগী খুদোংথিবা কয়া উৎপা **আরনয়ারোধানা** পুথোবকই। অসামিজ অইবী নিরুপমা ফুকনসু খৃ ১৯৫৬ তা **অহুতি** ফোঙলক্তুনা অনৌবা দ্রামাগী খোঙচৎ অসিদা নুপীশিংনা শকক য়ানবা হোৎনবকই। অসুম্না ভাবতকী তোঙান তোঙানবা

১. G P Despande Introduction **Modern Indian Drama**, Sahitya Academy 2000

লোনশিংগী অইবী ৬৬ মুক্তা সাহিত্যদা দ্রামাগী মফম কন্দুনা লৈবি। অযাম্বনা লীলা অমা/অনীদগী হেন্না পুথোক্লে। লীলা ৫/৬ পুথোকপী অইবীনা খ্বাইদগী মশিং য়াম্না পুথোকপী অইবী ওইবি। ইন্দিয়ান ইংলিস ৰাইটৰগী মমিং লৈবৰী অৰুনধটি বোযনা ফিল্ম স্ক্রিপ্ট এন্নি দা নেসনেল এৱার্দ ফংলবসু অমসুং টি ভি গী সেৰিযেল কয়া পুথোকখ্রবসু সাহিত্যগী পোথোক ওইনদি লাম্বোবক্তি। ফিভম অসি অইবী কয়াগী মফমদা ওইবি অমা অনীদং মমিং পঞ্জবনি।

দ্রামাগী স্ক্রিপ্টশিংনা সাহিত্যগী মফমদা য়ৌবক্তবা অসিমক্তি থিয়েটৰগী প্রদক্সন মখা পোন্না লৈখিবনা অপাবশিংগী মফমদা যৌদ্রবসু অয়েংবা অমদি অতাবগী নাকোং (ৰেডিও প্রদক্সন্দা) য়ৌষ্রে দ্রামাগী পান্দম অদু ফংলে হাযনা খন্নবদগীনি। দ্রামাদি থিয়েটৰ অমসুং সাহিত্য লমচৎ অনীমক ফংঙি। অঙনবা মতমদদি দ্রামা হাযবসিমক সাহিত্যনি, কাব্যনি। অসিগুম্বা দ্রামা অসিমক্না পুস্সিগী লুববা তানফম কযা য়াম্না কৃপশিন্না উৎলি। পুস্সি ঈচেলদা থেংনবিবা অখিংবা অপনবা কয়াবু লানফমগুম্না মুক্রদুনা পুথোবকপা মতমদা অতৈ সাহিত্যগী মচলশিংদগী দ্রামানা মশক থোক্লা উৎপা ঙম্মী।

খৃ ১৯১০ গী মতমদগী মণিপুৰী দ্রামাদা নুপীশিংনা কলাকাৰ অমা ওইনা চোংথোকপা হৌদ্রবসু অইবী অমা ওইনা থোক্লকপদি যাম্না থেংননি। খৃ ১৯৬৭ তা লময়ানবী অইবী এম কে বিনোদিনীনা ৰেডিও দ্রাম, অহুমগী অপূনবা লাইবিক অশংবী নোংজাবী পুথোবক্লুনা অইবীশিংগী মফম অমা দ্রামাদা কনশিনবা হৌবকই। মসিগী মমাঙদা লাইবিক ওইনা পুথোক্রবসু শগোল সনাবী (শ্রী বণ চীংগী তম্বলাই) ৰেডিও প্লে ওইনা পুথোকখ্রবনি। ওলাংথাগী ব্রাংমদসু কৌবা ফিল্মগী স্ক্রিপ্ট অমসু ফোঙখ্রবী অইবী অসিনা মণিপুৰী এইবীশিংগী মবক্তা খৃৎমাবী দ্রামা ইবী ওইনা লেপলি। খাইদেম প্রমোদিনীগী লীলা তবামঙমুক, থোকচোম বীনাপানিগী ৰেডিও দ্রামা অহুমগী অপূনবা লাইবিক (২০০১), শৌগাইজম লৈঙাকলেম্বীগী ইতা লাইখি লুবাক (১৯৯৪), চিত্রাগী মিংশেল য়েংলুবদা, (১৯৭৫); কোন্থ্রাইলাংপম জযমতিগী ৰেডিও লীলা মবিগী অপূনবা লাইবিক লৈবাং লৈচল (২০০৪) অমদি থাগোই দেবীগী পোইরৈত্তোন খুন্থোকপা (১৯৯১) হায়বিবা দ্রামাগী লাইবিকশিং অসি হৌজিক ফাওবদা ফংজবা লাইবিকশিংনি। থিজিনবদা ব্রাংহৌবা য়াওববদি ঐগী অশোনবা ওইববসু মণিপুৰী সাহিত্যগী মায পাকপা ওইগদৌবিবনি। লৈবম্বা ওইশনু।

বিনোদিনীগী লাইরিক অসিদা— অশংবা নোংজাবী, ঙাইহাক হিংমিন্নখিসি অমদি কাউরবরা রাস শান্নবগী অহিংদো, হায়বা লীলা অহুম য়াওবি। লীলা অহুম্মক্তা মীওইবগী থম্মোয়গী মরী অমখক নুং ফাওনা য়েংদুনা কৃপ্পবা খঙঙমদ্রবা থম্মোয়গী লীপুন উৎথোক্লবা হোৎনৈ। অশংবা নোংজাবী দা কলাগা পুন্সিগা মৃক্লবা অমদি থম্মোয় অনীগী মৃক্লবা উবা ফংঙি। আর্টকী মশক লেপ্পা লৃই মাবু খঙবসু লৃই, খঙলে খঙনা খঙনা অদুমক লৃপশনগদৌবিবনি। মীওইবগী মরীসু মসিমক্লি কবিগুরুগা অমখক্লা য়েংশিন্দুনা নৈশিন্দুনা লৈবা, তাল্লুববসু হেক ফংদবা খল্লুদনসু হেক মফংবা! থম্মোয়নুংগী মীৎয়েংনা যেংলবা কান্দা মপাঙ্গোংদা উবিবা শকফম অসি নত্তবা পুন্সি অমা উবা ফংলকই। মসিনি নুংগী ফজবা মদুদনি কলানা ঙাওজবিবসু। লাইয়েকপদা ঙাওজবা গৌতমনা শেল, ইজ্জৎ, নহা ওইবগী নুংশিবা অমত্তা থওইদনা লমসিদা ঙাওদুনা লৈবি। কলানা পাম্বদি মঙ মঙবনি পুন্সিনা থবক্লি অদুনা অঙাং ওইবিঙৈদগী তন্নবক্লবা ইন্দু ৎাঙখি, মঙগা থবক্তা চৎমিন্নবা য়াখিদে। গৌতম মশামক খঙদনা ইন্দুদা লৃপশিল্লুবনি মঙোন্দদি ইন্দু কনাসু নত্তে মানা তান্নর্জাবা নোংজাবিদুনি

> ঐগী ঙমখৈ অসি নত্তে। র্যাসদগী হেনবা অমা পাম্মী। পামলিবা অসি কবিনো পোৎশক্লা মফমলা, মচুবা ঐ হেক হেক খঙলক্তে কবিগুরুদা নোংমাইজিং রাংমদ লৈখমগদবা খল্লুই কবিগুরুদা কৌব্রুগী মকমদা থুপলমগদবা নিংলুই। অমুকসু টিবেট লান্দুনা হিমালয় কাদুনা থিংনিংলুই কনানো অমনা হায়ি লৈ, লৈ অসোম রাংমদা লৈ। অরাবদি অদুঙৈ ঐখোয় অনিনা উমিন্নখিবা অতিয়া ঐনা ঐগী কৈদৌঙৈ ওইগনি খঙদে। (৫/লা ৪২-৪৩)

ফংঙমদ্রবা কবিগুরুগা খবদি মীওইবগী পুন্সিদা অদুম্মক লোয়নবি হায়দসি ঙাইহাক হিংমিন্নখিসি হায়বা ইমুং-মনুংগী মৃম্বানবগী মরী উৎপা লীলা অসিদসু উবা ফংলি। মীওইবগী পুন্সিগা লাইবক্তা মৃক্লবনি। নন্দিনী পুন্সিগী ওইনা মচা লৈববোই হায়বা মশা খঙদে, মপূরোইবা অমদি মনেম খঙঙি। মমানা মহেন্দ্রদা অতোপ্পা নুপী থিহন্নীংখি অদুবু য়াখিদে।

> তাইবংপান্দা শাগৈ কয়া মুৎবৰে কয়া খোবক্তনি। চহী লিশিং অমগী মতুংদা ঐ হায়বা অমা লৈবম্মী হায়বসি কনানা খঙবিগদৌবি (৩/লা: ৬২)

যুম্ননবগী অচেংবা মফম অমা নুপী ওইবীশিংগী চবম পায়দুনা মেৎপনি। অসুম্না নুপী ওইবীশিংবু থম্মোয় পান্দবী হংগী লাইগুম লৌবা অসিবু অইবীনা নুংহিক্লবা মপাউ অমগা লোয়ননা ৱাকৎপনি। ফেমিনিষ্ট অমগুম নুপীগী চপ চাবা ফিবেপ অমা লৌবা নত্তে। থম্মোয়নুংগী ওইবা নুংশিবগী মবী অমখক্লা য়োমশিন্দুনা লোইশিল্লি।

কাউরব্রা রাস শান্নবগী অহিংদো হায়বা ড্রামা অসিদনা নুংশিবগী মশক কুপ্পা নৈনদুনা উৎলকই। মীওইবা খুদিংমক্লা নহা ওইবিঙৈ মতম অসিবু কাম্বোক্তুনা চৎপা ঙমদে মতমসিদা ফাওবকপা নুংশি ইথিল কনা অমনা মকা ফোঙখিবা য়াই খরনা থম্মোয়দা ফুমদুনা থমখি অদুবু ফোঙদোকখিদে হায়দুনা নুংশিবা মশক খঙদে হায়বদি লানগনি। প্রোফেসাব নীলমাধবনা মতৈমগী মনাওনুপী বাধামণিবু নুংশিখি অদুবু সমাজগী পল কিবদগী নীংহন্নখি পুক্সিচুপ্পা মদুগী মৈচাক খাঙদুন লৈখি।

ঐগী অবেস্শিন ঐগী মঙ পুম্নমক অবেশ্ননি . মদুদি ফাগি
নৎলমদ্রে মদুদি অচুম্বদগীসু হেন্না মবা লুনা তাবম্রে'
(১/লা ৮১)

নুংশিবগী থাক থাক নাইনা কাখৎপা যুম্ফম উৎপগী মহুত্তা থম্মোযগী লাকওম ফাওমদ্রবা লীচৎ অদু য়াম্না কুপ্পা নৈনদুনা উৎলি। ফিলোসোফবশিংনা হাযনবা হকচাংনা মল্লবসু থম্মোয লৈবাংদি মতম চুপ্পদা নৌদুনতা লৈ অদুনা নুংশিবা হায়বা লৈবাং অসিদি মকা ফন্না শাত্তুনতা লৈ হাযবা ৱাখল্লোন অসিদা নকশিল্লকই।

অইবীগী ড্রামা অহুম্মক সমাজগী অওনবা শক্তমশিংবু নৈনব্বা নত্তে মীওইবগী লীচৎ নৈনবনা মপৃং ওই। অইবীনা উবা ফংলিবা, মতম চুপ্পদা লেঙলরোইদবা মীওইবগী লমচৎ অমখক্তি মপাম্বোংদা আইদিয়েল ওইনবা হোৎনবদা থম্মোয়বু মৈবী থোক্লা হেক হেক চাকহঞ্জবা অসিনি। অদুনা ইন্দু, নীলমাধব কয়া থোক্লকই। বিনোদিনীগী কেবেক্তবশিংদা থম্মোয়গী মূক্লবা হেক হেক ফংলিবা অসি যেংশিননীংঙাইনি। নিংথৌকোনগী ইজ্জৎকী অথিংবা চৎন-লোনচৎতা চাউবকখিবী অইবীনা কেবেক্তবশিং অসি শেম্বদা মায পাকখিবনি হায়বা য়াই। থম্মোয়গী নীংতমবগী খোঙচৎ অমা য়াম্না ঈবৌ লাংনা মতম চুপ্পদা ঙাইখি। পুক্লীংগী চৈনা পুবদুনা সমাজগী মীৎলমদগী নাম্বোকনীংবা অসিমক বোমান্তিক লোংগিং অমা উৎনবা হোৎনবনি। বিনোদিনীগী ড্রামাশিংদা কলাগী চেকশিনবা মফোঙদোক অমদি খুৎশেমগী হৈশিংবা কয়া উবা ফংঙি। অশংবা নোংজাবীদা

ইন্দু থাজখিবা, ঙাইখো হিংমিন্নখিসিদা মণগী ব্রাগী অমদি হৌদোং মচা পোকপগী ব্রাবী পুশিল্লকপা অমদি কাউরবরা রাস শান্নবগী অহিংদো দা ব্রাবী নীবা লোইব্বকপদা বাধামনি লৈবমদবা ময়ুম চৎলুগে য়াবমদবা তাঙৌদু অকোনবদা চৎলু হায়বকপা ব্রাবীগী খোঙজেলদা য়াংশিনহনবনি। চীংলেম্লবা মশা নাম্লবা লোনগী মশক্তা য়াম্না লিবিকেল ওইহন্দুনা পুথোকই। ববীন্দ্রগী মফমদগী বাংলা লোনগী ফজবা মশক অমা থোকপগুম অইবীগী মফমদগীসু মণিপুবী লোনগী ফজবা মশক উবা ফংই। অয়ুক নুমিদাংগী থৌদোক ব্রাথোক, ব্রাহে রাতা পূম্নমক্তগী তোপ্পা, উবা ফংঙমদ্রবা কবিগুম্বা খবা হায়নবা হোৎনৈ। মহাক্কী মীৎয়েংদি.

In a work of art seem to be too romantic
to be real [১]

হাযবসিদা নকশিন্নে। মহাক্কী পাত্রশিং মীওইবগী লমচৎকী অচুম্বা মশক্তা নৈশিন্দুনা লৈ। অইবীনা লৌজবিবা—

ঐঙোন্দদি লাইয়েকপা, সাহিত্য জগোই ঈশৈনা কঙাওনহল্লি,
অদুগা ঐনা কদোমদা? মদুমদি লেপ্পা ঙমদনা শিখিবসু য়াই,
অদুবু নীংঙমদবদি তৌদে[২]

বিনোদিনী অশেংবা কলাকাব অমনি অদুনা *'কুইদ্রবসু মপুং ফানা ফজবম্বনা ফৎত্রা'* (ঙাইখো হিংমিন্নখিসি) অমদি যেংবা নুংঙাইববদি খঙদ্রবসু ফবে। মদু খঙবদগী হেন্না খঙলবনি। (অশংবা নোংজাবি) পূম্নমক অসিদা ফজববু ঈবাৎচবগী মপাউ চেল্লি।

কলাগী ফজবা থিবদা ঙাওজবিবী অইবীগী মীৎয়েং অসি মিষ্টিকেল এক্সপবিয়েন্সতগী মসিগী মীৎয়েং য়াওদ্রা হায়বসি খবগা কূপ্পা য়েংশিন্নিংঙাই ওইবি।

খাইদগী য়াম্না ড্রামা পুথোক্লিবী অইবী অমদি প্রমোদিনীনি। লীলাগী লাইবিক অমবক ১৯৯৪ ইংদা ফোঙবা নত্তনা অতৈদি ১৯৯০ ইংদা লোইনমক পুথোবকই। অইবীগী লীলাশিং অসি অহিদিয়া অমতং তাকপা য়াম্না হেন্না তেনবা লীলা, অত্তেনবা লীলা অমসুং অশাংবা লীলা হাযবিবা মখল অহুম অসিদা ফোঙদোকই। মণিপুবী সমাজদা নুপীশিংনা ইমুং মনুংদা, সমাজদা থেংনবিবা সমস্যাশিং অসি লৌখত্তুনা এণ্টি বোমান্স ওইনা নুংশি নুংওন্দগী লৈথোক্তুনা উৎথোবক্লি। মহাক্কী মীওইশিংদি

---

১ S C Sen Gupta, The Art of Bernad Shaw (Calcutta 1965) p 48
২ ব্রাহং খবদগী পাউখুম ব্রাখল তককণ্ডবা, অনীশুবা চষী ১৯৬৯।

মীয়াম্না থওইনবীদ্রবা চবা অনী শুনা চাবা ফংদ্রবা যাম্না চন্নবা মীওইশিংনি। মণিপুরী সমাজদি খুঙ্গংনা নম্মী অদুনা অচম্বা পুন্সি অচম্বা ৱাখল ঐখোয়গী নুপীশিংদা লৈবি।

the village women think that they are very happy with their life, they do not need anything to be empowered about it could be lack of awareness of other alternative ways of life or it could be due to ignorance"[১]

মহাক্কী দ্রামাশিংদি খুঙ্গংগী চন্নবা নুপীশিংবু এৱার্নেস পীবা মী অমা ওইনা মথন্তা লেপ্লা ঙমজনবগী ৱাখল পোকহনবা স্কুল্লিং অমনি হায়বা য়াই। আইদিযা অমথক থম্লবা হোৎনবদা যাম্না তেনবা লীলাশিং ভাদা দোলাইপাবা, ভেংবাংশো, লাইর মচা লাইহোবী, নিংঙোল চাক্কৌবা হায়বনচিংবা লীলাশিং অসিদা শৃফম-চৎফম খঙদ্রবী যুম পুবী নুপীশিংগী ফিভম উৎনবা হোৎনৈ। ঐবু চৎলু হায়নুকো, ইয়া ইবুংঙো লৈহাউ চিনবা, ইমাগী মশক্তো অমদি লোইযা লমগী মলযা হায়বিবা অতেনবা লীলাশিং অসিদা অমুক্কসু নুপীগী শক্তম হেন্না মপূং ফানা নৈনদুনা উৎথোবক্রে। ঐবু চৎলু হায়নুকো অমদি ইয়া ইবুংঙো লৈহাউ চিনবা লীলা অনী অসি মতীং লৈ, মুক্কবগী ফজববা মশক উবা ফংঙি। মণিপুরী সমাজগা যাম্লমক চুশিন্নবা মৈতৈ নুপীশিংগী য়ুম পানবদা থেংনবিব' সমস্যাশিং উৎপনি। কলা-সংস্কৃতিদা নুপীশিংনা য়াম্না চাউবা খুদোল তৌববসু সমাজনা মখোয়বু য়ুম্নুবেশ্নী ওইনা লৌশিনবদদি, থাক হঙ্গনা থম্লি। মীৎযেং অসি অইবীনা থুগায়বা পাম্লি অদুনা লোইযা লমগী মলযাদা মালতি অমদি ঐবু চৎলো হাযনুকো-দা থম্বাল পুথোবকপনি। থম্বালনা মতীং লৈনা লেপ্তুনা নুপী ওইবীগী নীংতম্বগা মপূৰোইবগা মুক্কখি। পীক্লিবী মচানুপীবু লৌশিন্দুনা মী ওইনবা শেমগে হায়বা ৱাখল অসি চপ যুংনা লেপ্তুনা লৈখি। নুপীগী মমল লৈতবা পুন্সি, নুপাগী মীনাইগুম্না লৌবা মশাগী নীংতম্বা লৈজদবা 'নুপা'না চাউবা প্রেত্রিয়ার্কি সোসাইটি অসি শীংনদুনা নুপীগী ইন্দিভিজ্যুলিটি তাল্লকপনি হায়বা যাই—

থায়নগী অপঙবী থাজগনবী থম্বাল নত্তে ঐ হৌজিক
হৌজিক্তিনে ঐ নোংশা অমোম ওম্লবনি। (১১/লা. ১৫)

---

১ Asha Mukherjee, Kumkum Bhattacharya (Editors)- **Conditioning and Empowerment of Women** (Introduction) New Delhi 2003

*মচানুপা পোক্তে হায়দুনা হঞ্জিন হঞ্জিন নূপী থিবা, য়ু থকচিল্লগা পৈশা, সনা লুপা পীযু য়াদে হায়দুনা ফুবা অনৌবা নত্তে।* **বৃটিশশিংনা লাম্লুপকী নত্তো** থাংথবীথিবদগী নুপাশিংদা নুংঙাইথোকখিবা পুন্সি; অমুকসু মোদনিটিবু অবানবা কনসেপ অমদা অর্থ হনখিবা ৱাখল্লোন অসি লোইহিজিং-লোইয়া থুংনা মণিপুরগী মফম খুদিংদা শন্দোকখি। মদুগী লোইশিন্দবা ৱাখলগী ভূত অদুনা নুপানা চাউবা সমাজ অসিদা হেন্না মখৌ শঙই। ইনুংঙানবীগী ৱাহৈদা—

> নঙগী নচাদি নূপীনি য়ুমলেপ চাবা তম্বা য়াবোইদবনিনা পিবা পোকপা মখৈদি লুন লুনা তৌনি। . ৱাংজীংগী নূপীদুগা নিংথৌখোংগী নূপীগদি য়াম্না থুনা য়ুমদা পুশিল্লনি ঐবুনা নপাম চৎত্রো ।
>
> (২/লা ৩৫. ইয়া ইবুংঙো লৈহাউ চিনবা)

চৎনবকপী ৱাখল্লোন অসিবু অইবীনা থুগায়নীংঙি। জেন্দব কন্সনেসকী মীৎয়েং অসিবু য়ানীংদনা—

> অঙাং মাঙহনবা য়াদে থৌনা কবী মবিল লৈবী অমা ওইহনগদনি ঐখোয়সু মীনিনা কৈনো(৫/লা ৫৩)

থৌনা অসি নূপী খুদিংমক্তা অইবীনা লৈহননিংই।

অহমশুবা কাঙলুপকী অশাংবা লীলা ওইনা লৌবা য়াবিবশিংদি:— **কবোক ওইগ্রবী কবোকলৈ, মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো, মহালক্ষ্মীগী থুং পায়শেল, হৈয়েন চরোং অচুম্বা; অবোক্কী মঙলান** অমদি **লাইব** ইনাকখুনবগী থলনা ওইহল্লকপা সমাজগী সমস্যা ওইবিবা **ঐ নহোই চংঙরোইয়ে** অসিনচিংবনি। অইবীগী লীলাশিংগী প্রোতাগোনিষ্ট কেবেক্তব অসি নূপীনা হেক হেক ওই। নূপীগী মীৎয়েং উৎনবা হোৎনবনি। অশাংবা লীলাশিং অসিদা মক ওইনা মাদরহুদকী পাউজেল অমা অইবীনা উৎনবা হোৎনবি। যেমলি প্রোব্লেমদা মীৎয়েং থমদুনা মপা মমা কণ্ঠনবদা ভিক্তিম ওইহৌখিবা মক ওইনা অঙাং নূপীমচাশিংগী অৱাবা খুদোংথিবা উৎপনি। **কবোক ওইগ্রবী কবোক্তে** দা মমা ময়ুম পাম্বোকখিবগুম **মমাদো লৈশাবিদো অঙাওবীদো** লীলাসিদসু সুশিলাগী মমা মপুরোইবা লৈনা লৈনা অতোপ্পদা ময়ুম পানখি। **মহালক্ষ্মীগী থুংপায়শেল** দা লক্ষ্মী য়ু থকপা শূনিংদবা মপুরোইবা ফৈজাও

হন্দোক্লমদুনা ময়াং অবতাবগা কাববাব পুনখি। মচানুপাগী পৈশা থম্বীবক্লগা শিখি। লীলা অয়াম্বগী মায়োক্লবা এন্টাগোনিষ্ট কেবেক্তবশিং মীওং অহুমদগী পুখোক্লনা মূক্লহল্লি। অহানবদা মনেম্বোক ওইহিবিবা কাঙবু, অনীশুবদা মচামকপু মীনুংশি য়াওদনা হন্দোক্লম্বী মমাশিং, অহুমশুবদা মপা ওইবা অমদি মপূবোইবশিং। ভিক্তিম ওইহৌববা মচাশিং অসিবু শৌগৎপীনবা মীশক অমমম পুখোক্লনা মী অমমম ওইনা লেপহনবা হায়বসি অইবীগী পান্দমনি। কবোক্লেনা মন্ত্রিগী ইমুং থেংনবগুম সুশিলানা জেলদা ডাক্তব থেংনহল্লি। **অবোক্কী মঙলান** গী অবোক; মহালক্ষ্মীগী **খুৎপাই শেল** গী ময়াং অবতাব, **হৈয়েন চবোং অচুম্বগী** চীংখৈ পূম্নমক আশা মাঙদ্রিবা অইবীগী পান্দম ভাক্তনি। যূম্বাল লম্বীদা তৎনববসু হৌজিক্কী ব্রাবীমচা ইবীশিং নী দেবীনচিংবদা মপামদসু তৎনবা মবী অদুমক ওইহন্দ্রি (মঙদা পন্থুং, তর্পন)।

ভাবতকী সাহিত্যদা গান্ধীবাদ হাযদুনা শোথববা তোম্ববা কাঙবুদা মীৎয়েং থম্বা অদুগুম্না প্রমোদিনীবু য়েংগে হায়ববদি সমাজগী হুম্বা থাক্কী মীওইশিংবু শক খঙবা তাই। খুঙ্গংগী তাম্নবা লোইয়া লমদা যূমদোমপোক ওইনা লৈবিবা মখোযগী মবক্তা চঙলুবা তাই। *'অচ্চা তুকৎচবেদা'* হায়র্নাববা মীওইশিং অদুবু নুংশিনা কোনবীবা ঙম্বা তাই। মখোয়দদি লৌথুপ লৌকোই লৈতে তৌশিন্নবা য়াওদে। মসিদগীনি সমাজগী মপাম্বোংগী শক্তম নৈনবদা অইবীনা হেন্না পামজবিবা। অদুনা য়াম্না ইন্টলেকচুয়েল ওইখিদুনা বুদ্ধিগী অকনবা মবৈ তৌদে। অকনবা ফেমিনিষ্টকী মীৎয়েংদা নুপানা শেম্বা চৎনবী সমাজ অসিবু থুগাযবা পাম্বা অদুমক্তি নত্তে। নুপীশিংবু সমাজদা মশক খোক্লা হিংবা ঙম্নবগীদমক তোঙানবা উইলনা, মহৈ-মশিং দবকাব ওই হায়বা উত্তুনা মাঙ্গোলঙানবী **ইয়া ইবুংঙো লৈহাউ চিনবা** গী, **অবোক্কী মঙলান** গী অবোক মৈতৈ নুপীশিংগী থৌনা উৎপনি। মখোয়গী থৌনা অসিদা অমুক মহৈ-মশিংগী জ্ঞান ফংলবা যুগসিবু মায়বোং য়াদুনা চাওখৎপগী লমজেল চেল্লিবী মালতি, বেমবেম অমদি সুশিলাগুম্বী কযা পুথোবকই। তোংব্রাগী **মেত্রিক পাস** তা কলচব অমদি সংস্কৃতি য়োকখৎনীংবগুম মণিপুবগী তোপ তোপ তাদুনা লৈববা ফজববা কলা-সংস্কৃতি চাওখৎহন্নীংবগী অপাম্বা লৈ। মক ওইনা নুপীশিংনা লম অসোমদা কলাগী জ্ঞান য়াওনা কলাকাব ওইহন্নীংঙি অদুনা মালতি, থম্বাল অমদি চীংখৈঙানবীনচিংবা পুথোবকপনি। মাইবম বামচবনগুম্না ইমুংগী সমস্যাদা য়াম্না কূপ্না মীৎয়েং থম্মী। তোংব্রাগী মচি ওইবা অমদি তোমচৌগী চম্না ফজবা লোনশিংগী থাক

অদুমক নৎত্রবসু অইবীগী য়াম্না বিয়েলিষ্টিক ওইবা অচম্না লোনশিং পাত্রশিংগা চান-চুননা থোকই। ইবগী কলাবু থওইকদবী অইবীনা ড্রামাগী প্লোত্তা মৃক্রদুনা য়াংনা চঙশিনহনবগী মহত্তা ৱাবী লীদুনা পাউজেল অমা পীনবা হোৎনবনা ফুঙ্গা ৱাবীগুম ওইথোক্তবা মঙলান অমখক্তা অপাবশিংবু মবক মবক্তা চৎহনবা য়াওই। থবক্কী মীশক ওইবী অইবীনা থবক্কী পান্দম অদুখক উখিবনা লমচৎকী য়েংশিনবা ৱাংপগী মমি মবক মবক্তা তাবকই। অইবীগী ড্রামাশিং মোবেলিতি প্লেদা মণিপুবী শুমাং লীলাগী মহাও হাপচিন্দুনা কমিক তোন য়াওবা ড্রামা খুদোল তৌবকপনি। মহাক্কী ড্রামাশিং মণিপুবী সাহিত্যদা নুপীশিংনা সেন্টব ওইদুনা নুপীশিংগী থৌনা হাপ্পা মখোয়বু নুংশিজবা মীৎয়েং উৎপনি।

ইং ১৯৮৩ দগী হৌনা লীলা তবামাথোই ওল ইন্দিয়া বেডিও ইম্ফালদা ব্রোডকাষ্ট তৌব্রবী বীনাপানী থোকচোম্না বেডিও ড্রামা অহুম (২০০১) পুথোবকই। মহাক্কী **লৈমন চন্দ্রবী** হায়বিবা ড্রামা অসি হান্নগা খৃ. ১৯৮৯ দা পুথোকত্রবনি। অতোপ্পা লীলা অনী **ভক্তগী কৃষ্ণ** অমদি **কপকেবা নোককেরা** হায়বিবা ড্রামাশিং অসিদা অইবীগী তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং উৎলকই। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী য়ূম্ফম অমা চেৎনা শাগৎতুনা লৈত্রবা মণিপুবী সমাজদা **ভক্তগী কৃষ্ণ** পুথোবকপা নৌহৌননা ভক্তিগী লৈবাং শাৎকায়হনবনি। অনৌবা যুগসিদা ধর্ম্মবু নৌহৌননা নীংশিংহনবনি।

চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা ব্রার্ক কলচববু ইকায় খুমনৈ। অদুবু মণিপুবদদি মসিগী ওন্ন- তৈনবদা হিংননবা ৱানা হোৎনজবিবা তোল্লবা মীওইশিংবু হস্থনা য়েংবী। ফিভম অসি নুপীমচাশিংনা ওইববদি কবম তৌগনি। খুদোং থীবদা তাববী য়ূম্বাল ৱায়োং চাদ্রবী চহী নৌবিবী ফজতোম্বী ময়ূম পাল্লুবগা হল্লক্তুনা হোটেল ফমজে। ক্লাস কনফ্লিক্টকী অকনবা মীৎয়েং অসিদি লান মতুংগী মোর্দন সিভিলাইজেসন্না পীবা মোর্দনিটিগী মীৎযেং অমনি। কহাইলালগী 'তম্নলাইদা' ইচম চম্না হিংজবা মীওইশিংবু তম্নলাইশিংনা ওৎ-নৈবদা খাঙবা ঙমদবা অদুগুম লমচৎ কাম্লবা মীওইশিংগী মিতা-মীৎয়েংদা হিংবা ঙম্নক্তে। নুপীশিংগী ফজবা মাযথোং, চুং ফিবাল চাববা ফিভমবু সেক্সুযেল ওবজেক্ট ওইনদা উবা নুপা কাঙবু খবনা ফজতোম্বীগী থবক শূনবা তিংথোকচবকপা খৃৎপু কয়াবক কনথৎপীখি। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবদি ১৯২৭ দা Katherine Susannah Prichard (1883-1939) Brumby Innes পুথোবক্তুনা নুপীশিংগী হকচাংগী ফিভম্না মাযোক্রহল্লিবা

অৱাবা ফিভমশিং রেডিকেল ফেমিনিষ্ট অমগুম্না পুথোবকপা অসিনি। মীনাই ব্রেক রুমেন অমদি হ্বাইট ব্রুমেন অনীমক্কী ফিভম

"Brumby needs the Abonginal Wylba not for a wife but to satisfy his natural lust For the role of the wife he has the white woman"[১]

ফিভম অসিমক্তি ফজতোম্বীদা তাখিদে। খোয়বগী অপাম্বা পীবা ঙমদবদগী যু থমজিন্দুনা হোটেল মৈ থাহনবা, লেম্না পীবম্বা পৈশানা অতোনবা ওল্লকপা পূম্নমকসিনা থানানা ফাবৱা ফজতোম্বীবু পুকচেল চাউবৱা ফম তাবৱা বাজকুমাৱ চীংলেনম্নানা কনবীখি। ইস্জৎ থাগোন্নবিবা সমাজ অসিদা চীংলেন্না ফজতোম্বীবু লৌশিনবদি ঙমখিদে।

> খোঙ্গুলদা তাববী ঐদি নোংমদি মী পূম্নমক্রা খোঙনেংনগনি ঙসিদি আশাসু থাদোক্লে কম্বাদা ইকায়নিঙায়নো ঐদি লৈমন চল্লবীনি. (লা ২৫)

থৌনা ফবী নুপী অমা ওইনা পুন্সিবু থৌনা ফনা লাম্বেংনগদবা মাল্লম্বা ফজতোম্বী চীংলেন্দা ঙামথখিদুনা নুপীদা নুপী ওইনা তাংজফম থিকই। প্রয়োদিনীগী নুপাগী মপাল তাংদবী মহে-মশিং হৈববী মৈতৈ নুপীগী ওন্ন-তৈনবদা নাক-য়েংকী ফিভম্না তুহৎপীববী নৈহৎপীববী ওইনা উংলকই। মখোয়দি থম্মোয় পান্দে হংগী লাইনি খোঙ্গুলদা তাপ্রবদি অমুক হন্না খুঙ্গৎপা য়াদে অদুমক মাঙজগদবনি হায়বা শুদৎপীবগী মীৎয়েং অসি নীংবা কায়বগা লোযননা পাউদম্বনি।

মেটবিয়েল সিভিলাইজেসনগী মীৎয়েংদা লাইবিক-লাইশূ হৈববী অনৌবা মীবোলশিংনা অবানবা কন্সেপ অমদগী থেংনবিবা চৈনা উৎপা ড্রামানি 'কপকেবা নোককেরা'। কোলেজগী ওজা ওইবী বোহিনী মপুবোইবদা নুপীগী হক তাল্লুবদগী কাং-খোং চাইবক্তুনা মংলেমজাউনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবদগী নীংবা কায়হৌই। লিবরেল বাইট অদু থম্মোয়গী বাইট ওম্মোকহৌবা হান্নগী চৎনবী নীয়ম ঙাক্লিবা ড্রামানি। অইবীগী লীলাশিংদা নুপীদা চৈথেং পীবিবা অশোয়বশিং অসি উকবগসু

---

১ Kathenne Susanannah Prichard's Bumby Inners' Feminism in the Australian Outback— S K Tikoo Feminism & Literature Editor- Veena Noble Dass, 1995 P 60

হন্না থুগায়দুনা শেম্নগী পাঙ্গল যাওদে। অদুনা ফজতেম্নীনা মোবেল কোদ থুগাযদুনা পন চোংবা ঙমদে অমদি বোহিনী চৈনা ফংহৌই। মেলোড্রামাগী মশক অমা উবা ফংঙি।

শৌগাইজম লৈঙাকলেম্নীনা **ইতা লাইখি লুবাক** (১৯৯৪) দা পুথোবক্নুনা তোপ তোপ্না লীলাগী মহাউ অমা নুপী মবক্তগী পীনবা হোংনবকই। লীলা অসি প্রদক্সন্দা হেন্না মপাল তাংবা অনৌবা চাংয়েং থিয়েটবগী খোঙচত্তা থম্বা য়াই। মীওইবগী পুন্সিবু নৈনৈ, মকওইনা নুপীগী পুন্সিবু নৈনদুনা উৎলি। অঙাং ওইবিঙে মমা-মপাগী মনাক্তা নীংতম্না হিংলিঙে নুংঙাইবা পুন্সি ওইবন্মী। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা মযূম মকৈ পাল্লগদি লীপুন অমনা চেৎনা পূল্লি মসি হেক কাযবদা পুন্সি অদু মথোং চাদে।

লীলাদা লীলা উৎপনি, হাযনৈ তাইবং ফম্বাক লীলাগী ফম্বাকনি মতৌ অদুগুম্না অঙাংশিংনা পুন্সি লীলা লাইখিদা মতৌ তমদুনা শান্নে। পোলিটিকেল প্লে ওইনা পুথোক্লিবা ড্রামা অসিদা চহী ত্রেৎ খুন্তাকপা নীংশিংহল্লি; মীকপ থোক্লকপদনা হৌজিক্কী তাইবং নীংশিংঙি। অঙনবা মতমগী লীলাগুম নায়ক নায়িকা মদুগী মাযোক্তা মাযোক্লবা মীশক (ভিল্লেন) শেমদুনা পুথোবকই অদুনা বীব, করুণ, শৃঙ্গার বসনচিংবা ভাবতীয় কাব্য শাস্ত্রগী রসকী যূম্ফম কায়দনবা হোৎনৈ। টোটেল থিয়েটবগী মশক্তা শৈহৌ ঈশৈ ওইনা গ্রীক্কী কোরস অমদি মৈতৈগী নট সংকীর্তনগী মশক্নুম মোইবুং খোংদুনা জগোয ঈশৈ লোযনহন্নবা হোৎনৈ। ড্রামা অসি সাহিত্যগী পোথোক ওইবদা নত্তনা থিয়েটবগী পোথোক ওইনসু মায় পাক্লা থল্লি। অইখীনা হৌজিক্কী তাইবংদা মীকপ থোকহন্দুনা কোইবেং কয়া অমগী থৌশাবিদ্রবা নুপীগী শক্তম উহনবা ঙন্নি। অঙাংগী শান্নবোলগী ঈশৈনা য়াম্না ফজনা মতম অনী শমজিহন্নবা হোৎনৈ

হো-ইতা ইতাখোয়, হিদাকফু মচা তোংদোংবী
স্বাইবমবন্দগী খোংখোংদা ঙাবাকপীনা ঙাবাকই
ইনচিংবনা ইনজিংই দারোগা বাবু সেৎ-সা
ময়াং সিফাই দোং-দোং নযুম মৈজাও গ্রোং
হো-ইতা ইতাখোয়, হন্দক্কী লানসে কল্লিদা (১/লা ২৭)

লোনগী মশক্তা ইমেজবী কয়া শীজিন্দুন ফজনবা হোৎনবি অদুবু নবমনি অমদি হাওবম তোম্বগী লিবিকেল ওইবা অদুদগীদি তাথে। লীলা অসি কলাগী ওইবা মীৎয়েংদা চুং-ফিবাল চানা লেপ্লা ঙম্মী।

কোন্ত্রইলাৎপম জয়মতিনা বেডিও লীলা মবি লৈরাং লৈচল (২০০৪) পুথোবকপা অসিনা মণিপুরী ড্রামাদা নুপীশিংগী পূক্কে হেঙ্গৎহল্লি। অইবীগী লীলাশিং ভাবোক মশিং খাইদগী য়াম্না লৈবিবা মণিপুব মীয়ামগীনি। অদুনা মথোৎ কাবকপা মতমগী নুংশি-নুংঙোলগী ৱবীশিং য়াম্না ইমোসনেল ওইনা উৎনবা হোৎনৈ। ঐ নত্তবু নুংশিদবদি নত্তে লৈতাঙ্গেম বামসিংগী জাৎ ওনবা নীংশিহল্লি। বামোন অমসুং মৈতৈ লৌনবদা মকা ফোঙনা অথিংবা লৈত্রবসু চুশিনত্রবা ৱাখল অসিদি পাক কোক্তে। প্রিয়াগী মামোগী অপাম্বা কায়হন্নীংদবদগী বামোন বিক্রমনা প্রিয়াবু থাদোকখি। চৎত্রে মহাক্তি হায়বা ড্রামাসিদা নুংশিবগী পন কয়া নমখায়দুনা লুহোংগদৌববী জয়া শিখিবদগী সুবজনা পুন্সি চুপ্পা পুক্লীংগী চৈনা খাঙখি। জহেবাদা সমাজগী জাৎ-বিজাৎকী পল কিবনা জহেবানা কুঞ্জোবু ইপ্থোকখি। বীনাপানীগী লৈমন চল্লবীদা চীংলেন ফজতোম্বীবু লৌশিনবা ঙমখিদ্রবসু নীংনবগী মহৈনা বদনাম চাকব্বী আশা মানা নুংশিজবা বিমলগা নুংশি ৱাইথুংনখি থাজবগী ৱাংমদা হায়বা ড্রামাসিদা। নুংশিবগী কৎথোকপা উৎলবসু অইবগী থৌনা যাওবা মীৎয়েং অমনি। নত্তা ওইবগী নুংশিবনা য়াই থাত্রবা শাবি-শানৌশিংনা পুন্সি হায়বসি হিংবনি হায়বসি কাউথোক্লুই। অদুনা অহল-লমনশিংগী পাউতাক ৱা থওইকদনা য়ুম পাল্লুবা বাধা অমসুং বিজেনগী সমস্যা উৎপা ড্রামানি পুন্সিসে মঙলান্নীকো। অইবীগী ড্রামাশিং অসিদা মমা-মপা ওইবীশিংনা মচাশিংবু য়ুম্বাল পুন্সি চঙবদা নুংঙাইহন্নিংবা মখোযগী ৱাখলদা চৎহন্নিংবা অমা উবা ফংঙি। মসিগী মায়োক্তা মচাশিংনা হেক হেক মাযোক্নদুনা শাগৎপা লীলাশিংনি। নুংশিবগী পন্থুং তানবা হাযবা মীৎযেং অসিদা পান্দম ওইখিবনা অহকপা ড্রামা ওইবা ঙমদ্রি হায়বা য়াই। অসিদসু নত্তনা ইং ১৯৭৫ দা মিংশেল যেংলুবদাকৌবা নুপীশিংবু এব্রার্নেস পীবা সমাজ সংস্কাবদা য়ুম্ফম ওইবা ড্রামা অমা চিত্রা দেবীনা পুথোবকই। অমদি থাগোই দেবীগী মাইথোলোজি প্লে পোইবৈতোন খুন্থোকপা ইং ১৯৯১ দা পুথোক্তুনা সাহিত্যগী পূক্কে হেগৎহল্লকই। মশাগী লাইবিক ওইনা পুথোক্তবসু ওল ইন্দিয়া বেডিও ইম্ফালদা শন্দোকপ্রবা লীলাশিং অসিগী মনুংদা নুপী অইবী কয়াগী ড্রামাশিং য়াওবি। খবদং পঞ্জববদা— মুতুম দেবলাগী পুন্সি সন্ধ্যা ওইরকপসিদা (১৯৯৮), লায়েং শঙ (১৯৯৯), প্রলয়গী মৈবি (২০০০), লাইশ্রম শান্তিবানীগী হিংখিসিবা নঙান্দা (১৯৯৬), ইচে লৈবিসিদি (১৯৯৮), মীৎয়েংদুনা (১৯৯৯); মমা শাবীগী মমোম (২০০০), মপোকসিনা ইরালনি (২০০২), নোংঙানখিদ্রবা অহিং (২০০৩), খুমজিনখিদ্রবা দাইবি (২০০৪), আব কে

**স্বর্নলতাগী ব্রাহে পরেং অমগী অউনপোৎ, কায়রবা থম্মোয়গী অশির্বাদ, পিবাদসু নত্তে নিঙোলসুনি, ঐগীসু থম্মোয় পাল্লি;** এস. থানিললৈমগী ষ্টেজ প্লে ওইনা পুথোকখ্রবা ঐ ভাওবা নত্তে, কদোমদনো চৎলিসিবো, নোংলৈসিদা লেপখ্রবদি অমদি সলাম শান্তিবালা, অনৌবম মেমচা, সোবীতা বাচস্পতি, ব্রাইখোম হেমোলাতা, চিবোম থোইবী অসিনচিংবগী শন্দোকখ্রবা দ্রামাশিং অসিনা সাহিত্যগী থোঙদা হেক য়ৌবকপদা নুপী দ্রামা ইবী কয়া অপাবশিংনা ফংগদৌবিবনি।

বিনোদিনী, প্রমোদিনী, বীনাপানী, লৈঙাকলেম্বী অমদি জয়মতি অসিনচিংবা অইবীশিং অসিগী মীৎযেংশিং অসি পুনশিন্না য়েংবা মতমদা নুপীদা হেন্না মীৎযেং থম্বা উবা ফংঙি। মওং অসিমক পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা ইনবিবা নুপীশিংগী খূৎইশিংদসু নুপীনা প্রোতাগোনিষ্ট ওইবা অসি অদুমক উবা ফংঙি। প্রমোদিনীদি নুপীদা নুপীগীদমক খল্লি নুপাশিংগফাও শীংনদুনা লেপ্লী। মহাক্কী নুপীশিংবু অপঙবী নুপী অমগুম্নদি লেপহন্দে লাইবিক লাইশু হৈববী স্তান তাববী অমা ওইনা লেপহল্লীংঙি। বীনাপানীনা নৈহৎ তুহৎপীববী নুপীশিংগী উপায লৈজদবা মতৌ, লৈঙাকলেম্বীনা সমাজগী তং তাদ্রবা পুন্সিসিদা থেংনবিবা নুপীগী ফিভম অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা মীৎযেং কয়া উৎলকই। নুপী অইবীশিং অসিনা শেম্নকপা নুপাগী চবিত্রশিং অসি যেংশিল্লগা থম্বা মতমদা প্রমোদিনীনা নুপাগী কেবেক্তব যাবিবমখৈ লৌথোকখিনবা থাদোকখিনবা হোৎনৈ। বীনোদিনী, লৈঙাকলেম্বী, জযমতিনচিংবী অইবীশিংগী মকওইবা নুপাগী কেবেক্তব সমাজগী চৎনবী মবঙা হিংলিবা ঙাক্তনি। অদুবু বীনোদিনীগী গৌতমদি নুংগী মঙালদা উবা ফংলিবা থম্মোযগী লমদম থিবিবা নুপা অমখক্রি। বীনাপানীনা তৃমদুনা লৈববা নুপাশিংবু মীকপ থোক্লবগীদমক কযাবক থোঙ থিল্লবসু চৎনবীগী থোঙ অদু চেৎনা লোন্নদুনা চীংলেনম্না অমসুং মংলেমজাওনা নুংঙাইনা তৃমখুল হল্লি। ভাবতকী নুপী অইবীশিংগী মবক্তা বাংলা অইবী মহেশ্বতা দেবীগী Mother of 1084 ভাবতকী অনৌবা দ্রমাগী ঈচেলদা অনৌবা মহাউ পীদুনা ভাবতপু মীকপ থোকহনবা ঙম্বা দ্রামা মণিপুবী অইবীশিংদগী থোক্লক্লোয হাযনীংঙাই লৈতে। হৌজিক্কীদি যুগসিগী হোংলক্লিবা মীওইবগী লমচৎ অমদি সমাজগী চৈনেনববা সমস্যা কয়া অসিদা অকনবা মীৎযেং চঙবা উদ্রি। মকা ফোঙদ্রবসু সমাজগী অশোযবা চৎনবী কয়াগী মায়োক্তা ব্রাহং হংবা হৌববনি। ঈচেল অসিনা লেপত্রবদি শোযদনমক অনৌবা লীলাগী খূৎই খূৎফোঙদোক অমদি অনৌবা ব্রাহম্থোক যাওবা লীলা কয়া থোক্লক্লগনি।

## মরী লৈনবা লাইবিক অমসুং চেফোঙশিং :


১। লৈনবদা লৌখৎচবিবা ড্রামাগী লাইবিকশিং।

২। Dass, Vena Noble (ed ) **Feminism and Literature**,Prestige, 1995 ।

৩। Gupta, S C Sen, **The Art of Bernard Shaw** Calcutta, 1965 ।

৪। Mukherjee, Asha & Bhattacharya Kumkum (ed ) Conditioning and Empowerment of Women, New Delhi, 2003 ।

৫। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ব্রাখল ৬শুবা অনীশুবা চহী ১৯৬৯।

৬। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, সাহিত্য ৬৮শুবা মশীং, ১৯৮৭।

৭। রাইটর্স ফোরম, সাহিত্যগী পাউ ১৫শুবা মশীং, ১৯৯৩-৯৪

৮। Despande, G P (ed ) **Modern Indian Drama** Sahitya Akademi, 2000

৯। Sahitya Akademi, **Who's Who**, Vol 1 and 2, 1999

১০। **Contemporary Indian Literature**, Sahitya Akademi 1981 (4th ed )


--( )--

# জি.সি. তোংব্রাগী ড্রামাদা নুপীগী শক্তম

জি সি তোংব্রা, মণিপুরী সাহিত্যগী ড্রামাগী অতিযাদা তোমথিন ঙাল্লিবা ড্রামাতাবানি। মহাকপু কবি নীলকান্তনা নহিতোম থোবকপা, মতুংইনবীনবা য়াওদবা, ইনবা ফাওবা ঙমদবা মীশক অমনি হায়খি। সোরোখাইবম ললিত সিংহনা (১৮৯২-১৯৫৫) ইং ১৯৩১ দা পুথোবকখিবা 'অরেপ্পা মরুপ' না (ফোঙবা, ১৯৩৬) মণিপুরী ড্রামাগী অহানবা সামাজিক নাটক ওইনা লময়ানব্রবা মতুংদা, জি সি তোংব্রা (১৯১৩-১৯৯৬) সাকখাংগী অনৌবা মণিপুরী ড্রামাগী খোঙচৎ হৌই। মীনা চানবগী মখল্লা শারুব্রবা অহানবা লাও বক ওইনসু ফোঙব্রবা নীলাশিং অসি ভাক্কক কয়া থোক্লা খাযদোক্তুনা থম্বা য়াই। খাল্লা ঙল্লিবৈ, নোংচুপলোমগী মইরাং ইরাসেন অমাদি বনালি শোন-চিংবা অইংসিংদা মমি তাদ্রিবদা মণিপুরগী লৈচাওবানা শাগৎচনা নীংশিংদা পনবা যাবা খবাদি— লুপা সনা, জর্জনা মশাবু ভেলদা, জুব্রানদগী কবি, ইন্দিরাদা নঙ্গো থাবা, মণি-মমৌ, ঐগীনা হান্না, লৃদ মী চঙবা, পক্টব, মিষ্টর দেমর্বাগার অসিনচিংবনি।

ইং ১৯৫৫ দা সোসাইটি থিয়েটর হায়না ওনখিবা নেসনেল থিয়েটরদা নীলাশিং অসি ইং ১৯৪৫ দগী শান্নবা হৌরকখি। অঙনবা ড্রামাশিং অসিদগী তোংব্রানা মণিপুরী নুপীশিংগী শক্তম য়াম্না মপুং ফানা নৈনদুনা উৎপা হৌবকত্রে। মাইওলোজিকেল্লা ওইবা মীৎয়েংদা মীওইবা হায়বসি খনল অনীনি— অমনা নুপা, অমনা নুপী। মবম অসিদগী লীলাদা নুপাশিংনা মরু ওইবগুম নুপী কৌবা মীওইবা হাথবা অসসু য়াম্না মরু ওইবা কেরেক্তর অমানি হায়বসি তোংব্রানা উৎনবা হোৎনবকই। নুপাগী কেরেক্তরশিংদু যাম্না মমুৎ তানা নুং ফাওনা য়েংলকপগী মতাংদা অইবা মশানা হাৎবগা রাফম শম্মা নীংশিংদবা ঙমদে—

ঐবু খবাইদে লুনা তৌহিন্দি ঐথো' ইমাবোক্তি কেথোকহনবা
লম তেলহনাসু মানি। ঐনা খাইদগী নুংশীখবা নুপীসি মহাক্তি
মাগী ঐ কবিমতা তৌবা ঙমখিদে। মবম অদুনা ঐ নুপীগী

> চাওখৎনবা লম্বীদা য়াম্না ইনীংই। মচা পোক্তবী অমদি মমা পোক্তবীবু লেখক কয়ানা থীনা ইবিবা থেংনৈ- ঐ মদু কয়া পামদে"১

মীৎযেং অসিদগীনি তোংব্রাগী নুপী কেবেক্তবশিংনা অতোপ্পা অইবশিংদগী তোখায়না লেপ্তুনা লৈবিবসি। মণি-মমৌ লীলা অসিমক জেনবেসন গেপনা ওইহনবা হান্নগী মীবোল মনেমগা অনৌবা লাইবিক লাইশু হৈবরী মমৌগা তৎতনা খৎন-চৈনবা মণিপুরী সমাজদা য়াম্না তোযনা থোকপা থৌদোক অদুবু পামদে হায়বা উৎপনি। নুপীশিংবু অইবনা জ্ঞান তাহন্নীংঙি। মতাং অসিদা অনৌবা মণিপুরী দ্রামাগী অপোকপা তোংব্রাগী মমায য়াম্নি, ৱাখল থৌই। মহাক্তি সোসিয়েলিষ্ট অমনি বাইওলোজিষ্টনি অমদি বিফোর্মিষ্ট অমনি। সমাজ অসিবু সোসিয়েল ইক্কেলিটি ওইবা, সোসিয়েল জষ্টিস লৈবা অমদি সোসিয়েল বিফোর্ম তৌবা পামখি। ইং ১৯১৩ দা পোকপা তোংব্রানা সমাজগী অওনবা শকফম অসিদা নুপী মীবোল অনী শমজিন্নবকপগী অৱাবা ফিভমগী লংদাই অমাক উবক্র্রান।

মণিপুরদদি মহৌশাদগী নুপীগী নীংতম্বা ফিভম খরদি ফংনকই। মপান থোক্তুনা শূ-নোমদুনা পৈশা তানবা অমদি বম্ম-কম্মগী তৌবমদা নীংতম্না শকক যাবদা অথিংবা লৈতে। লুখ্রা ওইহৌববী নুপীনা মযুম অমুক পানবদা সমাতনা অযাবা পী। অদুগ্নু মসিনা নুপীবু মনীং তমহনবা, ৱাখলগী অৱাংবা থাক য়ৌদা চনহনবদি ওইখিদে।

নুপাশিং ফাওনা নোংচুপাকী মহৈ তম্বদা মতৌ হায়র্নবিব মতমান। অদুনা নুপীশিংনা মপান থোক্তুনা মহৈ তম্বা, কলা সংস্কৃতিদা শান্নবদা, লৈচ ক্লান্দা হীবম খূদিংমক্তা য়াম্না শোর্থাব হাযবসি উবকই। মপুং ওইনা গদিবনীপাঙ মহাবাক্তগী মতমদা চঙশিল্পর্কখিবা ধর্ম্মনা সতীগী যিাম অমা শন্দোকপা হৌবকই। অমবোমদা অবিবা মতমগী চৎনবোলদা নুপীশিংবু মম মপা, মরুং মৌপ্পগী অপাম্বগী মতুং ইন্না খূদোল ওইনা ফাওবা সীবগী চৎনবী লৈবগা, নুপীশংবু তাংজবী ষ্টবী ওইহনবা খংশোন শোন্থবা মতম অমা ওইবর্কখি। অদুনা সতীপ্রথা শমদোংবা নুপাশিংনা নুপী মশীং য়াম্না থম্বা চৎনবম্মী, নুপীশংবু শা-মণগুম মমল হনবগী চৎনবী লৈবম্মী। মসিদগী নুপীশিংদি মপা, মপুবোইবা অমা মচা নুপাগী মীৎযেং খাদা লৈগদবনি হায়বগী ৱাখল্লোন লাক্লবকই। অসুম্না নুপী ওইবীশিংদা যূম্বানবগী চৎনবী অসিনা

---

১। প্রো এন তোম্বী ক্তি সি তোংব্রা নৈনবা বাবেং নওশাবাল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল ১৯৯৯।

ওইহল্লিবা ফিভম অসিমক্তা অইবা অসি য়োমদুনা চাউবকখিবনি। মতাং অসিদা য়েংবা য়াবদি মমা অহুমগী মনুংদা তোংব্রা অনীশুবা নুপীগী মচানি। ফিভম কয়া অসি থেংনবক্লবা অইবনা নুপীশিংবু মীকপ থোকহনবা পামখি। অমবোমদা অমুক্সু শেল-থুমগী ফিভম ফত্তবা মণিপুরী সমাজদা নুপীশিংনা শূ নোমদুনা মচা-মশূ অমদি শূনীংদবা মপুবোইববু থাক্লবা হোৎনবদা 'বন্দি অমগুম্না লৈবি। মবমসিদগী তোংব্রানা চৎন-লোনচৎ অমগুম্না লৈববা মযূম পান্না পান্না হাযবদি যূমগী কুপনোম তৌনা তৌনা শেল-থুমগী সমস্যা মাযোক্লবিবা মীৎয়েংলোমদগী নুপীশিংবু য়েংবা হৌবকই। পুম্নমক অসি উৎনবা হোৎনবদা হান্নগী ত্রেদিসনবু য়োক্লুনা থম্বী অবিবী নুপী মীবোলগা চৎনবী থওইদবী অনৌবা নুপী মীবোলগা অনী অসিগী মূক্লবা উৎনবা হোৎনবকই। মহাক্কী অঙনবা লীলা খবদা মোবেল কোদকী চৎনবী অসিবু কান্দুনা চৎতবী নুপীশিং মেত্রিক পাসকী প্রত্যাপকী মমা মধুমতি, মপুবোইবা অমদি মনেমদা চঙজখিবী মণি-মমৌ গী বাশমনির্নাচংবা কেবেক্তব উবা ফংব্রবসু মতুং তাবকপা লীলাশিংদদি অওনবা পাম্বী নুপী ঙাক্তা পুথোবকই।

খ্ব ১৯৪৫ দগী ১৯৫০ ফাওবা সি সি স্কুলদা ওজা ওইবা মতমদা ইখিবা দামাশিং মপানগী ঈথিল চঙদে হাযর্বসি তাকই। খ্ব ১৯৫৪ দা নুমিদাং তম্বা ইম্ফাল কোলেজগী লেকচবব ওইনা থবক তৌবে। মতাংসি অইবগী মীৎয়েং মাইকৈ হোংবা হৌবকপা মতম্রান। মতাং অসিবু অইবনা হ্রসুম্না হায—

> তল্লিবা ছাত্রশিং অসি ওফিসতা থবক তৌবা অচৌবা ছাত্র ঙাঞ্জনি। ব্রাহং যাম্না হংই। অহানবদা ঐ যাম্না হৈনবমদে খঙনবা হোৎনবদা লাইবিবক কযা পাবা তাখি।

চাওবাক্লা ইং ১৯৫৪ গী মতুংদা ইবকপা লীলাশিংদা নোংচুপলোমগী ঈথিল চঙবা হৌবকখিবনি হাযর্বসি অইবগী মোর্ৎনি। মসি হাযদুনসু '৫৪গী মতুংগী লীলা খূদিংমক লোয়িনমক মমি তায হাযবদি হাযমনবা থোক্কনি। মহাক্কী নুপীগী কেবেক্তর্বশিংদা তাবিবা, যেংলিবা অসিদি মতম অদুগী মণিপুব সমাজগী লৈহাওদগী শাগৎচবকপা পোথোক ঙাক্তনি। মহাক্কী অওনবা পাম্বা খূৎনা শোক্তুনা পুথোবকপনি।

মণি-মমৌগী বাশমনিনা অন্ধবিশ্বাসকী কূযোম্না যোমশিনব্রবা মনেম ইবামনিবু অনৌবা মতমগী আনোক উপহন্নবা হোৎনববসু মৈতৈ নুপীগী শক্তমগী

---

১। ইবিদ।

চৈ অদুনা অনীমক্তা ৱায়েনখি। খৃৎ হন্দবী ইমা সীতাগী মথক্তা পুক্সিবু য়েদুনা পান্দম য়ৌনা চৎলিবী মৈতৈ নুপী হিবামনি অমদি মেত্রিক পাসকী মধুমতী ঐখোযগী মীৎলমদগী নাম্বোক্তুনা চংপা যাদ্রবী অশেংবা মৈতৈ নুপী ঙাওনি। হিবামনিনা মচা মনিবতনবু মেস্থবগী থাক য়ৌনা থাঙ্গৎখিবা, মধুমতীনা প্রতাপপু মেত্রিক পাস তৌনবা মণিপুরগী মপান্দা লাইবিক তমহন্দুনা হোৎনখিবা, থেংনখিবা চৈথেং কযা হৌজিক হৌজিকসু ঊববা লাযববী লুপ্রা ওইহৌববী জাতি অসিগী নুপীশিংগী শক্তমনি। মণি-মধুমতীগী বাশমনিগী ৱাহৈদা—

> মদু নখোয়দা শঙহনবিযো, ঐ লাইবিক হৈবানে, ইমুংগী
> মেনেজমেন্ট ঐনা পুনি মখোযনা পবক অৱাব নোমনি।
> লাইবিক হৈতব মখোযন ঐঙোন্দা হুকুম তৌব যাব্রাও?
> (লা ১১)

হাযনা মবায হাইগৎলকাইবী লাইবিক হৈবী নুপীগী থাক অসি মেত্রিক পাস-কী থাবিকথা অমদি ইবেম্মা য়ৌবকপদা চাওখৎপগী থাক ফজনা কাবা ঙম্নবী নুপীশি ওইবকখি। থাবিক্কী নুপী ওইবীগী মুক্লবা অদু প্রতাপকী মেত্রিক পাস তৌনবা কুনাইন ওম্বোকহনখি, ইবেম্মনা অমুক পুক্সি মেত্রিক্কী ঈপাক লানবদা হিবোয ওইনা মতুং পাংখি। নুপীশিং অসি পুক্সিবু মশক মুন্না খঙলবী চাওখৎপগী ঈচেল অসিদা মী অমা ওইনা মশক থোক্না লেপ্না ঙম্বা হোৎনবিবী ঙাক্কেনি। আসঙ্গুম্বা লীলা অনীসিদা ফংলিবা নুপীগী কেবেক্তবশিং অসি মহাক্কী লীলা কযাদা যাওবিবা ঙাক্কি। লৃদা মী চঙবগী নুপীমচানা মপুবেইবনু শান্তিগী লম্বীদা পুবক্লবা হোৎনবদা বাক্তখিবা অমদি মপুবোইবা নবিন্না শিগ্রবা মতুংদা মহাজনগী সম্পতি ওঙ্গায ফংলৌবা পুম্নমক অসি ইকোনোমিক কণ্ডিসন্না শেমখিবা মীতৈ নুপীগী শক্তমনি।

নুপাশিংনা নুপী তবা লোনবদি যাবা নুপীশিংবুনা সতীগী মিংদা লক্ষ্মণগী লৈইগুম লমচৎকী কোব অনখক্তা নমশিন্দুনা থম্লগ থাউশুম্নবা গাডী-মণফুম চাওখৎলবা সমাজ অসিদা মমিৎ ঝুমজিন্দুনা থম্বা অসি তোংব্রানা শুকযা যানীংখিদে। ঙমজববদি নুপীশিংগী থোৎ-মেংলবা হকচাং, নুংশিববা খোঞ্জেল, থৌববা ৱাখল-লৌশিং শীজিন্নদুনা হিংবগী নুংঙাইববা মশান্না অসি মপুং ফানা শান্নগদবনি হাযবসি মাগী লীলাশিংদা মপুং ফানা উৎলিবা মীৎয়েং অমনি। মহাক্কী মাষ্টরপীস ওইববা ঙবোংখাউদা (১৯৭৪) ৱাখল্লোন অসিগী মমুন ফাববা উহৈ চাবা ফংলবসু থাখিবা মতমদি অঙনবা লীলাশিংদগী শাগভুনা লাক্লবনি। তোংব্রাগী অয়াম্বা

মমা নুমিৎলৈসু পুন্সিদা নুংঙাইনা হিংনবগীদমক মবি-মঙাবক ময়ূম পানখি। নুমিৎলৈনা মচাবু পৈশা লৌদুনা যোন্নবা হোৎনবকপা মতম অমগী অদুগা হৌজিক হৌজিকমকসু মফম খবদ চৎনবিবা নুপীবু মমল হনবগী চৎনবীগী মায়োক্তা নীং তম্না তানবনি।

নুমিৎ লিশীং ৫, লুহোংনবা ৱা লোইনৱপোৎনি, নংগী চবোই শেন্দাং মতেক মতাংশিংদু লোইন বিদায় তৌখ্রো। নুপীমচা লম হেন্নু, নবিংজেল ইবিংজেল খংনবপোৎনি।

নুংশি মীবু সন ইবোইগুম যোনব্রোও?

নুমিৎ ইনাকখুনবা যুমজাও অমগী মবেম্মা ওইকনবা লৈমশিঙ অম ওইনা য়োন্দৌবিবনি। মমল কাবিবা মীবু লৈকোন্দ শাৎপ অতবগুলাপকুম লেমন থেৎলুদ্রাও পাখংগী কোট্টা অপংগী'

**ঐ, ঐ নত্তে** হাযবা লীলাদা তিংগোং অমদি লোং খজিং চঠী নৌবিবাশিংনা শেলগীদমক নুপাশিংগী মতুং ইন্দুনা ইম্ফালদা লীলা যাওবা সিনিনা নম্বা চৎপা, পৈশা পীবগা মবুবোক্ত মৌপ্পা লায়ববনা হবাওবা সমাজ অসিগী নুপীশিংনা। শল থুম্না যৈশল্লবপা চৈথেং অদু উৎপনি। **রাজকুমাব শোল্লবী** দা পৈশা পাযবা মপুবোযবনা নুপীবু নমশন্দুনা থম্না পামদবদগী লালার্বাতনা লীলা পুথোক্তুনা লৈখি। লৈবাকলৈসু পামদবা নুপাদা লৈগদৌবগী শকক লীলা যাওদুনা নুপাশংবু লক্লদুনা লৈথোকখি। **তাজমহল**-দা বানীনা মাবু শেম্নীবম্না বাজাগী মতুং ইন্দনা শিবগী মহুত্রা মহাকনা মী হাৎলগা শিন্নবম্না মদলাশিং অদু পার্মাশল্লগা যাদবকা লুহোংদুনা লৈখি। বাজাগীদমক নীংশিং খুদম ওইনা শাবিক এমা চৎখি। বম্মগী মিংদা সতীবু কোল্লগা মীওইবগী ইন্সটিঙ্কশিংবু খুমজিন্দুনা থম্না হাযবাসি তাৎ অমনি। মোবেলগী ফিজোল অসি হাইদোক হাইদোক্তুনা লেগেটিভতগী পোাজটিভ ওইবা মীওইবগী মমি এমা নুপীশিংদগী পুথোবকপনি।

অদুনা **ঙবোংখাউ** দা সনাজাউবীনা তোমালো কযা ববাহল কযা শান্নমিন্নৈ, ধনেগুম্বা, সুকুমাবগুম্বা শামু লমশা কযা ফামিন্নৈ

"নঙ' নতেং যাওদ্রবদি এক্সিদেন্ট কয়া থোক ঐবু মাংজত্রসনু সিবাও পুকফত্তা' ঐনা হুজিক লাক্লিব শামু লমশা ফাবগি

> থবকসিদি নঙগুম্না ট্রেনীং পাশ তৌববা মাহুৎ য়াওদবা যাদবনে।" (লাঃ ৯)

তোংব্রানা হিন্দুনহিজেসন্না খূদোল তৌবকপা সীতা সাবিত্রিনচিংবা সতীশিংবু যাম্না শাউই। ঙল্লবদি থম্বালনা গোমতি মহারানী ওন মচা চিৎশাইবু নিংথৌগী তাঙবলদা থাঙ্গৎপা কায়দে। অদুনা ড্রামা কয়াদা সতীশিংবু ফোংনা করেন্নে।

> লঙ্কাগি হিংচা হিংচাবী মবক্তা সতী সীতাবু থা খব লৈকবে হাযদুনা অযোধ্যাদগী প্রজা খবন চিংনখি। মদুগী মহৈন লাঞ্জ্রবী সীতা বাল্মীকী বন্দ রান অঙাং অনী যোকখি। শাওগনবা দূর্বাশা মুনিগী শাপ্তগী সতী শকুন্তলা চীংথক্তা বান মচা য়োকখি। মবম অদুনা অশিংবা মীন কিহোমগি মমীৎ থৈবোংগি মকুবু শাওনদে, চিংনদে। নুপী ঐথোয়দি থম্মোযদা অমৃত চেনব জাৎনি। (লা ৩৪/ঙবোংখাউ)

সন্যাজাউবীগী কেবেক্তব অসি নুপী অমসুং নুপা অনীমক্তা চপ মান্নবা মোবেল ইক্যুয়েলিটি অমদা পুবকপা পাম্বগী মীৎযেং উৎপনি। মতৌ অসুম্না 'উপু ব্যক্তি' দসু শেঞ্জেংনা নুপী চাউবী, মচানুপী ভাবিনী অমদি মচানুপাশিংগী মহুত্তা চন্দ্রজিনী, কিরনমালা অমদি শেখরনচিংবগা শিন্নখিবসু নুপীগী নীংতম্বগী লম্বেন থোনবনি। মতাং অসিদা অরাম্বম সমরেন্দ্রগী নুপীগী কেবেক্তব লৈবাক্লৈগা চাংদম্নদুনা যেংবা যাই। নুপানা চাওবা সমাজ অসিদা যুম্বান নাতে চাদ্রবী লাইবক থিবরী লৈবাক্লৈনা নুংগী শক্তি অমখক্তা নুংশিনবু চেৎনা কোন্দুনা খাঙখি। তোংব্রাগী মফমদদি শানি-শানৌশিংগী নুংশিবা হায়বসি লৈঙোযনা শাবা ফুবাগুম্না জ্বায়-জ্বায় নীংখাযবকই শেল-থুমগী অকনবা নোংলৈনা হুন্বদা। অদুবু নুপীশিংগী যুম্বান-লোনচৎকী অনৌবা মায়ওন থিবখক্তনা লোইবা নত্তে।

মহাক্কী লীলা খবদা লৈঙাক্লোনগী ফিভমদা, সমাজগী চাওখৎ-থৌবাংগী ফিভমদা কন্না মাযোক য়াবিবী নুপীশিংনা মফম কল্লকই। নুপী অধিকার, কাওফাবী, লৈশাবী চিঠিখেলা, সমাজগী লাংলেন সাহিত্য, লৈবাকমচা অসিনচিংবা লীলাশিংদা নুপীশিংনা সমাজগীদমক মশাবু কথোক্তুনা হোৎনবা তাই হায়বসি পুথোবকই। ইমোসনগী ফিজংবু হাইদোকখিদ্রবা তোংব্রাগী খূৎনা মাযকৈ অসোমদা লাকপা মতমদা নুপী অমা ওইনা থেংনরিবা অয়েৎ অপন অদু পুথোক্তে। চপ চাবী মতিং লৈবী, নুপাগুম্না থৌনা লৈবী নীংখিবদা হোংদবী নুপীশিং মৈ ইকুনা সনাগুম্না মচু ঙাংনা পুথোবকই। থাও পায়দুনা যেক্লবা নুপাগী মঙক ককপদা হালেংখিদ্রবী

লীম্বোইঙম্বী, কুবঙ্গনয়নী, ইন্দুপ্রভাগী ঈ চেল্লিবী মৈতৈ নুপীনি। মসিগী মথক্তা ইং ১৯১০ দা এদুকেসন দিপার্টমেন্ট লিংখত্তুনা নোংচুপলোমগী মহে-মশিং তম্না হৌবকপা অসিদা তোমথিন ওইনা নুপী অমা অনী তম্নবকই। মণিপুবী নুপীশিংগী থৌনাগী মতিং উৎপা অহানবা নুপী লান (১৯০৪) অনীশুবা নুপীলান (১৯৩৯) দা থোকখি। ইবাবতনা ইং ১৯৩৩ দা নুপীশিংবু এবানেংস ঈীনবগীদমক নুপীগী অহানবা সোসিয়েল ওর্গনাইজেসন **ভদ্রমহিলা সমাজ** অমদি অনীশুবা লাঞ্জাওগী ঈহৌদা পোলিটিকেল ওগনাইজেসন **মহিলা সাম্মেলোনি** লিংখৎতুনা নুপীশিংসু সমাজগী থবক থৌবমশিং যাওবা হৌবকখি। পুম্নমক অসি মহৈ-মশিং হৈববা নুপী খবদনা চঙশিনবা ঙম্মী অমসুং থমদা মসিনা নুপীবু শক্তি পীবগুম উবৎসু মপা ন বাদ নত্তে।

তোংব্রাগী মফমদা পুম্নমক অসিগী মাম তাকপ থোকই। মবক অসিদগী নুপীশিংনা য়ৌশিন্না উবা ঙমদ্রবা হাংদোকচবা ঙমদ্রবা ব্রাখলগী লমায অমথক হাংদোক্তুনা উৎপা হৌবকই। তোংব্রানা ইবগী নেসনেল প্রোগ্রেস কয়া চংখ্রবকপা মতম অসি লৈঙাক্লোনগী ফিভমদসু চনৈনবা মতম অমখক ওই। মতম অসে বৃটিশ অমদি নিংথৌ শাসনগা মথংদা গণতন্ত্রগী মাযথুম হাইদোকপা মতমনি। অসিগুম্না লৈঙাক শাসনগী ফিভম অসি নুপীশিংসু যাওহন্নিংঙ। **নুপী অধিকার** দা নুপীশিংনা চাকখুম চঙদুনা চাক থোংবগী মহুত্তা লৈঙাক্লোন্দা এওনবগাদমক আন্দোলন হৌদুনা অপিকাব তাম্লকই। নুপা মন্ত্রীশিং বিজাইন তৌথ্রগা নুপী মন্ত্রী অহুম হাপার্চিল্লি। লুচিংবী লৈমহন্না সি এম ওইহৈই। নুপানা পানবদগা নুপীনা পানবনা হেন্না থৌনা লৈখৎলকই। ভাবতকী গণতন্ত্র লৈঙাকপু। পেন্দ্রবা প্রজাশিংদা—

> সংবিধান অপান্নবা চৎনবা, হান্নগি ইপুবোইবগ শায়নবগ অতোপ্প খব হেন্ন খুদোংচাদ পীব ঙমগদব লৈবাক অমগি মথাদ লৈবসি' ব্রাব নংব কইবে গযবসি যাবিনিংব্রা? মীয়াম্না হাযববদি ঐপু যাজে থোক্লাংব খুদোংথীবা থোকসনু থেংনসি"
> (লাঃ ৩২)

পেন্দ্রবা প্রজাশিংগীদক লৈমহন্না থৌনা ফনা মাযোক যানবা শেম শাখি।

লীলাসিদা মতিং লৈবী ব্রাযেল চূপ্পী পাযবী নুপীশিং পুথোকখিবগুম 'কাওফাবী'দা বসন্তীনা মবুংবু লৈবাক্কী য়েক্লবনি হায়না ফাজিল্লি অদুগা মপাবুং মন্ত্রীবু লৈঙাক্লোন্দা খুৎ থিংজিল্লোয় হায়বগী সতি লৌবগা গণতন্ত্রগী লৈঙাক চূপ্পী পায়খি।

মতম কুইনা নমথবীরম্বা অদুগী মায়োক্তা য়াথংগী লালহৌ হৌবা নুপীশিং পুথোবকই। অঙনবা মতমগী নুপীশিংগী লৈঙাক শাসনগী পথাপ পাচা লোয়শঙনচিংবা থুপচন্দুনা লৈব্রবা মতমসিগী অনৌবা মীরোলগী তুমগ্র বা নুপীশিংবু হৌদোকপনি।

অসিগুম্বা খ্যান লৌশিং অসি লাইরিক লাইগুগী মঙাল ফংদনদি ওইথোক্কে। অদুনা লৈশাবী চিঠিখেলা দা লাইবিক হৈবী নুপীমচা পুথোবকই। হৌগৎলক্লিবা নহাবেলশিংবু ওল্লক্লিবা সমাজগী ফিভমগা চুনগদবা মহৈ-মশিং তম্বীবদা থবায় য়াওবক্তুনা স্কুল লিংখৎনবা হোৎনবকই। মশামক চিঠিখেল্যাগী ফাওগদবা পোৎশক অমা ওইনা স্কুলগী ফন্দ খোমবগীদমক কথোকখি। সমাজ সংস্কাবগী মনম চেনবা কেবেক্তব অসিদ সোসিয়েল বিফোর্মগী মায়কৈ উৎলম্মী। অসুম্না লৈবাকমচা লীলাদস জর্নেলিষ্ট লৈবাক্লেনা লৈবাকীদমক থম্মোয় শেংনা থবায় পাম্মুদনা থবক তৌবা নুপা অমদা মশাবু মনা পীথোকপদা অয়াবা পীখি।

> ঐবা · Your Highness লৈবাকী তলব চাউনা চাববা কম্মাচাবীশিংনা তৌবম্বা অমোংপ থবকশিং শাক্ষী প্রমানগা লোইনন ফাবে, মমিং অমদি মফমগি লিষ্ট মখুৎত পায়বে। গুন্দাশিংন ক্ষারব মহাবানী অমদি মন্ত্রি অহলসু মহাক্ন থাদোক্কে। লৈবাক মীয়ামগি মোত ননাই নিপামচাসিবু এক নম্বব লৈবাক লৈবাকমচাগি মিংথোল অমদি শকহেনবী লৈবাকলৈবু মনা ওইনা পীবিব পাম্নবে ম্ন যাথং ভায়জবি।
>
> মহাবানী হিবম অসিদা লৈবাকলৈসি কবি মোত লৈ?
>
> লৈ ননাই ঐনা হংজগদবদি লৈবাকশিদ তৌবমইব ওক্রুবা ময়ামগি মকদু কবিনো কনানো? মদুবু স্মৃত্তুৎলব্রা . তশেংন ফবনি হায়ব থাজববদি অখৌবদুদ ইশাবু ফথোকপদ চিংনবা লৈজদ্রে।
>
> (লা. ৭৯)

সমাজগী লাংলেন সাহিত্য দসু সাহিত্যবু নুপী ওইনা সিম্বোলাইজ তৌদুনা নুপীশিংবু সাহিত্যগী মায়কৈদা সমাজবু চুমথোকপা য়াওহন্নীংবগী ঈজিং উৎপা কেবেক্তব পুখৎলকখি।

চাওখৎপা সমাজ অমা ওইবা হায়র্বাসদা হীবম খূদিংমক্তা নুপাশিংনা হোৎনবগুম নুপীশিংসু হোৎনগদবনি। য়ুম লীংবদা নুপীগী মফম লৈবগুম অফবা

চাওবৎপা সমাজ অমা ওইবা তারবদি নুপীশিংদসু সোসিয়েল ইকালিটি অমদি জষ্টিস পীগদবনি হায়বসি তোংত্রাগী খোল্লাউনি। অদুনা মহাক্কী লীলাশিংদা থৌনা ফবী কনাগীসু মপাল তাংদনা হিংবা গুপ্পী নুপী কয়া পুখোরকই। লৈহাও চোল্লবা কলা-সংস্কৃতিগী লৌবুক্তা চরোং চুন্নকপা সনা মচুগী ফৌ-চরোংশিংবু লোকপা হৈবী নুপীশিংসু মহাক্কী মীৎয়েংনা চিথরম্বা তৌদে। লীলাগী থিম ওইনা পুখৎলক্লবসু মহাক্কী নুপীগী কেরেক্তরশিং কলা-সংস্কৃতিবু য়োকখৎপী গুক্তনি। মপূং ফাবা কেরেক্তর ওইনা মেত্রিক পাস-কী ইবেম্মনা শাফোওহল্লি। লৈশাবী চিঠিখেলা গী নুপীমচাদা থাঙ-তা, পুং-ঈশৈ হৈহল্লি। শম্না হায়রবদা মোডেল ক্রমেন অমগী শক্তম শেমগৎপা পাম্মী অসিগুম্বা নুপীশিং অসি লাইবিক-লাইশুগী ত্রান লৈবদা নত্তনা থৌনাফবী মরেবাকপু নুংশিবী লোয়ননা মণিপুরগী লৈহাও অসিদা শাৎচবকপী ওইবা মরমনা কলা-সংস্কৃতিবু মশক মূল্লা খণ্ডবী ওই। মতম অদুগী ধর্ম্মগী অচেৎপা কুয়োমনুংদা মশাবু মহুম হাইজিন্নদুনা তীনগুম্না বানা চৈনা খাংলিবী নুপীশিংদা অনৌবা ত্রান লৌশিংগী মঙাল অমা অমস্বগী ফিজং হাইদোক্তুনা উৎপা পাম্মি হায়বসি উবা ফংই।

মরু ওইনা চুড়াচান্দ মহাবাক্তনা পানবা মতম অসি অনৌবা মণিপুরী সমাজ অমা মীকপ থোক্লকপা মতমনি। শাল্লবদা, লৈঙাক্রোন্দা, কলা-সংস্কৃতি, সাহিত্যদা হীবম খুদিংমক্তা অনৌবা মায়ওন অমা লাকই। পুম্নমক অসিদা খুরৌ চেলহনবীবসি শেল থুমগী ফিভম ফত্তবা অসি ওইবকই। পুম্নমক অসিদগী নুপীগী কেবেক্তরশিং হিংবগা শাগোল্লরকপা লমচৎ থোক্লকপনি। সমাজগী অখুবা মীৎয়েংশিংদগী মনীং তমহন্দুনা থৌনা ফবী নুপীগী শক্তম লৌরকই। তোংত্রাগী লীলাশিংদা নুপীনা মতেং পাংবা ওইনা লৈতে মখোয়গী চপ চপ চাবা মকম কল্লি। ভগ্না-দা লৈবিবা প্রোতগী খোঙজেলগী মায়ওন কুন্দালৈনা ওই। বাবাদা মোইখেম তৌদুনা মচানুপা ফত্রাংজীবু খাদোক্লল্লগা লৈনবা হোৎনবদুনা লীলাগী মায়ওন ওইহল্লি। উপুবাম্মী-দা চন্দ্রজীনী পুশিন্দুনা বারীগী পরীংদা ফজনবা মচাক ওইহল্লি। নুপীগী কেরেক্তবশিং ইচম চম্না পুশিনবা ওইদে।

নুপীশিং অসিনা পুখৎলক্লিবা সমস্যা মরম্নাইগী ওইবা নত্তে। লৈবাক অসিগী মহৎ শিল্লিবা নুপীশিংগী সমস্যানি। মতমগী কোরশিংবু নমখায়দুনা লাইবিক হৈবা হৈতবা থিদনা অরু-অরুবা বাখম কয়া হায়হনবা; অমদি ইংবাজি ভাঙহনবা সোসিয়েল আইদিয়া উখোক্লবা হোৎনবনি। মতাং অসিদদি *শোগা য়াম্না মান্নবা থোক্লি*—

> **... Shaw's characters are too intellectual, that they are not living that Shaw does not probe deep into the human heart and so forth and so on "[১]**

লীলাগী অকনবা কেরেক্তর খুদিংমক নুপী ওইহল্লি খুদম ওইনা সিম্বোলাইজ তৌদুনা চেঙনী খুজাইগী গণদেবী পুখোকই। লৈবাকমচাদা রানীনা শক্তি পায়হল্লি, অসিনচিংবা কয়া অসি নুপীগী নুংগী অশেংবা ফজবা মশক্তা হেল্লা থাজবনি হায়বা য়াই।

চরিত্রশিং অসি অতোপ্পা ড্রামাটিষ্টশিংগা য়েংনরুবা তৌদনা মহাক্তগী ওইবা ৱাখলগী মীৎয়েং অমথক পাদম লাক্লুনা য়েংবদা, মীকপ থোকপী অনৌবা নুপী মীরোল অমা থোক্লক্লুনা হেল্লা ফগৎপা সমাজ অমা শেম্বদা মতেং পাংহল্লীংঙি হায়বসি উবা ফংই। মখোয়না নুপাশিংগা শীংনরুদে ফংফম থোকপা রাইট অদুমক চপ চানা ফংমিল্লদুনা খুৎশম্লনা চৎপা পাম্মি। মতাং অসিদা অরুনানা হায়খিবা

> *নোংচুপকী মতৌগুম্না নুপাগা শীংনবদু নত্তে মণিপুরদা লাক্লিবা ফেমিনিজমগী ঈহৌদি, মসিদি অনৌবা নুপী অমা মতমগী খোঙথাংগা চান্ননা শাগৎলকপদা থোরকপনি হায়না লৌবনা চুমগনি। মীৎয়েং অসোমদগী মণিপুরদা হৌরক্লিবা নুপীগী ঈহৌদি নুপীগী গণতন্ত্রিক অধিকার অমদি হ্যুমেন রাইটকী চাকথুং তাক্লিবা ঈহৌ অমনি...।"[২]*

মসি য়ৌনা তোংব্রানা চঙশিনখিব্রা হায়বসি হেল্লা কৃপ্না নৈনবা য়াবি। অদুবু শেল-থুমগী চৈথেংনা য়েশিনবীদবা, চৎনবীগী নীয়মশিংনা পুশিনবীদবা, মনীং তমজবা নুপীশিং মণিপুরী নুপীশিংদা ওইহল্লীংঙি হায়বসিদি ময়েক শেংলে। হৌজিক্কী অনৌবা মীরোলগী নুপীশিং অসি তোংব্রানা মঙজরম্বা মঙগী মঙফাওনববা নুপীশিংনি হায়বা য়াই।

১। S C Sen Gupta The Art of Bernard Shaw Calcutta 1965 p 8

২। ডা. নহাকপম অরুনা, ইবেমহলগী নোংখাঙগী ইন্নফি নৈনবা, সাহিত্যগী পাউ ৪২ শুবা মশীং রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

## মরী লৈনবা লাইরিক অমসুং চেফোঙশিং :

১। Gupta, S C Sen, The Art of Bernard Shaw, 1965

২। অযেকপম শ্যামসুন্দব, মণিপুর শুমাং লীলা অমসুং থিযেটব, ইম্ফাল ১৯৮০।

৩। অকন্না নহাকপম, নোংথাংলৈমা অমসুং তাইবঙ, ইম্ফাল ২০০১।

৪। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল জি.সি. তোংব্রা নৈনবা ব্রাবেং, ১৯৯৯।

৫। মণিপুব ড্রামাটিক য়ুনিয়ন, মণিপুব ড্রামাটিক য়ুনিয়নঃ ঙবাং অমসুং ঙসি, ১০০০।

৬। শান্তিবালা কোইজম, অনৌবা মণিপুবী ড্রামাদা সমাজগী সমস্যাশিং ১৯৮৮, ( ফোঙদ্রিবা থেসিস)

৭। সাহিত্যগী পাউ ৪২শুবা মশীং, বাইটর্স ফোবম, ইম্ফাল।

--( )--

# অরাম্বম সমরেন্দ্রগী 'কারবার'

ড্রামা তবা হেন্না ইববা অরাম্বম সমরেন্দ্র অনৌবা মণিপুরী ড্রামাগী লমদা মশাগী ফমফম অমা কন্দুনা লৈজরবনি। মকওইনা মহাক্রা লৌখৎপা বাবী মচক বৃদিংমক অনীত্তুবা লাঞ্জাও মতুং অসিদা থোক্লকপা অনৌবা লাইবিক লাইস্তু হৈববা ময়াই ওইবা থাক্কী মীওই কাংলুপ অদুগী পুন্সিগী মীৎয়েং বাখল পুন্নমকপু উৎথোকপা ঙাক্তনি। অইহাগী ড্রামা ববদি — তীর্থ যাত্রা (১৯৭৫), দশা (১৯৭৮), জর্জ সাহেবকী ইমুং (১৯৮০) কারবার অমদি য়েন্সিং খাদী ঈশে (১৯৮১) অসিনচিংবা। হৌজিক্কী সমাজ অসিদা মমাই ওইনা বাংবা থাক্তা লৈরিবা মীওইশিং, এখোয়না শাইতোং বমদোংবা ওইনা মমল লৈদে খল্লিবা। অদু নাকল অমবোমদদি ইহো থোববা মবমচং চেল্লবা, অর্থ য়াওদ্রবা, মমল লৈত্রবা, অচুম্বা, অশেংবা য়াওদ্রবা, হেন্না হেন্না লৈশা তাবক্রবা মীওইশিং ওইরে। মখোয় অসিগী ওন্নবদা য়াম্না চম্না শেংনা লৈজবা তোম্বা লায়ব-অনংগী কাঙলুপ অমসু লৈবি। লৈননবগীদমক লৌখৎচবিবা কারবার ময়াই ওইবা থাক্কী মীওইশিং অসিগী বাখল মীৎয়েংদগী লৌনবকপা মীওইবগী মবী অদু উৎপনি।

পুন্সিসি কাববাবনি। হিংননবা হোৎনবদা লম্লোন ইতিক তৌবা, অহোং অচাউ থিবা, অতোংবা চাবা হৌনশানি, মদুবু মসি নত্তবা কাববাবগী থিংদা খুদাংচাবা লৌনবা, মীওইবগী মখীদা কাববারশুন্না মমল তিকুবা, মপানথোংদা ইফ ফজনা তীন চঙলবা হৈনৌ অমুনবগুম অঙকপা ফংনা হোংলকিবা মীওইবগী মবী অমা উৎলকই। প্রোলনিল্লবিবা নুপী নুপাগী শান্দ্রবা মবী, ইচম চম্না থশোয়গী ওইবা নুংশিবগী মতুত্তা মপাঙ্গোংগী কুবাংখানবু নিহৌবা, ইচম চমজনা মীওই লিচংকী ওন্ন-তৈনবদা অঙকপা তুজুংনিংঙাই ওইবা শাজং চৎপা পুন্নমক অসিবু লীভা অসিদা কারবাবনা মপুং এইনা উৎনবা হোৎনৈ।

ইশা ইপুনা ঃ মর থী— অশেংবা মী ওইগে খন্নবদি
ক ববার থৌকনু।'

চন্দ্রহাস চুম্লগী কারবার মচা অমা তৌজক্কবা অঙাওবা তাবকই। মহাক্কী নুপী য়াইমবীবু য়াম্না থাজনা খমজদুনা মতম খুদিং লোয়নদুনা পাটি খুদিং পুজবনি অদুবু উন্না খুম্না মীওইবগী খশ্মোয়নি। মাগী মাগী অনীংবা অপাম্বা লপ্লেলদা লোন্না লোন্না চৎনবিবদা কনানা খঙলুগনি। য়াইমবীসু কান্নবা ওইজবা তানবদা ব্রাজে বাবুগী মচানিপা রজিংকা নুংশি কাববাবগী মবী লৈনবকই। মপাগী ফার্ম অসিদা মবানিগী খশ্মোয়গী য়াম্বা ফোঙদোক্লক্ষম ওইবকই। ফিভম অসিবু পাটি চৎপদগী কোক ঙাওই হায়শিন্নদুনা লৈহৌববা য়াইমবীদা পিওন বোলো না ফোঙদোবকই—

> য়াদেয়ো' দবকাব দবকাবগী মতুং ইল্লি। ঐগী ওফিস য়াম্না মমল খাম্মী। কুন্দগী তাবা য়াওদে, হেনবা ঙাক্তনি ঐখোয় সাহেবনা হায়ববদি নুপা নিফু নিফুদগী তাপোৎ নত্তে।
>
> (১ ২২)

অসুম্না মতিক মপা চানদ্রবা য়াইমবীনা মপা শিত্রগা লাক্ষপতি ওইদৌবিবনি হায়দুনা পৈশা পী পীদুনা কান্নবা থিবদা নকশিল্লি, বজিৎসু মতিক মপা চানদ্রবা যাইমবীবু ঙাইহাক্কী ওইবা অপেনবা য়েংদুনা নুংশিবা শাশিন্নদুনা, নুংতিগী খবচ লৌথোকই।

অসুম্না হৈনত্রবা মখোয়গী লমচৎনা মখোয মশা মশাদা তুংশিন্দুনা লৈবদা নত্তনা মীপুম খুদিংমক হৈনবী অমা ওইনা লৌনগনবা লায়নাগুম অমদগী অমদা লেপ্পা লৈতনা শন্দোবকই। ফার্ম অসিদা ক্লার্ক ওইনা থবক তৌজবা ইবোয়াইগী থবক পাবমেনেন্ট তাবগী মতাংদা ইচম চমজবী পুকচেল শেংবী মবুংবু কিনা লুনা চৎচবী ইবেতোনবুসু অসিগুম্না কাববাব অসিদা পুশিন্নবা হোৎনবকই। ওফিসতা মবুংবু থিবা লাকপদা যাইমবীনা অকবা শাশিন্নদুনা মবুংগী অব্রাবা ফিভমগী মকমদা ইবেতোনবু লম্বী অসিদা চিংশিন্নবা থেমলকই—

> যেংঙোই, ইনেনা নঙ চৎলগা হাযযু হায়বিবসি অর্থ য়ামনা লৈবা ব্রানি। নঙনা হায়বদা মেনেজর সাহেবনা তাদবা য়াবোই। মবমদি নুপাসু নুপীনা ব্রা অমা হায়বদা বন্দবা ঙমপোৎ নত্তে। নবুংনা ইমুং পুবদা ব্রাববদি ব্রাইতো ওইববসু নঙনা নবুংগী মতেং পাংবা চুম্মী লাইবিক তমলিবনি ঐদি হায়দুনা তুমিন্না লৈখোকপা চুমদে। নবুংদসু নঙনা অসি তৌই হায়কগনু তুমিন্না মতেং পীগদবনি। অদুবু ব্রাবল লৈবা কৌই। ইনেবোয়গী পুন্সিদদি যাম্না তৌবকই।”
>
> (১·২৫)

মসিগী মবমদগী অনৌবতা পান্নবা নীলনা ইবোম্নাইবু নুনা চান্না তৌবা হেনগৎলকই । নোংমা তাঞ্জা চাবা নুমিৎ অমদা পুকচেল চাউবী শাদুনা য়াইমবীনা ইবেতোনবু পুদুনা লাকখি। অশেম্বা য়াঙাঙ শাঙাঙনা মবুংবু পারমেনেন্ট তাহনগনি হায়দুনা নত্তবা শাজৎ চৎনবা হোৎনরককই। হৈ মহীদা জিন হাপচিন্দুনা জ্ঞান তাদ্রবা ইবেতোনগী ইজ্জৎ মাঙহন্ননবা হোৎনবকই। তাঞ্জা অসিমক্তদা চন্দ্রহাসকী খুজিলদগী মচলগী খোঙ্গুল লিবকই অদুবু মবুকচেল ফংত্রবা লমচৎ কান্নবা বজিৎকী চৈনা খোম্বদা ইবোম্নাই ত্নদুনা নৈখি। ঙসাইমখৈ য়েংলম্বা চন্দ্রহাসপু উবকপদা নীল চঙশিল্লুই অদুবু থম্মোয় শোক্লবা চন্দ্রহাস তুমিন্না য়েংলম্লগা হন্দোকখি।

## সমাজগা নকশিন্নবা মশক :

দ্রামা অসিদা সমাজগী শোযথবক্রিবা লমচৎ উৎনবা হোৎনবকই। মক ওইনা উবা ফংলকই নুপীনা কা হেন্না পৈশা পাম্বা অচাউবম পাম্বনা মশাগী ইজ্জৎপু লৈখা তাহন্নবা হোৎনজবদা নত্তনা নৌবিবী নুপীমচা কয়াবুসু মখোয়গী কাববাব অসিদা পুশিন্নবা হোৎনবকই। অমবোমদা নুপা ওইবা কয়ানসু পুকচেল শেংনা মচল মচাঙুম খন্দুনা, ঙাইহাক্কী ওইবা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবা থিবগী মহত্তা অমনা অমবু অঙম্বা মতেং পীনববদি লায়বরে হাযবিবা সমাজ অসি থোং মান্নবা থাক অমদা পুবকপা ঙমগনি। অদুবু ঐখোয়গী সমাজ অসিদদি অতোনবা অনংবা মীওইশিংবু মীনি হায়না খনবা ঙমদ্রি হায়বসি য়াইমবীনা নীলদা ফোঙদোক্লি :

ফনবা শেম্বীবনি, নৈত লায়ব য়েংবীবগী য়ানি।
মখোয়না পামজব্রপোৎনি সাহেব, অনংবা অতোনবা ইমুংনা
অচৌবা সঙ্গ তৌনিংবা হায়দুদি কবি হায়কনি। খঙনজনীংবদা
খঙনবগী খুদোংচাবা ফংদ্দুনা লৈবা ঙাক্তনি। সাহেবখোয়নবু
লাপ্পা অমুক থিকগদ্রা? (১ ১৯)

সমবেন্দ্রনা য়াম্না মক ওইনা পুবংলক্লিবা সমাজগী অশোয়বা সমস্যা অমদি মীওইবগী নুংগী লমচত্তা অঙকপা ফংনা অকিবা লায়না অমত্তম শন্দোবক্তুনা শেঞ্জাও পায়বা বজিৎ, নীল ওফিসার অমদি ঈবাং থাংবী, শেল পাম্বী য়াইমবীনচিংবা মীওইশিং অসিনা লায়বজববা পুকচেল শেংবা ইবোম্নাই, ইবেতোন অমদি অচম্বা কববাব তৌজবা চন্দ্রহাসনচিংবা মীওই কয়াবু নলোনপোৎকুম মখোয়গী মখুত্তা পায়শিল্লকপা অসিনি। অসিগুম্না মীওইবগী থম্মোয়নুংগী ওইবা মবী মাঙশিল্লকপা,

যুম্মানমিন্নবিবা নুপী নুপা ওইবশিংগী অচেংপা থাজবা থন্নবক্তবা অমসুং পুন্নমক কান্নবদা থন্নবগী শক্তম অমা তাক্লকই।

অসিগুম্বা লমচৎ অমদি মীৎয়েং অসিদগী সমাজ অসিদা শেঙ্গা-থুমজা লোয়ননা মীচঙ শঙ্গ নাইবা হেনগৎলকই। দ্রামা অসিদসু উবা ফংলি থবক হাপ্নদা শেল চাবা, পীফম থোকপা সার্ভিস বেকোর্ড য়েংদনা পাবমেনেন্ট তাহনবদা অকোন অহানগী ৱা য়েংদবা অমদি শেল পীববা মীশক্তুদা খনবা কবপসনগী মশক অমা ময়েক শেংনা উৎলকই। পীফম থোক্লবা ইবোযাইবু লু. ৬০০ পীদ্রবদি থবক তোকহল্লগনি হাযনা চৎনবী অমগুম কিহনবা ঙম্মী। নীলনা পৈশা পীবা ঙমদ্রবনিনা প্রোপাইতবদা মশামক্রা অৱাবা ফিভম অসি হাযদুনা য়েংজগে হায়কববু অথীবা ৱাহৈনা চৈবীবকই

> "ঐনা হাযবিবসি নঙোন্দা থবক যোল্লিববা' য়োনগে হায়ববদি শেল যান্না পীবা ঙম্বা মফমদা য়োনগদবনি। ঐনা যান্না লৌনিংবা তাহনগনু। নঙগী লুপা চাতব্ক অদুনা ঐঙোন্দা কবিমত্তা হেনগৎপগী ফিভম লৈতে। নোংমা নুংদাং অমদা পার্টি অমা পীবদা কোন্নবা নত্তে নঙগী পৈশাদু" (১ ১৬)

অসুম্না থবক হাপ্পগী মতাংদা শেঙ্গা থুমজাগী শক্তম অমদি নুপী ফজবনা ৱানোম্বগী চৎনবী মমা উবা ফংলকই। অমবোমদা শেল পায়বা, ওফিসাব ওইবা মযাই থাক্কী মীওইশিং অসিনা লৈত লাইব কয়াবু অচেংবা তাঙ্গা য়েংদুনা মেৎপগী চৎনবী অমা লৈবকই, অদুনা নীলনা ইবোয়াইগী মচনবু শান্নপোৎ ওইগে হায়না থৌবাংলকপনি।

নাকল অমবোমদা স্বাইদগী চাউনা শোয়বিবদি মহৈ তম্বগী মায়কৈদনি। লাইবিক লাইশু হৈববা জ্ঞান তাবা মীওই কয়ামকম্না সমাজগী যৃম্মী ওইববতদা অৱাংবা থাক কাবা ফংগদৌবিবনি। অসিগুম্বা মায়কৈদসু কাববাবগুম্না বন্নৱকপনা সমাজ অসি লুববা সমস্যা অমা মায়োক্নহল্লি। মহৈগী গুণ সার্টিফিকেৎনা ওল্লক্তুনা, সার্টিফিকেৎ ফংনবগীদমক নত্তবা উপায় কয়া শীজিন্নবকই। ইনাক কৈরাক খুনবা মচাশিংনা শেলগী মতেংনা সার্টিফিকেৎ লৈদুনা কোলেজ তমথবা অমদি থবক তৌবা ফাওবা ইবায় লাযনা শীজিন্নবকই। যাইশ্নীগী খুজিন্দগী স্যার্টিফিকেৎ লৈদুনা কোলেজ কাখিবা, বাজে বাবুগী মচানিপা বজিৎতা চন্দ্রহাসনা মচা প্রেমাগীদমক মবী মখোঙ হংবা লাকপদা অসিগুম্বা যান্না শাথীনা শোয়ববা লৈবাক অসিগী মহৈ মশিং তম্বগী

মতাংদা অঙকপা অকিবা ফংলবা পথাপ শীজিন্নবা অদু উৎলকই। মেট্রিক পরীক্ষা অনীবক শোয়ববা চন্দ্রহাসকী মচানুপীগী সার্টিফিকেৎ লৈবা কাববাবগুম মমল ঙাঙনবকই:

> কুঞো, . . কোলেজ কাবসি মেথোড অহুম মরি শুবি। নম্বর বান পরীক্ষাদা মীহুৎশিন্দুনা ফন্নগা ইবা। নম্বর টু পরিক্ষা মশানা য়াওবগা মপান্দা ইবরুগা চে সবমিট তৌবন্না। নম্বর থ্রী পরিক্ষা ইনভিজিলেটরদা ঙাঙনবগা নোট তৌবা। নম্বর ফোর-- ইউনিভরসিটি অতোপ্পগী সার্টিফিকেট পায়বগা কোলেজদা মীং চনবা-- অসিনচিংব । অতৈ নত্তনা পরিক্ষাগী সার্টিফকেৎতগী ওইনা লুপা চাতকক থোকই। মার্ক সীট, মাইগ্রেশন সার্টিফিকেৎ, রেজিষ্ট্রেসন নম্বরনচিংগী খরচ অতৈগা নাপগা লুপা নীশিং অমবোম ওইগনি। ঐনা হায়র্জাম্বিবদুনি। মসিনা শ্বাইগী পৈশা চঙভি। অতৈদি পঙচঙ চঙদে। (২ ৪২-৪৩)।

অসুম্না লাইরিক তম্ববু কাববাবগুম্না লৌনবকপা সমস্যা অমা মণিপুরী সমাজনা থেংনবি। মীওইবগী লমচত্তা, হিংবগী লম্বেলদা থবক ইনবাং অমদি মহৈ মশিং তম্বদা কাববাবগুম্না তৌবকপদা নত্তনা সবকাবনা প্রজাগীদমক কাইথোবকপা পোৎচৈ পুম্বা লন্নাই কাববাবন্নালাশিংনা পৈশিন্দুনা থমর্নাখবনা পোৎ-চৈগী মমল অসুম অসুম তাঙখৎলকপা, কৈথেলদা ফংদবা পোৎশিংনা ইবায় লায়না অবোনবা লম্বীদা ফংলকপনচিংবা অংকপা থৌদোক কয়া থোরুকই। য়াম্না চাউনা ইফোং ফোঙনা লাযববা প্রজাগী চাখাওবু শেল পায়বা মীওইশিংনা কাববাব তৌবি। মসিমক চন্দ্রহাসনা ফোঙদোবকই.

> "চিনি চিনি ঙাক্তা ঙাযবসিবু। দুকান্দা লৈগে হায়ববদি কদায়দগী ফংগদগে। . . ঐবোয়দদি য়াম্না তাঙভি হায়বা পোৎশিংসি লাম্না লায়না ফংভি। (১ ৭)

মপাম্বোংদা ফজনা উবিবা চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা নোংমা নোংমগী অনাবা লোয়বকই অদুনা অর্থব মিল্লরদা অমেরিকান সিভিলাইজেসন্না শীখিবা চৈথেং

> "his belief that these ills were caused essentially by moral weakness made him primarily a social dramatist[1]

১। Encyclopadia of World Drama Mc Graw-Hill (1972) 3 422

অসুম্না সমবেন্দ্রনা সমাজদা মণিপুরী লমচৎকী অশোয়বা কয়া উদুনা য়েক্লকপনি। ড্রামা অসিদা ময়ায় থাক্কী মীওইশিং অসিনা— হিংবগী লম্বীদা, মীওইবগী মবীদা, লম্লোনবদা, থবক হাপতোক হাপচিন্দা অমদি মহৈগী থাক্তা ফাও কাববাবগী লমচৎ অমা পাক শন্না শন্দোবক্লিবা অসিবু উৎলকই। অসিগুম্না কাববাবগী লম্বী অসিদা লায়ববা অতোনবা মীওইশিংনা হিংবা ঙমলক্তনা অৱাবা খোঙফম অমদা নোংমা নোংমগী পুখবা হৌবকই। পূম্নমকসি হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজদা মযেক শেংনা উবক্লবনি।

## খুৎই অমদি লোন :

ড্রামা অসিগী মপুং ওইবা মশক অসি য়েংলুবগা নোংচুপলোমগী ড্রামাগী ইতিহাসতা বর্নাদ শোনা যাম্না পামজনা খুৎ থাবমবা প্রোব্লেম প্লেশিং অদুগা মান্ননা লৌবা য়াই। সমাজদগী নাথৈদুনা চৎখিবা নত্তবা সমাজ অদুমক্তা যাওশিন্দুনা যাম্না মূন্না য়েংলগা সমাজ অদুমক্কী অশেংবা থৌদোক ৱাখোল্কশিংবু থেন্দুনা থম্লকই—

> "He called his plays problem plays (serious plays as opposed to frivolous plays) and judged their worth by their social utility"[1]

মীৎযেং অসিগা মান্ননা পুথোবকপা ড্রামানি। প্রোব্লেম প্লে ওইবা মবম্না খন্ন নৈনবগী লোইবা নৈতবনি।

অকবা সমাজগী হীবমশিংবু গোলজৱোর্দিনা লীলা অযাম্বা কোর্টকী কানুংদা পুশিন্দুনা উৎপগুম সমবেন্দ্রগী বোক্স সেটকী নমুনাদা ড্রোইং রুম্না কোর্টকী মশক লৌবগা য়েৎনবগী লোইবা নাইদ্রবা মওংদা পুথেবকই। অসিগুম্না ড্রোইং রুমগী লীলা অসিমক ইংলিস ড্রামাদা টেবেন্স বেদ্রিগান অমদি টি এস এলিযটনা যাম্না ফজনা পুথোবক্লম্মী। ড্রামা অসিদসু থৌদোক খূদিংমক বাজে বাবুগী এগ্রিকলচরেল ফার্মগী ওফিসতা মেনেজর নীলবাবুগী কাদা পুশিন্দুনা উৎলি। নীলাগী থৌদোক ৱাথোক খুদিংমক নীলবাবুগী কা অসিদা পাত্রশিংগী ৱাবী ৱাতাইগী মতেংনা এক্সনগী মহুৎ শিন্দুনা লীলাগী অৱাংবা থাক কাখৎনবা তোৎনৈ। ৱাবী ৱাতাইনা মপূং ওইবকপা মবম্না প্লোতকী কা হেনবা লুথবা শক্তম থোইনা য়াওদে। দাইলোক্লা হেন্না

---

১ Marjorie Boulton, **The Anatomy of Drama**, (New Delhi, 1985) p' 25

মপৃং ওইনা লৌই। অরাই অখুমগী ফজবা শক্রোন উবা ফংই

নীল — মতেং পাংবা হৈবেদা। নঙ মঙাম্রবে পুকচেল চাউবা।

বোলো — পুকচেল চাউবগী ৱাফম নত্তে বাবু। কান্নবগী ৱানি।

নীল — নঙগী ৱাদু হৌজিক্তি হাযববোই। হাপকদবা মীগী সেলেকসন লোইখ্রে। প্রোপ্রাইটবদা লোইনা পীখৎখ্রে।

বোলো — ফাইলদি বাবুগী উপুদা লৈবি। প্রোপ্রাইটবনা অমুক পীথ-- ? (২ ৫৭)

অসুম্না ৱাবী ৱাতাইগী অকনবা মতেং অমনা সমাজগী সমস্যা কযা অসি মাযোক্লকহল্লি। ৱাবী ৱাতাইনা মপৃং ওইবকপা মবম্না সমবেন্দ্রগী তোঙানবা লোন থোক্লকই। মক ওইনা লাইবিক-লাইশু হৈববা মযাই ওইবা থাক্কী মীওইশিংনা দ্রামাগী শক্তম ওইবকপা মবমনা ৱাখল যাম্না খনবা অমদি ইংবাজি ৱাহৈ যানশিন্নদুনা চৎলি। মসিমক্রা লীলা অদুগী লোন্দা চানদবা অদুমক্তি নত্তে। তোংৱাগী ফাগিগীদমক ফাগি তৌব' ৱাহৈশিং অমদি তোমচৌগী অযুক নুমিদাংগী অচম্বা ৱাহৈশিং অদুদগী সমবেন্দ্রনা মণিপুবী লোনগী অকুবা মবেপ অমা ফংনবা হোৎনৈ।

নীল — (তপন) ইবোযাইমা নঙ চৎলো- ঐ নঙোন্দা টাইম লিমিট অশে নোংমগী এক্সটেনসন তৌবিবগে। হযেং নঙনা ওফিস কাবকপদা থবক অদু লোইশিল্লু। যেংউ— ঐনা নঙোন্দা ফেভব পীবিবসি— নঙগী নচল নুপীনা পৈশা বি, হা নমা নচা নাহৌই, হা অদু অদুগী অমত্তা নত্তে খঙলববা ' ঐনা নঙবু চানবিফম কবিমত্তা থোক্তে। নঙগী অৱাবনা ঐগী থৌজালবু লৈবা নত্তে খঙলববা? ঐশাক পুকচেল চাউবা ওফিস্যাবনি হাযবসে- নঙ যাম্না মুন্না খঙবা ফৈ ঐ চৎলগে। (২ ৫৪)

অইবগী অনৌবা মীৎয়েং অমনা সমাজ অসিগী শক্তম অসিবু থেংনবা ঙম্বা মীওই পুথোকপা অসিনি। চন্দ্রহাস থৌনা ফনা পূম্নমক অসি থিংনবা হোৎনবকই অমদি ইবোযাই খাঙফম খঙলত্তে অশাউবা মীওই ওইবকই। সমবেন্দ্রনা হোংলক্লিবা সমাজগী ফিভম অসিবু যেংদুনা লৈথোক্তে উপায অমা তৌদুনা থিংনবা

হোৎনৈ। লীলাগী পাত্রশিং হৌজিক হৌজিক লেঙ ওৎলিবা অহিংবা মীওই ঙাক্তনি অমমমনা সমাজগী মীওই কাঙলুপ কয়াগী মহুৎ শিনবদা থোইদোক্না নোপ্পা তৌদনা উৎথোকপা ঙম্লবনি। সমাজগী অশোযবা কয়া অসিবু ময়েক শেংনা উৎনবা হোৎনবকপনিনা ফাগি য়াদে যাম্না হকচিনবা প্রোব্লেম প্লে ওইবকই।

শুপচিন্না থম্লবদা মতম চুপ্পদা মহাক্কী ড্রামানা

> Modern drama, like modern life takes place for the most part in drawing rooms and kitchens [1]

হাযবগুম্না মহাক্কী ড্রামানা মতম চুপ্পদা পুন্সিগী মশক খুদিংমক (অবাপ্পা অনকপা ওইববসু) ফক্লাং মবিনা কোযশিনবা কাশিংদা খন্ন-নৈনদুনা পুথোববপা ঙাক্তনি। লোন্দা প্রমাণ পাম্বে যাওদবা মবিক চুম্না যাম্না হকথেংনবা ব্রাবী ব্রাতাই ঙাক্তগী ওইবা লোন শীজিনৈ অব্রাই অখুমগী ফজববা মশক অমা পুথোবকই। মবৈ চক্রিগী লোন শেম্নকপনিনা মশানা অথোৎপা অমেংবা পূক্লীং ঈহুল যাকাইহনবা ঙম্পা লোনদি থোকলক্রে, মদুগী মহুত্তা দাইলোকশিং অদুবু মুন্না তাশিন্দুনা ব্রাখল খন্দবা যাবক্তে। মহৈ মশিং মতিক চাববা, হেন্না জ্ঞান লৈববা মীওইশিংনা লীলাগী পাত্র ওইবকপনা অকবা ব্রাহৈশিংবু যোঙদোকপা ঙম্লবা ইংবাজি ব্রাহৈ যাম্না নীং-তম্না খৃৎলোযনা শীজিন্নবকই। মবম অসিনা খুঙ্গংদা ঙাঙনবা লোনন্না ইমুং মনুংগী অচম্না মীওইশিংগী অচম্বা লোনদগীদি থৈদোক্তনা চৎলকই। লীলা অসিমক মহাক্কী হকচিনবা মওংগী মনুংচনবা লীলানি।

---

১। Ronald Gaskell, Drama and Reality The European Theatre since Ibsen (London, 1972) p 5

## তাম্নখিবা লাইরিকশিং :


১। Ford Boris ed **The Modern Age** Vol 7 of **The Pelican Guide to English Literature** England 1970

২। Gaskell Ronald, **Drama and Reality, The European thetre since Ibsen,** London 1972

৩। Gassner, John & Edward Quinn, **The Reader's Encyclopadia of World Drama**, London 1970

৪। Williams Raymond **Drama from Ibsen to Brecht New York 1983**

৫। Encyclopadia of World Drama Vol 1-4 Mc Graw Hill Inc 97

৬। এল দামোদর, ঐচ গৌবদাস অমদি টিঐচ যোগেন্দ্র, সম্পা, মণিপুরী লীলামাং, দ কল্‌চরেল ফোরম, মণিপুর ১৯৭৫।

৭। মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা, ইম্ফাল। **নগাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি।**


## জর্নেলশিং :


১। শ্রীগৌবদাস **মোদর্ন মণিপুরী থিয়েটরগী খোঙচৎ** মালেম, ১৫শুবা চহী।

২। Ch Manihar **Post War Manipur Theatre** Enact No 175-176 J N Kaushal, ed New Delhi, July August 1981

৩। এবিযান থিয়েটর চহী ৫০শুবা মপোক কুমওন (সম্পা ) অবাম্বম সমবেন্দ্র, ১৯৮৫।

# 'য়েম্লীং থাগী ঈশৈ'দা য়েক্লিবা সমাজ

জি সি তোংব্রানা মহাক্কী লীলা মচা সমাজগী লাংলেন সাহিত্য-দা সাহিত্যগী সমস্যা নৈনখি। অবাপ্পম সমবেন্দ্রনা দ্রামা অসিদা মোর্দন পেন্টিংগী মতেংনা মণিপুরগী সমাজ অসি শক তাকপা পামলকই। মতম কুইনা আর্টনা মীকপ থোক্তনা ব্রাখলগী মঙলান্দা তাউদুনা মহৌশাগী ফজবা থিদুনা কোযচৎ চৎলম্নদগী হৌজিক হৌজিক্কী মীওইবগা মরী শম্নদুনা লাইব-অনংগী ফিভম আসগী নুংদা কাযথবক্লিবা মশকশিং অসিবু চপ চানা কেনভাসতা মনি তাহনবা হৌবকই।

মপাম্ভোংগী পুন্সিগী থৃৎহিং যেংলগা মীওইববু কাঙলুপ অমী থোক্লা খায়দোক্লবি। শৃবগা চাজবা নৈত-লাযব কাঙবু অমদি শেল-থুম কা হেন্না পৈশিন্দুনা থম্লবিবা ইনাক কৈবাক খুনবা কাঙবু। অনৌবা সিভিলাইজেসননা পীবকপা মেতবিয়েল ময়াম অসিনা পৃথিবীবু হৌজিক্তি সিভিলাইজেসনগী থাক অমদা পুবকপ্রে। তাঙ্কক অসিদা শেল পাযবা মীশক্তনা অবাং বা থাক কাবা ঙম্লি। অদুনা তপ্পা তপ্পা সমাজদা লাযব-ইনাকখুনবা হাযনা খাযদোক্রবক্লি। মতৌদদি ইনাকখুংবা পৈশা পায়বা মীশকশিংনা লাযববা নোংমগী হাতে-হাতে থিদুনা চাজবা মীওইশিংদা থৌজাল হৈবা মীৎয়েংনা যেংবিবা মাল্লি, মথোযদা মীনুংশি পোকপী অদুবু গতি নৈত্রবা মীওইশিং অসিগী থম্মোযগী লম অদু যৌনা চঙশিনবদি ঙমদে মসিদগীনি মাল্লিষ্টকী মীৎযেংদা পুন্সিগীদমক কলা (art for life's sake) হাযবা ব্রাখল্লোন থোক্লক্লিবসি। অইবনা মীৎযেং অসোম্মদা পুশিল্লক্তুনা শনাবৈনা য়েক্লিবা লাই খৃদিংমক অহিংবা অমমম ওইহন্নাংখি।

মতম কুইনা যাকাযকদ্রবা শনাবৈগী থম্মোয়, গতি লৈজদ্রবা শৃবগা চাবা অদুবু মপোকঙৈগী আর্টিষ্ট ওইনা পোকচবক্লবা ইমোচাবু থেংনকন্দগী মীকপ থোকখি। ইমোচাগী নুং ফাওনা যেক্লকপা পেন্টিং অমদি শেংলবা থম্মোয়গী পাউদম যাওববা ঈশৈশিংনা শনাবৈগী ব্রাখল লৈবাং নৈশাৎ তমহনখি। শনাবৈ তশেংনমক আর্টিষ্ট অমনি অদুবু এব্রাবা মশক খঙদনা নুংঙাই যাইফনা লেল্লকপনা হৌজিক্কী সমাজ অসিগা চাশিন্নবা মাগী কেনভাসনা যোঙদোকপা ঙমদে। চম্নগী অব্রাবা

পোখাবা ওইনা হৈনবী শেমদুনা ফজবা নুমিদাংৱাই, মালংগী তাম্বা, মহৌশাগী নীংথিবা খুৎশেম য়েক্লুনা মতম কুইনা মহাক্কী কেনভাসনা তুমদুনা লৈবকই। অদুম ওইনমক মহাক্কী ফোঙদোকপগী পাঙ্গলদি মতিক ময়াই লৈ অদুনা ইমোচানা মহাক্কী লাইশিংনা তশেং তশেংনা মূর্তি পান্দুনা সমাজ অসি শক তাকহন্নীংঙি। আর্ট হায়বসি সমাজ অসিদগী থোক্লককখিবনি, মতম মতমগী মফম মফমগী ওইনা ফজবা অথিবা শক্লোন লৌবকপনি। মীওইবগী থম্মোয়না অৱা অনাগী তমথিববা ফিভম অসি যৌদ্রিঙৈদা থোক্লম্মী ফজববা প্রকৃতিবু শৈথাবা আর্টকী পোথোক কয়া। ঙসিদি অসুক্কী মতিক সভ্যতা অসি হোংলে। লায়ব-অনং অৱা-অনাগী চৈনাখোলনা সমাজ অসি নীল্লে। অসিগুম্বা মতম অসিদ কনানসু প্রকৃতিবু ফজবা শক্লোন ওইনা উবা ফংদ্রে। অসিগুম্বা অৱাবা মশকশিং অসি থম্মোয়নুংদা যাম্না হকচিন্না পূক্নীং ঈহুল অদুমক ফাওদ্রবদি কৈদৌনুংদা কেনভাসতা মমি তাবা ঙম্লোই, পুম্নিগী মচেৎ অমখক উকবনা মীওইবা পুম্নিবু মশক খঙলে হায়বদি লানগনি। শনাবৈনা মহাক্কী পেন্টিংদা ৱাখলগী অপেনবা ফংবগী মীৎযেংদা লায়ববশিংবু কেনভাসতা পুশিল্লকই। মসিদি চৎনবা যাবা ৱাফম নত্তে। অৱাৎপকী মবম, পেন্দবা পূম্নমক্কী হৌবকফম অদুগী নুং ফাওনা চঙশিল্লবা কান্দা মখোয়বু মশক খঙবা ঙমগনি। অদুনা ইমোচানা ফোংদোবকই —

> অফাও-অফাওবা আর্টিষ্টশিংসিনা মখোয় মখোয়গী পুম্নিদা খেংনখিবা এক্সপবিয়েন্স, মখোয়গী পুম্নি অসিদা ষ্ট্রগল তৌখিবা, পুম্নি অসিবু মখোয়না উখিবা অদোম আর্টিষ্ট অমা ওইনা খঙফম খোকপ্রা হায়জবনি। অদোম্না চাক্লিবী লৈশাবী অমা য়েক্লিবসি মাগী পুম্নি কয়াম ৱাবগে হায়বদু খঙদবনিনা লাইসিদা বৈসু মমি তাদে হায়বনি। অদুননি নুংঙাইবা নুংদাংৱাইগী ৱাখলদা লৈবিবদো। (এক্ট ১/২, পেজ ১৬)

আর্টিষ্ট অমা ওইবা তাববদি পোৎশক খুদিংমক মনুং থিৎনা উগদবনি, মদুতদা পূক্নীং ঈথিলনা মখক শেঙলক্কনি, মতমদুদা মহাক্কী কেনভাসনা অহিংবা পোৎশক অমা ওইনা মপাঙ্গল যাম্না লৈবক্কনি হায়বসিনি। হৌজিক্তদা খঙলকই শনাবৈ কলাগী অশেংবা মগুণ, ইনৌ নৌনা মসিগী মহাও চুপ্লকই লোয়ননা ইমোচাগী ৱাখলনা শনাবৈগী থম্মোযদা লৈশাৎ তল্লকই। অদুনা বসন্তগী মফমদগী লাপথোকনিংলকই মসিমক মমানা তম্ফাজাওগী মফমদা হায়বকই—

হৌদোকলুববনে তঙাং। ঈমা, ঐ ৱাখল য়াম্না নুংঙাইবক্লি, অমুক্তা তুমিন লৈখো, লুহোংবকা চঙদ্রি' হায়নে নোংমসু 'মীসি য়াম্না ৱাব-ৱাব লৈপ্রেদা মখোয়গী ৱাখল ঙাইহাক্তা খনখিগে হায়নে। হন্দক মবক্তি নুপামচা উশুবা অসিগা ৱাৱী ৱাতাই খব শামাল্লে- ঐনা নহানমখৈ তৌবল্লিবসি ইখঙ খঙলমদ্রে, ইমোচাগা ৱাৱী শাকলদে ঐগী ৱাখলসি লুনা খনবা ঙম্লক্লে হায। লুহোংবগী ৱা থমখো হায়নে। সিদ ঐসু তৌফম খঙদদুনা লৈবে।

(এক্ট ২/১ পেজ ২৫/২৬)

তশেংনমক শনাবৈ তাইবংপান অসি হৌজিক্তা মশক খঙলক্লি, নুংশিবগী অশেংবা মশকসু খঙবদা ঙাযবি অদুনা মতম কুইনা বসন্তগা লৈনবম্না মৰী অসি চুম্না জুভেনাইল বিলেসনসিপনি হায়বা খঙলকই। অমবোমদা মীৎয়েং মান্নদবা শীনফম তিন্নদবা হায়বসিনা কৈদৌনুংদা নুংশিবগী যুম্নফম চেৎপা অদে। বসন্তদি কাববাব ৱালানি পৈশা খোমজিন্দুনা শেন্দোং তানবনি মহাক্কী বাখলদা মী ওইবগী অশেংবা শক্তম উবা ঙমদে মবমসিনা সনাবৈনা মীকপ থোক্লকপদা বসন্তবু খাদোকপ পামলকপনি। কলাকাবগী মগুণদি কলাকাবদনা খঙভি অদুনা বসন্তবু শনাবৈনা মতম কুইনদগী তিন্নবক্লবসু নোংম-নীনিতং উন্নবা ইমোচাগা চান্নবা হেল্লকই অসুম্না মীৎয়েং ৱাখল মান্নবক্তবদগী মীওইবগী মৰীদা চেৎশিনবা ঙমলক্তবা সমস্যা অমা লাকই মসিমক বসন্তদা শনাবৈনা ফোঙদোবকই—

নঙগী নপল-নথুম ময়ামদুনা ঐগী থম্মোয়সি অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা থেংনবে, অঙকপা টমোইন অমা ঐঙোন্দা ফাউবে। মসি নাংঙান্দি নত্তে নঙসি ঙসিদি ঐন ইমে চন্ন উবে।

অসুম্না থম্মোযগী অশেংবা শক্তম নপাম্বোংগী নুংঙাইবগী মশক, অনীগী চাংখাযনবগী মশক অমা শনাবৈদা থুংলৈ। মহাক্কী থম্মোযদা ঈথক ইবৈ অমনা যৈবখি অদুগুম্না পুক্লীংদা ফাওবকপা অৱাবা হায়ফম খঙদ্রবা নুংনাংবগী মতৌ অসিমক পুক্নিদা অহানবা ওইনা মাগী কেনভাসনা উৎলকই শৈহৌমক্তদা মায় পাকখি, মহাক্কী পেন্টিং উবগা ইমোচানা পুক্লীং ঈহলশিংগী চৌবকফম থিবকখি, মতমসি শনাবৈগীদি মমল নাইদ্রবা মীকুপনি আর্টকী মায়কৈদা অহানবা মায পাকপনি। বসন্তদি ইমোচানা মাগী মযোক্তা থবক তৌবকপনি হায়না লৌবকই অদুবু ইমোচাদি

চুম্না তৌফম থোকপা মথৌ তৌবতনি মসিগীদমক মতম চূপ্পদা মখোয়গী মখা তানা লৈগদবনি হায়বসি ইমোচা য়ানিংদে। অসিগুম্বা শেল থুম্না য়ৈশল্লকপগী পুন্সি মহিংগী চৈনা অসি মণিপুবদসু অনীশুবা লাঞ্চাউ মতুংদগীদি মীপুম বূদিংমক্লা থেংনবক্লবনি। অদুনা শাগে জাংনা মীওইবগী থাক খায়বম্বা অদু তোক্লুনা শেলগী ভেল্যুনা মীওইবগী মমল লেপ্পবকপ্রবনি। ইমোচা মমল লৈত্রবা পুন্সি অমবু শাগোন্নদুনা হিংলিবা লাই য়েকপা ঈশৈ শকপা কলাকাব অমনি উ শূদুনা হিংলিবনি। ফনা হায়দুনসু মণিপুবগী ফিভমদি ইমোচাগুম্বা কয়ানা মীশিং হেল্লি। মখোযগী অব়াবা চৈনা খঙবীদবা হায়বসি সমাজ অদুবু শক খঙবীদবনি। মযাই থাক্কী ফিভম অমদা লৈবিবা মীওই খুজোক খবনা খূৎশূমন্না হিংলিবা মীওইশিংবু হস্থনা য়েংবা হায়বসি মশামকপু অমদি সমাজবু হস্থনা য়েংবগা চপ মান্নে। মখোয়বু শৌগৎপীদুনা চপ মান্নবা থাক অমদা লৈমিন্ননবা হোৎনবা হাগস্সি অইবগী পান্দমনি। অদুনা ইমোচানা ফোঙদোবকই—

> *বসন্ত, ঐদি নঙগ শীংনদে। নঙন খল্লিব ব়াখলদুদ নঙগ ঐগ শিংনবগী মথৌ তাদে অদুবু নঙগ ঐগদি মায়য়োক্লগদবদি লৈ - মীগী হমাংমন্দগী শেন্দোং তানবগী লমদূদ মদুদি নাম্থোকপা যাবোই। ঐদি ইপূৎন নোমদুনা হিংবনি নঙোন্দগী নিদুনা হিংদে, মীবা থাব হাযবদু নঙ অর্থ খঙদ্রে। নঙন মদু মখা থাবনি হায়ন খল্লবদি ঐন নঙগী ব়াখলদু defy তৌবি অনংব ঐন ইনাকখুনব নঙবু কিগদবনি মদু থায়নদি চৎনবকই। ঐদি নঙবু কিদে, উসু উশিংতে।"*
>
> (এক্ট ২/২ পেজ ৪৯-৫০)

শনাবৈগী মতাংদা বসন্তনা চীংনবিবদু অবানবনি, ইমোচাদি চুম্না শনাবৈবু পাক্লবা সংসাব অসিবু উহন্দুনা মদুগী মতেংনা, মীওইবা কয়াগী মহুৎ শিল্লিবা কলাকাব অমনা লমদম অসিবু মশক তাকপা ঙম্লবা লংজিন ওইক্লবতনি অদুনা ইমোচানা—

> *ঐন মঙোন্দগী পাম্বদি লমদম অসিগী মীওইশিংগী মশক শেংন খঙহন্নিংবগী ব়াতনি। মাগী canvass তসু মখোয়গী পুন্সিগী ঈন্থল অদু ফাওহন্নিংই। মখোয়গী পুন্সিগী Struggle, pleasures and pains, hopes despairs কয়া অদুনা মাগী ব়াখলদ শীবকপ reflection অদো মাগী canvas তসু তাহন্নিংই।* (অবোইবা উৎপা, পেজ ৫২)

ইনাকখুনবা মীশকশিংনা মীওইবগী মীনুংশিগী ব্রাখল চেন্দবা অদুগা সমাজনদি থাক নেম্না থম্বিববা হৌজিক-হৌজিক্কী থিদুনা চাবা মীওইশিংনা পুক্নিবু কৃপশিন্না যেংবা ঙম্লকপা হেল্লকই।

মাক্সিজমগী মীৎযেংদা শৃবি নোম্লিবা মীযাম্না হিংবগী পোৎলম খৃদিংমক পুথোকখিবা মবমনা সমাজদুগী ইতিহাস মখোযগীনি। অদুনা মযায লেপত্তুনা হুমাংমল লালোন্দুনা চাবিবা মীশকশিংনা মখোযগী ওইনা উবিবা সমাজবু ইমোচানা থিন্দুনা তাক্লকপনি। হৌজিক্কী মণিপুবী সমাজগী মীওৎতি হুমাংমলনা হিংলিবা শৃবি নোম্লিবা মীওইশিংনি, মখোযবু শক খঙবা তাই হাসিনসি সমরেন্দ্রনা তাক্লবা হোৎনবকই।

নীলা অসিদা ফজববা প্লাটকী মশক অমা পুথোবংপগা মেযনা মীওইবগী শেংলবা নুংগী ঈচেল উত্তনা কাঙলুপ লাইবা শেঙাও পাথবা লাম্বববু নমথনগী ঈহুল অদুবু উৎপা তৌবব্ই। অরেইবদা শনাবৈনা ইমোচাগী যেনিংথাগী ঈশেবু মাগী ব্রশনা খোঙ্হাং থিদুনা শকতৌই, অসিগুম্বা নুনাংবো অসি বোমংকী থাঙা শক খঙবা নত্তে ইমোচাগী থম্মোযগী মপান্না লমাম অসিগী ওজেবা মীওইশিংবু শনাবৈনা শক খঙত্তৌর্বানি।

- ( )

# রাজেন সরাংথেমগী রেডিও ড্রামাশিং

> The laws of drama as regards concentration plot characterization and so on, all apply with equal force to radio drama [1]

ষ্টাইল অমসুং প্রেজেণ্টেসন্দা খেন্নবা উবিবা বেডিও প্লে, লীলাগী ষ্ট্রকচর শাগংপা ষ্টেজ লীলাগা খেন্নবা নত্তে। বাজেন সবাংথেমগী ঈশিংদি শক্রোন পুবনি রেডিও ড্রামা ওইনা পুথোবকপনি। ড্রামা লাইবিক অসিদা ঈশিংদি শক্রোন পুবনি, ঐবুসু পীথু শিবগী দগুি অর্মদি থেসীস অমগী অরোয়বা পন্দুপ হায়বিবা লীলা অহুম পনশিনগনি।

**ঈশিংদি শক্রোন পুবনি :**

কার্ল মাক্সকী খীংয়েংদা পোংথোক পুথোকপা মতমদা কাঙলুপ অনীগী মীওই লৈরি। লীনা অসিদসু উবা ফংলি পৈশা পায়বা মীওইনা মযামবু হেন্দল তৌবা অমা মসিদা নপচ-তাংজদুনা হিংবা মীওই কাঙবু। লীলাগী মুক্লবগী শর্কত্তি শিন্নী অর্মদি মপুগী মবক্তা নত্তে পন্নুংফম যৌবা ভমদ্রবা থম্মোয অনীগী নীংঙাইনি।

রানী লীগাং : চাউবা, কুবেরগী নুপী বিমোলাগা মহৈ তম্মীন্নবকই। বিমোলানা চাউববু নুংশিজবই লৈত-লাযব মখুনা যোমশিল্লবা চাউবা. বিমোলাবু নংশি নুংশিনা ফোঙদোকপা ঙমখিদে। চাউবনা এম কোম দা ফাষ্ট ক্লাস ফাষ্ট লৌখিনকপা বিমোলাগী শেলগী মত্তেং যাওখিদবা নত্তে । মদুগী লম্মন মতাং চাবা কান্দা শিংলকউ হায়না চাউবগী মমানা অখোযবা পুংফমদা চাউবদা শিন্নবম্মী। অমবোমদা থম্মোয়দা তাখিবা নুংশি মমি মৃৎপা ঙমখিদে, অদুনা মপাগী অপাম্বা মতুং ইন্না কুবেরগী মফমদা থাজখ্রবী বিমোলাগী কান্নবা তৌবদা চাউবনা চীংনবা লৈখিদে।

---

1 Marjorie Boulton, **The Anatomy of Drama,** New Delhi 1985, p 20

পৃম্নমক অসি মাঙদা থম্নবা সনাথোইনা মমিং লোংলগা চাউবা হায়না কৌদুনা ফেক্টবিসিদা লাকপনি। কুবেবগী মেনেজমেন্তা অশোযবা কযা লৈবদগী শিথক্ববা ফেক্টবি সনাথোইনা হোৎনবদগী চাওখৎপা ওইবকখি। মসিমক কুবেবনা বিমোলাদা ফোঙদোকই—

মীবু মীনা শেন্নগনি নিংলম্বা পৃম্নমক অবানবা ওইবমলে।
মীওইবদি মশানা মশাবু শেন্নজগদবা ওইবমলেদনা।
(৩/১৬)

ফেক্টবি অমা মৃৎপা হায়বসি মপুখক্তা মাঙবা নত্তে শিন্নী মথাম অমসুং অন্নাবা তাগদৌবিবনি হাযবসি চাউবনা থব্রায হকচাং য়াওনা হোৎনদুনা।শিন্নীশিংবু জ্ঞান তাহনবা ঙমখি। অসুম্না নাকল অনীমক্কী পৃকচেল শেংনবদগী ফেক্টবি ফিভম ফগৎলকই, ফোবেন এক্সপোর্টকীদমক কবাব তৌনবা তাবকই। মসিমক সনাথোইগী পান্দমনি, পান্দম অসি ফংলে। অমবোমদা বিমোলাগা নকশিন্নগদবা উবকপদগী ফেক্টবি থাদোবকই। অদুবু নুংশিবগী শক্লোন মবক্তা বিমোলানা কৌববদা চত্তবা ঙমখিদে। অদুনা বিমোলাগী থম্মোযগী ওইবা ব্রাহংদা খুমাখ—

'নুংশিবা হাযবা। ঈশিংনা শাবগা, মনিল, ইংলগনা উন,
শক্লোন পুবা ঈশিংগুম নুংশিবগী শক্লোনসু কযানি'
(৮/৩৯)

## সমাজগী মশক :

নুংশিবগী মশক য়েকপদা নত্তনা সমাজগী মশক খবা ময়েক শেংফাত্তবা ঈশেংগুম ঙংদুনা চৎলি। লাযব ইনাকখুনবগী পনবু নমখায়দুনা সনাথোইনা বিমোলাগী নাক্তা চঙশিনবা ঙমখিদে অদুবু শিন্নী অমা ওইনা চঙবদি ঙমখি। অইবনা হৌজিক্কী সমাজ অসিদা শৃফম চৎফম লৈতদুনা নোংম-নোংমগী লৃপশিল্লকইবা, হিংবা ঙম্লক্তবা, অতোনবা মীওইশিং অসিগী মবাইবক মখোয়গী পেন্দবগী খোল্লাও অমদি লাউবি।

## খৃৎই অমদি লোন :

লীলা অসি নুংশিববু শৈথাবা লীলানি হায়দবা ঙম্নোই। অতাবা অপাবশিংদা মীনুংশি পোক্লবা হোৎনৈ। মপাঙ্খোংগী ওইবা ঙাইহাক্কী অপেনবদা য়ৃম্ফম ওইবনা মেলোড্রামাগী মশকলোমদা নকশিল্লি।

প্লোত শেম্বদা অনী থোক্লা হায়বদি শিগ্নীগী চৎলিবা খোঙচেৎ অদুদগী নৈখিদুনা নুংশিববোমদা মায় নৌশিনখি। শিগ্নী অমদি মপুগী মুক্কবদা শাগৎলম্লবদি গোলজবোদিগী স্টুইয়ো অমদি তোংত্রাগী 'লূদ মী চঙবদগী শমথবকপা ওইনা বেডিও ড্রামাদা য়ৌবা খুদোল ওইবমগদবনি। পাত্র শেম্বদা ফিদমদা হেন্না মপান তাংখিবনা অহিংবা ওইবক্কে। অইবগী অপাম্বা ফিদমদা হুমদুনা চৎখিবনা মশাগী ফিবেপতা নৈবা ঙমদে। পুস্নিগী অপাম্বা থাদোক্লবা হোৎনবদা সনাথোই চাউবা ওল্লকই, কুবেবসু থান্না থুনা পূকচেল ওল্লি অমদি বিয়োলা সনাথোইবু উনা উনা পূকচেল থাজিদুনা ফিদম্লফম ওইবা নুপী ওইহল্লি।

পম্লমক অসিদা মপান তাংলকপনা লোন থোৎলি। থম্মোয়নুংগী ওইবা ৱাই হেংদোকপগী মতিক ৱাইহেন থোৎ নৌবকই, তনবদা চিংলপ তৌবা বিদন অমদা চৎলি অদুনা বাবেংগী লেনগী থৈদোকখিদুনা শৈবেংগী মওং চঙলকই।

## ঐবুসু পীযু শিবগী দণ্ডি

নীওনা অচুম-অবান, নীচৎ শাজৎ কাগবক্লবদি অইন্না চৈবাক পীবা ঙই। অদুবু চীংননীংঙাইনা আইনগী মীৎযেং অমদি মীওঙবগী মীচৌবোলগী চৎনবী অনী মাসনা পূন্না চেৎমিন্নবক্লবদি কদি ওইবকপা যাই হায়বসি অইবা অসিগী অকিবনি।

রাবী নীযাং : অনীশুবা লাঞ্জাই মতুংদা মোর্দন সিভিলাইজেসন্না মণিপুবদা পৈশা পাযবা লাইবিক লাইশু চৈদা যাইতোং খমদোংবা অমদি চানিংঙাই থক্লিংঙাই শুধম চৎফম লৈতবা কাঙলুপ হাগনা অনী থোক্লা খায়বকই। অতোনবা লাযবদশিংবু তুঙৎপীবা, লৈখ, তাবদা লমচৎ অম যাইতোং খমদোংবা মীওইশিংদা লাযনা যাম্নগুম শন্দোববই।

ইমোবীগী মমা মপা শুধম নোমফম লৈতবদগী কহ্নাই কৌবা লৈবাক্কী অঙম অথৌ পৈশা শাযবা অমগীদমক চনুংদা লৈবগা লৌ উদনা লেনখি। মখোযগী লৌতাংশঙ অসি ইতৎ তঙনা কহ্নাই অমদি মকপশিংগী শানৈ-য়ুনৈফম ওইবখি। মসিদগী হেন্দোক্লনা মমাবু নুপী ওইবীগী ইজ্জৎ মাঙহনবতা নত্তনা মমা-মপা অনীবু থৱায় মাঙহনখি। পুস্নিগী নোংদম মতুং ইন্না চক-খোংপগী কলাকাব অমা ওইববা ইমোবী ওমথিববা থৌদোক্কুদা মীনংশি উৎপিকপা জর্জ তোমালগী যুমদা লৈবা ফংজখি। মসিদগী হেন্দোক্লনা কহ্নাইগী যমদা লৈবগী খুদোংচাবা ফংখি। নোংমা

খুদোংচাবা ফংবা নুমিত্তা মতম কুইনা লমন খুম্নীংদুনা লৈববা কহ্নাই অমদি বিজয়বু হাৎখি।

মতাং অসিদনি মীওইবনা শেমজবা আইন অসিনা অমুক অমুক মীওইববু থৌবি য়াম্দুনা হাৎলিবা। পৃকচেল ফজবা মখৌ চুম্না তৌবা তোমাল আইনগী চেকপলনা কোয়শিন্দুনা থম্বদা মমাঙমক্তদা থোকখিবা থৌদোক অদুদগী খঙদে হায়দুনা তুং হন্দুনা চেল্লকই। মশামক্না পুন্সিগী লম্বেন্দা মী ওইননবা কেকু লোৎখিবা ইমোবী মহাক্কী বাযদা শিবগী দণ্ডি পী। অদুবু উপায় লৈতবা অদুমক্তি ইমোবীগী ব্রাহংদা চেনবা ঙমখিদে— *'ইমোবী, অচুম্বা ব্রাযেলগী বিচাবদি থম্মোযনুংদা হাযদোকপা ঙমদনা লৈহৌবে।'* (৮/৭৪)

আইনগী মমাই অনী পানবসিমক্তি সমাজসিগী চৎনবীনা ওইহনর্বান। মযাই ওইবা থাক্কী মীওইশিং অসিগী অকিবদি ইজ্জৎ লৈখা তাখিবা অসিনি অদুনা ইজ্জৎকীদমক যেংদুনা অচুম্বা অফবা তৌবা ঙমদে। মখৌ পোংনা লাউবম্বা জর্জ তোমাল মশাগী ইজ্জৎ কন্নীংবদগী মফম থাদোক্নগা উকিল ওইনা কেস লেপনীংখি। অমবোমদা ইমোবী অশেংবা কল্যাকাবনি, মঙোন্দদি তাইবঙগী হৌন লোনচৎ মার্যাথিবা-মাযপাকপা অমদি শিবা চঙবা অমত্তনি। কলাগী পান্দর্মদি আধ্যাত্মিক্কী মঙাল ফংজবদুনি মশামক নূপাশিনজর্বনি। থৌদোক্তুদা খুৎ যেং যাওখিদ্রবা ইমোবী আইনা শিবগী দণ্ডি পীদ্রবসু অদুমক শিংবর্বান।

পূম্নমক অসিবু খঙলবা মেমথোইবীনা নমদুনা মবাল লৈহনগদৌববা ইমোবীবু থাঙনা থিনখি। মহাক্না কঞ্জবকপা খব্রায অদুবু ফাঁসি শগাই কাহন্দনবগীদমক মখুৎমক্না হাৎখি। পূম্নমক শুনা উবা ঙমদব। আইনগী মীৎযেংবু শীংনবদুনা মীহাৎপী অমা ওইনা লেপখি।

## খুৎই অমদি লোন :

দ্রামা অসি সোসিয়েল প্লেনি। সমাজগী অশোযবা অশোনবা উৎপনি। লীলা অসিদা তোপ্পা উবিবা পাএ মেমথোইবী সেক্সপীযবগী পোর্সিয়া অমদি সমবেন্দগী 'অকনাগুম' মতিং লৈবী নুপী অমা ওইনা লেপ্পা ঙম্লম্লর্বাদ হেনা ফজবমগদবনি। নিপালশুবা তাক্কক্তা মপাগা অব্রায অখুম তৌনপা লোযননা আইনগী থোঙদা মায়োক্লবগী মহুত্তা অপঙবী অমগুম ইমোবীবু থাঙনা থিনবনা মশাবু মমল য়াওহন্দে মসিমক অইবগী অশোনবনি। কলাগী পোৎ অমখ৩। পেন্থাক্তুনা

ইমোবীবু লৌশিন্নবা কেবেক্তব শেন্দা শোনবনি। অদুবু জর্জ তোমালগী মশক য়েকপদদি অহিংবা ওইবা ওন্মী।

হান্নগী পোইতিক ওইবা লোন্দগী খবা তাথববসু অদুমক থোকলি। মসিমক্তি সোলুসন অমা পুবকপগী মহুত্তা অৱাবা নুংঙাইতবা অমদি মীনুংশি পোক্তবা য়াদে হায়না হোৎনবদগী ওইজবকপনি। অদুনা যাম্না ঈংনা তপ্না চেল্লিবা ঈশিংগী ঈচেলগুম্মী। লীলানা তান্দবা লোল শীজিন্নবসু অদুমক থেংনৈ— 'চেং পুবগা চেং শিং ফৌ পুবগনা ফৌ শিং'।

পূম্নমক অসি যেংলগা সমাজগী ফিভম য়েকচববসু খৃৎলাম্বোক্তা য়েংলবদি মেলোড্রামাগী মশক্তা নকশিল্লি। অনৌবা আইদিয়া পুথোকপগী মহুত্তা মীনুংশিগা লোয়নন্না যেক্তুনা থম্বনি। লীলাগী মুক্রবদসু অহানবগীগুম কলা অমদি আইনগী অনীথোকপা মীৎযেং অদুমক ফংলি।

## থেসীস অমগী অবোইবা পন্দুপ :

বিশ্ব তাইবঙপান, য়ুনির্ভস হাযবসিদা অচৎ-চত্তা লেঙলি পাল্লিবা থা থৱানমিচাক উ ৱা, জীব পানবা পূম্নমক অমতা ওইনা কোনশিনবনি। পৃথিবীগী ইতিহাসতা মীওইবা ৰদিংমক্তা মহৌশাগী পোৎলমবু যাম্না লুনা তৌনবম্মী। বেদগী মতমদদি ভাবতবর্ষদা উ-ৱা পূজা তৌনৈ তৌজিকমকসুনি। অসিগুম্বা মীৎয়েং অসি সাইন্তিফিক ওইবা মীৎযেংদা য়েংনবা হৌনবে, মখোয়গা ঐখোয়গা মবী তৎনবদগী পাম্মুববা শা উচেক, উ-ৱা পৃথিবীদগী মমিং মৃৎখিবা য়াওবে মসিমক ইবমদম অসিদর্সুনি। মীওইবগা, উ ৱা, শা-উচেকশিংগা নৈর্নাবিবা মবী অসোমদা অইবা অসিনা খৃৎ থাবকহ।

**ৱাবী লীযাং :** তঙ্কানা লাইথ সাইন্সতা এম ফিল যংলবা মতুং মণিপুৰগী মৃৎখিগদৌববা শা-উচেক উপাল ৱাপালশিংগী মবমদা বিছার্চ ৱার্ক তৌবা পামখি, অদুনা 'কঞ্জাবভেসন ওফ দি বিয়াব এন্দ এনদেজবস প্লান্স এণ্ড এনিমেলস ওফ মণিপুব' হায়বা তোপিক অসিদা ৱার্ক তৌখি। মচানুপীগী অপাম্বা মতুং ইন্না উবৈ মখল কযা, তাম্না অমদি শঙাইনচিংবা ময়ূমদা থমদুনা মপানা মতেং পাংখি। থিজিনবগী থবক চথবগী মহুত্তা থম্মোয়নুংগী ওইবা পান্দম অমা পীনবা হোৎনবনা লীলা অসিগী পান্দমনি। অদুনা অসুক থবক চিল্লিবী নুপীসি মশাগসু খঙনজবা গোপালগী মচা মোহেন্দা মপানা থাজে। মোহেনগী মনাক্তা লৈববা কান্দা মাগী

থেসিসগী অবোযবা পন্দুপকী অর্থ খণ্ডকই। মমা ওইবগদৌবা মংঙান্দা মোহেননা উবে অমদি শা উচেক্কী সেনা তৌবিনবা মী থর্মসি *'নং ঐগী নুপীনি, নঙগী অপাম্বা থক্লা ঐখোয মযামগী অপাম্বা ওইহনগে হায়র্দ্রি হনগনু, ঐন। হাযবসু খবদি ইনবা নৈ'* (৭/১০৩) হাযবা য়াহৈ অসিনা মিবপ থোকহনখি।

তাইবঙপাল হাযবসি অমগা অমগা নুংশিননা মরী লৈনববতদা শান্তি ওইনি, ইনভাইবনমেন্তো অকাযবা লাক্লোই, অদু নত্তদুনা ঐ-ঐখক্কী অপাম্বা যেংলগাদি মহৌশাগী তীক-খলদা অকাযবা লাক্লুনা তাইবঙপান্দসি ওইনা যাবোই হাযবসি খঙলকখি। অদুনা মতম কুইনা মাগী অপাম্বা যেংদুনা থম্লপা উবা কযা লৈশাং তমদে, তাম্না কৌবা উচেকসু অমুক্তফাও খোংদে অমদি শংইনা নোংম লোংমগী অনা লোযবকই। মপাঙলক্তগী শেংন-খাযনা পুন্নিবক্লব, শংইনা যোঙদোক্লি

তাংলৌদুদা ফাওখবা খম্লোই ঐগী নুংশি খাইনা
মৈতাক্লো,খাঙখদ্রেদা ঐতাকসু নপাঙ শংন পাইনবৌবনি
শানৌ ওইবি মহাক্তি মপোম তবব কপহৌবি, কৈবুল
লমজাওগী লমহাংনা। (৮/১০৪)

মীওইবনা খঙলে তৈবে হযনা থিবিবা হুমলিনা কর্যাসিগী মরমদা ঙন্নবোইদবা কযা অমা লৈ। মদুগী মনুংদা স্বাইদগী লুনা লৌবিবদি 'নীংতম্বনি'। ইশাগী অপাম্বা কান্নগদবা ঙাইহাক্তা খন্দুনা থবক তৌবা হাযবসি অকাযবা লাকই। মহৌশাগী পোৎ খুদিংমক কবিগুম্বা উবা ফংদবা মরী অমনা পুনশিন্দুনা লৈবিবা ঙাক্তনি মসিগী খল অসি হেক কাযবদা অকাযবা লাকই। মসি অইবনা দ্রামা লাইবিক অসিদা উৎনবা লাক্লিবিবনি।

## খুৎই অমদি লোন :

ঐখোযনা থেংনবিবা উবিবা থৌদোক থৌবমশিং অসিদগী তোঙান্না লৈখ্রবা ঐখোযনদি থোযনা খল্লুদবা মহৌশাগী পোৎলমশিং অসিবু লৌখৎলকপনি। শা-উচেক, উ-রা, লৈ-সু মাঙহ দনবা পাউজেল পীবা প্রোপগণ্ডা ওইনা লৌবা যাই। লীলাগী মচাক শাগৎপদা দাইলোগনা হেনমনবনা বিছার্চ য়ার্ক তৌবিবা পোৎশক খুদিংমক লেকচব তৌদুনা তাক্লবা হোৎনবা অমা উবা ফংঙি। অদুনা দ্রামা ওইনা লৈবদগী লেকচবগী ক্লাস ওইনা উবকই।

লোন অদুমক থোৎলি অমদি লৈগী তৌবকফম থাবদা শৈবেংগী মওংদা অবিবা য়াহৈ য়াতা কযাফাও শীজিন্নবকই। খুদম—

হবাও মথোই-কা নুংশি ইপাল লাংবদা, তাইবঙ মমি তমাববা, যাইবী থরায মিবেলনা, হংঙা মীকপ্পব্রিউঁ, পলেম ওইবী মমানা, শিয়োমনুংদা অদুম্মক, থরায হামচৎনা মিবেল হামফোইনহনবৈ অমাইবা অমাইবী ওইবনদি পাইমা নুংবঙনফম থোকপনি। (৮/১০৬)

অহানবা অমদি অনীশুবা লীলাগী মনী থোকপা মীৎয়েং অদুদি যাওদে। অদুবু লীলাগী মূক্লবা শরুক ব্রাৎনা, চুমা ব্রবী অমা লিবগুম থোকপনা অহকপা লীলাদি ওইবা ঙমদে। তৌবগীদি অনৌবা ড্রামা ইবশিংনা প্লোত কেবক্তবাইজেসন খওইনবক্তে, ব্রবীনা মপূং ওইনা লৌনববই। এ নিকোলগী ব্রাহে মতাং অসিদা নীংশিবা যাই

Drama is the art of telling a story in dialogue " ১

মসি ওইদুনসু অইবনা পীনিংলিবা পান্দম খবদুদি মযেক শেংনা তাক্লবদি হোৎনবে। ঐখোয মসিবুদ তবাযনা লৌবা যাবেই।

**ব্রাবোইশিন :**

পূম্না শুপচিন্না যেংলবা মতুংদা অইবা অসি ফজববু পামজবা অফবা শৌদৎনীংবা ব্রাখল উই, আশা চাউই। সমাজগী ফওবা থৌদোকশিংবু উবগা মদুবু মায়োক্লবগী মহুত্তা লাপ্পপ্পা যেংলগা তেংথা ঈশৈ শকচবা ঙম্মী।

মহাক্কী লীলাশিংদা পূম্নমক অমত্তা ওইনা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবগী অপাম্বা উৎলি, ওইশিনবা য়াদবা,পূর্নশিন্নবা য়াদবা অসিগী হৌবকফম থিদুনা লাম্বেংনগে হায়বদি নত্তে অদুনা সমাজবু নুং-হুনজিন্না উবা ফংলে হাযবদি হাযমনবা থোক্কনি। অফবগী ফিদম অমখক শাগ ত্রনা লৈবনিনা মীওই খুদিংমক ফিদম্নফম ওইবা ঙাক্তনি লোযননা, লীলা অসিমক পাউতাক পাউজেল পীবগুম থোকই। মবম অসিদগী অইবা অসি আইদিয়্যলিষ্ট অমা ওইনা থম্না য়াই। উৎলকপা মতমদা ব্রাখল খলহনবগী মহুত্তা মীনুংশি পোকহন্নবা হোৎনৈ, পি শিন্থহন্দবা য়াদে হায়বগী মওং উবা ফংঙি। অইবগী ড্রামাশিং অসি অঙনবা মতমগী মণিপুরী ড্রামাগা হাযবপ মান্ননা চৎলি হায়বা য়াই।

1 A Nicoll, **The Theory of Drama** (Delhi, 1969) P 72

## তাম্নজথিবা লাইরিকশিং অমসুং চেফোঙশিং :

১। Nicoll Allardyce, **The Theory of Drama**, Delhi 1969

২। Boulton Marjorie, **The Anatomy of Drama**, New Delhi 1985

-( )--

# ডাক্তর কমলগী শৈরেংদা পুন্সিগী মশক

ডাক্তর কমল মণিপুরী সাহিত্যগী অতিযাদা অবংবা থরানমিচাক অমনি। মৈতে চনুগী মঙ্গুণ লৈববা মপাবিনি। মহাক্না সাহিত্য পাবগী হৈনবী লৈত্রবা মণিপুরীশিংদা সাহিত্যগী খোযথুম্লববা মহাউ চুপহনবা ঙমখি। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য শেম্লকপদা সাহিত্যবু মশক তাকনবা হোৎনবদা কমলগী কখোক্কপা অতাংবনি। মহাক্কী সাহিত্যনা মতমদুগী মীওইশিংদা যাই থাবহন্দা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যনা লৈবিবমখৈ ইনৌতা নৌদুনা লৈবগদবনি।

রোম্যান্টিক কবি অমা ওইনা লৌনববা কমলনা পুন্সিবু যাম্না কুপ্না যেংলম্মী। মহাক্কী উপন্যাস মাধবী-না মীওইবগী থাক খাইদনা পেহলহনবা ঙমখিবদা নত্তনা শৈরেংগী লাইরিক লৈ পরেং অমদি চোইনা চোইনা চেযোংশিংদা যোঙলম্বা শৈরেংশিংনা কবিগী গুণ ফোঙদোক্লি। পন্সিগী অরাংবা পান্দম অমগা লেপ্পননা ইরকপা কমলগী সাহিত্য মতম চুবদা লূম লূম লাউববা সাহিত্যনি। মহাক্না সাহিত্যদা যেংলিবা পুন্সিগী মীৎযেং কখোক্কপনি। কবিগী সাহিত্যবু লোযনমক কোনশিনবা তৌদনা শৈরেংশিংদা যম্লম ওইবগা পুন্সিদ যেংলিবা মীৎযেং লৌখত্তুনা থম্মদ্রবি।

তাইবঙপান্দা হাযনসি অতিংগা পুন্সিগা মরী লৈনরমনি। অচৎ ন্ থরায পানবা কযাসি য় া তাইন ঙপান ওইদু কপা ঙমদে। অদুবু ইচম চম্না লেং-ওংনা হিংনা ঙাক্না পাঙব ? তোঙ্গানা। ঃ লোবা পুন্সিগী শরান কযা লৈযম ঃকপ্রা ? কবিগুম্ব অমত নাম্লদনা, পেনবা কযাদা যংলাবা পন্সিগী অবোইনা পান্দমদ কবিনো ? থাওনশিং অসিদা কবিনা তোঙ্গান তোঙ্গানবা মীৎযেং কযা যে দনা থম্লি। মহৌশাগী পোৎলমশিংদা কবিগী কল্পনাগী অরাংবা থাক যৌদুনা ইমেঙ্ বকযা শীজিন্নদুনা মীওইবগী পুন্সিবু উৎলি। মীওইবগী অকা অকুম নাইবা অনা নুংঙাই পুন্সিগী মতম ফাওবা লৌখত্তুনা থম্লম্মী। মীওইবগী তাইবঙ লীচৎকী ওইবা শক্তমশিংবু হেক হেক মহৌশাগী ফিভমশিংদা পানশন্দুনা অবোইবা মতম ফাওবা লৌখৎতুনা থম্লম্মী। মথোৎ কাবকপা মতম, পুন্সি লীচৎকী ওইনা খেন্ননা লৈবিবা

নুপী-নুপা ওইবশিংগী মশক, থৌনানা ফুদোংলবা নুপাশিংগী মওং-মতৌ অমদি মমা ওইবীগী মীযোক-মীচান পূন্নমক কবিনা উৎথোক্লবা হোৎনৈ। অবোইবদা পুন্সিনা মন্থবক্লবা, কিস্থবক্লবা মতমদা মমল লৈবক্তবা মতমসিদা অশিববু কবিনা মকপকুন্না নুংশিনা লেংগোন্নদুনা চৎমিন্নবা পামজে।

নুপী ওইবীশিংগী মথোৎ কাবকপা মতমবু লৈবাংগুম লৌদুনা শৈথাবকই। **খোংগমমেলৈ, খোইমু অমসুং লৈ,** অমদি **লৈপাকলৈ** কৌবা শৈবেংদা নুপীগী পুন্সি তাক্লি। মহৌশানা হোংহল্লকপা নুপীমচাশিংগী ফিভমবু অপোন্বা লৈ অমদি পোমশাৎনবা লৈদা খোইমুগী ৱাহং কযা হংহন্দুনা মপৃং ফাবকপা নুপীগী ফিভম উৎলি

অপোম্বা লৈ। তেংবানবদা পানবনা, ত্নাংজেংবা।

কয়াগী মতিক নুংঙাইবা,
মদু কবিসু খংজদ্রবীনিনা,
নুংশিতৈতবা তীন্না চিক্তুনা,
থাববসু যাইবী থৱাই,
নিংঙমদবা লৈহৌবোই।

(খোইম অমসুং লৈ)

অমুকসু পোমশাৎনবা লৈনা লৈকা ফন্না শাৎলকপদা মাগী পুন্সি কবি ওইগদগে হাযবসিদা নুংনাংবা পোকই। মহৌশানা পীবকপা থৌদানিনা নুপী ওইবীগী মপৃং ফাবা ফিভমদি উৎতবা যাদে লোয়ননা মপূং ফাবা পুন্সিগী মতৈ কনীংডি অদুবু লংমখাংদা কবি ওইগদগে হাযবা ঙমদে। নুপী ওইবীশিংগী তম্বা ঙমদ্রবা পুন্সি মযেক শেংনা উৎলি

পোমশাৎনবা হাঙবাস,
মতমনিদা থু-দাংথীববা।
বল্লবসু হৌজিকমক শাৎসি
মপুং ফাদ্রি ঈনম নুংশিবা।

খোইমু পাইবকপা উববসু,
পুন্নিংগী আশা থুংদ্রিঙৈদা,
মপুং ফাদ্রিবা লৈহিসি,
চুপথোকখিদ্রা বল্লিদো।

শাৎসি কিবে পোমসি চিংনবে,
নুং অনিগী মবক্তা হা ওইবে।

পূক্লিংগী মাখল পুক্লুংদা কংলে,
পুন্সিগী আশা পুন্সিদা তিনখবে।

(খোইমু অমসুং লৈ)

নুপীবু থবায় পান্দবা লৈতেংগী পোংশকুম লৌনবা মহৌশাদগী নুপা ওইবশিংনা নুপীদা য়েংবা মীৎয়েংনি। থোং মেঙলবা ইকায়থীবনা শকক ওইজরিবী নুপীমচাশিংবু, মখোয়গী থম্মোয় মশক খঙবীদবা কবিনা উহ্ অদুনা খোংগমমেলৈ কৌবা শৈবেংদা

লোত্তুনা করি কান্নগনি? নশকনা নংগী য়েকনবনদা,
হৌজক লাইশং নাক্তা, শাৎচক কবিগী পুক্লিংদা।
অকি অখং লৈববোই কবিগুম্না মতমদা,
শান্তি ফংগনি নপুনশি চুপনা নপূকনিংদা।

নুপীগী থম্মোয়বু হাংদোক্তুনা উৎলকপনি। মপাম্বোংগী শক্তম য়েংবা খক্তনা নুপীগী মশক খঙবা ঙমলোয়, নুং ফাওনা য়েংলবদদা নুপীগী খাঙবা কনবা উইববা থৌনা মশক খঙগনি। ঙাকলৌ য়াওদনা হিংঙমদবা নুপীগী পুন্সিনি হায়বসি লৈপাক্রে কৌবী লৈবাংনা শীংনদুনা মীওইবনি হায়বা তাকলকই

মাগী থোৎলবা লৈনানা কল্লবা মালেম থিনগাইদো'
মাগী নেমলবা মউনা, নুংশিৎ খাংইদো শজিবুগী'
নিংদ্রবীনি উপান্দা তাংগে, কিদ্রবীনি নেখৎপগী।
পাঙ্গবিবী লৈপাকলৈনি, মথন্নতগী মথৌনানা,
হে পাখংশা ' থৌওইদবা তৌগনু পাঙ্গল শোনবীনি হায়দুনা।

নুপী ওইবীশিংদা প্রকৃতিনা মমা ওইবীগী তোপ তোপ্না গুণ অমা হাপলম্লি। নুপীনা মমাগী থাক্তা লাক্লবতদা নুপী ওইনা পোকচবগী মহে ফংঙি মপুগী থৌদা পাঙথোকপা ঙম্মী। মমা ওইবীগী থৌজালদি পাক্লবা সমুদ্রগী ঈপাক্তগীসু হেনবনি। মহাক্কী থৌজালদি অমৃতনি তাইবংঙপান্না মসিদা হিংদুনা লৈবিবনি নৎত্রবদি লৈকংলা ওইবমগনি। **থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য, নির্জ্জনতা, হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য** অমদি **মাতৃ তপর্ণ** নচিংবা শৈবেংশিংদা শেংলবা পুকচেল অসি উৎলি। মণিপুরী সাহিত্য অমদি লৈবাকপু ইমা অমগুম্না লৌদুনা তাইবঙদা মমা মচাগী তৎনবা যাদ্রবা তাইবঙ লীচৎ তাক্লি। জ্ঞান ব্রাৎলবা পাঙদ্রবা মচাশিংনা মমাবু য়েংবীদ্রবদা ওইবিবা ফিভম অদুদা মণিপুরী সাহিত্যবু উখি। মতম চপ্পদা মঙ্গলগী মশক ওইববা প্রেমবু থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য কৌবা শৈবেংদা থিবি

নংগী অমৃত চেনবা য়াহৈনা খিকুনা,
পাম্বীদা মহৈমবোং চুমজনবা,
লৈপান্দা লৈ মকাবামনা শাংহনবা,
অদুগুম্না থুমলবা য়াহৈনা অমুক্তদি থেমজিনবিখো নচাশিংবু
কন্দাইদা লৈখ্রে ইমা।

তাইবঙ কম্বাক্তা চেন-চোংদুনা শান্নরুবনা মমাগী তম্পাক্তা ঈংনা পোথাবা পান্নরুই।
মসি মচা খুদিংমকী অপাম্বনি:

ইমাগী তম্পাক্তা তুম্বগুম
তুমজগে নংগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চুপচদুনা হিংজগে য়াইবী থবাই। (নির্জনতা)

খিজরিবা মমানা তাইবঙপান থাদোক্তুনা চৎখ্রবদা কবিনা হিংদুনা লৈবগী অর্থ য়াওদবনি। মাতৃ তর্পণ কৌবা শৈরেংদা প্রেম অসিবু খৌরাংলকই। লায়ববী মমা অমনা ইনাকখুনবী মমা অমদগী মচা নুংশিবগী প্রেম তাবা নত্তে। কমলনা থম্মোয়গী ওইবা তর্পণ কচ্চদুনা ব্রহ্মপুত্রগী ঈচেন্দা মতম চুপ্নগী ওইনা চেলহনবা পামখি:

নংগী ঈচেলগী মশক ওইবা তাবদা
পিগী মশক ওইবা মেজবাপনা থেংবদা,
থোবকসনু, 'ইমা' 'ইমা' হায়না,
অত্যাদা পাইখৎসনু খোঙ্গেন্দু।
কনানসু খংদবা পুকনিংগী স্মৃতি,
কনানসু য়ৌদবা লমদমদুদি,
তিনসনু কনানসু খঙদনা,
'মাংদবা' ওইসনু মতম লৈবা খিবিক্তা। (মাতৃ তর্পণ)

অসুম্না তাইবঙ লীচৎকী ওইনা লৈনবিবা মমা মচাগী মরীবু তৎন-থান য়াদবনি হায়বা উৎলি।

জীবশিংগী মনুংদা মীওইবনা অথোইবনি হায়না লৌনবিবা মপোক্তি। অসিগুম্বা মীওইবগী মপোকসিদা নুপা ওইনা পোক্লবা মপোক্লা নুপা থোক্লা হিংলম্বা, মমা লৈপাকীদমক থৱায় পাম্মুদনা হোৎনবা, সমাজগী য়াইফনবা তৌবম্বা হায়বসি মীওইনা পোকপদা য়াইদগী অথোইবা ধম্মনি। মীওইবগী পুন্সি হায়বসি নুংঙাইনা

চা-থক্কুনা হিংলল্লগা শিখিগদবা নত্তে, হিংলিঙৈদা করিগুম্বা খরদি তৌবমফম থোকই হায়বা ৱাখলসি কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা, অথৌবা নিপা অমদি মিংচৎ কৌবা শৈরেংশিংদা উবা ফংই:

ময়েংউ লৈবাকমচাশা ' হিহোনবা নুপা'সে
হোল্লুরে মরুভূমি কয়াগী মথক্তা,
ময়া মরীচিকাগা থেংনদুনা,
থেংলুরে অগুম্বা লৈবাই কয়াদা
ইয়াকনকরে অরুবা হিদেন কয়ামুক্তা,
নল্লুবে চীং নাপোম কয়া নিম্থাইদুনা।

(কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা)

অসিগুম্বা পুন্সিগী লানফম কয়া থেংনদুনা চৎলিবা মীনোক মীচৈ কয়া থওইদনা মরৈবাক্কী ফনবা হোৎনবিবা নুপা অসিতবু কবিনা নংতনি নুপা থোকপা হায়না থাগৎলি। মশামক লায়েংবগী সেবা তৌবম্বা কমলনা অথৌবা নুপা কৌবা শৈরেংদা·

অচীকপদা মথন্তু-ভূমিন্ন ফমদুনা,
লাইথোকপদগী তেংবানববু কনখিবা;
ডাক্তব জেনার অসে নৎত্র অথৌবা নিপা'

মখোয়গী মফমদদি মিংচৎনা মতম চুপ্পদা থৌগল তৌগদবগী শেন্নদুনতা লৈ। হকচাং পোলাংনা মাঙথ্রবসু, মহৌশাগী ফিভমনা অওনবা কয়া লাক্লবসু মশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা মীয়ামগী হোৎনবম্বা মীশকশিং অদুদি তাইবঙপান্না লৈবিমখৈ লৈহৌরগদবনি

মতমগী ঈচেন্না অসুপ কল্লব,
থৈদুনা চৎলি মিংচৎকী চীংদোল অবাংব।
মতম্না কুইরগা ৱাংখৎলকই মাগী চীংদোল।
মিংচত্তনি মীওইবগী মাংদবা লল। (মিংচৎ)

লৈকোলশিংদা ফজনা শাৎলিবা লৈশিংগী মতম লোইদুনা কেনবগী মতম লাকপগুম মীওইবগী পুন্সিসু মন্থরকপগী মতম লাকই। মসিগুম্বা মতম অসিদি য়াম্না নুংশিনীংঙাই ওই। কমলনা মহৌশাগী পোৎশক, সভ্যতাগী মবী লৈনবা থৌদোক ৱাখোক কয়ানা অমনবা ৱাবী ওইবক্কুনা কনানসু খঙবীদনা লৈবা হায়বসি কবিগী থম্মোয়না খাঙবা ঙমদে। চন্দ্রনদী, চীংয়ালৈহাউ, কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মখাক, থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য, অতীতের স্মৃতি-নচিংবা শৈরেংশিং অসিদা মহৌশাগী

পোৎশক কয়া ইমেজবি শীজিন্নদুনা উৎলবসু নুংদা উবা ফংলিবদি পুন্সিগী লোথবক্কবা ফিভমনি। মতম অমদা ঈচেল কন্না চেল্লমবা চন্দ্রনদীনা কংবা উবগা কবিগী পুক্নীংদা ফাওবকই অব্বাবগী সুব

পুক্নিংগী অথুপ্পা মফমদা, মনুংদ-মনুংদা
অব্বাবগী ঈচেল চেল্লি লোন্না লোয়া (চন্দ্রনদী)

কাঞ্চীপুবনা কোনুং ওইবিঙে মখোঙদা ঙাক শেন্দুনা হৌবম্বা লৈহাউ লৈবেন্না মনা মশা ককথৎপীবদা কবিনা লোইবমদাই পুন্সিনা অব্বাবা ফিভম যাযোক্লবনি লৌবকই। কেতুকীগুম লৈনম চাউবম্বী থাযনগী মৈতৈ সাহিত্যনা কনানসু খঙবিদনা লৈবকপবু, শজিবুগী অকনবা নুংশিংনা হুমদোকপিগ্রবা লাইশংনি অমদি নোংজুথাদা ঈশিংনা থুমজল্লকপনি হায়না উবকই। অমুকসু মতম অমগী কোনুং ওইবম্বা কাঞ্চীপুবনা অতেক-অকায ফিভম লোয়নবকপবু অসুম্না শৈথাই

শঙ্গুদগী চিথহৌববী তেনবাগুম,
মীচিক-মীবাওখোল তাখিদ্রবা,
উমং-উখোং ব্রাখোংনাক্তা ফমদুনা,
অবাবা-ঈশৈ শকচবি মথন্নতা।

(কাঞ্চীপুবগী লেমহৌবা মথাক)

অবোইবা পুন্সিগী মতাংদি অব্বাবা নীঙমদবা কয়া লোযনবনি পূম্নমক অকাউবগী লৈবোন্নুংদা চনখিগদবনি। নুংশিবদি মপাল ফবিঙে মতমদনি অহল ওইবক্লগা মপাল মচুম পক্লবা মতমদদি কনানসু নীংশিংবীদে। অদুনা অব্বাবা ফিভম কয়া নীংশিংলকই-

পল্লেমগী ব্রাহৈ খাইনবমদাইগী,
শিবমদাইগী দৃশ্য কনাগুম্বগী,
কাঈখিগদৌই থম্মোইসি খল্লুবদা। (অতীতেব স্মৃতি)

পুন্সি পূম্নমক অবোইবা পম্বুংদি চপ মান্নে। মখোয খুদিংমক অশিবগা অমত্তা ওইনা খুৎশম্নদুনা চৎমিন্নখি

নিদ্রা কদাই-শান্তি কদাই কদাই থাবল?
শংলে অনাবনা হেঞ্জিল্লকলবাদা,
অবেম্বনি হিদাক অবেম্বনি সেবা,
মৃতুমুক্তি মতমতনা হিদাকনি মথোইবা।

(নিবব বজনী)

অসুম্না মীওইবগী পুন্সি অকাউবগী গর্ভনুংদা চোংথগদবা লৈববনি। ফজবম্না শক্তী মগুণ, শোন্নবমবা নুংঙাই য়াইফবা, খাঙলম্না অৱা অনা কয়া অমত্তা ওইনা তিনখিনি। মতমগী গর্ভনুংদা লূপশিনখিদুনা মশেল মবাং ওইখিগনি। অদুবু কবিনা উবকই মতমনফাও থৈদোক্তুনা চৎখিবা পুন্সিগী পম্বুং অমখক। পম্বুংদু য়ৌববদি ঈশ্বর ফংলবগুম্বনি, মুক্তি ফংলবনি। কমলগী শৈবেংশিংদা পুন্সিগী ফজববা মশক অমা শাগত্নুনা থম্লম্মী। ইচম চম্না হনখিবা অদু পুন্সি নত্তে হাযবা তাক্লকই.

হৌখ্রবা অকাউবগী সমুদ্র ময়াইদা,
মিংচৎকী দ্বীপ শাবম্মিবা নুপাশা,
যাইফৈদকো ওহোবকনসু।
ঈবাকনববদা পুপচগে নংগী দ্বীপ্তা।

(অতীতের স্মৃতি)

ঈশ্বর ফংবা, মুক্তি ফংবা পূর্ক্লীংগী শান্তি ঃ যেবসি কমলগী মফমদদি থবক্নি। কমলনা পুন্সিগী ফিভম তাকপদা লৌবাম্লবা পান্দম খাস ে লগা ভাগবতগীতা-গী মপাউ ময়েক শেংহল্লি অদুনা মহাক্কী সাহিতানা আধুনিক ওইবা অসুম অসুম হেন্লক্নি। কবি কমলনা শক্নি

কংলো কংলো লৈহাও লৈবেন।
মিংচৎ-উবোং শিল্লমদুনা।
থাদোকলমলো অবেম্না তাঃবংপান,
হৌকবো শান্তিগী নৈ কোপা।

(চীংয়া লৈহাও)

# চাউবগী শৈরেংদা
# মৈরবাক নুংশিজবগী ৱাখল

মণিপুরী সাহিত্য খোঙহৌ ফনা, অঙনবা মতমদগী শাগৎলকই। অদুবু তাঙ্কক অমা থৈদুনা মতম খবদি নিঙাইদনা তূমলুবে। মসিদগী মীকপ থোক্লকপদা জাতি অসিগী নাক-য়েৎ, ৱাখল-পূন্নমক্তা অফা-অপুন্নবগ্নে। লোয়ননা মতম কুইনদগী নীংখা তমজবকপা পোক্লফম মীখা থানা মীগী মপাল তাংনা হিংলগ্নে। ইং ১৮৯১ গী মণিপুরগী অবোইবা নীংতম লান্না (খোংজোম লাল) মণিপুরগী লৈঙাক শাসন্দা অহোংবা পীদুনা বৃটিশকী শাসন মখাদা লৈবদা নত্তনা নোংচুপকী ৱাখল্লোন জাতি অসিদা মমি তাবা হৌখি। মরুওইনা নোংচুপকী শিক্ষা পুশিল্লক্লুনা ৱাখলগী অহোংবা অমা পীবা হৌবকখি। মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙখিবগা তুংওইননা পোক্লকখিবনি ঐখোয়গী খূৎমাবা অইবশিং— অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩), চাউবা (১৮৯৬-১৯৫১) অমদি কমল (১৮৯৯-১৯৩৫)। মখোয় খূদিংমক ইংবেজশিংনা পীবা অনৌবা শিক্ষা অসিগা হাকথেংনখিবা ঙাক্তনি। কবি খ্বাইবাকপম চাউবা ছাত্র ওইনা মণিপুরী লোন্দা মহে তম্বা ফংদবগী নুংঙাইতবগী মথক্তা ওজা অমা ওইনসু অৱাংপা কয়া অমা থেংনদুনা লাক্লবনি।

কবি চাউবা মীখা পোল্লবা তাঞ্জাদা চাউবকপনি। জ্ঞান লৌশিং ফংদুনা মণিপুরবু শকখঙলকপা মতমদা নীংবা কায়খি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদনি খূৎমাবা অইবশিং অসিগী কলমদগী মমালৈবাকপু নুংশিনা শৈথাজবা ৱাবেং-শৈবেং কয়া থোক্লকখিবা। মখোয়গী হোৎনজমন্না মতম কুইনা ঈচেল লেপ্লুববা সাহিত্যনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য অমা ওইনা শাফোঙলকখি। অইবশিং অসিদা মরুওইনা পীখিবা চৈথেংদি মমা লৈবাক্লা নীংতম্লমদবা, মমালোন্না ওম্লোকপা ফিভম অমদা লৈবম্বা অসিনি। মসিদগী থোক্লকখি মবৈবাকপু শৈথাজবা সাহিত্য— মণিপুরগী মহৌশাগী শকফম শৈথাবা, মবৈবাক নুংশিবগী ৱাখল, কলা সংস্কৃতিগা শাগোন্নবা পুৱাবীগী ৱাবীশিং, লোক সাহিত্যগী মচলশিং পূন্নমকসিদা মৈতৈ অমা ওইনা চাউথোকচবা ঙম্বগী ৱাখল শাগৎপা ঙমখি।

কবি চাউবসু মতমদুনা পীবকপা কবিনি অদুনা কদায় ফাওবা মরৈবাক নুংশিজবমবা হাযবসি য়েংনবা হোৎনজবি। **থাইনগী লৈবাং, ছাত্রমচা** অমদি অইবগী চোইনা ফোঙবা শৈবেংশিংবু খোমজিন্দুনা লমদম অসিবু অমদি জাতি অসিবু কদায় ফাওবা উবা ফংলম্বগে হাযবদু থমজবি। অইবনা লৌখত্তুনা থল্লিবা শৈবেংগী হীবমশিং অসিদা চাউবাক্লা মীৎয়েং খবা খায়দোক্তুনা থম্লগা য়েংবা তাই।

(ক) মণিপুববু শৈথাবা (খঙবীদবগী নুংনাংবা)

(খ) লমদম অসিগী লোন অমদি সাহিত্যদা

(গ) মণিপুবগী লৈজবিবা কলা সংস্কৃতি অমদি অতোপ্পা হীবমশিং

**(ক)** মণিপুবনা মনীং-মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনা লৈবিবঁে যূমথংনবা লৈবাকশিংনা মক লুক্লা চৎলম্মী। থৌনা লৈববা ইনিংথৌ কযানা লৈবাক অসিগী মিংচৎ পাক-শন্না শন্দোক্লম্মী। অদুবু বৃটিশকী মখা থানা লোইলম লৈবাক অমা ওইনা লৈবদগীদি লৈবাক অসিগী মিংচৎ নোংম-নোংনগী মমি শামথবকই। নোংশাগুম থৌনা লৈববা মপাবিশিং অবোইবা লানফমদুদা মতম চূপ্পগী ওইনা তূমখিবম্মী। অসিগুম্বা মমা ওইবীগী অৱাবা ফিভম কবিনা উবকই। মতম অমদা কবিনা পাঙ্গল থৌনা লৈত্রিবঁে ইমাগী সেবা ঙমলমদ্রি, হৌজিক্তি কবিগী থৌনা লিংজেল পূম্নমক পুথোক্তুনা হোৎনবগনি। মণি ওইববা মণিপুবনা অবেম্বদা খঙবীদনা ঙানবসিনি কবিগী থম্মোয়না খাঙঙমদ্রিবা—

নাবক্তা শাৎপা লৈবাংনা
নম্বীনবা যাওদনা
অবেম্বদা কেনবগুম
ঈযাযদা লোৎপা মণিনা
যেংবিনবা লৈতনা
অবেম্বদা ঙানবগুম

মণিপুব সনা লৈবাক্লা
অবেম্বদা ঙাললম্মি
অবেম্বদা শাৎলম্মি
খঙবিনবা লৈতনা।

ব্রাখল অসি খনবদা
অহিং নুংথিল অনিদা
অব্রাবনা ফুম্বংনৈ

নচাগী পান্থোম চাউদ্রিঙৈ
পলেমগী নুংশিবা খঙদ্রিঙৈ
ইমাগী সেবা ঙমলমদ্রি
তোল্লবা নচা ঐখোযনা
খুজেং পাল্লোহ্নিদুনা
যাকায়বোনবু খঙগে। (মৈতৈ কবি)

অসিগুম্বা লৈবাক অসি কবিগী পোক্ফম লমদানি স্বর্গদগী হেনবীনি। অব্রাৎপা অমত্তা লৈতবী ইমানি, মাগী তম্পাক্তা নোক খেনা শান্নজবা ফংজবা কবিগী কযাদা লাইবক যথ্রবা' খতু তকক্কী তোঙানা তোঙানবা শক্তমদা ইনা মানা অনৌ অনৌবা যিজোল হোংলি। যেংলু য়েংলুবা মযম মতম খদিং পুক্রী' শুনত্থনীংঙায়নি অদুনা পোম্বী চেক্লা খিবীক্লা মাগী মগুণবু তত্তনা শৈখাজর্বনি। কাবসু শকচৈ পুক্রীং পেন্না

বসন্তগী মতমদা
টীংযা তমযা 'পুম্নদা

নুংশিবা কোলোয শক্লিবা'

কনাগী অযুক্ষী ঈম্রাযদা
থবো থম্বালনা লৈতেংবা

কনাগী সন্ধ্যাগী মালংদা
অসুম্না সিন্দুবনা লৈতেংবা

কনাগী শংবানবা লৌবুক্তা
নিংথৌ'র্বাক্কা শমুবা

চবৈগী ফিগাও শাদুনা
ইমাগী থৌজান নিজবি। (মৈতৈ লৈবাক)

অতোপ্পনদি হায়নৈ তোপ্পবীনি লায়ববীনি। কবিনা পোক্রফম ইমাবু শকখঙলকপা মতমদসু য়াম্না তোন্না মশাগী নাৎ-শক্তম ঙাকপা ঙমদনা লৈবন্নে। ইশাগী লোন লৈতবগুম্নে লোযননা হান্নদগী লৈজবক্রবা রবী শীংবুন সাহিত্যগী মচল নত্তবগুম্নে। পুম্নমকসি ওইদুনসু লমদম অসিগী তোপ তোপ্পা মহাওদি চাউবনা ফংলি। খ্রাখলগী চবাংনবা পলেপফম খঙদ্রবা মবক্তা ঈংনা পোথাবা ফংজবসিনি খ্রাইদগী মক ওইরিববা। খ্রাখল অসি কবিনা ময়েবাক য়ৌবদা হাযবিবা শৈবেংসিদা পুকচেল তিংনা হায়বি

ঙসি পুনশিগী অরাবা ঈদে দা,
নুংঙাইবা ঈথক্রা হৌবক্রে
গোমুশী নাপামদ, গঙ্গানা চেনবগুন
প্রেমগা বগলা শম্বদে
কুইনা নিংলকপ, নুংশি ব লমদম্ব,
মাংসিদা মিংসিনা উভবে।
ঐহাক্কী তোপ্পবা, উনাগী খাংপোক্র,
ঐহাক্কী ইমাংদা ঙাম্মোইহবে। (ময়েবাক য়ৌবদা)

মতম কুইনা থৌশাবীকদ্রবা মণিপুবব শক-খঙলকপগী নুংঙাইজবদুনি কবিনা থম্মোয়দা ফাওবিবা। 'কুইনা নিংলকপ নুংশিবা লমদম' কবিনা তোঙান্না ঙাযজবা পোক্রফম নত্তে হান্নদগী লৈবক্লিবা মবায় চায়থক্ববা মণিপুবনি।

পোক্রফম লমদম ইমা কবিগী মফমদদি ইমাদা ইমানি- পোকচবীনি, য়োকচবীনি অদুনা ইমাগী মফমদা নাওথি শাজবা কবিনা পামজে। অবোয়বা পুন্সিগী খোঙফম ফাওবা পীক্লিবা মচা অমগুম ইমাগী তম্পাক্তা লেঞ্জগে হায়বসিনি।

মিহৌজদে লনসু
কল্লকউদে মিংচৎশু
পাম্মুদেকো অপ্রাংবা বুতম!
পীবিয়ু মফম
লেঞ্জগে মতম
পলেমগী নুংশিবা তম্পাক্তা।
(নিজরোইহ ইমা অতোপ্পা অমা)

অসিগুম্বা ইমাগী শকফম অসি কবিগী অরোইবা পুংফমদা উহনবীয়ু হায়জবি :

অশংবা ফিজেৎনা ইমাগী, ওক্তা লৈনা থাম্না

য়েংজনীংদে অতৈ ফজবা নীংথিবা–
উহনবিয়ু অবোযবদা নঙগী নুংশিবা শকফমদো।
**(উহনবিয়ু অবোইবা নঙগী নুংশিবা শকফমদো)**

**(খ)** অসুম্না কবিনা মণিপুববু নুংশিজৈ অপোকপী মমাগুম। ইমাগী ফজবা শক্তমদা ঙাওজবনি, অসিগুম্বা ফজবা গুণ কযাসি অবেম্বদা লৈবসিনি কবিনা নুংনাংলিবা। লৈবাক অসিগী, জাতি অসিগী মপাউ পুবিবা অমদি সাহিত্যগী লৈশাৎ অম্রফম ইমালোন্না অমুক্কা হেন্না ফিদা লৈবমদ্রে। নীংবা কাযনা, ইকায ফীকব খুম্না মণিপুবী সাহিত্য অমদি মণিপুবী লোন্না মচাশিংনা অমুক্তং থিবকপ্যা ঙাযবি। মতমসিদনি কবি কমলনা

মতম কুইনগী তুংদা
লেঙশিন্নক্লে ইমা মৈতৈ চনু
মৈতৈ সাহিত্য মন্দিব মনুংদা, (মৈতৈ চনু)

হায়না য়াকাযবোল শকথিবা। ফিভম অসি চাউননা লোনগী লেঙদ্রনা ফিদা লৈবরতদা সাহিত্যগী অব্রাংবা থাক কাবক্কদর্ননি হাযবসি চপ চাযা ফিবেপ ওইনা লেপ্লম্মি। মতম অমদা বেঙ্গলদা ইংবাজি অমদি ফবাসীনা জগ তৌখিবগুম, মণিপুরদনা বাংলা, সংস্কৃত অমদি ইংবাজিনা মফম চাউনা পাম্রবনি। মক ওইনা বাংলানা অমুক-নুমিদাং রাবী-ব্রাতায শানবদা লেমজফম ওইবর্বানি। অসিগুম্বা থাংতমদ্রবা চৈথেং অসিগী মায়োক্তনি কবিনা শীংননা লেপখিবা। অদুগা যোঙদোক্লকই

লাঙ্গৈবগী ইবোন্নি
খঙদবনা হায়বনি
মৈতৈ কবি লাকখিনি

ইচীন ইনাও পুম্নমক
লীচিং অমতা ওইদুনা
পলেমগী লমন খুম্নবা,
লৌশিংগী থাউমৈ থানসনু
ইমাগী সেবা তৌসনু। (মৈতৈ কবি)

মতম অসি মণিপুবী সাহিত্য অমদি কলা সংস্কৃতিগী ওম্বোক্লা লুববা তানফম অমনি। অবি-অনৌ শিন্নফম লংদাই ওইনা লৈবিবনি, নোংচুপকী শিক্ষানা পীবকপা

অনৌবা ভেলু ৱাখলনা হীবম খূদিংমক্তা অহোংবা পীববনি। নীলকান্তনা মতমসিবু অমম অঙাল শিন্নবা য়াচঙবা মতমনি হায়না পী।[১] গবীবনিৱাজ মতমদগী ধর্ম্মগী খোঙদা চঙলকপা— লোন, শাগৎলকপা সাহিত্যগী মশক, নাৎ-চৎনবী অমদি সংস্কৃতিগী মশক্তা থুগাযবা খবা হৌবক্লবনি। কবি মশামক মৈতৈলোন্না বাস, খুবাক ঈশৈ শক্লবা হোৎনবস্না থৌনা ফবা সমাজগী সেবা তৌবা মীশক অমনি। অসিগুম্না অহোংবা, অওনবা ফিভমশিং অসিমক নীংখাযবে হাযবা শৈরেংদা পীবি

মেল্লো লাও মেল্লো লাও, লোইনা নীংখাযবে
সাহিত্যগী পনয়াযমক্তদা হান্ন নমখায়বে
কনাগী কলা কনাগী ঈশৈ লোইনা তাউথবে
লাইবক চাউবা ঈশিংপা ! থোইনদুম য়ানখাযবো
চেল্লক্লিবা ঈচেল অদু ঈপাক্তদুম তিলহনখো
মতমগী ঈবৈ অকনবা, কনানবু থিংভুনি?
অবিবগী মহুক্তা অনৌবা, মহৌশাগী নিযমনি

অওনবশিং অসিগী খুদোলনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশক অসি শাগৎলকখিবনি। মৈতৈলোন্না ধর্ম্মগী থৌবম কযাদা শক-শোঞ্জবদা পাপ লংশনগদবগুম খনবস্না বাখল মমি শাল্লকই। মহাভারত রামায়ণগী ৱারীনা সাহিত্যগী মচাক ওইবা তোক্লুনা কংলৈবোনগী অরিবা ৱারীশিং থিগৎপা হৌবকই। মৈতৈগী হান্না লৈজবস্না লৌনা লৌশিং উৎপা, কলা সংস্কৃতি উৎপা ৱারীশিংনা সাহিত্যগী মচল ওইনা লৌখৎপা হৌবকই। পূম্নমক অসি সাহিত্য ইমাগী থৌজাল নত্তনা কবিনা পাম্মী হাযদুনসু ওইবা নত্তে, সাহিত্যদি থম্মোয়গী পাউদমনি লৌকবিবা মচাক পূম্নমক সুপ্রত্তগী শাদোংনি হাযবসি উৎনবগীদমক্তা সাহিত্যবু মূর্ত্তি ওইনা থমজবগা কবিনা নিজবি

খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে,
ঐগী অচম্না খুৎখৎসিদদি !
খোক্লেনে অচম্না ভাটিয়াল
ঈশানা পামজবা ঙসিদি !
পীবিযুবা ইমা অমেংবা মিজবাব
খচ্চগে থম্মোইগী তাবদা!

১। এলাংবম নীলকান্ত, অচাইবা লৈ, ইম্ফাল।

খোকসনু নামিবা মলয়া
তাজগে নাংকোংসী শেন্না।

(খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে)

পূম্নমক ইমা মঙোন্দা শীন্নখোকপগা লোয়ননা পোক্রফম লমদমগী মগুণ শৈথাজবা অসিনি খ্বাইদগী পামজবিবা।

(গ) মহৌশাগী ওইনা ফজবা শক্রোন শৈথাবগা লোয়ননা, জাতসিগী সংস্কৃতিগী লনগৈ হাংদুনা কংলৈবোনগী ৱারী কয়া পুথোবকই। তোনু লাইজিংলেম্বী অমদি কদেং থাংজহনবগী কায়নবগী অৱাবদা শরুক যাবকই। থে ইবীগী লোইকাবদা থবক শনগৎনা মীপাইজকই অসিদসু নত্তনা যৌতৈবী শাইরেংগী নীংবা থুংখিদ্রবা ৱাবীবুসু শিবেং ওইনা পুথৎলকই। তাবুনুংদা লৈমন চন্নবা অদুমনাদা ওইবদা কুইব কুইবগা লৈনম হেন্নকপা কেতুকী লৈবাংগুম্বা মোইবাং কংলৈবোনগী ৱারীশিং অসীবা সাহিত্য ওইনা শক তান্নকই। মৈতৈ নুপী খুদংগী থোইবীগী শিদম তাত্রবনি মপাগী লম্মনসু শীংদবা যাদা, পাম্মু নুংশি নকপু কৈনদা শার্নদবা পোদমনি

হা নোংবান কোংযাম্বা
খুমন মযুম যৌবগে, নোংযাই মনাক চৎলগে!
মাগী লমন খুন্নবা, ইতে ইতে হায়দুনা
তালোইশীংদা চন্নমলে।
ঙসিগী কোবৌ নুমিত্তগী
নতৈমা হায়না মিঙ্গৌবো। (লোইকাবা)

অসিদসু নত্তনা লাইজিংলেম্বীগী নুংশিববা মপাউসু তন্নকই। লৈবাক নিংথৌগী যাথংনা কনখিবনা ম্নাকোনুং চৎতবা যাদ্রবা, লাইজিংলেম্বীনি। নুংশি থৌবিনা উইববা, লৈমা ফমথোলনা ৱাংববা অঙকপা চাংয়েংনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিবু চাউবনা অচম্বা লোন্দা পুথোক্লুনা উৎলি

লৈবম্মবদি নহাকসু, খাইনবগী পুংফম অসিদা
পিগী মবিক খবদং পীদুনা
থমোইদসু চোৎপা ঙমগনি।

(তোনু লাইজিংলেম্বী)

পুম্নমকসি ফংদ্রবা লাইজিংলেম্বীনা থম্মোয়দা নুংশিববু কোন্দুনা অবোয়বা বিদায় নিজবি—

ঐগী অমকপা নিংশিংবা মশেক্তা
নংগী অইংবা থমোইগী লম্বীদা
কৌদুনা লাক্লবা মতমদা,
নহাকসু ঐগুম্না, মতম চাবে খন্দুনা
থমোইনুংদা, নুংশি কোলোই শক্তুনা
অবোইবা বিদায় পীবিয়ু। (তোনু লাইহিংলেম্বী)

ফৌওইবীগী নুংশি পলেপখিদ্রবা খোঙফম অদুবু "ঐবুদি নংনা তাম্লোক্লে ঐদি লৈবা ঙম্মবোই।" **(ফৌওইবী লাইবেম্মা)**

নুংশিবদা খোঙফম ওইবা মোইবাং কংলৈবোনগী রাবীশিং অসি লৌখৎপদা নত্তুনা মণিপুর ইতিহাসকী মশক থোক্লবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী রাবী পবিং লৌখৎলকই। তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবনা মরৈবাক্তা চঙজখক্লবা ভাগ্যচন্দ্রবু অঙাওবা শম্মু যাহনখি। প্রেম ভক্তিনা পুল্লবা মরৈবাক নুংশিবনা ঙাওববা নিংথৌগা কবিগী মরৈবাক নুংশিবগা অমত্তা ওইনা পুল্লুখি। অদুনা কবিনা—

জয়বু ওইয়ু
ইবুঙেঙা লাঙ্গোই লমশাংসি ফাদুনা
নবৈপাক্তা যৌজবা, গোবিন্দনা কৃপা তৌসনু। **(শামু ফাবা)**

অসিদসু নত্তুনা কবিনা ইঙেল্লৈ কৌবা শৈবেংদা লৈবাংসিনা চিন্নদনা কেনখিববু শৈথাদুনা ইনিংথৌ পামহৈবগী রাবীগা শাগোন্নবা রাবীবু নীংশিংহল্লে। মেলৈ লৈম্না নোংজুম্পান লৈবাংবু উবগা লৈবাংবীনবা লৈতবনা লৈমা- নিংথৌ য়ৌদনা অবেম্বদা পত্তুনা পুন্নদুনা মাঙলে হাযনা তেংথাবকই। মৈতৈগী নিংথৌ পাল্লিঙেগী লৈ -লাংবগী যজববা চৎনবী নীংশিংহল্লি। খম্বা নোংবানগী রাবী নৌহৌহল্লি লোযননা ইনিংথৌ থরাম্ভাবগী মনাও মেনম্না মুংখাংচাউবগী থৌনানা জগোয় শাহল্লি।

মেলৈ লৈম্না নুংজুমপান,
কদাম্বদি লৈনুংশি,
লৈবাং লৈচন খঙদনা
মাঙগদবা পাম্মুইতো।
থাযনগী লৈযাং অমনবা,
মল্ল মল্ল লৈনুংশি,
লৈবাংবিনবা লৈতবনা
লৈমনিংথৌ যৌদ্রেদো। **(চীংগী লৈবাং অমদা)**

লোক সাহিত্যগী মচল ওইনা লৈবিবা, ঐখোয়গী ওইজববা ৱাবী কয়া মমাঙঙৈদগী ইনাক খুঞ্জদুনা লাকই হাযবসি তাক্লকই।

মশাগী নাৎ, পুৱবী অমদি কলা-সংস্কৃতি যাম্না ঙল্লিবঙৈ মতমদগী লৈবক্লবা লৈবাক্রি। তোপ তোপ্পা অৱাং নোংপোক ভাবত্তা ঙাখ্রেইবিবনি। জাতি অসিনা থল্লম্বা থৌনা লিংজেলগী ৱাবীদা নত্তনা মহৌশা খুৎশেমনসু মাগী হৈশিংবা পুম্নমক হৈথদুনা শেম্লগে হাযনা শেম্লম্লবা লৈবাক অমনি। অৱাংপা কৌবা অমত্তা লৈত্রবনি, য়েংবি যেংশিবদা মীৎফম হোংবা যাদ্রিবনি সমুদ্র ৱাংমদগী লাকপ। বৃটিশ মচাশিং মহৌশাগী খুৎশেম অসিনা মাই থাদ্রবনি। লমদর্নাসিদা অৱাং নোংপোক ভাবত্তা তোপ তোপ্পা ঙাল্লি পোক্তাক পাৎ, ঐখোযগীনি হাযবদা কযাদা লেমজনফম্লো ' ফজবগী মথক্তা মচা ওইবশিং যোকপীনি। পাৎ অসিগীদক কবিনা পোংজৈ

ঈযাইদা শাৎলিবা কজবা লৈবাংনা
উবদা মিৎযশু হোংদনা

হিথক্তা তোংদনা খুনগী ইম্মাশিং
ঈনগী জগোই লৈবিবা

থাঙ্গী যুঙ্গাওনা, কৱাংগী হৈকোন্দা
নিংথিবা হৈবাংনা ঙাল্লিবা
মৈতৈগী ঈপাক্রি, খাংদা ঙাল্লিবা
ঐখোইগী লোকতাক হাযবসে। **(লোক্তাক এপান্দা)**

মহৌশা খুৎশেমসিদা মপাল তাং পোম্বী চেক্লা কযানা ইমাগী মিহৈ, শোল্লি, হৈবাং লৈবাং কয়ানা ইমাগী সেবা তৌবি। কবিগী মফমদা ফজবতা শকক ওইবী মৈতৈ লৈবাক্রি। থম্বালনা লৈকা ফন্না শাৎলি। (থম্বাল উবদা), শবত ঋতুদা মেবাগী থাবন্না ঙানবদি অমুক্কা হেনা যজথোকই, থবো কৌবী লৈবাংসু হবাওনা লৈকা ফন্না শাৎলি, নোংযিন চেক্লানা থাবলগী অমৃত থকপা ফংজবি।

মেবাগী থাবল উবদা
থম্মোইনুংদা পেন্দবা
অতৈ কনা লৈবগে ? **(মেবাগী থাবল)**

চীংনুং মানুংদা তাম্না কৌবী চেক্লানা নুংশিনা ঈশৈ শক্লি। চেকলাগী তাম তাম হাযবা হীক্লবা খোঞ্জেল অসিনি, সুব অসিনি কবিনা খৌবাংলিবা। মহাক্কী

খোঞ্জেলসিনা নুংশিবগী মপাউ পুবি পূম্নমকপু শুমহৎপা ঙমলি, কবিনা পোক্রফম লমদমবু চেক্লাগুম্না শৈথাবা পান্নি—

চেকলা নংগী নতৌগুম
ৱাবেং কোলোই শকচগে (তাম্না)

ৱাকচীং থাগী উন্ন শ্রং শ্রং তাবা মতমদসু ৱাকচিংগী গোলাপনা নাইতোম মকা ফন্না শাত্তুনা মহৌশা খৃৎশেমবু মথোই হান্নি। (ৱাকচিংগী লৈবাং) **লোইকাবা থোইবীগী নুংশি মপাউ পুরগুম পি-থাদোই** কৌনা শৈবেংদা নোংবানগী মফমদা তুংখ্রবা থাদোইগী নুংশিববু লৈনম যেল্লকই। পি-থাদোইনা ইচম চম্না খোংজবব্ন খোইবেন তাক্কী লমযাইদা পাম্বা কৈবেন্না শো ক্রুনা শিখ্রবা নোংবানগী আখ্যানা চেক্লা ওন্দুনা থম্মোয়গী ওইদা নুংশিববু হাগৎ শিন থুংনা তম্বিবনি হায়না লৌবি।

যোংদো কবা নুংশিবা
থম্মোইনদি এম্রিবা
নংডাইনদা ইবাতম
খোথবিবে মালেম থুংনা
ঈংচনাবিবে নীপূম তিংনা
ফংজল্লে থমোইগী নুংশিবা। (পি-থাদোই)

কবিনা যেংলিলা মীৎযেং খুদিং শোকলুনা পোৎশক খুদিং লৈবাকাসিগী লৈতাওগা যানশিন তোৎশিন্নবা ঙাক্লি অদুনা তোং তোপ্পা ফংজবিবা লৈবাংশিং শৈথাবকই। ইমে চম্না চৌজবা লৈবাংবু মৈতৈ লৈবাক্কী ফজবগী লৈতেং ওইহল্লি অমরোমদা চাংয়া-তমযাদা খুল্লক-ইবক্তা নীং-তম্না পাইজবা চেক্লাশিং মণিপুবগী কলা সংস্কৃতিবু পুদুনা পাইহল্লি, তাম্নানা নুংশিবা সুবনা সাহিত্যগী মপাউ পুই, পি-থাদোইনা মোইবাং খম্বা থোইবীগী ৱাবীবু নৌখোকহল্লি।

## ৱাবোইশিন :

চাউবগী শৈবেংশিং মমা লৈবাকপু নুংশিনা শৈথাজবনি। লৈবাক অসিগী হৌখ্রবা মীংচৎপু নৌহৌননা যাকাযহনবনি। থোযনা শীংনবগী অকনবা খোল্লাও য়াওদে। য়াম্না মেংনা লৈজবা পূম্নমক কৎথোক্লুনা য়াকায ঈশৈ শকচবনি অদুনা মমালৈবাক, মমাবোনবু নুংশিজবা হেনমন্দুনা তৌফম খঙলক্লবা কবিনা ভগীবথী গঙ্গাগী ঈচেলগুম—

থম্মোই লকানুংদুদা
শিঙ্গবকপা লাইজনা
ম্নিংলুগী নাপোম থুমনবি। (মৈতৈ কবি)

কবিনা থাবল উবে কপ্পি, চেক্লাগী নুংশিবা খোঞ্জেলদসু কপ্পি, লোক্তাক উবে মকপ্পি। অসিগুম্বা থোৎলবা পুকচেল লোযনবা চাউবা কবিনি। মণিপুব, কবিগী পোক্রফমনি মাগী লোন ইনাক খুঞ্জবনি অসিগুম্বা জাতি অসিগী হান্নদগী লৈজবক্লবা শক্তম, নাৎ, সাহিত্য নৌনা অমুক ফিবেপ চানা শেমজবা কবিগী পান্দমনি। তোঙান তোঙানবা লোনগী সাহিত্যনা মীকপ থোকহল্লবসু কবিনা নোক খেনা শান্নজবদি মণিপুবগী তম্পাক্তনি। অদুনা কবিনা হায়জে— 'লৈবাক অসিদা পোকচবা লৈবাক অসিদা শিজবা।" (মৈতৈ লৈবাক)

--( )--

## মবী লৈনবা লাইবিক :


১। নীলাকান্ত এলাংবম, অচাইবা লৈ, ইম্ফাল (১৯৫৭)।
২। পঞ্জম্রিনা অইবগী লাইবিকশিং।

## লবঙ্গলতা উপন্যাসতা তারিবা সমাজগী মমি

লবঙ্গলতা খ্বাইব্যাকপম চাউবগী ঐতিহাসিক উপন্যাস অমনি। মণিপুর ইতিহাসকী লংলবা তাঙ্কক অমদগী হায়বদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমগী (খৃ ১৫৯৭ -১৬৫২) থাবী লৌখত্তুনা শেম্বনি। ইতিহাসকী থাবী অসিদা শাদোং ওইবগা অইবগী কল্পনাগী মনীংতম্বনা নুংশিবগী মশক অমা শেমগৎপনি। য়েংঙ্গদৌবিবা মীৎয়েংদি উপন্যাস অসিদা তাবিবা নাক যেৎ অমদি সমাজগী ফিভমশিং অদুনি। অদুনা পূম্নমক থাদোকচবগা উপন্যাস অসি পুখোকপা মতমগী সমাজ অদুবু য়েংলুবগা হেন্না মশক থোকত্রা হায়না খঙ্গে। মবর্মাদি অইবসু সমাজদা হিংলিবা মীশক অমনি অদুনা খঙনা নংত্রগা খঙদনা সমাজগী ফিভম অদু হেক্তেমক মমি তাখিবনি অমদি নক্লবা ফিভম অদুবু খুৎলোযনা য়েক্লুবা হায়বসি অদুমক চুম্লবনি।

খ্বাইবাকপম চাউবা খৃ ১৮৯৬ তা পোকই অদুগা খৃ ১৯৫১ দা লৈখিদে। অইবনা হিংলম্বা মতম অসি মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙখিবদগীনা নীংতম্লবা মতুং ফাওবনি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাউ নাকোযননা অমদি অনীশুবা লাঞ্জাউনা হুকথেংননা নংলক্লবা মীওইনি। ঙল্লিংঙৈ মতম অমদা মনীং তম্লা পাঞ্জবম্বা লৈবাক অমনা মনীং তম্বা মাঙখিবগী অথাবা নুংঙাইতবা, নুংহিক্লবা এপাউ মদুগা লোযননা সমাজগী ফিভমশিং লৈঙাক্লোন্দা, শেল-থুমগী ফিভমদা, ধর্ম্মদা অহোংবা লাকপা অসিগুম্বা ফিভমশিং অসি যাম্না ফোংনমক হায়দ্রবসু খবগী মখৈদি উপন্যাস অসিদা মমি তাবি।

### মতম অদুগী সমাজগী ফিভমশিং :

মতম কুইনা মনীং তম্বা লৈবাক অমা ওইবম্বা মণিপুর খৃ ১৮৯১ দা বৃটিশকী লোইলম লৈবাক ওইবে। মসিনা যুমথংনবা লৈবাকশিংগা তোয়না লাম্ছেংনবম্বা অদু তোক্তুনা বৃটিশ সম্রাজবাদিনা ঙাকপী শেনবিবা লৈবাক অমা ওইনা লৈতানা লৈরমই। লৈঙাক্লোনগী শক্তমদা বৃটিশনা লৌশিল্লবসু ধর্ম্ম অমদি কলা সংস্কৃতিগী লমদদি

নীংতম্বা অদুম্মক ফংলি। খৃ· ১৮৯২ এপ্রিল ২৯ দা চুডাচান্দবু নিংথৌ হাপ্তুনা নিংথৌ পানবগী চৎনবী মাঙহন্দ্রি, নাকল অমবোমদা চাওখৎপগী লম্বী অমা ম্যাংপা হৌবকখি হায়বা য়াই। অনা-লায়েঙশঙ কয়া লীংখৎপগা লোয়ননা বিজুলি, অমদি টেলিগ্রাফনচিংবগী খুদোংচাবা কয়া লাকখি।

পূম্নমক অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মক ওইবিবদি নোংচুপকী শিক্ষাগা শম্নবা হৌবকখিবা অসিনি। খৃ ১৮৮৫ দা মেজর জেনেরেল জেমস জোনষ্টোন্না জোনষ্টোন স্কুল লিংখৎখি। মসিগী তুংদা পাক শন্না চীং-তম অনীমক্তা ইংরাজি শিক্ষা শন্দোকপা হৌবকখি। অসুম্না ইংরাজি, বাংলা অমদি সংস্কৃত লোনগী শৈহৌদা মীকপ থোক্লকপা মণিপুরী লোনবু খৃ· ১৯২৪ দা মেট্রিকুলেসন পরীক্ষাদা শকখঙবা হৌবকপা অসি লোন অসিগী ওইনা মায় পাকপা অমনি। চাউরনা মেট্রিক পরীক্ষা পীরা ইং ১৯১৮ দনি। অদুগা মতম অদুগী খুৎমাবা অইরশিং অসিনা মমালোনবু নুংশিনগী ঈহৌ পোক্লকখিবা অসি মমালোন্না মতৈ তমজবা ফংখিদবা অসিদগীনি হায়বা য়াই।

অওনবা কথা অসিগা লোয়নন্না ধর্ম্মগী শোঙফমলোম্বদা য়েংলগসু য়াম্না মরা চেৎলবা ধর্ম্মগী চৎনবী অমবক ঈনায চোন্না চোম্নিবা ঈচেল অমা ওইনা লেপ্লবকই। ১৮শুবা শতাব্দীদা গরিবনীৱাজনা পানবদগী রমান্দী ধর্ম্ম চৎলকপগা লোয়ননা ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা গৌবিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মদা ময়াম ওনশিনখি। মরম অসিনা উপন্যাসকার চাউবগী মতম অসিদদি ধর্ম্মনা মপান ফনা শাৎকায়বা মতম ওইখি। ধর্ম্মগা মরী লৈনবা হবাও-কুম্ফৈ; অগোয ঈশৈনচিংবা কথা লৈকায় খুদিংগী মাপুরওা মতম ফনা চৎথরম্মী। ইংরাজি শিক্ষানা মতম কুইনা তুম্মুবদগী মিকপ থোকহল্লবা অইবা কয়ানা ধর্ম্মগী হবাও-কুম্ফৈ কয়াদা শীজিন্নবিবা লোন অসিনা মৈতৈরোন্দা ওখোক্লুনা মমালোনবু সেবা তৌবা ফংখিবা অসিমক ধর্ম্মগী অচেৎপা য়ুম্ফম অসিদগীনি হায়বা য়াই। অসুম্না লোনগী ঈহৌ অসি কদায় ফাওবা চাওখৎপগে হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদা শক ১৮৩৭ তা লমতাগী ১৪নি পানবা থাংজা গোবিন্দগী মাঙ্গপত্তা অনৌবা হোলি ঈশৈ শকই হায়না পী। মসিদগী খুল্লক ঈরওসু শক্রবা হৌবকখি। অসুম্না লোনগী ঈহৌ অমা লাকপগা শেমখিবা অনৌবা সাহিত্য অসি ধর্ম্মগী য়ুম্ফম অদুদা শাগৎপনি।

শেল থুমগী ফিভমদা সমাজগী ফিভম কয়াদা নুপীনা ফিশা-লোনশা তৌদুনা মতেঙ পাংলম্বা অদুদগী অমুক হেন্না শকক য়াবকই। নিংথৌগী অহকপা লাল্লুপ কাবগী চৎনবী লৌথোকখিবনা নুপাশিংনা অতোল অবেমদা লৈবকই। মসিদগী কলা সংস্কৃতিবু মণিপুরগী মপান্দা উৎলুনবগী খুদোংচাবা লৌনবকখি।

মথক্তা পঞ্জবিবা মণিপুব সমাজগী অওনবা ফিভমশিং অসি চাউবগী "লবঙ্গলতাদা' মমি তাই। প্রোত শাগৎপদা মবৈবাক নীংবগী ব্রাখল অমদি ধর্ম্মগী অচেৎপা ব্রাখল উবা ফংঙি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা খাগীশিংগী মবৃত্তগী মণিপুববু কনখিবগী ব্রাবী পবিং অমদা শাগৎলিবা শানোংবনা ময়াম্পুংগী মথক্তা লান হৌরিবা অসিমক্কী ব্রাখলগী শক্তমদি মতম অদুগী নীংতম্বা মাঙখিবগী অমদি নৌহৌননা মবৈবাকপু নুংশিবগী ঈহল অদু ফোঙদোকপনি। মসিমক অইবনা শৈখ্যাবকপা ব্রাহৈ ব্রাতানা অদুম্মক তাক্লি—

> মৈতৈ ওইনা পোক্লুনা মৈতৈগী ইনা নংগী শীংলিদা
> চোল্লিঙৈদা নবৈপাক্কীদমক থব্রাই থাবা পাম্খুববা (লা ১১)

অতোপ্পা অমনা ময়াম্পুংগী মথক্তা লালহৌবা অসি অইবনদি ময়াম্পুং খ্বাইবাকপগী নুংশিবা চাং যেংবগীদমক্তি হাযবি। অদুবু কাছাবদা লৈবিঙৈদা মণিপুববু নীংশিংলকপদা শৈখাবকপদদি—

> 'মৈপাক্কী নুংশিবগী শাংদোকপা ওইবা য়োহ্লিং কোলৌনা
> খোংদা চেৎনা পুর্নবিবা মবল্লা কন্নাদসু নুংশিবগী মিংয়েংনা
> যেংবা ঙম্মখিদে। (লা ৭৯-৮০)

ব্রাহৈশিং মাস অতোপ্পা লৈবাক অমনা মবৈবাকপু লৌখিবগী ফংহৌবা নীংবা কায়বগী বাঙাঙনি। আসগুম্বা ব্রাখল অসি মীপৃম বৃদিংমক্তা যৌনা চেল্লি হাযবসি নবিনবু লবঙ্গনা শক তাকপদা— *ননাই অসিবু মবৈপাক নুংশিববা সাধুগী পুকচেল চেনবা নিপা অমনি।* (লা ৮০) হায়বা ব্রাহৈশিং অসিনা লবঙ্গলতা-দা তাবিবা লানগী খোঙফম অসি খাগেম্বা মতমগী লানফম নক্তে চাউবগী মতমগী মীখা পোয়া তিংলিবা মণিপুববু শক খঙলকপনি হায়বসিনি।

নুংশিবগী খোঙফম অমা শাগৎনবা হোৎনবিবা অসিসু ধর্ম্মগী ওইবা মীৎযেং অদোমদগী শাগৎনবা হোৎনবনি ফিদম অমবক্তা হুমদুনা চৎপনি। নিংথৌ মচানুপী ওইনা চাউবকপী কুঞ্জ লতাসনানি অদুনা লৈবাক্কী থৌদোক থৌবম কয়াদা মাযপুননা য়াবা ঙম্ফম থোকই। মসিমক অইবনা মপাবুং য়াইক্কুল্লাকপদা—

> সনা পুক্লিং তপথবিয়ু 'সনা পুক্লিংদা' পাংগে হায়না
> লেপ্লিবকপা থবক পাংনবা হান্না হোৎনবিয়ু। ননাই ঐগীদি
> নুপী ওইবীগী পুক্লিংগী অথোইবা পাঙ্গল উৎকে হাযবগীদমক
> থৌগল ইঞ্জবক্লবনি।" (লা ৭২)

হায়না তাক্লি। অদুবু অসিগুম্বী মশাগী ফিবেপ চপ চানা লেপ্পা গুন্নবী অসিগী মৱা-মপাউ হংদনা মচিন-মনাউ মশেল মুকুহল্লি। অঙনবা মতমদা মমূম মকৈ পানবগী লম্বীদা মশাগী অয়াবা লৌহ হায়বসি পাম্মেইবী খোঙ্গুল দা পানথোইবীনা নিংথৌ শাপাইবদা যাদদুনা কংলৈগী নিংথৌ খাবা শোকচ্রোংবগী মচানিপা তবমখোয়নুচাগীদমক হায়ববদা যাখিবা অসিনা তাক্লি। অদুনা অইবনা উৎলিবা প্লোত শাগৎপদা চঙলিবা নুংশিবগী মশক অসি মতম অদুগী হায়বা ইনবা থকসি খাসি অমদি লাই-গুরুগী য়াথং ইনবা হায়বা লীপুন অদুনা লতাসনাবু পুন্দুনা কাহাব তান্না মপাবুং শানোংবগা চৎহনখিবনি।

পুক্সিগী মীৎযেং পান্দম অসিদসু ধর্ম্মগী ওইবা মশক অদু উবা ফংঙি। লতাসনাবু সতীত্ব গুণ অমখক্তা যোমদুনা লবঙ্গ কাযনবদা অৱাবা লৈহনখিদে। অসিগুম্বা ৱাখল অসি গবিবনীৱাজ মহাবাজগী মতমদগী য়াম্না মকা ফন্না চৎনবা হৌবক্কে।

> ২৫নি শগোলসেন্দা শ্লাহল মুবাবি শিএ। মনাইনুবী ১মা
> মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিমিম্নেএ।

চৎনবী অসি ৱাজা ৱামমোহন, ঈশ্বৱচন্দ্ৰনচিংবা সমাজ সংস্কাৱ তৌবা মীওইশিংনা হোৎনদুনা থিংথ্ৰবসু মপুবোইববু লাইগুম্না খনবা মাগী যাথং হিকতোক্তবা হাযবা সতীগী ৱাখল অসিমদি মবা তাদুনা মতমদুনা লৈখি। অদুনা মপাবুং খাইবাকপনা তৌবুলগী লান্দা লবঙ্গ তুথ্রবা মতুংদা লতাসনাবু মণিপুৱদা থোক্লাস হাযবা মতমদা

> ননাই ঐহাক্তি নুপীগী জাত্তা পোক্লবনিনা নুংশিববা
> মপামকপুসু মপুবোইবনা তেনফম থোক্লে ইপুবোইবনা
> মণিপুৱদা থোকউ হাযবা যাথং পিবিবমক্তে অদুনা মপোক
> অসিমা লোইহিত্ৰিবা ফাওবা ননাই ঐহাক বামনগব আসদা
> ইপুবোইবা ঙাইবা তাবে।" (লা ১১১)

পূম্নমকসি যেংলগা অৱাংবা পুক্সিগী পান্দম অমখক ধর্ম্মগী মায়কৈদগী য়েংলগা শাগৎখি। হিংলৈঙৈ পুক্সি অসিমক মাযা সংসাৱনি কবিসু লৈতবনি অদুনা হন্দক্কী মপোক্তা হয়েংমুক্কী মপোক্কী খনবা ধর্ম্মগী অৱাংবা আর্দশ উবা ফংলি। অদুবু অঙনবা মতমগী লাইনীংদি হিংলিঙৈ পুক্সিগা নক্কবা মবী লৈ। মতাংসিদা পীবিবা ৱাখল্লোন অসিদি পাখংবা লাইনীং লাকপদগী তাইবঙ শেন্না মপুবু খঙনবা তাল্লকপা

---

১। এল ইবুংঙোহল, এন খেলচন্দ্ৰ (সম্পা) চৈথাৱোল কুম্বাবা, লা ৮৬

অদুগা হিন্দু ধর্ম্মনা পীবা মপোক অমগী বাকমগা পুনশিনবিদুনা শেন্নকপা অবাংবা পুন্সিগী পান্দম অদুনি।

অসিদসু নত্তনা যুমলৈ-কৈবৈ, পুন্সি মহিং, প্রকৃতি বর্ণন অমদি বাখল্লোন কয়া শাগৎপদা মতম অদুগী হিন্দু ধর্ম্মনা পীবা বাখল অদোমদা নকশিল্লা পীবি। নিংথৌ মচাশিংগী মশক থাবকপদা ইতৎ-তত্তনা মহাভারতকী ক্ষেত্রিকুল অর্জুনগী ধারানি হায়বসি পল্লি। খুদম অমতং লৌখৎচরবদা খুইরাকপনা ময়াম্নুং খাগেম্বনা লতাবু লবঙ্গদা পীরগা মধুগীদমক লৈমসিজ অমা থিসি হায়বদা—

ননাই ঐহাকসু বব্রুবাহনগী থাবানি- বাশক চেংলবা ভীষ্মগী
বংশদা পোকপনি অমহিকসুং শ্রীযুৎ মহারাজগী ননাউনি।"
(লা: ৫০)

হায়না কোঙদোক্লিবা বাহে অসিনা মতম অদুগী মীওই বৃদ্ধিমক মৈতে হায়বসি কাউখিদুনা আর্য্য কাঙলুপ্তা অসুম তিনশ্রে হ্ন্নবসিনি। অদুবু মৈতৈদি ভল্লিভে মতমগী ওইনা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী মীওই কয়ানা তিল্লবনি হায়বসি কাউখিবগুম তৌবি।

লোনগী মায়কৈদগী য়েংলগসু মীৎয়েং অসি অসুম্মক উবা ফংডি। ধনঞ্জয়বু পণ্ডিত হায়না কৌবা অদুমক নিংথৌ মচাবু ক্ষেত্রি মচানি হায়না লৌবগুম্বনি। মহাবাজ হায়বা বাহে অসিনা গবিবনীবাজ মতমদা *'নিংথেমবু মহাবাজ কৌবসুং অদুভে হৌএ'* হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা পী। মসিগী মমাঙদা নাওবম্বা মতমদনা পীবাদগী নিংথৌ অমদি খাগেম্বগী মতমদগীনা লাইনিংথৌ হায়বা বাহেসি কৌনবম্মী। মতৌ অসুম্না পণ্ডিত হায়বা বাহে অসি চবাইবোংবা মতমদগীতা শীজিন্নবা হৌবকপনি।

যুমলৈ-কৈবৈ শৈথাবদা বৈষ্ণব সমাজগী ফিভম অদুমক উৎথোক্লি। খুদম অমত্তং লৌখৎচববদা—

শঙ্গাই শুমাংদি শংব্রা— বৃন্দাবন নাপীনা কোয়বি, কুন্দামলৈ
মদনলৈনা হাইখ হাইথনা শাৎলি, বৃন্দাগী খুবম মনাক্তা
কামিনী কুসুম পাম্বী অমনা খৎনা মেত্তুনা শাবগুম মনা অমত্তা
চোইথোক্তনা যুংলি। শঙ্গাই মাঙ্গোল অদুসু মধুমতীনা
য়েংতুনা অঙকপা কুঞ্জবন অমা ওইবি। (লা. ১৩)

চৈথারোল কুম্বাবাদ্য খাগেম্বগী মতমদা যুমলত্তগী মং খৈবিকসুং পনপানতা হোংদোকহনএ অমদি গবিবনীরাজ মতমদনা খুল্লত্তা ওক, য়েন লোইহন্দবা লোইবম্বু বাকোংহনবনচিংবা তৌই অদুনদি অইবনা শৈথারিবা যুমলৈ-কৈবৈ

অসিগা মতমদুগীগা থবদি খেন্নবে হায়বসি তাক্লি। অইবগীদি বৈষ্ণবশিংনা লুনা তৌনবিবা বৃন্দাগী খুবম লৈবে, ওক, য়েন লোইবগী খুদম অমত্তা উৎত্রে।

প্রকৃতি বর্ণন তৌবদা বসন্ত ঋতুবু থোংনা য়েঙনা শৈথাবগা লোয়ননা অহিংগী অমম্ববু ভৈরবী মূর্তি অমগুম শাগৎতুনা উবা ঙম্মী। অসিগুম্বা ফিভম অসি অইবদা হকচিন্না মমি তাত্রবা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী রাবল অদুননি।

সমাজগা ঈবোয়ননা চৎলিবা অর্থনীতি অমদি শিক্ষাগী মাযকৈদসু অইবনা উকবি। মথক্তসু পঞ্জগ্রে মণিপুবগী শেল-থুমগী ফিভমদা নুপীনা মতেঙ হেন্না পাংলি হায়বনি। অদুনা উপন্যাস অসিগী তাঙ্কক কমাদা ফিশা-লোনশাগী মওং ইবি। অমত্তা পোকচবী নিংথৌকোলগী নিংঙোল লতাসনাফাও শিন অসিদগী থৈদুনা চৎপা ঙমদ্রি। অমুক ঙন্না হৌদুনা পাঙ-ইয়োংদা লমথাং খুৎলক শাবি। মতা ইন্দুবেখাগী মফমদগীসু—

> নোংঙানবঙৈগী ফনেক ফিদুপ অচৌবা অমা ফাবমকসু ঙমদ্রি, ইতাখোইদি রাত্ত-পাদ মপু মচানিনা শুদ্রবসু ফৈ শুজবগা চাবা ঐখোয়দি অসুপ ঙন্না শিন থাববদি মাঙবা হায়বদুনি" (লা ৩০)।

মতম অদুগী সমাজগী শেল-থুমগী মতাংদা যাম্না চাউনা মাযবোং যাবি হাযবসি তাকপনি। অসুম্না লতাসনাগী খোঙ্গুল লীবা লাকপা পন্দুপ অসিদসু লশিং তক্কুনা মোইথাপ নাইবনচিংবা শৈথাবি।

শিক্ষাগী মায়কৈদা মাইবীবা লাইবেন্সীবা হায়বা মতাংদা লতাসনানা ইন্দুবেখাদা *'নংসু লাইবিক ফনা হৈবিদনা'* হাযবা রাহে অসিনা নুপী লাইবিক তম্বগী চৎনবী অদুগী মমি থকতোক্লকপনি। মসিগী মমাঙদদি নুপানা শ্যা-লান অমদি নুপীনা ফিশা লোনশাগী মথক্তা পুং ঈশৈ-জগোয় অসিনচিংবনা মহৈ তম্বা ওইবম্মী। মতাংসিদা পল্লিবা লাইবিক অসি খাগেম্বা মহাবাজগী মতমদা মৈতৈ লাইবিক থোকহন্দুনা তম্বা হৌবা অইবা লাইবিক অসিবু খঙনগনি। মতম অদুদা নুপীমচাশিং মহৈ মশিং তম্নবকপগী চৎনবী অদু উবনি।

তাঙ্কক অসিদা শানোংবনা ময়াম্মুং খ্রাইবাকপগীদা লাকপা অমদি বামপুবদা হূইগা হবানবগা নত্তনা অতৈনা মপান থোক্লদ্রবা মতমনি হায়না থাই। অদুবু খাগেম্বগী মতমদা হবান-চিন্থি তৌবগী অকৃপ্পা প্রমাণ ফংদে। নিংথৌ পাল্লিবঙৈ

মতমদদি অকনবা চৈবাক পী। অইবগী মতমগী সমাজদা শেল থুমগী অবস্থা ফত্তদুনা হুরান চিঙ্খি তৌবগী খুদম কয়া ফংঙি। এদমিনিস্ট্রেটিব রিপোর্ট ১৯২১-২২ দা—

> During the year four cases of robbery and eleven cases of dacoity were reported to the civil police The number of cattle reported as lost was 149 as against 307 in the previous year

ফিভম অসিনা মতম অদুগী সমাজ অদুবু অদুমক তাক্লি।

হবাও-কুম্মৈ অমদি সংস্কৃতিগী থৌবম কয়া অমসু সমাজ অদুনা য়াম্না তবাম তবাম্না ওক্লুনা চৎথরি। মণিপুর, কলা সংস্কৃতি ইনাক খুঞ্জবা লৈবাক অমনি। হান্না মখোঙ নোংদুনা লৈবগী মথক্তা অনৌবা হিন্দু ধর্ম্মনা পীবকপা খুদোল কয়া অমগা লোয়ননা তোপ তোপ্পা লৈশাৎ তমজরি। কুম অমগী চহী হৌবদগীনা চহী লোইরকপাও লেপ্পা লৈতে। চৈবাওচীং কাবা,কাং শান্নবা, পেনা তাবা, রাবী লাইরিক তাবা, ইঙেন কাংচিংবা, থৱান থাদা কৃষ্ণ জন্ম মসিদগী শমথবকপদা লীকোন শান্নবা, হৈক্রু হিদোংবা, হিয়াংথাং বব, জগোয বাস অসুম্না হবাও তয়াম্বগী সমাজ অমা লৈবম্মী হাধবসি অইবনা নুপী হায়বা অমসুং লৈবাক কায়বগী মক্ত হুনবা হায়বা পন্দুপতা সমাজগী ফিভম নৈনদুনা উৎলি

> নুংঙাইবদা লৈথোকপা খংদ্রবা মৈতৈগী থম্মোইনা মতম পূম্নমক্তা হবাউ কুম্মৈদা লুপ্তুনা লৈবা পাম্মি। নং, ঐনা মদুগী অফ-ফত্তগী বা খন্নকদুনা কনানা তাবিগনি। (লা ৩৪)

হান্না লৈবমদবা সংস্কৃতিগী থৌবম কয়াসু শৈথারি। নটসংকীর্ত্তনগী মশক অমা হঙোইশিংনা শৈশকপা অদু লৌদুনা শৈথারি—

> অহানবা ঈশৈ হনবনা পঞ্চম সুর ওইনা বলি অমা লোল্লি। অদুদগী খোম্বাংবনা অন্তম স্বরদা হেক ওকই, অদুদগী দুহাবনা হঙোইগী তাঙলবা সুবনা খুমই। অদুদগীদি কনাগী ঈশৈ হনবা, কনাগী খোম্বাংবা, কনাগী দুহাব,. . পুমতিন তিন্না বাজমেল থাগদবগী মতাগুম্না শকৎলি। (লা ৩৭)

লোয়ননা লুহোংবগী, শোবাৎকী, শয্যা শেম্বনচিংবগী চৎনবী কয়া অমসু উৎথোক্লি। অসুম্না মতমদুগী সমাজগী অফ-ফত্ত মমি উৎনবা হোৎনৈ। দববাবগী ফিভম শৈথাবসু চাউবগী মতমগী দববাবগী ফিভম অদু মিংথোল হোংলগা থম্বনি।

অমরোমদা *'জয় জয় দুর্গা মাইকী জয়'* হায়না লানগী লাল্লাউ লাউবদা শীজিন্নবিবা ৱাহৈ অসি চান চুন্নদবনি। পূজা অসি চৎথবকপদি ১৯ শুবা শতাব্দীদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পানবদগীনি।

> চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী স্নাহাক্তা ময়াম্না নোংমাইজিং বৈষ্ণবী
> .. কালি নিঙবী অদু ফাওবক্লগা . মাগী ইখিন্দগী দুর্গা
> দেবীগী মূর্ত্তি শিংখক্লুনা য়াম্না চাউনা ধুমধামগা লোয়ননা দুর্গা
> পূজা তৌবা হৌখি।[1]

মসিগী মমাঙদা চবাইবোংবগী মতমদা কালিকাগী কিয়োং (লাইশঙ) শাবা হৌখি অদুবু *শক্তি লাইনীং হায়বদি দুর্গাবু চপ চাবা ঈবাৎ থৌনি তৌবসিদি চন্দ্রকীর্ত্তি* মতমদগীনি। অবিবা মতমদগী অকন-অথৌ অমা ওইনা লানফমদা থৱাই থাবা চৎনবকই হায়বসি চায়নরোল নচিংবনা তাক্লি। অদুবু ধর্ম্মদা য়াম্না কন্না মায় লৈশিন্দুনা সনাতন ধর্ম্ম ফঙনবনি হায়না লৌনবকপদি মৈতৈগী অবোয়বা খোংজোমগী লানফমদগী ওইবা য়াই। অমবোমদা অমুক—

> মবৈপাক নুংশিবা য়াওববা? দোলাই ফৈনা তোংনীংদ্রা?
> খামেন চৎপা শেৎনীংদ্রা? নিংথৌ ফি ফংনিংদ্রা?
> (লা· ২৫)

লানগী পূক্নীং থৌগৎপা ৱাহৈনি হায়ববু মতম অদুদদি লাল্লুপ লৌথোক্লিবনি। মীপূম খুদিংমক শাফম লানফম কোন্নদুনা লৈবিবনি, লাল্লোয়নি। পূক্নীং থৌগক্লুনা মনা ফি উৎলুবগী কান্নবা লৈতে।

অমবোমদা লোন হায়বসি ৱাখলগী ফিজেৎ ওইবদা নত্তনা সমাজগী শক্তম তাকপা ঙম্লিবনি। চাউবনা শীজিন্নবিবা বাংলা অমদি সংস্কৃত ৱাহৈশিংসি য়েংলগা মতম অদুগী মণিপুরী লোনবু মীবায়বিবা উবা ফংঙি। মহৈ তস্কমশিংদদা নত্তনা মৈতৈ মশেল ঙাঙন-শক্লবদসু লোন অসিবু মীবায়বিবি। লোনগী থাক্তগী সমাজদা অৱাং অনেম অথোয়-অহেন নাইবি। উপন্যাস অসিদসু চৎনবী অসিনা খোনজিনখিদুনা মতাং মফম কয়াদা মীবোলশিং অসি শীজিন্নবি। খুদম ওইনা লৌখৎলবদা 'সনা চবন্দা', 'সষ্টাঙ্গ', 'প্রনাম তৌদুনা', 'প্রতিহিংসা', 'চিন্তা', 'রাহু', অসিনচিংবা। পন্দুপ পন্দুপকী লোইবকপদা সংস্কৃত শ্লোক পুংবা-পুংবা থম্বসিমক মতম অদুগী লাইবিক হৈববা মীওইশিংগী চৎনবী হৈনবী অদু উৎপনি। *'জননী*

---

১। অয়েকপম শ্যামসুন্দব মণিপুরী শুমাং লীলা অমসুং থিয়েটর, লা: ৮।

*জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সী। কীর্ত্তির্যস্য সঃ জীবতি'* অসিনচিংবা। অসুম্না প্লোট, কেবেক্টব শেমগৎপদা অমদি নাক- য়েৎ, ফিভম-মূর্ত্তি শৈথাবদা শীজিন্নবিবা লোনগী মওং অসিনা চাউবগী সমাজ অমা লবঙ্গলতাদা উবা ফঙলি।

মতম অদুগী সমাজ ধর্ম্মগা শাগোন্ননা চৎপা উবি। থকসি খাসি, হৌনবা হৌনদবা খাযদুনা লাক্কদৌবিবা মপোক্কী য়েংনা হিংনবি। মতম অসিগী মীওইশিংগী ব্রাখলদা চুশন্দুনা লৈগ্রবা চৎনবী অসিনা যোমশিন্দুনা উপন্যাস অসিগী মীওই খুদিংমক শেম্নকই। নিংথৌদগী মীচম প্রজা খুদিংমক ভক্তি শ্রদ্ধা কায়দনা মতমদুগী চৎনবী অদুদা হুমদুনা চৎলি।

নবৈবাক নুংশিবগী ব্রাখল যাম্না মকা ফোঙনা উৎথোক্ত্রবসু খবগী মখেদি নীংতম্না মাঙবগী নুংনাংবা খাখল উবা ফঙলি। অদুবু অযাম্না প্রজাদি ধর্ম্মগী ওইনা হবাও কুকৈম্নাশিংদা তাউদুনা লৈবি। মসিগী মবমদি প্রজাশিংগী মফমদা ধর্ম্ম অমদি লৈঙাক্লোননা ফিভমদা নিংথৌগা অদুমক শম্নবি থোয়নদুম নিংথৌগী তৌদবা যাদবা পাল্লুপকী চৎনবী তোক্লকই। শেল থুমগী অব্রাবা খবা মখে মবৈববসু থোইদোক্লা লৈবাকসিদা থোকচবা পোৎথোক্লা লেন পানা চাবি, ফিজেৎ চাকচা যুমৈল কৈবৈদা মীপান তাংদনা লৈজবা, খবদংনা পেম্থোক্নুনা লুনা নাম্না হিংবা ঙম্মী।

অসিগুম্না অইবগী মতমগী সমাজগী ফিভমশিং অসি উপন্যাস অসিদা মমি তাববি। মৈথিংঙ্ক খাগেম্বগী মতমগী পাবী উপন্যাসসিদা লৌকববসু শাগৎনবা হোৎনাবিবা নাক-যেৎকী ফিভমদি চাউবগী মতমগীনা হেন্না উৎলে।

--( )--

**মরী লৈনবা লাইরিকশিং :**

১। শ্যামসুন্দব অয়েকপম: মণিপুরী শুমাংলীলা অমসুং থিয়েটর, ইম্ফাল ১৯৮০।

২। ইবুংঙোহল, খেলচন্দ্র নিংথৌখোংজম (সম্পা) চৈথারোল কুম্বাবা, ইম্ফাল ১৯৬৭।

৩ এদমিনিস্ট্রেটিব বিপোর্ট ১৯২১-২২।

--( )--

# পুন্সিবু মশক তাক্লিবা কাব্য

বিদায় আশীর্ব্বাদ খৃ চহী ১৯৭৯ দা ফোঙখিবা কবি মীনকেতনগী কাব্যগী লাইবিক্লি। সাহিত্যগী পোথোক ওইববসু মখা থাবশিংদা পীবা পুন্সি পাউমেন্নি, পাউতাক্লি। অদুবু কবিনা ইচম-চম্বা পাউতাক খবা ইকণ্ড-কণ্ডনা থম্বগী মহুত্তা শৈবেংগী মহ্যাওদা ৱাহৈ-ৱাতা থোৎনা মেংনা, ৱাবী পবীং নাইনা শাগৎত্তুনা পাউতাকশিং অসিবু কাব্য অমা ওইনা থন্নম্মি। কবি অশাংবম মীনকেতন সিংহ (খৃ ১৯০৬-১৯৯৫) না লাইবিক অসি পুথোবকপা মতমদা মশাগী চহী ৭৪ শুবে হায়না পাল্লি। অহল ওইবক্লবা পুন্সিনা মচা-মশূশিংদা কায়নবমদাযগী ৱাখলনা আর্শীব্বাদকা লোযনববা বিদায় পীনবা নীংশিংলকপনি।

লৈবিঙৈ, পূক্রীংনা তাক্লীংবা খবা অদু মতাকহৌবা, থম্মোয়না
তম্লীংবা মপাউ খব অদুম মতম্মৌবা- অসিনদুম ফববা খল্লুই
(মুখবন্ধ)

মসিমক্কী ৱাখলদা কবিনা— 'প্রেমগী, ধর্ম্মগী, সম্বন্ধগী, ঔবসকী ইচা-ইশূশিংদা' হায়না আশীর্ব্বাদকী ৱাহৈ অসি থম্বীবম্মী। পত্রিকা তবানিপাল (১৮) থোক্লা খাযদোক্তুনা পীবিবা শৈবেংগী মশক অসিদা কবিনা পুন্সিনা পামজবা নুংগী মশক অমা উবা ফংলি। প্রথম পত্রিকাদগী তৃতীয় পত্রিকা ফাওবা কবিগী অহল ওইবকপগী মশক শৈথাবনি। অবোয়বগী পত্রিকা অনীদসু হান্নগী কবিগী কেনগদৌববা পুন্সি অদুবু নীংশিংদুনা মপান খোপচিল্লগা মচা-মশূশিংবু বিদায় পীদুনা লোয়শিল্লি। মবক্কী পত্রিকাশিংদা মচা-মশূ ওইবশিংবু ধর্ম্ম-কর্ম্ম মশক খঙহনবা, জ্ঞান তানশিনবা, অসুম্না চেকশিন্না চৎপনা পুন্সি খোঙফমদা অকাযবা লৈবোই মায় পাকপা পুন্সি হাযবদু ওইবক্কনি হায়না তাকপীবি।

ভাবতবর্ষ অসি মমাঙঙৈদগী ধর্ম্মগী চৎনবী, কর্ম্মগী অকনবা ফল অসিগুম্বা থৌবিশিংনা চেৎনা পুল্লদুনা জ্ঞানগী পূকৈ তানশিনবা পামজবা লৈবাক অমা ওইবক্লিবনি। উপনিষদ, বেদনচিংবা লাইবিকশিং ভাবতকী খোঞ্জেলনি

হাযনবিবনি। মসি হেক মাঙবদা কবমা ভাবত ওইগনি,কবমা পুন্সি ওইগনি, কবমা মী ওইগনি। অসিগুম্বা বেদ উপনিষদকী দর্শনগী যূমফম অসিদা চাউবকপা কবিনা, মসিদগী শাগৎলকপা ৱাখল্লোন শৈবেংশিং অসিদা ফুমদুনা ঈচেল ওইনা চেন্থবি। কবিগী মচা-মশূ ওইবা পূম্নমকপু গুণ অসি চেন্দুনা মপূং ফাবা মী অমমম ওইনা লেপ্পরক্লবগীদমক যাম্না শুগায়না পুন্সিগী তাঙ্ককশিং, লমচৎশিং নৈনদুনা থগ্নীবম্মী। অমবোমদা সংস্কৃত লোনগী নীংথিববা জ্ঞান লৈববা কবিনা হান্নবা মপূং ফাজবন্নবা অবিবা মণিপুরী লাইনীং, কলচৰ, সাহিত্য পূম্নমক্তা মপূং ফানা থাজখিবা মীশক অমসু ওইখি। মবম অসিদগী কবিগী পোথোক খূদিংমক্তা কলচৰ অনী তীনশিন্নবগী ফজববা মশক তোপ-তোপ্পা তাদুনা লৈবি।

মীওইবগী পুন্সি হাযবসি পোকপা অমসুং শিবা অনীনা থাংচপ্পনা পুবিবা মতম অসিবুনি। শিবগা অমুক্তি পোক্লত্তবৰা? দর্শন শাস্ত্রগী মীৎযেংদা ধর্ম্মনা হংলিবা ৱাহংনি, পাউখুমসু লৈ, হকচাংতনি মাংখিবা, থৱাযদি ফি অহনবা হোংবগুম অনৌবা হকচাংদা শাইদাংলুই। অদুনা কবিনা মপাক অমদা অমুক পোক্লকপদা মবোয-মনাওশিংনা শক খঙবা ঙল্লোই অদুবু মপোক অমগী নুংশিবগী মবীনা নুংশি ঈবি অদুদি চেন্থবক্কনি হাযবি।

সিদি সিনি নুংশিবোয়শা অৱাবদি অমা -
লৈবমখিনি যাথোক্লকঙৈ নখোয কযা অমা
খঙলোই'দুবু চেংলৌ ইশক ফিজোল হোংলব ঐনা
খঙলোই ঐসু নখোই নশক খৈখি লাংঙোম্না

তানি'দুবু নমি ইমি থম্মোয় থম্মোয়নুংদা
উনি অকাউফিজং, তন কাঙ কবি কবি নোংদা
ৱাখৈনিদো নুংশি পূম্বা মিৎকী পিবিম্বনা
নৎত্রে চিক্লা নুংদা হোনবা সোবগী নাশোনম্না

(লা: ৯-১০)

মসিমক 'শ্রীমদ্ভাগবদগীতাগী সাংখ্য যোগদা' তাকপীবম্লবা ৱাফমনি। মৈতৈগী মপোক লাংওন লাংওন অমদা হায়বা ৱাফমনা তাক্লবনি। মালেম ইমাগী তম্পাক্তা হঞ্জন-হঞ্জন পোক্লিবা জীব ঐখোয়সি তাইবঙ লীলা শান্নবা লাকপনি। লীলা অসিদা মপূং ফানা শান্নবা হৈবগনা মহক্ষ য়ানবা পুন্সি অমা ওইনা মনা ফংদুনা শিগনি অদুগা অমুকসু পোক্লক্কনি মসিনি কবিগী থাজবা—

মালংপুংসে শান্নপুংনি তয়াম্পান্বী ইমাই
য়াংপনিদো কাফম অনী মযাইনিদ তন বায়
য়াইফকোন্নি কাফম্মনা কৌবনি স্বর্গ
অনংকোন্নি অমুক্সনা খোনবনি নবক। (লা ১৫)

সাযব-ইনাকখুনবা, অৱা-নুংঙাই, অমম-অঙান অনী তূনা-তূনা চৎপা [illegible]সি খো ঙচৎকী লম্বীনি। কনানা নিংথৌবেলগুম্না নুংঙাই য়াইফনা পানখিনি কনানা [illegible] বা [illegible] বু কোকথোংনদুনা পুন্সি লম্বীসি লূম্না চৎপা থেংনগনি। অদুবু কবিগী [illegible] দি [illegible] নীমক অমত্তনি। নত্তরা পাম্বেনা শেল হেন্ন। তানশিন্দুনা নুংঙাইনা লৈববুদি অ [illegible] শংবা [illegible] মচৎনা তান্দুনা ফংবা শেলনা মমল য়াম্বা হেল্লি। অদুনা পুন্সি অসিদা লা[illegible] ম [illegible] । অমম অঙান হাযনা খাইদোক্তুনা শোক্রবি। মীওইনা পোক্লকপগী মহৈ [illegible] পুন্সি ওইগে চায়বন্দি অঙানবগী মায়কৈদা লেপতুনা লান শোক্রবা তাই। [illegible] হেক্তাদি ওইবা য়াবা নত্তে অকনবা সাধনা চংঙি। সাবনাসিনা মপূং ফাবা [illegible] দি [illegible] থুম কথাগী মপু ওইবম্বদু মীকুপতা মাঙখি। মপূং ফাবগনা মীথোয মীহেন [illegible] ওইবকই। লনগী মপু ওইববশিংনা তোল্ল তাববশিংবু হম্বনা খনবা যাদে। জীব পূ [illegible] নুংগী শক্তি অমমম য়াওবি মদুবু ইকায খুম্মনা চৎকদবনি হাযবসি কবিনা [illegible] বনি। মতং অসিদা মৈতৈগী চানাকা শ্লোক্লি হাযনবিবা ব্রাহ্মেংবম মাধববা[illegible] গী ল্যাংলোন য়েংশিনবা য়াই।

ঐনে ময়াই কাবাদ ৱাংলৈ যুবু হেলএ থকফবোইএ, যাইাব ইংনা চেনফবোইএ, কোম্লোয চমনা থাইদে। নমু পো ওইবা পুম্নমকপু খৱায মমত্তনে নিংঙৈনে, তাইবং মীবু ওইনা পোক্রবা ইখোইবু খাচংথৌনি ব্রাৎপা লোনজা লনথোই তা[illegible] ফংদবকগী লাহান লাংওন মপোক অমবক্কী থৌবম মতৌ মতৌ [illegible] বু ৱাবম মতৌ খংলুদে।

হৌখ্রবা মপোক্কা. [illegible] তুংগী মপোক্কা থানবা যাদে। অশেংবা মশক অমা শাগৎনবন্দিমক থৱায হন্ন [illegible] অনীমক লূনা থম্বা তাই। ইশা অসিমক মপূ মাগী মঙাল [illegible] দোকফমনি। মঙাল অদু ফু[illegible]হনবা হাযবসি মপূর শক খঙবনি হায়না লৌই।

লূনা হেন্না থম্মু হকচাং- অশেংকম্নি খঙু
নুংসূ পানসূ অনী তূনা শেংনা থম্বা তম্মু
কাম্মুগন চিঙ্গাক পঙ্কাম পঙ্কাম-লূনা চাবা তম্মু
মোৎশিনগনু শাজৎ নুংজৎ- শেংনা চৎপা তম্মু (লা ৩২)

লমচৎ অসি অবিবা লাইনীংনা চেংনা ঙাক্লুনা লৈবল্লীবনি হায়বসি 'ইমোইনু অহোঙবীগী তুঙনফম'নচিংবা লাইনীংগী লাইবিকশিংদা পীবল্লবনি।

শমু মহকচাংবু শেংহৈবা, চেংলৌ মিৎয়েং চুম্না তাওজীং
হৈশক খঙনা হৈচোবা, শিঙেল লৈশক খঙনা লৈচিনবা তায়বং
চাকচা য়ৌখিবা তবা চাক্তংদনা পুকথনবা লাইজ ঈথত্তনা
ঈবোকপা লৌশিং লাংথক কন্না অপক খুবান খৌবম্মা তায়বং
পুকচাক ৱান্দবশিংগী মোংবা মকাইফমদি, অহোঙবী ঐনা
মিৎয়েং তোবান থাবমএ, থৌজাল ললকুবীবমএ।
(লা ১৬)

কবিনা শাগৎলিবা মপূং ফাবা শক্তম অসি মথক্কী ৱাযমশিং অনিগী মতুং ইল্লমবসু যাই। কবিনা থাজবা ধর্ম্মদি— সেবা ধর্ম্মনি লন লৈবা মীনসু সেবাগীদমক লনবু পাম্মুবা লৈবোযদবনি, লন লৈত্রে পাঙ্গয়া সেবা তৌগদবনি। অদুদি মীওইশিংগী লন কদাযবু কৌই তৌগদবা কর্ম্মনা কবিনো পাউখুম পুথোবকই কবিনা পুরানগী, ইতিহাসতগী— শঙ্কব, বিবেক, ঈশা, গৌব, নাপুজি। তেনগ্রা মশাগী পুসিগী থবকশিংনা থৱানগুম্না লঙদুনা লৈরি তাইবঙ অতিযাদা, মখাৎ লাই নত্তে নী ওইনা পোক্লুম্বা ঙাক্তনি মখোযগী মতৌ তমহন্নীংই।

প্রেমগী মর্শক্রিদো সেবা চৎলু সেবাধর্ম্ম,
প্রেমগী সাধনিদো, সেবা কউনু সেবাধর্ম্ম।
প্রেম্মা লিংবা জগৎনিদো পুবনিদো প্রেম্মা
পুনবনিদো প্রেম্মা তেংবাল হিংবনিদো প্রেম্মা।

(লা ২৫)

অসিগুম্বা প্রেম্মা পুনবা সেবা, ঈশ্বৱদগীনা পীব্রুবা নাপী শীংনা ফাওবা তৌফম থোকই ভক্তিগা লোয়ননা। ফমুংদগী হেক হৌগৎপদা মালেম ইমাবু নীংশিংদুনা খুকুমজবা মীংনা উবিবা মহৌশাগী খৃৎশেমশিংবু ভক্তি কৎপা লোয়ননা নোংমগী হৈ-লৈ পাম্বী ঈশিং চাইবা,উচেক-ৱাযা মচিঞ্জাক থাবা,অৱা-অনা তাববা লৈত-লায়ব মীওইশিংদা অঙম্না মতেং পীবা- পুম্নমক অসি কাযদ্রবা থৌবম ওইনা নুংতিগী চৎকদবা শাজৎনি। কৃষ্ণবা পুন্সিবোলগা এবী লৈননা তাকপা য়ুম্বানলোনগী লীচৎ অমনি।

মসিগা লোযননা জীব ওইনা পোক্লকপা হাযবসি জগৎ কল্যানগীদমক পোক্লকপনি হাযবসি নীংশিংলকই। জগৎ সৃষ্টিগী ৱাফম পুশিল্লক্লুনা নোংদোল

অতিয়ানা ইপানি মালেম্মা ইমানি হায়বা তাক্লকই। দর্শনগী থুপ্লবা ব্রাফম অসি শঙলবা মীনা ইমা-ইপাবু মীৎনা উবা লাইনি হায়না নীংনবকই। মতাং অসিদগী ইমাগী চেৎলবা লাইনীং কবিগী থম্মোয়দা মপাল মবা তাববা পাম্বী ওইবকই। নুপীগী শক্তোনবু তালোয় অমদি ইমা ওইনা শক্তোন অনীদা উবা ফংলকই। মালেম ইমা, পোক্লফম লমদম, অপোকপী ইমা-ইমাগী তোঙানবা শক্তোনশিং অসি জগৎ পোকপী ইমাগী শক্তোন ঙাক্তনি। অপোকপী ইমাবু সেবা তৌবা অমদি পোক্লফম লমদমবু সেবা তৌবা মতমদা মালেম ইমাগী জগৎ পোকপীগী মশক শঙবা ঙমলক্কনি। অদুনা পোক্লফম ইমাবু মীপূম খুদিংমক্লা অঙম্বা থাক্তা চাওখৎনবা হোৎনবমগদবনি। কবিগী ওইনদি চৈজিং পাযদুনা মগুণ শকচবদা চোকথবা লৈখিদে। তিংলিবা পুন্সি খুদিংমক্লা মওং অমা নৎত্রগা অমদা সেবা তৌবম্বা হায়বসি মচা ওইবা ঐখোযগী তত্তি ফদ্রবা ধর্ম্মনি।

গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমদি মৈতৈ লাইনীং অনীমক্তা চেৎনা থাজখিবা কবিনা ইমাগী লাইনীংদা থাজবিবসিদি ধর্ম্মগী চেৎনা কিশিনবা কিশিগী অকুবা তত্ত্ব অদু নত্তে মশুত্রোন্দদি মানব ধর্ম্মনি। ইমা জগৎ পোকপীবনি, ইপা জগৎ পোকপনি। অসিগুম্বা ইমা ইপাগী শক্তি অসি মীপম খুদিংমক্তা লোক্তুনা যাওবিবনি। শক্তি অসি মীপম খুদিংদগী যুদোকহন্দুনা যাকাযহনবা চঙ্গি। মদু ওইবন্নবগীদমক ধর্ম্ম কর্ম্ম, জ্ঞান হায়বসি চঙলকই। লমজীংবীবা মতেং পাংবিবা যাম্না মক ওইবকই।

তাল্লু খঙবা জগৎ মশক - হংউ দর্শীশিংদা
তাল্লু খঙবা ধর্ম্ম মশক - হংউ জ্ঞানীশিংদা।
তাল্লু খঙবা ঈশ্বর মশক - হংউ ভক্তশিংদা
খল্লু গুরু মশক খঙনা - চংহু জ্ঞানগী থোঙদা।
(লা ৩০)

মচং ওইবমখৈ লৌশিন্নবা হোৎনবনি। অকক্লবা ধর্ম্ম অমতনা কবিবু হুমদুনা চৎখিদে। মহাক্লা হায়, মপুগী মিংখৈ যাম্মি থব্রাযনা তাজবা নুংশিজবা অমা খল্লু। মঙোন্দা কৎথোকউ চাবা, শেৎপা, চৎপা, তূম্বা পূম্নমক্তা। মৈতৈনা লাৎচবিবা যুমগী লাইদা জগৎ পোকপা পোকপীনি হায়না লৌদুনা পাউ পূম্নমক তমজৈ মহৌশাগী উবিবা পোৎশক খুদিংদসু থাজবা থমজদুনা নীংজৈ, ভক্তি তৌজৈ। অসুম্না নোংমগী তৌগদবা থবক্তগীনা পুন্সিগী মতাং-মতাং কযাদা তৌগদবা ইথৌ কবিনো হাযবা তাকপনা কাব্য অসিগী মপূং ওইবা শক্তমনি। জগৎকা ঐগা লৈনগদবা মবী

কবিনো? অরা-নুংঙাইগী পুন্সি লানফমবুনা কবয়া থেংনগনি হায়বনচিংবা য়ায়া কৃপথনা চৎন-লোনচৎ তাকপদ্গীনা পুন্সিগী লুববা ব্রাংলবা দর্শনগী যুমফম ফাওবা শাগত্তুনা পীবিবশ্মী। পূমমক অসিবু খেংনদুনা জগৎকা লৈনবিবা মবীদা, মপূং ফাবে হায়না লৌববা কবিনা শিবা হাযবসি ইমাগী তম্পাক্তা নুংঙইনা পোথাবনি হায়না হবাওনা লৌশিল্লি। অহল ওইববা কবিগী পুন্সিনা চেন্না-চোংনা তাইবঙ লীলা শান্নবগী চোকথবক্লবা মতুংদা নুংঙাইনা তুমখুল তান্নীংলকই মালেম ইমাগী তম্পাক্তা।

নীংসিংলক্লে পলেম তোয়না বৌবাংলক্লে চেংলৌ
ফবগদ্রা চঙ্খিবনা খল্লে বিদায় তন লৌ
তাল্লবগে তুমখুল পলেম ফৈবাথক্তা,
উম্না উম্না ইমাই খোম্লাং ইনীং তম্না যাদা। (লা ৪)
কবিগুম্না ঐখোযস্ অশিববু হবাওনা কোনশিনবা ঙম্বা তাই।

## ব্রাবোইশিন :

আদর্শবাদি অমা ওইনা পূম্নমক্তা অফবা মীৎযেং অমা যেংবা ঙম্নিবা কবিগী মীৎয়েং অসি অতাঙবনি। অরা নুংঙাই পুন্সি খোঙফম অনীমক্তা চপ মান্ননা লেপ্পা ঙম্লবা কবিনি। অদুবু মহাক ধর্ম্মদা চেৎনা লূপশিনখিদুনা মুক্তি তাল্লিবা সাধু সন্যাসি নত্তে, ধর্ম্ম শন্দোকপসু নত্তে। মহাক্কী মুক্তিদি জগৎ অসিদা লৈনা লৈনা মপূং ফাবনি। হন্না হন্না কযাবক পোক্তুনা মপূং ফাবা মপোক কযাবক ফংবা অদুনি। তোঙান তোঙানবা কলচব অনীগী ব্রাখল্লোন, ধর্ম্ম লৌশিনবদা নত্তনা লোন শীজিন্নবদসু অনীগী তীন্নবগী মশক হাপ্পি। সংস্কৃত অমদি অবিবা মৈতৈলোন অনীনা য়ায়া চূননা থম্লবা হোৎনৈ। কবিগী তোঙানবা চাংযেংদা অবিবা লোনগী লোলশেম কয়া শীজিন্নদুনা অপাবশিংবু লোনগী মিত্রং অমদা পুনবা হোৎনবা উবা ফংঙি। খুদম ওইনা— থম্মোযদা থুক লাউবা পোকপবু থুক্তে দুবু থম্মোয়, ব্রাহে তুমা শীজিন্নবা হবাও-তয়ামবু কবিনা তয়াম হায়নদা শীজিন্নৈ, লৈখোক লোয়দুনা তানিং তানিং যানববু লৈকা তরোই তবোই তরোই হায়না শীজিন্নৈ। ব্রাহৈগী কাট খক্তমক শীজিন্নবকপনা অর্থ পুবা ঙম্লক্তবা য়াওবকই। য়ায়া চূননা থোকপা মতাং য়াওববসু কবিগুম্বা কান্দা অর্থ লান্না চংখিগে তৌবকপা খবসু থেংনৈ। অদুবু কবিগী লোনদি মণিপুরী সাহিত্য জগৎতা তোপ তোপ্পা তাববা লোন্নি। মহাক্কী খুৎইদগী ইনাক

খুঞ্জববা মণিপুরী লোনগী মশক উবা ফংজববনি। মেংনা-তপ্না চেন্থবিবা তৎপা নাইদ্রবা ছন্দগী ঈচেল অর্মনি। কবিনা শৈবেংশিং অসিবু মযেক য়ামদ্রবা ঈশৈ মযেকশিংনি হায়। তশেংনমক সু ঈশৈনি পুন্সিগী নুংশিববা ঈশৈনি। ব্রাহে পবেং মবি মবিনা মপুং যাহল্লিবা স্তবক অমমমনি। পবেং খুদিংদা সেলেপল তবামবি ওইদুনা তাল মাত্র ছন্দ কায়হন্দনা শকপা যাববা ঈশৈ ওইনা থম্বীবম্মী। পযাব ছন্দগী মশক্তা শৈবেংশিং অসি থম্বা যাই।

কবিনা থম্বীবল্লিবা পত্রিকাশিং অসি মুন্না যেংলুবগা যাম্না মপুং ফাবে হায়না লৌবা যাই। মচা মশূ মবোম-মনাওশিংবু ফহন্নীংবগী পুন্সিগী কৃপবা অথ অমা তত্তনা ঈচেল অমগুল্লা পবিং নাইনা পত্রিবা খূদিংমক্তা চেন্থবি। মঙোন্দা ধর্ম্ম অমতনা পুনখিবা লৈতে, তাইবঙপানবু নুংশিজবা মীওইবগী মপোকপু মপুং ফাই হায়না লৌজখিবা কবিনি। মতাক্কী মচা ওইনা হোৎখিবা ছাত্র অমদগী থৌইনশিন ওইদুনা ইখিবা বিদায় আশীর্বাদকী **সবর্বমঙ্গলম, সর্ব্বকুশলম** মীপুম খুদিংমক্তা ফণ্ডবা মতম ওইবে। তৌজক্কী চবাংনববা মতম অসিদা থকশি-খাশি ব্রাৎনবক্রবা, মীওইনা পোক্রকপগী মথৌ মশক খংনদ্রবা মতমসিদা তুংগী নহাবেলশিংগীদমক **বিদায় আশীর্ব্বাদ** অসুক্কী মতিক দবকাব ওইবে। কবিনা ইমাগী মফমদা কৎচবিবা পূজা ঐখায়সু কৎপা মতম ওইবে

পুন্সি কোবৌনা যাচঙিঙ মতম্না খিত্তা ঙায
পুন্সিগী অবোইব পূজা কৎলম্লগে ইমাই
লাঙলি পুক্না থম্মোয়নুংদা পূজাই পোৎলম খবা
হাবপ হাবপ খোংথাং খুদিং কিক নংহৌবোইদ্রা।

(লা ৫০)

# শ্রীবীরেনগী : সনাগী কৈরাক

**সনাগী কৈরাক** কবিগী মরিশুবা শৈবেংগী লাইবিক্তি। ইং ২০০১ দা ফোঙলকপা লাইবিক অসিদা ইং ১৯৮৯-১৯৯৭ ফাওবদা ইখিবা পূন্না শৈবেং ৪৪ য়াওবি। আধুনিক মণিপুরী শৈবেংগী খোঙচৎতা অশাউবা কবি নহাবোলশিংগী লময়ানবনি হায়না লৌনবিবা কবিগী মীৎয়েং অসি ইং ১৯৮৯ দা **মপাল নাইদবসিদা ঐ হায়বা** শৈবেংগী লাইবিক অসিদগী অনৌবা মায়ওন অমা ওল্লকই। সমাজগী চৎনবী কয়াবু মায়োক্লদুনা লেপ্লম্না কবিগী রাখল, জ্ঞানগী মবেপ ফাববা ঈচেল অমদা চেন্থবকই। **সনাগী কৈরাক** লাইবিক অসিদা শক্লাইদবা মপু মাগা আত্মাগা লৈনবা মবী উৎপা বহস্যবাদকী মশক উবা ফংই। লাইবিক্কী রাহৌদোক্তা হায়বিবা

> পুম্নিগী মনুং হুঞ্জিন্না লৈথ্রিবা থরাযগী লমদমদুদা কূমথদুনা
> ইবা অত্মাতত্বগী ওইবা শৈবেংগী অপাম্না পোকলকই। .
> অদুবু মসিসু ওইবা ইয়া য়াদে অদুগীসু মথক্তা মীওইবগী
> থরায়গা সমাজগা বাজনীতিগা শেল-থুমগী ফিভমগা কবি মবী
> খোক্লে, মবী অমত্তা সুংলৈ লৈনদ্রা ।

রাহংশিং অসিনা কবিগী শৈবেংশিংদা পীবিবা কলাগী মহাও অদু ওইবকই। অদুনা পানগী শক্তমশিংনা পীবকপা চৈফু খাঙনা খাঙনা থরাযগী ওইবা মঙালগী লমদম অদু তাইবঙসিদা লৈনা লৈনা মঙ মঙলকই।

পুম্নি হায়বসি খম্না নাই মদুদি শিবনি, শিববদি খম্মে। মসি হেক্তমক থাজবসিবা রাহংশিং অসিদগীনি কবিনা মেটাফিজিকেল ওইবা মীৎয়েং অমদা কবিতাগী ক্রিয়েতিভিতি পোক্লিবা। **অথীবা, অমোৎপা অমসুং অঙৌবা লৈ,** মৈ **অমসুং অঙৌবা লৈ, অমমবা অমসুং মঙাল, নুমিৎকী মঙাল অমসুং লৈচিল, ক্যামুক্লখ্ব** অমসুং **সনাগী সীতা** নচিংবা শৈবেংশিংদা মোৎলবা সমাজগী ফিভমশিংগা মঙালগা য়েৎশিন্নবা উবকই। নুংনাংলবা কবিগী থম্মোয়না মৈ **অমসুং অঙৌবা লৈ**-দা ঙাঙশং ঙাঙনা চাক্লিবা মৈবী মবক্তা অঙৌবা লৈ অমনা শাৎপা উবকই। হোংলক্লিবা সমাজগী তমথিববা মশকশিংবু মৈবী, অমমবা, অমোৎপা, অথীবা

হায়বা ঝাহৈশিংনা সিঙ্গোল ওইনা শীজিন্নরি। ফিভমশিং অসি মীওইবগী মচৎনা ওইহল্লকপনি হায়না লৌবি। অদুনা সোসিয়েল বিএলিটিগা মরী লৈননা হ্যমেন ভেল্যু মাঙশিল্লকপগী মবমদা নুংনাংবা পোক্লকই। শা অমসুং লাইগী লমচৎ অনীমক পুন্না লৈরিবা মীওইববু অইবনা লাইগী লমচৎ চেলহন্নিংই। মীগা শাগা চপ মান্নবক্তুনা মমা, মপা, মচা, মচে, মচল পুন্নমকপু হাৎপা ভল্লবদা কবিনা তেংথাই—

মী নঙনা হাইথবকপদা
মঙলাক্রে ঐনা ইতুম তূমদনা
চেন্নপ্না তুবেলগী ঈচেল খুক কংশিনবি
মালেমসি মমত্রিক মমশিনবি (কুমথরকনু নঙ)

অসুম্না উপায লৈতবা ফিভম অসিমক খোৎলবী লৈ অমসুং মৈকুল নচিংবা শৈবেংদা য়েক্লকই।

মবমসিদগী মঙাল থিবগী খোঙচৎ তাইবঙগী ঝাংমা লানবা তাবকই। মশাগী আত্মানুংদা চঙশিন্দুনা নুংগী খোঙচৎকী লম্বী অমদা চঙশিল্লকই। ঐগী থব্রায়, থব্রায অমসুং মতম, মতমগী ঝাংমদা, থব্রায়গী ঈচেল, ঈপাক, লফূ মকা খোকপা অমসুং লাইয়েকপা অমসুং লাইয়েকপগী লাই শৈবেংশিং অসিদা আত্মা জ্ঞানগী ওইবা মবেপ লুববা ঝাহং কয়া অমা হংলকই। কবিনা তত্তনা শোঞ্জে.

হে
মঙালগী লমদম নঙবু
কৈদৌবগে নঙবু
য়ৌজবগেবা (লফূ মকা খোকপা)

অসুম্না মীকুপ অমদি কবিনা মতমগী ঝাংমা লান্না মঙালগী ঈথক্রা পাক-শন্না শন্দোবকপা খেংনবকই। থব্রাযগী অশেংবা মশক অসিবু থব্রায়গী ঈচেল হাযবা শৈবেংদা শৈথাবকই। ঝাংমা লান্না চৎপা হায়বা অসি অশিববু খেংনবনি, নুংশিনা কোনশিনবনি ইথানুংদা, অশিবনা মঙালগী মশক ওইনা কবিগী থম্মোয় পাথোক্লা লাকই, অমুক্রা মল্লবা অকিবনা থুম্ময়ৎলবা খঙবা ঙমদ্রবা খোঙচৎ পুম্নমক লেপ্লবা মশক ওইনা লাকই। শ্রীমদ্ভাগবদ গীতাগী সাংখ্য যোগদা অশিববু মীওইবনা অমনবা ফিজোল হোংদোক্লগা অহনবা ফিজোল ওনবগুম থব্রায়না অমনবা হকচাং হোংদোক্লগা অনৌবা হকচাংদা চঙই হায়না তাকপীবম্মী। অদুনা চৎপবুদি চৎলনি শোয়দনা হায়বা শৈবেংদা অশিববু অমম্বা ওইনা উবিবা কবিনা সনাগী কৈরাক কৌবা শৈরেংদা অহিংবা পুঙ্গিগা অশিবগা অমত্তা ওইনা শৈথাবকই।

ৱাংমা অসোমগী
সনা মচুগী ৱোঙ্গুনমেলৈবু
য়েংলুদ্রবনি
সোমগী কুদ্রক কদ্রাকপসিগী
হোৎনবিঙৈদা।
অদুগদি ঐনা অসোম ৱাংমনি খল্লমলিবদুসু
সোমগীসু ওইবমলে,
সোম্না মক ওইবা অদুক
অসোমসু মক ওইবন্নে। (সনাগী কৈরাক)

চৎতবা যাদে হায়দুনসু থৱায অমদি হকচাংগী তাংজকম ওইবক্লবা মালেমসি পাক হেক কবম্না থাদোক্কনি। থৱাযগী মঙাল থীবদা হকচাংদি মমল লৈত্রববা'? উবিবা তাবিবা যেংলিবা পূম্নমক অসি অশেংবা নত্তে হায়বা কবিনা যানিংদ্রি। পুন্সিবু অদুক্কী মতিক নুংশিবকই। কবিগী ফিমল ওইববা হকচাংবু থাদোকপদা নীংঙমদবগী তোন অমদা শৈথাবকই—

মমল অমতা লৈববোইদ্রা
ফিমলসিগী,
শেৎল শেৎলগা
মল্লবা কালদা তাপ তাপ হুন্দোক্কদৌসিবসিবু'?
ঐনা কপাল
ঐনা শেৎলিবা
মল্লবা কোট, খোঙগ্রাউ, ফুবিৎপু
চেৎনা কোন্দুনা। (ঐগী ফিমল)

ভাবতকী দর্শনদা পুন্সিগী অশেংবা শক্তমদি তাইবঙ মপুগী মপাল নাইদ্রবা ঈপাক অদুদা থৱাযনা তিঞ্জকবনি। অদুনা ভক্তি কবি কবীবদাসনা শিবা হাযবসি আত্মানা পবমাত্মা ওইবা ঈশ্বব মঙোন্দা নুংশি লীপুন শেমদুনা লৈপুন শেম্মনি হায়না শৈথাবি। মাযগৈসোমদা কবিনা পূম্নপ লূপশিন্দুনা চঙশিনবা ঙমদ্রি। প্রো এন তোম্বীনা লাইবিকসিগী মবমদা অসুম্না হায়—

মাগী mysticism দি অতৈগসু খবা খেন্নৈ। Existentialist Problem গা কোন্নবা পুন্সিগী অচুম্বগা ৱাংমদগী কৌবকপা খোঞ্জেলগা চিংখাইনবা য়াওবা spritual crisis উৎপা শৈবেংনি। পুন্সিগী মচং ওইববা, পুন্সিগী অচুম্বা অর্থ থীবদা চঙশিল্লকপা খোঙচৎ অমনি।

(পোক্লকম মে ১৪, ২০০১)

কবিনা থীবিবা মঙাল তিঞ্জনীংলিবা ঈপাক, মপাল নাইখিদ্রবা অতিযা, ফজবগী মঙ পূন্নমক অসিদি অর্থ য়াওদ্রববা? মীওইবনা ফজবা অহেনবা পাম্মী অদুনা অচুম্ববু হেক হেক নাথৈবকই। মসিগী নুংনাংবা পোক্নুনা তাইবঙপান অসিমক স্বর্গ ওইহল্লিংবগী পামজবা উৎপা শৈবেংশিং অসিনা হৌজিক্কী ওইবিবা সমাজগী ফিভম অসিদা হেন্না অকনবা শাফু পীবা হেনগনি। মতম কুইনা কবিগী হকচাং শোন্দুনা লৈবনা পুন্সি লমশাং চৎপদা চোকথবকপা শক্তি লৈবক্তবগী মমি তাবা পার্সনেল ওইবা ঐগী মাযওন, কুমশি কুমনা লোইশিনলকপদা, চৎলক্রিবসে শাংলক্রে, চীংলোল অমসুং মখোয তকক অমদি স্বব ফুনবা হাযবিবা শৈবেশিংদা মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎকী শক্তম অমা থম্মোয়দা পালহনবা ঙম্মী।

পূন্নমক অসিগী যিভমনা কবিনা তশেংনা মঙজবা মঙদি তাইবঙসিদা লৈনা লৈনা স্বর্গগী ওইবা মঙাল অদু যংবা ঙম্নোইদ্রা হায়বসিনি। বুদ্ধ, চৈতন্য, বামকৃষ্ণনচিংবা মহাপুরুষ কয়ানা তাইবংদা লৈনা লৈনা যঙখিবা মঙাল অদুদি পূন্নমক মায়ানি হাযনা খনবা ঙম্মী। মসিদনি কবিনা ব্রাখলগী মূক্লবা খোবক্লিবা অদুবু কবিনা পাউখুম পীবি, ইবেল অমসুং ব্রাহং কৌবা শৈবেংদা মমাঙউ ইবেনপোক্কী মতমদা মঙালদু লৈবম্মী ইবেনদা নুমিদাংব্রাই ফৌ শুবদা অতিযাবু ইনখৎখিবদগী মালেমগা অতিযাগা শম্নফম খঙদনা লাপ্লখিবনি। মসি জাতিসিগী ঈশৈনি স্বর্গ মাঙখিবগী, অদাম অমসুং ইভ কী মফমদগী পেবাদাইজ মাঙখিবগুম। মীওইবনা অচুম্ববু চেৎনা কোন্দুনা থম্লিবমখৈ স্বর্গ মাঙলোই হায়বি। অচুম্বা অসিমক কবিনা লৈবাং অমা অমদি অঙৌবা লৈ ওইনা সিম্বোল তৌবি। য়াম্না লোন্না মীওইবগী থম্মোয়দা অচুম্বনা লৈশাৎ তম্লি অদুনা শান্তিগী মশক ওইববা মঙাল অদু লাকখিনি হায়না কবিনা আশা মাঙদ্রি। মীওইবনা চপ চাবা মী অমা ওইনা লেপ্পা ঙম্লবা কান্দা স্বর্গ অমদি মালেম পূন্না লৈবক্কনি হাযবসি কবিগী অচেৎপা থাজবনি।

শৈবেংগী মচাক লৌবদা ইমেজবী শেম্বদা লোক সাহিত্যগী মচাক অমদি পুবাণগী ব্রাবীশিং (ইবেল অমসুং ব্রাহং, চীংলোল অমসুং মখোয় তকক, সনাগী সীতা) পুশিল্লক্তুনা কাব্যগী অনৌবা খৃৎশেম অমা ওইহল্লি অনৌবা ব্রাহং হংলকই। উদবা হায়বা শৈবেংদা সিম্বোল ওইনা শীজিন্নবিবা হূই, শগোল তোংবা লাম্মীদা লৌকবিবা খুনুং ঈশৈ থোইনা শৈবেংশিংদা মবী লৈনদে। ঈপাক, মপাল নাইদবা ঈপাক, মপাল নাইদ্রবা অতিয়া, কোবৌহনবগী মেঙলবা মঙাল, আত্মাতত্ত্বগী শৈবেংশিংদা য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা ইমেজবীশিং কবিগী চম্না মতীং লৈনা

ফোঙদোকপা লোননা অপাবশিংদা শোয়দনা মঙাল থীবগী স্বগী খোঙচৎ যৌহনবা ঙমগনি। ওল্লক্লিবা সমাজগী ফিভমশিংগা মবী লৈনবা মীওইবগী পুন্সিগী শক্তমশিংবু থম্মোয় অমসুং বুদ্ধি অনীমক্তা যৌহল্লিবা কবিগী নুংগী মঙাল থিবিবা খোঙচৎনা মেটাফিজিকেল কবি ওইনা লেপ্লবা হোৎনবি। অদুনা কবিনা ঙাইবি অহাঙবা থম্মোয়বু কোল্লদুনা তেনগী ফমুংদা বাসুদেব লাকপা।

--( )--

# *কোইজম ধীরেনগী লাইরিকশিং*

*ইপা-ও।*

*পূ-তোংদা ঈ চেল্লিউ*
*শক্তা শক্তা শকউনবিউ*
*নউবু খউগে তানখিদে।*
*তাম্নবা তানফমসিদা*
*তাম্না খাঙ্গুল পীজবি।*

পুন্সি হাযবসি যাম্না তেল্লি তম্বা ঙমদে ঈযাইথক্তা তাওবিবা কোঙ্গোলদুমক্লি। তেল্লবা পুন্সিগী তাঙ্ককসিদা (চহী ৪৩, ইং ১৯৯০ সেপ্তেম্বর ২৫ দা লৈখিদবা) পাঙথোক্লিংবা কযা মপূং ফানা পাঙথোকপা ঙম্ফম থোক্কে। অদুগী মথক্তা অবোইবা পুন্সিগী মতমদুবু কনানা খঙঙম্বা? খঙলম্বা তাববদি থবক থৌবম কযা মপূং ফানা লোইশিনবা ঙম্লমগদবনি। থেংলবা অহিং ফাওবা মিশেং খাঙদুনা নম্বা হৌববা পিঐচ দি ডিগ্রীগী থেসিস লোযশিন্নবা হোৎনবম্মী। চোকথববা হকচাংনা মীৎকুপ অমত্তং পোথাবকপা মীৎকুপতুমক্তদা নোংদম্বগী নোংদম্না তাইবংপানগী ঝাংমদা চৎতবা য়াদবগুম চৎপা তাখি, নীংজবম্বা আশা কয়া তুংওইনবম্মী। অসুম্না মপূং ফাখিদ্রবা, নীংবা থুংখিদ্রবা পুন্সি মতেক অসিদা পামজবনা মাঙওইননা সাহিত্যগী সেবাদি ফন ফজনা তৌজখি হায়বা য়াই। ছাপা তৌদুনা ফোঙলবা লাইবিকশিংদা — শৈবেং লাইবিক ৫, উপন্যাস ২ অমদি ড্রামাদা ১৩ পূন্না লাইবিক ২০ মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তৌবিবন্নি। মশাদগী চপ চাবা খঙহৌদবনা মসিগী মথক্তা হেন্না থম্লম্বসু য়ানা লৈবি। ইবা লোইশিল্লবা ফোঙদোকপদি ঙম্লমদ্রবা (ড্রামা— হিংবগী পোৎলুম, মন্ত্রিগী শোবাৎ, হৈ চাগুম পেল্লিদা, এক্ট্রেস অসিনচিংবা, শৈবেং লাইবিক ২ অমদি উপন্যাসনচিংবা) কয়া অমসু থম্বীবম্মী।

অহানবা ওইনা শৈবেংগী লাইবিকশিংদা—**থম্মোই তেংথা** (১৯৬৯), **কেতুকী** (১৯৭০), **ঝাংমদা** (১৯৭২), **খুত্তেকপদুগী শৈবেং** (১৯৭৬), অমদি ১৯৮০ **কুম্বাবা** (১৯৮২) অসিনি। উপন্যাসতা— **কনানা হায়বিগনি** (১৯৭১)

অমদি **কনাদনো হুক্তদবা (১৯৭১)** অনীদং থম্মীবম্মী। অইবগী খ্বাইদগী হেন্না য়াম্না থম্নম্বা সাহিত্যগী খুদোলদি দ্রামানি মখোযশিং অদুদি— **চিত্রকাব (১৯৭০), শ্রীনু (১৯৭২),** সুবন্য (১৯৭২), **ফৌওইবী** (১৯৭৮), **লংমাই পীতঙা** (১৯৮১), কৈদৌঙৈ (১৯৮১), **ভোট খোম্বা** (১৯৮১), **সবগম চানদ্রবা শুব** (১৯৮৩), **অনী** (১৯৮৩), **সমাজগী ব্রাংমদা** (১৯৮৫), **নোংবান পোম্বী লুব্রাওপা** (১৯৮৫), **থাঙ্গাল** অমসুং **হুমনিগী অঙাংনা ব্রাযেনবা** (অতেনবা লীলা, ১৯৮৭) অমদি **হিংচাবী চাকথা** (অতেনবা লীলা ১৯৮২) অসিনি। লাইবিকশিং অসি থোইনা কৃপথকবা তৌদনা অপৌবা মীৎযেং অমদা য়েংদুনা থমজবি।

নহা ওইবগী হৌনবা অহানবা কলমগী শৈথা ওইনা লৈবাং খোইমুগী শাজৎপু মিতাজকবা মহৌশানি, অদুনা অইবগী অহানবা মম্মী তম্লকপা থম্মোই তেংথা তশেংনমক তেংথাবোলনি মপাং শেৎনববা নীংবা কাযববা পাখং ওইবা থম্মোযগী। নুংশি মশক খঙনা তাইবংদা লেন্নজগে খনজবন্নী মশানৌ ওইবীনা, নোংদম্বগী নোংদম্না তাইবং ব্রাংমদা পুখিদুনা শেৎনববদা কবম্না তেংথাবোই। তঙ্কক মবি থোক্লা খাযদোক্কুনা নুংশি শৈহৌদগী কাযনা মৈশা লাংহৌবা ফাওবগী ব্রাবী লীযাং অমা য়াওনা শাগত্তুনা খণ্ড কাব্য অমগী মশক্তা যেকপনি। মহাকবি কালিদাসকী যক্ষনা কাযনা ঈশৈ শকপগী মমি তাই অদুবু চপা চানা যৌবা ঙমখিদবনা চুম্নগী নুংশি শৈবেং ওইবনা হেন্না পকচৈ। খণ্ড কাব্যগী শাগৎচবকপা আশা অসি **কেতুকী** দদি চপ চানা মপূং ফাবে হায়বা যাই। কবি হিজম অঙাংহলগী **শীঙেল ইন্দু** গুম লৈম নিংথৌ হাক্তকী ঈং-তপ্পবা লাযবজববী কেতুকী পুথোক্কুনা পয়াব ছন্দদা পাউদমলকপা মতমদদি তবায তবাযনা লৌবা যাদ্রে। লূনা তিন্নজবী কেতু অমদি চিত্রানা মীশক অমত্তদা নুংশি খোঙফম থাংলুই অদুবু পাখং ওইবা শবৎনা নুংশিবদি লেঙদবনি হায়বসি তাকতুনা পাম্বনা য়াথোং লোনখ্রবী মশানৌ কেতুকীগীদমক হাযন-শীংনজবী চিত্রা অমদি নিংথৌনা পীবা ফম্নাই ফমথোল থাদোকখি। অসুম্না হৌবকপদগী হৌনা নুংশিবগী অশেংবা মশক্তি থুংনবা নত্তে কায়নবনি, কায়নবগা নুংশিবগী মথৌ শঙলকই হায়বসিনা অইবগী মীৎয়েং ওইবকই। মসিমক্তনা হৌজিক্কী খুন্নাই অসিদা শুকয়াও য়াওশিনদববা হাযবদুদি নত্তে।

অতেনবা শৈবেংশিংগী খোমজিনবা ব্রাংমদা, **খুত্তেকপদুগী** শৈরেং অমদি **১৯৮০ কুম্বাবা কৌবা** শৈবেং **লাইবিক অহুম অসিনা খুন্নাই অসিগী** ওল্লক্লিবা শেল-থুম, লাইনীং অমদি মীয়াম লৈঙাক্কী চনৈনববা শক্তমবু য়েক্কুনা থম্নম্মী। শৈহৌদা

কায়না ঈশৈ শক্তুনা লেপ্পগে তৌজরম্বা অদু খুন্নাই অসিগী অশোয়বা কয়া অসিনা পোত্থাবা ফংহনখিদে। গনতন্ত্র হায়বা শৈবেংদা লৌমী শীম্নীশিংগী অৱাবা ফিভম য়েক্লকই। গনতন্ত্রবু লাম্না শীজিন্নবা লুচিংবশিং অসিগী লমচত্তগী লৈবাক অসিনা চাওখৎপা ঙমদবনি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসি লমশি মক ঙাক্তনি হায়না লমশি মক কৌবা শৈবেংনা শৈথাই—

নচা খুদিংমক্কী মশানা
নংগী নতম্বাক্তা য়াতাববি শিববা তুংদা
শোক্লনু ইমা কান্নদ্রবনি

ইমাগী য়েক্রবনি, লমশি মক্য ঙার্ক্তনি।

অইবগী অতোপ্পা মীৎযেং অমনা মীর্তৈনি হায়বদা পোংজবা ঙম্বা অসিনি। হান্নগী চৎনবী, লাইনীং মাঙখিবদা নুংনাংই, ৱাখল অসিগী মশক অসি ১৯৮০ কুম্বাবা হায়বসিদা ময়েক শেংনা উৎলকই। হৌজিক্কী মণিপুবনা মীমান্নবা ঙমলক্ত্রিবা অসি ইশাবু মশক খঙজদনা লৈঙাকলোন্দা, লাইনীংদা শমনা হায়ববদা সাহিত্যগী মশক লেপ্পদা অতোপ্পগী ৱাখল ৱাযকুবদগীনি হায়না পীবি। কবিনা থম্মোয শোক্লা য়ানীংদবা উৎলি। 'ও' হায়বা শৈবেংদা—

মখোয়না য়েক্লি
মখোয় মখোয়গী লাইবিক্তা
মমল য়ামজরবা মীতৈ নুপীবু
মমল য়াওদ্রবা, লমচৎ য়াওদ্রবা পুক্নি অমা ওইনা।

অসুম্না হৌজিক্কী চনৈনববা খুন্নাই অসিদা ওল্লক্লিবা হীবম খুদিংমক লাচনবা ফৈ হায়না ১৯৮০ কুম্বাবা হায়বা শৈবেংদা পল্লি—

লৈপাক পুবা অঙম্বদি হুবানবা
হুবানবগী শবি পন্দোল লোন্নকপা
অঙম্বশিংগী অনৌবা দিফিনিসন অসি
কুম্বাবাঅসিদা চনশিল্লোই হায়দসিববা।

শৈবেং লাইবিক অসিদা অচম্বা ৱাহৈ ৱাতানা য়াম্না লায়না চম্না খুন্নাই অসিবু মশক তাক্লকই। কবিগুম্বদা পেন্দবা খোযশাউনবা পোক্লকই অদুবু মখোল কযা হৌদে। অদুনা মথন্নতা নীংঙমদবগা লোয়ননা হাইফেৎ কবেম্নবকপসু যাওই। হায়জবা কয়া ঙমদবা থম্মোয় পেৎকনবা কবিগী থম্মোয়দা ফংলিবা পেন্দবগী অৱাবগী চৈনা অদুবুদি ময়েক শেংনা ফোঙদোকই।

অঙনবা মতমদা থন্নম্বা উপন্যাস অনী অসিসু নুংশিবনা মপুং ওইবনি। শৈবেংদা উখিবগুম উপন্যাস অনী অসিদদি নুংশিবগী অয়ৌবী থাক উৎপগী মহুত্তা মপাম্বোংগী ওইবা নুংশিবা অমদি মতম চূপ্পদা লেঙদ্রবা থম্মোয়নুংগী ওইবা নুংশিবগা মূক্কবা উৎপনি। কনানা হায়বিগনি হায়বা উপন্যাস অসিদা লায়রবী লুহ্রাবী মচা হেবামনিনা নুংশিবগীদমক মায়বোং য়ানা লেপ্পগী মহুত্তা নুংশিজবী বীনোগী নুংঙাইনবগীদমক অমদি মরূপপু নুংশিবগীদমক বীনোবু নাথৈদুনা চৎত্রগা মরৈবাক নুংশিবদা ওনশিনখি। পুন্সি চূপ্পা খুন্নাইদগী লাপ্পা লৈদুনা মীবোৎ ওইখি। অইবনা নুংশিবগী মশক লেপ্পা অসি কনাদনো হক্কদবা হায়বা উপন্যাস অসিদদি য়াম্না ময়েক শেংলে। নুংশিববু মীপুম খুদিংমকী থম্মোয়দা য়ৌনবা হোৎনবদা নহা ওইবিবা 'কায়নদা' সন্যসী ওইবা তাবকই। অপাম হকচাংগা মবী লৈননা নুংশিবগা, নুংশিবা পুম্নমক্কী হৌবকফম ওইবিবা ইবুংঙো মহাক্কী নুংশিবগা খল তম্নকই মমৈদা মায়া তাইবংগী নুংশিবদি মবা চেত্তে খঙলকই। মসিমক্তা থরায়দগী হেল্লে খন্না থমজবী চান্নজবী নুংওনবীবু থাদোকপা ঙম্নকপনি। কমলগী মাধবী দা থোক্লিবা নুংশিবগী শক্রোন অনীমক উবা ফংঙি। নহা ওইবিবা অইবনা মাধবী বু কাউবা ঙমখিদে। তশেংনমক মতম অদুগী নহাবোলশিং অমদি হৌজিক ফাওবদা লাইবিক অসিনা হুমদুনা চত্তবা মীশক্তি য়াওবল্লোই। অদুবু লাইবিক অসিদা মাধবীনা নুংশিবা অমদি মশাগী কান্নবা থাদোকপা অনীগী মবক্তা চবক চহিং নাইনা থন্নম্বা অদুদগীদি ময়েক শেংলে হায়বা য়াই। য়াম্না হেন্না ফিদম ওইমনখিবনা মীওই খুদিংমক অহিংবা মী মাল্লক্তে মসিমক রোমান্টিক ওইবা উপন্যাসকী মগুন্নি। অইবগী ৱাখলদা বৈষ্ণবগী ৱাখল ঈথিল চঙবা উই। মীৎয়েং সোমদগী তাইবংবু কবিসু ওইদনা খল্লকপনি। অদুনা নহা ওইবিবা অইবনা নুংশিবগী য়ক লাউবিবা মতম অসিদা শিবগী ৱাখলনা মতম চূপ্পদা কাউবা ঙমখিদে—

> পোৎ অদু লৈত্রবদি পোত্তুগী ৱাবীসু মাংখিনি। ঐহাক
> উদ্রবদি ঐগী ৱাবীসু থম্মোইগী ফিজংদগী তপ্পা
> হায়দোকখিনি, উদ্রগা কাউগনবা মীওইবনি।
>
> (কনানা হায়বিগনি, লাঃ ১২২)।

মীৎয়েং অসিদগী শাগৎখিবা নুংশিবগী মশকনি।

অইবগী খ্বাইদগী মশীং য়াম্না থন্নম্বা ড্রামাগী ম্যায়কৈদদি শক্রোন য়াম্মী তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং কয়াদগী য়েংবা য়াই। উপন্যাস ইবা অমা ওইনা কা হেন্না

মায় পাকখিদ্রবসু ড্রামাগী মায়কৈদদি ফন ফজনা মহৈ যাঙ্গি হায়বা য়াই। শৈবেং অমদি উপন্যাসশিং অসি থন্নমদ্রবসু অইবগী ড্রামাশিং অসিন ধীবেনবু মণিপুরী সাহিত্যদা অইবা অমা ওইনা মফম পীবদা থোইনা কায়দে। খুৎই ওইনা থন্নম্বা লাইরিকশিংদসু ড্রামানা মশিং য়াম্মী। খুৎফোঙদোক, মীৎয়েং খেন্নবগী মতুং ইন্না তাক্কক মঙা খায়দোক্তুনা য়েংবনা হেন্না মপূং মবৈ ফাবা ওইগনি। জি সি· তোংব্রা, অবাম্বম সমবেন্দ্র, অথোকপম তোমচৌ অমদি পুখ্রম্বম শামু অসিনচিংবা অইবা কয়ানা খুন্নাইগী মপাঙ্খোংদা উবা ফংলিবা চনৈনববা থৌওং কয়াবু উৎথোকপদা মীৎয়েং অমমম থম্মব্রবনি। হাওবম তোম্বা, সবাংথেম ববমনিসু মোইবাং কঙলৈয়োনদা মপাল তাংবা পোইতিক ড্রামা কয়া খুদোল তন্নমদুনা ড্রামানা সাহিত্যদা অব্রাংবা থাক ফংবা ঙম্লি। অসিদসু নত্তনা অইবা কয়া অমনসু নুংগী ওইবা মীৎয়েংনা মীওইবগী নৈনবিবা মবীবু চাংয়েং ওইনা পুথোক্তুনা উৎলকই। অদুবু অইবা অসিগী ওইনদি তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং কয়াদা য়েংদুনা খুৎ থাবম্মী। অহানবদা, অঙনবা মতমগী ড্রামাশিং—**চিত্রকার, সুরন্য, শ্রীনু** হায়বিবা ড্রামা অহুম অসিদি অইবগী খণ্ড কাব্যগী মশক লৌববা থম্মোয় তেংথা, **কেতুকী** অমদি উপন্যাস অনী অদুগুম নুংশিববু শৈথাজবা, নহা ওইজবিবা অইবগী ব্রাখলদা নুংশিববু চেৎনা চান্না কোম্দুনা থমজবিবা ব্রাখল অদুনা নৈশাৎ তন্নকপনি হায়বা য়াই। **চিত্রকার** দা অইবনা ময়ায় ওইবা মীতৈ ইমুং অমদা হৌজিক্কী খুন্নাই অসিগী ওন্নক্লিবা শক্তম অসি উৎলবসু মপূং ওইনা উৎনবা হোৎনবিবসি নুংশিবা হায়বা মশক অদু শেম শাদুনা পুথোবকপনি। মহৌশানা পুকচেল থোৎলবা কলাকাব অমনা নুংশিববু হোংদোক হোংজিন তৌবা ঙমখিদে। অমবোমদা তাইবংপান অসিদা নুংশি ঈবিক অমফাও ফংলোইদবা উদুনা মপোক অমগীদমক সবোজনা খোঙশানখি। নৈহৌবসনু ঐগী নুংশিবা, নৈনমগুম মতম চুম্লদা (৫শুবা মতাং, লা ৮৩) নুংশিবা হায়বসি মালেম নৈখাগী নত্তে, নোংথৌ লাইবৈপাক্কী ওইবা ফংঙমদবা পোৎশক অমনি হায়না উৎলকই। অসুম্না শ্রীনু দসু জর্জ্জ সাহেব অমগী মচানুপা সোভানা লায়থুং পক্লবী নৈশাবী অমগীদমক মপুন্সি কংথোক্তুনা লায়থুং পকপা মীশক অমা ওইনা মীয়াম মরক্তগী লাপ্পা চৎপা ঙমখিবা অসিমক নুংশিববু হেন্না মচু লোকপনি। ড্রামা অনী অসি শৈবেং লীলা ওইনা ইবনি। অইবগী তুংদা লাকপা শৈবেংগী শকলোম্দা ইবা লীলাশিংদা য়াম্না চুনবা ওইগ্রবসু অপাবদা থোইনা হকচিন্না উৎপা ঙমদে চান্নবা চুনবা ব্রাৎপা ওইনা থোকই। অহুমগুবা নুংশি শক্রোন উৎপা সুবন্য চিত্রকাবগী ওন্ন-

তৈনবা মম্বিনি। নুংশিববু ঈবাংচবিবা বাগনা মতম অমদা মহাক্কী নুংশিবগী মফমদগী ফাখিবা ঈশেংগী সুর অদু লেপ্পা লৈতনা থিবকই। সুরদু থাজদনা মিত্তাংবী নুপীমচা অমদা লৈবম্লে অদুবু ব্যগদি নুংশিববু ফাজিন্দুনা থম্মদু পামখিদে। মসিদি মতম চুপ্পগী ওইনা নৌদুনা লৈহৌগদবনি অমদি যুগ কয়া ফাওবা থিদুনা লৈগদবনি হায়বসি উৎলি। দ্রামাশিং অসিদা অইবনা খুন্নাইবু মূন্না য়েংবগী মহুত্তা খুন্নাইদগী লাপ্পা চেম্প্পোক্তুনা থম্মোযগী পোত্থাফম থিবি। চিত্রকাব দ্রামাগী ব্রাহৌদোক্তা এলাংবম দীনমণি সিংহনা হায়খিবা *'লীলাগী ওইনা যেংলুববদি ব্রাবী পবিং শাগৎপদা চূনববসু যাংলপ তৌব মতাং যাওই'* হায়বা ব্রাফমসি যাবা তাই।

মথংদা খুন্নাই অসিবু য়েংলগা হৌজিক হৌজিক্কী চনৈনবিবা খুন্নাইশিবু থেন্দুনা থম্লকপদদি অইববু হেন্না শক তাক্লক্তুন অনৌবা মচু অমা থোক্লকই হায়বা য়াই। ইং ১৯৭৪ দা শান্নপ্রবা ফোঙলকপা মতমদদি থেংথনা ফোঙলকপা সমাজগী ব্রাংমদা অইবগী শৈবেংগী লোন্দাদগী ব্রাবেংগী চীং-লেমবা ব্রাঙাঙ উবা ফংলক্লে। সংস্কৃত দ্রামা অমদি সেক্সপীয়াবগী কবিতাগী লোন তোক্তুনা বনার্দ শোনচিংবা অনৌবা দ্রামাটিসশিংগী মওং লৌবকই। অইবনা লীলা অসিদা খুন্নাইগী অশোয়বা কয়াবু উদুনা ঈবাংদা তাউবিবা মণিপুব খুন্নাইবু মীৎ পাঙহন্নিংবা ওইনা ভিজিলেন্স ওফিসার মচা বাজেন পুথোবকই। মহাক্লা খুন্নাইদা লালহৌ অমা হৌহনবা অসিমক সাহিত্যদা অনৌবা চাংয়েং অমনি। অদুবু অইবগী থম্মোয়দা চূদুনা লৈপ্রবা নুংশিবনা খূদাং লাক্তুনা চিংথোকখিদুনা বাজেনগী অপোকপা ওইনা বিপ্লবী সোম্নি পুশিল্লকপনা, উৎকে থল্লম্বা খুন্নাইগী মশক্তগী থিত্তং থৈদুনা চৎখি। কবিগুম্বা সোম্নি পুশিল্লমদ্রবদি সমবেন্দ্রগী জর্জ সাহেবকী ইমুং গী মোহন্না পাঙথোকপা ঙল্লমদবা থৌ অমা পাঙথোক্লমগদবনি। মথংদা ভোট থোম্বা অমদি সরগম চানদ্রবা গুর দদি খুন্নাই মবক্তা মীয়ামগা য়াওমিন্নদুনা নোক খেনা অশোয় অঙাম কয়া তান্নদুনা লৈবা ঙমলে হায়বা উৎলি। ভোট থোম্বা দা হৌজিকী লৈশেম-লৈঙাকী (বাজনীতিগী) তৌশিন্নবা ময়াম অসি চপ চানা উৎলি। তোংব্রাগী কাও ফাবী (১৯৭০) দ্রামাদা মপামচা শক্তি মুন্নে, ভোট লেপমিন্নে। থীবেনগী ভোট থোম্বা-দনা লৈঙাক লৈশেমগী (বাজনীতিগী) অকূপ্পা নীয়মদি খঙদনা কেন্দিদেৎ ওইনিংবা মীওইনা চেঙগুম শৌবগুম শৌগৎলকপা অদু উৎলি। নাকল অমদা ভোট লেপ্লবু ইকাইথুম্নবা তানবগুম খন্দুনা কেন্দিদেৎ মশিং য়াম্লিবমখে কৈ হনুবগুম্না কুইনা বাজনীতিদা ফত্তবা লৌশিং তৌদুনা লৈবক্লবা থবগী মখূত্তা হঞ্জন-হঞ্জন গনতন্ত্রনা বন্দি মীফা ওইদুনা

লৈবে হায়বসি পুথোবকই। বাজনীতিগী চপ চাবা মশক উত্নুনা ... লীলাদি মীতৈ খুন্নাইদা যাম্না তাঙলি। তোংব্রাগী কাও ফাবী দগী ভোট খোম্না-না তেন্না খুন্নাইদা চুশন্নবা ঙমলব্রা হায়না খল্লকই। অশেংবনা ফাগী তৌবনি, ৱাহৈ ৱাতাদা লীলানা ডিমান্দ তৌবা ৱাহৈ ঙাক্তা পুথোবকই। *'তোম্না হঙোইদি ফজদ্রা? বোবোবী কাবা হঙোই?'* (এক্ট III/লা ৩০) ৱাহৈ শীজিন্নবদা মায় পাক্নে হায়বা য়াই। **সবগম চানদ্রবা গুর হায়বিবা ড্রামা অসিনসু সোসিয়েল কমেদিগী মশক্তা ইমুং অমদ লৈবিবা মীওই খুদিংমক্তা হৌজিক্কী খুন্নাইনা মচাক হুনবা মীওই ঙাক্তা ওইবকপা, উৎ-পাৎ তৌদুনা মানা মানা তৌনিংবা তৌখিবদগী ওইবকপা মচোয় মচোয় তাববা ফিত্তম অমা উবা ফংঙি। লাইনীংগী মিংদা ঈবাংদা তাউদুনা লৈববা মপা অমগী মচাশিংগী শমজিনবা য়াদ্রবা মবী অদু উৎপনি। হাযদোকপদা যাম্না ফোংনা দোং দোং হাযদোকই অদুবু তোংব্রাগুম্না হাযদোক্নগা লোইবে হায়বদুদি নত্তে পাত্রনা তান্নকপা ৱাহৈ অদুতং** ফোঙদোকই। লীলা অনী অসিদি যাম্না ফজনা মায পাক্না পুথোক্নে হাযবা যাই।

অতোপ্পা লীলা খবনা অবিবা সাহিত্যদা মপাল তাংদুনা পুথোবকপনি। **ফৌওইবী** মোইবাং কঙলৈবোনগী শাযোন তবেৎকী মনুংদা অহানবা শৈহৌগী শাযোলনি হায়না লৌনবা ফৌওইবী অমদি অকোংজাম্না অনীগী নুংশি পন্থুং য়ৌখিদ্রবা থম্মোয কাযববা ৱাবীবু ড্রামা ওইনা পুথোবকই। ফৌগী লাইবেম্বী ওইবিবী ফৌওইবীগী লংলা লংজিল তাক্লুনা মীওইবা অমগী লমচৎকুম্না নুংশিবনা কাইহৌববী নুপীমচা অমা ওইনা য়োক্ন। লীলাসিনা মমাঙঙৈগী অবিবা ৱাবী অমবু তাকপদা নত্তনা মীওইবগী কুপ্পবা লমচৎকী মনুং চনবা অপাম্বা অমদি নুংশিবা মরুবকপদা নুংশিবনা মায পাকপবু তাকপনি। অসুম্না **লংমাই পীতঙা** দসু মীতৈগী পুৱাবীদা খু কুম ৬৬৩ দা পানখিবা নাউথিংখোংগী নহা ওইবিদৈগী খোঙফম্নদা নুংশিবদা নিংবা থুংখিদবা খোঙফম্ব উৎলকই। শেম্নোয লংমাই চনু পীতঙাবু নুংশি নুংশিনা কাগনবকপনা তুংদা কংলা ফম্বাল কাব না তুং শেন্নহৌদবা মীৎকুপ্তা ৱাঙাং খজিক থৈকবদগী, নুংশিজবী পীতঙানা তাইবঙপান খাদোকখিবগী বাবীসু উৎলকই। অসিদসু নত্তনা **নোংবান পোমবী লুৱাওপা**-দা লেম্ভদনা লৈবনা নুংশিবা অদুদু পুথোবকই। মশানৌ কৌববোন নামোইনুনা ... খম্নুং শরা তানখিবদা লুৱাওবনা মশানৌগীদমক লৈনুং থোঙা নগা লানবা ... অশিনবু মাযথীবা পীখি। পম্নমক নুংশিবগী ফজববা ... লেন্দুনা থম্বগুম্বনি অদুবু হান্নগী অ ... নবা ... ওংপা নুংশিবগী ম ... যেংনবদ

য়াম্না মপাল মবা তানা উবে। মোং হাদ্রবা, ঈথক য়াওদবা চীং লেম্বা মওংগী নুংশিবনি। অদুগী মথক্তা মশাগী ব্রাবীসিনা মপাল তাংজবা শৈবেং শক্লোন্দা পুথোবকপা, য়াম্না চুননা থোকই। শৃঙ্গার বসকী মথক্তা অলঙ্কারদা অনুপ্রাস অমদি উপমা কয়া মবাং কায়না হাপ্তুনা হেন্না লৈতেংলকই। অইবনা শৃংলোয়জবা শৈবেংগী মশক্তা হান্না নৈজবা ব্রাবীগী ফজবগা মপাল তাংনবনি, থোয়না হেন্না ফজবকই।

মথক্কী দ্রামাশিংদা খুন্নাইগী মশক অমদি নুংশিবগী তোঙান তোঙানবা শক্লোন কয়াবু চাংয়েং তৌবগী মথক্তা পুন্সিগী অর্থ হন-হন্দুনা থিবা অসিমদি শুকতোক তোক্তে। লাইনীং লম্বীগী লাইবিক কযা পাকবগা নৈনকবগা পুন্সিগী মশক শেংনবা হোৎনবনি। মোদর্ন সাহিত্যনা থিবিবা 'ঐ' নত্তবা গীতাদা ভাগবান কৃষ্ণনা তাক্লম্বা 'ঐ' অদুবুনি অইবনা উৎনবা হোৎনবিবা। তৌববুদি ঐখোয়না চাউথোকচবিবা কবি গুরু ববীন্দ্রনাথ ঠাকুরসু উপনিষদনা মাগী গুরু ওইখিবনা তোঙানবা মীৎযেং অমদা 'মানব সাহিত্য' থোক্লকপা ঙমখি। মতৌ অদুগুম্না অইবগী **কৈদৌঙৈ** অমদি অনী অসিনা হৌজিক হৌজিক লৈবিবা খুন্নাই অমদি নুংশি নুংঙোলদগী লাপ্না চৎথোকখিদুনা মীওইবনা খঙবা উবা ঙমদ্রবা তাইবং ব্রাংমগী মবমদা খনবা হৌবকই। মীৎনা উবা ফংলিবা নুংঙাইবগী পোৎলম খুদিংমক থওইবক্তে, ঙাইহাক্কী তৌশিন্নবা মবক অসিদা পুন্সিনা হিংলিবনি হাযনা লৌবকই।

কৃসু ' , ঐহাক্না গ্রহ সিদা হিংলিবসি
ইচাগী, ইমাগী, ইপুবোইবগী,
শাগৈ-নাতৈগী নৎলমদ্রে ।
শুপ্নগী ইথত্তগীদমক ওইবন্নে
হিংলিবসি মোংফমদা পোত্থানবা ওইবন্নে
চৎলে ঐ ' ঐ চৎলগনি।

(**কৈদৌঙৈ**, অহানবা তাঙ্কক/লা ২৪)

অসিগুম্বা মোংফম য়ৌদ্রিঙৈ খঙবা ঙমদ্রবা অমম্বা চবুন অসিগী মায়কৈ তম্না চঙশিন্দ্রিঙৈ মঙাল অদুবু ফংবা খক ওইথোক্তববা ? মঙালসিবুনি **কৈদৌঙৈ** না ঙাইবিবা। অদুবু মীওইবনা থীবা ব্রাৎপননি। ওইদবা, শেংদবা, হবানবা মশাতগী খনবনা অমম্বগুম্না পৃথিবীসিবু কৃপশিনখিবনি অদুগা কৈদৌঙৈ মীওইবগী থম্মোয়দা কৈদৌঙৈ হায়না থীজবনি, অচুম্বা পবমাত্মা অদুদি থাগোন্নদুনা লৈবিবনি। *'ঐদি নখোযগুম্না কৈদৌঙৈদসু লাক্তে, লেংদ্রবনি। কৈদৌঙৈদসু হন্দে'* (২শুবা তাঙ্ক/লা ৫১) গীতাগী মমিনি, তাইবং মীওইবনা তানবা ঙমদ্রবা অশেংবা অচুম্বা মঙাল অমবু

থীজবনি অমগ্না মবক্তা। অসুম্না তাইবংদা লৈনা লৈনা অচুম্বা থীবগী খোঙচৎ অসি অনি হায়বিবা ড্রামাদা তশেং তশেংনা মালেম অমদি অশি- লৈবাকপু তোখায় তোখায়না থমদুনা থেল্লি। সবেলিজমগী মওংদা মঙলাক-হাবাকনবগী ফিভমদা অশি-লৈবাক্কী শক্তম ময়েক শেংনা য়েকলকই পাপ পুন্যগী ৱাহং হংলকই। চুম্না লাইনীং লম্বীগী পাউতাকশিংবু য়াথোকপগী মহুত্তা লাইনীং লম্বীদা পুন্সিগী ৱাহং হঙলকপা অসিদা অইবগী খ্বাইদগী ফজবা অৱাংবা ৱাখল উৎপা ঙমলকই—

মালেমদা পানবগীনা অমা নোংদোল থক্কীনা অমা
অনিসিগী মবিসিবু কদাইদবু শম্নহল্লিবা

(এক্ট ৫/লা ৬৮)

লাইনীং লম্বীগী অচুম চুমদদি মশক খঙলবসু হৌজিক্কী খুন্নাইসিদদি পানশিনবা য়াবক্তে। হিংবা তাববদি লাইনীংবু থওইবক্তবা তাবকই, অনীসিগী মবকসিদা হৌজিক্কী মীওইনা থেংনবিবা মোদর্ন কনফ্লিক অমদি মীওইবগী যাম্না ট্রেজিক ওইবকপা পুন্সি অমবু উৎলকই। লীলা অসিমক্তি অইবগী খ্বাইদগী অৱাংবা ৱাখল উৎপদা নত্তনা মণিপুরী লীলা ইবশিংনা মাযকৈ অসোমদদি খুৎ থাবক্তিমাল্লে হায়না খল্লি।

অতেনবা লীলা মচাশিংদা **হিংচাবী চাকথা** দা যাওবিবা **হিংচাবী চাকথা** অমদি **মহাকাব্য** লোযননা **থাঙ্গাল** অমসুং **হমনিগী অঙাংনা ৱায়েনবা** হাযবা লীলা মচা মবি থন্নমি। মসিগী মনুংদা মহাকাব্য হায়বসি কবিনো? কবি অমা ওইবদা কবি কবি গুণ চঙঙি হাযবদু ড্রামাগী ফোর্মদা উৎপনি। থোইনা লীলাগী ময়াক য়াওবা উদে। লাইবিক অসিমক্কী **হিংচাবী চাকথা** মতম চূপ্পা লেঙলবোইদবা মীওইবগী শাগোন্নদুনা লৈবা লমচৎ অদুবু উৎপনি। সিম্বোলিক ওইবা মওংদা লোক সাহিত্যগী মচাক মানবা মী চাবা হিংচাবী অমখক্কী, মীওইববু চীঞ্জাক ওইনা পালি পুনবগী ৱাবী উৎপনি। তাইবংপান্দা খ্বাইদগী নক্লবা মবীনি হায়না লৌনবিবা নুপী-নুপা, মপা, মচা অমদি মমা পূম্নমক্কী নুংশিনবগী মতৌ অসি মপাম্বোংদা তৌশিন্নবা তাৎনি চিবক্লবা মতমদদি মশা মশাগীতা য়েংনখি। য়েংবদা ফজনবা মায়খুম উপ্পনি মবী কবিসু লৈনদে। অহানবদা *ঐ চৎকে*, *ঐ চৎকে* হাযনা মূন্নবম্বদু অঙনবা হৌগৎপা অমনা চৎনবসি হায়না য়াম্না নুংশিবা মান্না বায় তানখিবদু চিবক্লবা মতমদদি মপা, মমা অমদি মচা অহুম্মক কনাসু তাবক্লবমদনা মথ্বায হিংননবা চেন্নখি। মীতৈ গী পাউবৌ *কুত্তা পাযবা ইতাওগী যাদা হকপা ইচাগী কুৎ লাওবা ঐহাক্কী* হায়বদুমক্তি। মফম, মতম অমদি ফিভম নাইদনা মতম চূপ্পদা শাগোন্নদুনা লৈববা মীওইবগী লমচৎ য়েকপনি।

যাম্না ফজনা মায় পাক্লা পুথোক্লবা লীলা মচানি।

মথংদা থাঙ্গাল অমসুং হুর্মনিগী অঙাংনা ব্রায়েনবা থেঙথনা ফোঙলক্লবসু পুথোকখিবা মতমদি যাম্না ঙন্না '৭০ খবা হেল্লকপদা পুথোকখিবা থেংনৈ। য়াম্না হেন্না তেনবা লীলাগী মওংদা খুৎপুথোক্তা অহোংবা কয়া থমদুনা চাংয়েং লীলা অমা ওইনা পুথোবকপনি। নোংচুপলোমগী অনৌবা লীলাশিংগী মওং লৌদুনা ইশিক থিয়েটবগী মওংদা অয়েংবশিংবু হেন্না ব্রাখল খলহল্লি। হুমনিগী অঙাংনা ব্রায়েনবা কৌবা লীলাসিদা ইতিহাসকী মতমদগী হৌদুনা বাজশক্তি মুন্নবকপা হৌজিক ফাওবদা মশক থৈবপ লাক্তুনা গনতন্ত্র কৌববসু মখোয় মখোয়গী ওইজবা তানবগী ব্রাখলশিং অদুদি অদুমক পাথাং পুথাং লান্দুনা লাকই অদুমক লেঙদনা লৈহৌবি হায়না তাক্লি। থাঙ্গাল কৌবা অতেনবা লীলা অসিদসু মবৈবাকপু মীবম মচাগী মখৃত্তগী কন্নবা হোৎনজব্বা অদুবু মবাল লংজবনি হায়না ফাঁসিগী হুকুম লাউথোকলি। শিগদৌববা থাঙ্গাল শিংনবা উৎলকই পেন্দবা ফোঙদোবকই। লীলা অনী অসিদা লিটবেবি ড্রামা ওইবগী মহুত্তা প্রদক্সন্দা হেন্না মপান তাংবা উবা ফংঙি। ফিজিকেল মুভমেন্ট কযানসু লীলাগী দাইলোগ ওইনবা হোৎনৈ। মসিমক অনৌবা মণিপুরী লীলা মচাশিংগী অপামবা লমচৎনি

মথক্তা পনজখ্রিবা সাহিত্যগী লাইবিকশিং অসিদা নত্তনা নৈনবা ব্রাবেং কয়াসু খুৎ থাবস্মী, থা ৩/৩ গী চেফোঙ মতমগী খোঙথাং দসু ব্রাবীমচা, শৈবেংনচিংবা কয়া ইবস্মী। মতাং অসিদদি মখোযশিং অদু কোনশিনজদ্রে। চাউবাকপ্য মশক অমখক য়াক্তুনা থমজখ্রিবা লাইবিকশিং অসি যেংলগা অইবগী মশক অমদি তাকপা ঙল্লব্রা হায়না খনজে। হৌবকপদা নুংশি নুংওলদা মপূং ওইবা মীৎয়েং থম্বা ওইনা উববসু শাবি-শানৌশিংগী ঙাইহাক্কী ওইবা অপাম্বদা তোংবা তাপাইবা ব্রাখল অদুদি শুকযাও য়াওদে হাযবা য়াই। মহাক্কী নুংশিবদা য়াওই থাদোকপা লোয়ননা হেন্না অৱাংবা থাক অমা কাখৎপা পামই। মথংদা খুন্নাইগী ফিভম কযাবুসু য়েংশিল্লস্মী। অবোইবা ওইনা পুন্সিগী কৃপ্পবা অর্থবুসু নৈনদুনা পুথোক্রস্মী অমদি তাইবংদা লৈনা লৈনা তাইবং ব্রাংমগী ব্রাখল খনবা ঙমখি মসি অইবগী সাধনাগী শক্তিননি। পূম্নমক অসিবু শুপচিন্না য়েংদুনা থম্বা তাববদি ধীবেনগী সাহিত্য অব্রাবা পোথাবা ওইনা ঙাইহাক্কী নুংঙাইনবা পঙই ইবম্বা নত্তে। খুন্নাইবু শক খঙনা য়েংবগা লোয়ননা পুন্সিবু মনুং থিংনা নৈনদুনা ইবম্বা লাইবিকশিংনি। মহাক্লা সাহিত্যবু ইবায লায়না লৌখিদে।

---( )---

# নুংশিবগী শৈথাবা

মণিপুরী সাহিত্যদা মবক মবক্তা হেক হেক মোংলকপসি নোভেলনি। সাহিত্যবু পামজবিবা মীওইশিংনা মণিপুরী নোভেলগী মহাউ খঙনীংলবসু য়াম্না তাঙনা ফংলি। বোহিনিকুমাব সৌগাইজাম্বনা নীমি' খুদোল তৌবক্তুনা অব্রাৎপসি মেনখৎপীবি। শৈবেং, ব্রাবীমচা অমদি ব্রাবেংগী লাইবিক তবানিথোই ফোঙগ্রবা অইবা অসি নোভেলগী ওইনদি অহানবা খুৎথানি।

লৌখৎলিবা ব্রাবীদা মণিপুরগী কলচব অমদি সংস্কৃতিদগী লাপ্না চৎখিদুনা সমুদ্র ব্রাংমগী বোম সহবদগী লৌকবি। নোংমা অইবনা ইংলিস মেগাজিন অমদা বোমান ইম্পবব কলিগুলানা শাখিবা হিজাও অনী নীমি লোক্তগী চিংখৎনবা হোৎনকবদা মায় পাকখিদবগী ব্রাবী পাকবদগী ইনিংবগী ঈথিল পোক্লককখিবনি হাযবি 'মদুদগী গ্রীক অমসুং বোমগী ইতিহাস অমসুং কলচবদা য়ুম্ফম ওইবগা নোভেল অসি ইখিবনি'। বোমান সম্রাজ্যগী ইতিহাসকা মবী নৈনবা ব্রাবীগী শকক অমদি খঙজিনবীগদবা হাযনা ব্রাহৌদোক ওইনা পীবিবসিদা অইবনা ময়েক শেংনা কলিগুলাগী মবমদা লংজিন কযা পীবি।

খৃ মতুং ১২শুবা চহীগী আগষ্ট তাং ৩১ দা পোকই অদুগা খৃষ্টগী মতুং ৪১শুবা চহীগী জনুৱাবি তাং ২৪ দা মশাগী চহীনা ২৯ দা মীগী মখুত্তা নোঙ্গাখি।

পূম্নমকসি যেংলুবগা নোভেল অসি ঐতিহাসিক নোভেল অমা ওইনা থম্না য়াবি।

অদুবু অইবনা উৎনীংলিবদি ইতিহাসকী কদ্রক কদ্রক লাউববা চনৈনববা সমস্যা অদুবু পুথোক্তুনা উৎপা নত্তে। থম্মোযনুংগী থোৎলবা নুংশিবগী মশক অদু মকা ফন্না শাৎকায়হনবা পাম্বনি। অদুনা থৌদোক শেম্না মতমদা ব্রাবী পবিং শাগৎপদা নুংশিবনা কেন্দ্র বিন্দু ওইহল্লগা মাগী চেৎলবা থৌবী অদনা লাম লামদুনা মাযকৈ খুদিং শর্মজিন্নবা হোৎনবি।

১। অহানবা ফোঙবা - ১৯৭৪, অনীশুবা ফোঙবা - ২০০৩

ইচম চমজবী খুঙ্গং চনু নীমিগী মায়থোংনা যুববাজ কলিগুলাগী থম্মোয়বু শুষ্কৎখি। নোংমা নীমিগী নুংশিজববা মশাবী সিলবানো পোদেষ্টাগা লোয়ননা গেঞ্জানো খুন মনাক্তা, নীমি লোকী মপান্দা, চীংয়াগী ফজববা দৃশ্য মবক্তা, প্রকৃতিগী মমোম ওইনা যুববাজনা অহানবা ওইনা উজখি। অহানবা উবমক্তদা নুংশিবা ফাওবকখি অমদি বোমগী মহাবাণী ওইহনগে হায়না খনখি। বোসসেনা অমসুং সিলবা অনীগী থম্মোয়দসু মচিন-মৌপ্পা ওইবগী নুংশিবগী ঈচেলনা চেম্থবা হৌবকখি। অনীমক্কী কান্নবা খল তন্নদুনা বোসসেনানা যুববাজদা সিলবাবু থবক অমত্তা পীবিনবা হায়জবকই। যুববাজসু নীমিবু নক্লবগী অপাম্বা অদু ফংলগনি হায়বগী খুদোংচাবা লৌবদুনা বোম সনাকোনুংদা লাক্লবা হায়বমখি। পূম্নমক নুংশিবনা য়াই থাদুনা পুল্লিবা ঙাক্তনি। নুংশিবগী লম্বেল শেংবা ওইনা সিলবাবু আর্নো তুবেল তোর্বানগী প্লেসেন্তিয়াদা সেনাপতি বিলাবিযসকী মনাক্তা লাম্নীগী সুবেদাব ওইদুনা মতম খবা লাম্থোং শিনবা তম্বা থাখি।

থওইনা শীল্লবা থৌশিল অমা ওইনা সিলবাবু লাপ্না থাদোকপ্রবা মতুংদা যুববাজ কলিগুলানা নীমিবু মনাক্তা চিংশিন্নবা হোৎনবা হৌবকই। নীমিগী যানিংদবা ঈঙ্গিৎ উবদগী মন্ত্রি এম্ব্রোসিয়সবু নীমিগী মমা ইবেম্মা এড্রিয়ানাগী মফমদা থাবক্তুনা মচানিংঙোলবু যুববাজদা থাজনবা হাযবকই। অদুবু এড্রিযানাগী মপুবোইবা মার্কোমোন্টেসিনানা মক্কপ কার্ব্বো পোদেষ্টাগা মচা মচা পীনসি হাযনবম্মী হাযদুনা ব্রাফম অদু কম্থোকখি।

মতমগী মতুংইন্না নিংথৌ তাইবেবিযাসনা শিববা মতুংদা কলিগুলানা নিংথৌবেল ওইবা মতমদা নীমিবু মহাবাণী হাপ্লবগীদমক কোনুংদা পুখৎলকখি। অদুবু মমা ইবেম্মা এগ্রীপ্পীনানা যাদবদগী সিলবাগী মচে ইবেম্মা অঙাং ওইবিঙৈদগী য়োকচবক্লবা বোসসেনা ওইনা মহাবাণী ফমথোল থিম্দোকখি। নীংবা থুংদ্রবা নহা ওইবিবা নিংথৌবেলগী মফমদা উক্লবা, থেংনক্লবা তিন্নবিবা মক্কপ মপাং অঙম-অথৌ পূম্নমক ফনা লৌবা ঙম্লক্তে। মসিদগী কলিগুলাগী পুকচেল হোংলকই। নুংশিবদগী অপাম্ববোমদা মায লৈশিনখিদুনা অপাম্বা ফংনবা হোৎনবকই। নীমিতবু লাইনীং ওইবক্তুনা লৈবাক্কী ওইবা থৌবমদগী মায় লৈথোবকই, অফ-ফত্ত ব্রাখল তুংওইনবক্তুনা মশাগী সিংহাসন কিম্থবক্লবগীদমক মশামক্লা শেম-শাবা হৌবকই। নীমি লোক্তা হিজাও অমা শাদুনা কোনুং ওইনবগীদমক লৈবাক্কী শেনফম কয়া কাইথোক্লম্মী। নীয়ম কয়া তুংওইননা প্রজাশিংবু অহকপা দণ্ডি কয়া পীক্লবদগী

প্রজাশিংনা লান হৌবকখি। মবাল লৈজদ্রবী মহাবাণী বোসসেনানা প্রজাশিংগী মখুত্তা থব্রায় থাখিবদগী নিংথৌবেল কলিগুলাগী অশাউবা ফাথবা ঙমখিদে। মাগীদমক হোৎনবীবিবা অঙম অথৌ মকাপ মপাং কয়া এমব্রোসিয়স অমদি তিমোনিয়স য়াওনা হি অদু মৈ থাখি।

মহাক্কীদমক বোম সম্রাজ্যনা হেন্না হেন্না ব্রাথোক ওইবক্লবদা নীমিনা নিংথৌগী য়াথংবু ফিগাও শানা য়াজখি। মতম কুইনা নীংজবক্লবা আশানা থুংগদবা উবকপদা মৈ থাদোকখিবা হি অদুদগী হেন্না চাউবা হিজাউ শাবগা থা অহুম শুবকপদা নীমিবু মহাবাণী হাপকনি হায়না লৈবাক মীয়ামদা লাউথোকখি। খৃজিন্দা চঙবা তুমগুম্না মতম চূপ্পা লৈবগনি খল্লুবদগী সিলবা পোদেষ্টা, গোর্ভনব লূসিও মনাওনুপা মাজিষ্ট্রেট শীন্না মখোয় অহুম্ব হাৎলুনবা খৃজিন থৌবাং তৌখি। গ্রীক্কী 'হুপীবস' লৈবাক্তা হিলাবিয়সকী লুহোংবা য়াওবা চৎখিবা মবম্না মীহাৎপশিং অদুনা মখোয়বু থেংনখিদে মদুগী মহুত্তা লূসিওগী অপীকপা মচা অদুবু দলান্দগী লংথদুনা হাৎখি। মমা বোজবেল্লানা অঙাওবী ওইদুনা লৈহৌখি। সোমদা হয়েংদা ঙাইববা মতম ফাওবদা নীমিগী থম্মোয়বু নিংথৌবেলনা জয় তৌবা ঙমখিদে। সিলবাবু কাউথোকপা ঙমদবা নীমিগী মতৌ অদুদা খোয়শাউনবক্লবা নিংথৌনা হি অদু অমুকসু মৈ থাদুনা মাঙহনখি। খুদক্তা নীমিবু বোমদা পুবক্তুনা গ্লেডিযেতোবশিংগী হাৎনবগী কুম্মৈ যেংলিঙৈদা লূসিওনা মপা অমদি মচা হাৎখিবগী লমন খুম্বা ওইনা নিংথৌবু তানা থিন্দুনা হাৎখি। অদুগা হান্না শেম শাদুনা থন্নবা জহাজদা নীমিবু সিলবা পোদেষ্টাগী মনাক স্কাইবোজদা থাখি।

অইবনা নোভেল অসিদা শীজিন্নবিবা ইবগী ষ্টাইল ফোঙদোক্লবা হোৎনবিবা কলা (টেক্নিক) অসি য়েংলুবগা মোইবাং কংলৈবোলগী ব্রাবীশিং নীংশিংলুদবা ঙমদে। তাঙ্কক তবাহুমদোই থোক্লা খাযদোক্লিবা প্লোটকী শক্তম অসিদা মতাং মতাং কয়াদা খম্বা থোইবীগী ব্রাবী পবিং শাগৎলকপদা মান্নবা মওং কযা ফংলি। কলিগুলানা নীমিবু অহানবা থেংনবদা নুংশিবগী লৈবাং শাৎকায়বকপা উৎপদা খম্বনা ষণ শেনবা চৎপদা ল্যাংলেন থাদোই উনখিবা নীংশিংঙি। ৫শুবা তাঙ্কক সিলবানা প্লেসেন্তিয়াদগী গেঞ্জানো তম্না থবক মফমদগী চেল্লকপা, খম্বনা থোইবী উনীংবমক্তনা কবো তান্না চৎপা নুংশিবনা পীবা ঈথিল য়াম্না মান্না থোক্লুই। মতৌ অসুম্না সিলবা অমদি নীমি অনীবু মপা মপা পীনবম্না, মচে ইবেম্মা বোসসেনাবু মচাইবুংঙো কলিগুলাদা মহাবাণী এগীপ্পীনাদা থাজগনি হায়না লেপখিবা, খম্নবু

# সুধীর নাউরোইবমগী পুন্সি অমদি রারীমচাশিং

সুধীব নাউবোইবম মচিন-মনাও অহুমগী মনুংদা যাইমনি, মথক্তা মচে অমা অমদি মখাদা মনাও অমা। অপোকপগী পোক্লফম কৈশামথোং এলাংবম লৈকাইদা ওইববসু অপোকপী মমাগী ময়ুমদা ওইনামদা অইবগী হৌবকফম ওইখি। ইং ১৯৬৯ গী ফেব্রুৱাবী ১ দা ওইনামদা পোকখিবা সুধীবগী অপোকপা অপোকপীগী মীং নাউবোইবম রুহীনিকুমাব অমসুং নাউবোইবম ওংবী ইবেমপিশক কৌই। মহে মশিংগী থাক্তা এম এ মণিপুবী, ইম্ফাল আর্ট কলেজদগী চহী অহুমগী সার্টিফিকেট কোর্স অমসুং নেসনেল থিয়েটব ষ্টদিজ্জ মণিপুবদগী ড্রামাটিষ্ট কোর্স লোইশিল্লে। অঙাং ওইবিভৈদগী হৌনা সাহিত্য অমসুং কলাবু পামজনা হৌবকই।

অইব-া রাবীমচা ইবা হৌবকখিবসি হায়স্কুল তম্বা লোইবমদাইদগী হৌই। মসিগী মমাঙদগী ঈশৈ অমদি শৈবেংনচিংবা ইবা হৌই। অনৌবা মতম ঈশৈগী ময়েক ইদুনা কেসেতনচিংবা খবসু ফোঙখ্রে, ফিলমনচিংবদসু থৱায় য়াওই। মণিপুবী সাহিত্যদা খ্বাইদগী মশীং লীক্লা লৈবিবা নোভেল অমদি ড্রামাদসু খুৎ থানিংবগী অপাম্বা লৈরি। পুন্সিগা মীওইবগী চৎনবীগা নপশিন্নদুনা লৈবা মবমনা অইবদসু মসিগী চৈথেং ফংঙি। মচিন-মনাও নুপীঙাক্তা ওইখিবা মমাগী ফিভমনা মপাগী নাক্তগী তামথোকনীংঙাই মবম ওইখি। মপুবোইবা লৈনা লৈনা লুপ্তাবী অমগী ফিভমদা মমা ইবেমপিশক্লা অৱা-অনা কয়া মায়োক্রুদুনা মী অমা ওইনবা শেম্বীবকই। কলেজগী পুন্সিদা মপাগী মনাক্তা লৈদুনা মহে-মশিং তন্নবসু মপানা নাউকোনবীবা ফংদ্রবা সুধীবগী পুন্সিদা অৱাৎপা, তোম্বা রাখল অমা ইবৈ-লৈবগুম খঙখি। মনাগী অৱাবা পুন্সিগী শক্তম অসিমক মহাক্কী রাবী মচাশিংগী নুপীগী কেবেক্তবদা মমি তাবি হায়বদা হায়মনবা থোক্রোই।

অদুবু পুন্সিদি পুন্সিনি অচেনবা ঈশিংগী খোঙচৎকুম তোবৈ কয়া লান্দুনা চেনথবা তাবনি। ইং ১৯৯৪ দা অপোকপা মপা কায়নবগী মৈচাক কাউবা

ঙমদ্রিবৈদা ইং ১৯৯৯ গী 'নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিটি' ইম্ফালনা চহী ৩৫ ফাওবগী অইবশিংদা পীবা 'খোকচোম যোগেন্দ্র নীংশিং সনাগী মেডল' মহাক্কী রাবীমচাগী লাইবিক লৈই খব পুন্সি খব দা পীবকখি। (সাহিত্য একাদমী এৱার্দসু লাইবিকসিদা পীবকখি।) চহীসিমক্কী নভেম্বর থাদা যম্বানবগী পুন্সিদা খোঙদাবকখি। মতাংসিদা হায়জনীংলিবদি মহাক্কী রাবীমচাশিংনা তত্তনা হাযবগুম অপনবা অখিংবা পূক্রীংগী ওইবা অশোনবা কয়া জয তৌবম্লগা অইবনা তৌফম খোক্লবা থৌদাং অমা পাঙথোকপা অসিদনি নুংঙাইজবিবা।

থবক্কী মীনি সুধীব অদুনা লেপ্পা লৈতনা ইবগী থবক কয়া অমা চৎথববসু পোক্লফম পাউচেগী এদিটোবিয়েল স্তাফ অমা ওইনা লৈবাক্কী সেবা তৌবি। নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, নম্বোল মশা, অমদি মণিপুবী লিটবেবি সোসাইটি ইম্ফালগী মেম্বব ওইবি। হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইবিকশিংদি (১) **যোকচবী বাঙ্গলাদেশ** (রাবীমচা ১৯৯০), (২) **মৈ চঙলবা চেক** (রাবীমচা, ১৯৯২), (৩) **লৈই খবা পুন্সি খবা** (রাবীমচা, ১৯৯৮) অসিনি। লাইবিক ওইনা ফোঙদ্রিবা শুনুগী মহাও কৌবা ড্রামা অমসু মণিপুব ড্রামাটিক যুনিযন্না মায পাক্লা শান্নখ্রে।

মণিপুবী সাহিত্যদা সুধীব নাউবোইবমবু খঙনবিবসি রাবীমচা ইবা অমা ওইননি। রাবীমচাগী লাইবক অহুম্মক অসিদা অইবনা খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সি, লৈত-লায়ব লৌমী-শিন্নীশিংগী পুন্সিশিংবু য়াম্না নুং হৎঞিন্না মীনুংশিগা লোয়নননা উৎলি। মহাক্লা সহবগী চনৈনববা ফিভমশিংবু শৈথাব্বগী মহুত্তা মীওইবগী থম্মোয়গী মশক অমা হাইদোক্তুনা উৎনবা হোৎনৈ। মসিননি অইবনা অপাবশিংদা কাউঙমদ্রবা সুব অমা পীবিবা। অইবগী মীৎয়েংনা সমাজগী ফিভমশিং উৎপগী মহুত্তা মীওইবগী লমচৎশিং অদুগী থেংনবিবা থৌদোকশিং অদুনা মীওইবগী নুংগী লমচৎ উৎননবা হোৎনৈ। রাবীগী থীমগী মশক্তা য়েংলগা লাইবিক অহুম্মক অইবনা উৎনবা হোৎনবিবা মীৎয়েংশিং অসুম্না থম্বা য়াই—(১) নুপীশিংগী থম্মোযগী ওইবা লমচৎ (২) লায়ববনা লাকহৎপীববা খুঙ্গংগী চন্নবা পুন্সিশিং, (৩) মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা লমচৎকী মশক (৪) সমাজগী অওনবনা ওইহল্লক্লিবা পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা সমস্যাশিং অসিনচিংবনি।

(১) নুপী ওইবীশিংগী নুং-পানগী শক্রোন শৈথাবদা অইবগী কলম থোইদোক্না মচীন থোঁই। হিংননবগী লানফমদা অকনবা লাম্মী অমগুম লাম্বেংনবিবী নুপী ওইবীশিংগী থোংন-উইববা থম্মোয়গী মশক হাংদোক্নুনা উৎলকই। কাঙলুপ অমনা নুপী ওইবীশিংগী ইজ্জৎপু যাম্না চেকশিন্না ঙাক্নুনা থন্নিবীশিংনি। মখোয়না নুংঙাইনা হিংবগা লোয়ননা অকে-অমৌ মবক্তা নীংতম্না শান্নবগী তাঞ্জা কয়া লাকখি। অদুবু পুম্নমক হয়াংমন্তনা থেংনদুনা নুপীগী লমচৎতি মসিনি হায়না তাকখিবী, কয়ানি। **উপু দুকান** (যোকচবী বাঙ্গলাদেশ), **য়াওশঙ, অহানবা কারবাব, মৈ চঙলবা চেক,** ( মৈ চঙলবা চেক) **ভীষ্মেক, ফজবী ইভেমা** ( লৈই খবা পুন্সি খবা) হায়বিবা ব্রাবীমচাশিং অসিদা নুপী ওইবীশিংগী শেংলবা লমচৎকা লোয়নববা থৌনা উবা ফংঙি। মপুবোইবনা প্রওইবীদ্রবী, উপায় লৈত্রবা মপুবোইবা অমদি মচাশিংবু থাক্লনবা ভাব পুবিবী মণিপুবী নুপীশিংগী থৌনা তোপ-তোপ্পা উবকই। **ভীষ্মেক** তা মখোঙ লেঙবা ঙমদ্রবা যাইমনা অহনবীবু চিংনবকই। অখাকপা লৈত্রবা অহনবীগী থম্মোয়না পূন্না শিমিন্নসি হাযবকই। মসিমক মৈতৈ নুপীশিংগী লূ-তোংদা পক্লবা লমচৎনি—

লৈকায়না ইমাবু চীম্বিবী হায়দুনা হেক হেক চৈ। অদুবু
কনাগুম্বনা ঐগী ইমাবু লমচৎ নাইদবীনি হায়ববদি ঐ
খাঙবা শুকগুম ঙম্লোই। (লা ১৪)

অদুবু পূক্নীং নুংশিনীংঙাই ওইবা মওংদা চহী নৌবিবা নুপীমচাশিংগী হিংবগী লানফমদা মশাগী শাদোংবু য়োন্দুনা ইমুং মনুং থাকপগী ভাব পুবকই। **য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ** তা অইবনা থম্মোয়গা ব্রাখলগা মূক্রবগী মশক উৎলকই। মখেয়দি মপু পান্দ্রিবী মনীং তম্না পুন্সিবু কৎথোক্নবী ঙাক্লি। **য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ** তা অইবনা থম্মোয়গী সিম্বোল ওইনা যমুনাদা পীবম্নবগীদমক পুবিবা ফি পীবমদনা লাকখি। পাচাগী *ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশিং নুংশিংকী ফিভম নীংশিংহল্লি*, বাঙ্গলাদেশতা লৈবিলা মণিপুবী জাতিগী অব্রাবা পাউদম অম্না উৎলি। মখল অনী অসিগী নুপীগী থম্মোযদি ঙাকপীবা অমদি নুংশিবনা লৈবাংগুম শাৎতুনা লৈ, অতোপ্পগী মবালস্ মহাকমক্কী মব্যালগুম খল্লি হায়না তাকপা, নুপী ওইবীগী থাক অনী থোক্না লৈবা পুন্সি, তাঙ্কক উৎপা ব্রাবীমচাশিংদি **মবাল, নারুম ঙানবী ভখৈন্নে** (য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ) **শরসেপসন, চাকখুম ব্রাবী, তাইবং অমা** ( মৈ চঙলবা চেক) অসিনচিংনি। সাইকিক এনালাইসিস তৌদুনা নুংগী ওইবা মূক্রবা উৎনবা হোৎনবিবা

য়াবীশিং অসিদা লাপথোক্লবনি খন্না খন্না হেন্না নকশিনবা নুংশিবগী মফম অমখক য়াম্না চাউনা কন্দুনা লৈবা থেংনখি। মপুবোইবগী মফমদা অচেৎপা থাজবা থম্না থম্না মেধাগী থম্মোয়দা মতম অমদা খঙনবম্না কেশোনা মফম কল্লম্বা (চাকখুম য়াবী) **নাকম ঙানবী তখেল্লে** দা **'ঐ'** হায়না পাউদম্লিবী নুপী; পূম্নমকশিং অসি থম্মোয়গী ওইবা য়াফমনি। নুপীশিং অসিনা পূক্লীংগী শম্বল লাম্থোক্তুনা চৎনবীগী পল থুগায়খিবা নত্তে, য়াম্না নুংশিবা পাউদম অমদা থাক অনীগী খেন্নবা উৎপনি।

(২) পুন্সি খোঙচত্তা চাউনা শীংনগদবদি লায়ববনি। পুন্সি কয়ানা অবেম্বদা চন্নদনা মাঙখ্রিবা অসিমক মবমসিনা ওইফম থোকই। অদুবু মসিদগী নাম্থোকপা ঙমদনা লৈনবিবা খুঙ্গংগী চন্নবা পুন্সি কয়া অইবনা উবকই। **পোইনুগী লৈচিল, নিশা হেন্না পানখৎলকই** (য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ); **নোক্লীংদবা ফাগি, য়াওশঙ, অহানবা কারবাব** (মৈ চঙলবা চেক), **তীম্লেক, অঙকপা মোমোন মীনোক** (লৈই খবা পুন্সি খবা) হায়বিবা য়াবীমচাশিং অসিদা লৈত-লায়বনা লাকহৎপীববা মীওই কয়াগী উপায় লৈত্রবা মতৌ উৎলি। **পোইনুগী লৈচিল** দা চাউবীনা মপুবোইবা অনাববু মবাইবক্তা শিন্নদুনা থনম্লগা লৌ কুমখি অসুম্না ইমোনা মুহিনীগী ইজ্জৎ কনবা ঙমহৌদে (নিশা হেন্না পানখৎলকই), হিংননবগীদমক তোয়াইমনা শজিক ফানব চৎপদা মীগী পাৎতগী ঙা হুবাম্লকই **নোক্লীংদবা ফাগি** দা। **অঙকপা মোমোন মীনোক** তা চেঙগী পৈশা থৌবা চৎলুবগা লৈবম্লিবা ফিভম অদুদা য়ূম শেম্নবা য়া লৌকলাউ হায়বম্লগা থম্মোয়না য়ানীংদনা পীবকপা ঙা পুদুনা লাকই। অসুম্না য়াইমনা উপায় লৈতনা হিংলিবা (তিম্লোক), নৌজবিবী অশংবীনা য়াওশঙগী কুম্মে য়াওখিদবা (য়াওশঙ) **অহানবা কারবাব** দা মোবেদা অহিং লেনবগী লৈতাদ্রবা থম্মোয়গী য়াকৎ পূম্নমক অসি লায়ববনা শেম্বা মীওইবগী লাইবক ঙাক্তনি। মীনুংশিগা লোয়ননা য়েক্লবসু অইবগী উপায় লৈতবা মতৌ উবা ফংঙি।

(৩) মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা লমচৎকী মশক নৈনবদা অইবনা য়াম্ন চেকশিন খোইজিন্না পুন্সিগী মশকশিং উৎনবা হোৎনবি। **মরূপতা** (য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ) মীওইবগী অশোনবা পুকচেলগী মবী য়াম্না শেংনা উৎতুনা নুপীগী কাদদি মবাপসু থাজনীংঙাই ওইদে হায়না চীংনকবা মওং উৎলি। **ঐজামচা, ফজবী ইতৈমা, থাজবা অমসুং থাজদবা, নুংশিতোম্বী অমসুং ঐ** (লৈই খবা পুন্সি খবা) হায়বিবা য়াবীমচাশিং অসিদসু মীওইবগী নুংগী ওইবা লমচৎশিংবু থম্মোয়গী থূম্লবা কাচিন মৌনা চঙশিন্দুনা খিনবা হোৎনরি। অঙাং ওইবিঙেদগী লোয়নবক্লবা

লশ্মোনীবু ঐঙ্গামচানা নোংমা মথোৎ কাবগী ফিজোন্ন লৈতেংদুনা লেপ্লবদা জাৎ ত্তিন্নদে হায়বা নীংশিংখিদে। কলা হায়বদুগী মহৎ শিন্দুনা **ফজবী ইতৈমা** দা কলাগী ফজবগী পম্খ্রে লেপলকই *'থা থবাম্নিচাক্কী ফজবদি অনকপদা নত্তে অবাপ্পদনি'* ফজবা ৱাবীমচা অমা ওইনা লেপত্তুনা মচিং মশোন নাইবা মীওইবগী পূক্লীংগী মতৌ উৎলি। সাইকোলোজিকেল ওইবা মীৎয়েং অমদা নুপী-নুপা হায়না খায়দোক্তুনা নুংশিতোম্বীগা অইবগগী মবক্তা খেন্নবিবা মবম থিরকই। থম্মোয় অমত্তা ওইবা মীওইবগী শকফমবু মপানগী চৎনবীনা খেন্নহনবা য়ানিংলক্তে।

(৪) **মীওইবগী নুংগী লমচৎ** নৈনবদা নত্তনা মতমসিগী সমাজগী ফিভম্না ওইহল্লক্লিবা পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা শক্রোনশিং কয়াসু তোঙান তোঙানবা খৃৎফোঙদোক শীজিন্নদুনা উৎনবা হোৎনরি। মপাঙ্খোংদা ইচম চম্না উৱবসু খঙ্খকদবা য়াদবা ফিভম কয়া অমা তপ্পা তপ্পা সমাজ অসিদা চৈফু অমগুম্না ফুবক্লি হায়বা ঐখোয়না খঙ্খকদে। ইবমদমবু শক তাক্লিবা জগোয়না মীৎয়েং লান্না য়েংনবক্তুনা মগুণ হঙ্খহল্লকপা অমদি মহৈ মশিং তম্বগী মওংদা য়াম্না হঙ্খবা থাক্তা লাকপা জগোয় জগোয় অমদি মিথাই অমদা (য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ) উৎলক্লি। খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সিদা য়ৈশিল্লক্লিবা চৈথেং কয়া **লৌবুক্কী ঈশৈ, মচু মচুগী কুবাক, ঐ অমদি ঐগী অকোয়বশিং, মৈ চঙলবা চেক**-নচিংবা (মৈ চঙলবা চেক) ৱাবীমচাশিংদা উৎলি। লাইবিক লাইশু হৈজদবা ইচম চমজবা বলাইদা ইম্ফালদগী লাকপা ইবেথোইনা লাং থাক্লবা (লৌবুক্কী ঈশৈ) ইচম চম্না হিংজবী তোম্বীদসু ইম্ফালদগী লৌপুগী মচানা নুংশি কায়হৌবম্লগা লুহোংখিবা, চেক্কোন মপু মণিকুমাবনা ইবোবীগী নুপী থম্বালশংবু খুদুম চন্নবা হোৎনবা থৌশিল পূম্নমকশিং অসি সহবগী লমচৎ কোমথবক্লবা থৌওং অমখক্তা খুঙ্গংদা পীবা চৈথেংনি, অওনবনি। সহব খুঙ্গং খেন্নবা থমদনা ওল্লক্লিবা সমাজগী মশক অমখক্তি নহাবোলশিংগী থবক ফংদবগী ফিভম উবকপা অসিনি। **ঐখোয়গী নহাবোল, মফি য়াওদবা লাই** (মৈ চঙলবা চেক); **সভাযাত্রা অমগী পম্বুং, চা গ্রাস অনী** (লৈই খবা পুন্সি খবা) ৱাবীমচাশিং অসিদা নহাবোলশিংগী লৈতাদ্রবা ফিভম য়াম্না মপূং ফানা কমেদিগী ফজববা খৃৎফোঙদোক্তা উৎনবা হোৎনবি। অপাম্বা থবগীদমক বন্দবু খৃৎলায় ওইনা শীজিন্নবিবা *ঐখোয়গী নহারোল থবক ফংদবনা ককঙাওনববা থাসনা অমদি মচিন মৌপ্পা (মফি য়াওদবা লাই),* অবানবা মওংদা ওজা হাপখিবগীদমক সবকাবগী মায়োক্তা য়ানিংদবগী সভাযাত্রা চৎখিবা ঐখোয়গী নহাবোলশিংগী পম্বুং খুমন

লম্পক্তা ওইখি (সভাযাত্রা অমগী পন্থুং) থবক থীবিবা নহা অনীনা নোংমা থাজন্দনা। থেংনদুনা চাঙাং থকমিন্নখি, অনীমক পৈশা পীনিংঙাই অমত্তা য়াওবমদে, কমেদিগী মচৎ অমা ওইনা অশোয়বসিদা য়াওবিবা পুন্সিগী ওয়্বোক্লা শাথিব্রবা মশক অমা ফাগিগী মতেংনা পীননবা হোৎনবকপনি। শূবি চৎলিবা সবকাবগী থবক থীবিবা অমদি লায়ববগী অৱাবা মায়োক্লবিবা পূম্নমক পৈশাগী মপু ওইনীংবদগীনি। অদুনা ৱাদনা করম্না শেল ফংগদগে হায়বসি হৌজিক্কী সমাজ অসিগী চৎনবীনি। **ননাই মৈনোগী মঙ অমদি লুপা লাক্ষ অমগী মীহুল** (লৈই খবা পুন্সি খবা) অসিনি। ধর্ম্মগী থৌবম কয়া তৌনবক্তুবা লৈবাকসিদা চয়াম পোকপা ব্রাহ্মণ অমগী অৱাবা পাউদম ড্রিম ভিজন্দা উহন্দুনা ঈশ্বরদা ৱাকৎলি। লৈবাকসিগী ওইবা সমস্যা কয়া পাউদমজে **ননাই মৈনোগী মঙদা। লুপা লাক্ষ অমগী মীহুলদা** লোটৰী টিকেৎ কক্তুনা লাক্ষ পতিগী মঙ মঙলুবা মুচি রাধেলাল মঙফাওনবকপদা অফাওবা অশেংবা টিকেৎ তুবেন্দা মাঙখি, কুলি ওইদুনা হিংনবা হোৎনখি। লাইবক্লা নাথৈবীবন্নবা আশা চাওবা মীওই কযা সমাজসিগী চৎনবীনা মঙ মঙহন্দুনা লৈহল্লি। ফাগিগী মওংদা সমাজসিগী মশক তাকপদা নত্তনা মতমসিগী চপ চাবা ফিভমবু য়াম্না মেঙনা থম্মোয় শোক্লা পাউদম্নকপা ৱাৱীমচা খবদি— **জোসেফকী মচা, কিবা, নোকপা অমসুং নোক্তবা** অমদি নোংমৈনচিংবনি। মথন্তা পোকচবা মপুন্সিদা য়েক্লবা লৈত্রিবা মচানুপাবু মোর্গতা থিবা চৎপা জোসেফনা শুকয়া য়ানীংখিদে। ওয়্বোক্লা কম্থি থোক্লা চাক্লিবা মৈবু য়াম্না ঈংনা তপ্রা মোং হাদনা তম্না ঙম্মী। মশাবু নাগানি কুকিনি হায়না শকতাকপা পামখিদে জোসেফ, মীওইবা অমনি হায়বদগী হেন্না খম্থকবা ঙমদে। অসিতসু নত্তনা চমজনা হিংলম্না নহা অমা ফিভমনা লালহৌবা ওইহনখি। পীক্লিঙৈদগী তিন্নবকপা ওইববসু অইবনা নক্লনীংখিদে। অদুনা মহাক্লা শিখিবদা

মাগীদমক ঙাওচৎনববী ইমাদু হৌজিক্তি ৱাই শংজবগনি
ঐ ৱাম মহাক্লা শিখিবসি ঐগী খূৎ য়াওবগুম (কিবা)

হৌজিক্কী মণিপুবগী লৈতাদ্রবা ফিভম য়াম্না ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। সবকাব অমদি লানহৌবা অনীনা মৃক্লবকপদা শোক্লিবদি মীচম প্রজাতনি অদুনা মৱাল লৈজদ্রবা প্রজা কয়া অনীমক্কী চাকথাক ওইবকই। **নোকপা অমসুং নোক্তবদা** লৌমী চাউবা মীতৈ বুদ্ধি ৱাৎলবা মী ওইদুনা উগী নোংমৈ পায়দুনা কোইচৎ চৎলকই সিফাইগী চৈফুদা। **নোংমৈ** হায়বিবা ৱাৱীমচাসিদসু কিবা ফনবগী নোংমৈ থন্নবা নুপা

অদুনা শীর্ষিত্ত্বাফম থিবকপদা অহল ওইববী নুপী অমা কাপ্তুনা হাৎলি। সিম্বোল ওইনা উৎলিপ নোংমৈনা সাইকোলোজিকেল ব্রাবী ওইনা মওগী মতেংনা হৌজিক্কী ফিভম অসিবু তারুকপনি।

## ব্রাবোইশিন :

মপূং ওইনা মহাক্কী ব্রাবীমচাগী লাইবিক অহুম অসি য়েংবদা ফিদমগী পুন্সি অমখক পুদুনা চৎপা উই। নহাওইবিবা অইবসি য়াম্না থৌনা লৈনা হিংবা পাম্মী। পুন্সিদগী কৈদৌঙৈদসু নাথেদুনা চেনগে খন্দে। অদুনা লৈত-লায়বগী চৈথেং কয়া ফংলবা কবেক্তব কযাদা আশা অমা নৎত্রগা অমা পুদুনা পুন্সিবু লাম্ছেংননবা হোৎনৈ। তীম্ব্রেক কী ইবেনি, **অঙকপা মোমোন মীনোক-কী কুন্দালৈগী ইমুং, উপু দুকান**-গী চন্দ্রা, **পোইনুগী লৈচিল** গী চাউবী, মৈ **চঙলবা চেক** কী থম্বালশং অসিনচিংবনি। নুপাগী য়ুম্নাক শাগেদা শেম্বা মণিপুরী সমাজ অসিদা নুপীদি লৈনি, অদুবু মীৎয়েং অসি সুধীবনা হোংদোক্লুনা নুপীগী ওইবা মফম অমখক সমাজদা কয়্যানবা হোৎনবকই। মখোয়দা মীনুংশিগা লোয়ননা য়েংননবা হোৎনবকই। অদুনা **য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ**-তগী (উপু দুকান-গী), চন্দ্রাগী তোঙান তোঙানবা শক্রোন কয়া হোংদুনা য়েরুকই। ইবেনি (তীম্ব্রেক), থম্বালশং ( মৈ চঙলবা চেক), ইতৈমা (ফজবী ইতৈমা), কুশুম (অহানবা কাববাব), নুপী (অমোৎপা অমখক), থাম্না (মফি য়াওদবা লাই), যমুনা (য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ) হায়বিবা নুপীশিং অসি অব্রা-নুংঙাই থীদনা অতোপ্পগীদমক মশাবু কেমহনজববী ঙাক্তনি। নুপাগী মপাল তাংদনা হিংবা ঙম্মী হাযবা উৎলিবনি। হেন্না ফজবিবা পাত্রশিংদি— চন্দ্রা, ইবেনি অমদি থম্বালশংনা মৈতৈ নুপীগী চপ চাবা ফিবেপ য়ৌনা উৎপা অসিনি। অইবনা হায়—

*'ঐগীদি কবেক্তবনি। মখোযনা থেংনবকপা থৌদোকশিংনা ব্রাবীগী মতোল যৌবকপনি।'* অদুনা লমচৎ শেম্বদা অইবা য়াম্না চেকশিল্লি। ফিভম্না নমদুনা লমচৎ কোম্বী ওইহনব্রবী চনুশিং অসি নত্তনা য়ুম্বাল্লবী নুপীশিংগী কবেক্তবদা হেন্না মীৎয়েং চঙজি। অসুম্না নুপীগী তোঙানবা মশক পুথোকপদা নত্তনা অতৈ কবেক্তব কয়াদসু চেকশিনবগী ফজবা লৈরি। অসিনা মাগী ব্রাবীমচাশিংবু হেন্না ময়েক শেংহল্লি। ইবোবী (মৈ চঙলবা চেক), ওফিসার (মফি য়াওদবা লাই), য়াইমা (তীম্ব্রোক), জোসেফ (জোসেফকী মচা), চাউবা মীতৈ নচিংবা অনৌবা করেক্তর ঙাক্তনি। অদুবু

কবি কবিগুম্বদা আদর্শ ওইমনখিবনা অইবগী খুবামনুংদা ফাজ্জিন পুনশিনবা মানবা মতাং য়াওবকই।

অহানবগী রাবীমচাদগী ফাগিগী ওইবা মশক অমা মহাউ লৈনা পীনবা হোৎনবকপা অসি লৈই খরা পুন্সি খর-দদি য়াম্না মায় পাক্রা চঙশিল্লক্রে। রাবীমচাগী ক্রাফ্ট সমেনসিপ্পা হেন্না কৃপশিন্না উৎলকপসু অকোনবগী রাবীমচাদনা হেন্না মায পাকপা ঙম্মী। রাহে খজিক্তংনা অর্থ য়াম্না ফোঙদোকপা রাবীমচাগী মগুণনি। দাইলোগ শীজিন্নদুনা ড্রামাটিক ওইহনবা ঙম্মী। তীস্লেক তা মখোঙ নাববা য়াইমনা লৌপুগী মমাঙদা ফবে হায়বা তাকনীংমন্দুনা

খোঙথাং অমা অনী য়োংনা থাংবগুম থাংলক্লগা তুশিল্লি।
অদুগা খুদক্তা মাবু হৌগৎনবা নংহন্দনা অমুক ফম্মী, কৈসু
তৌদবগুম নোকই।

অপাবগী থম্মোযদা য়াম্না আইবনিকেল ওইবা অমদা ইম্পেঠি পীবনি। চাকখুম রাবীদা লৈশাবিঙৈদা খঙন-চান্নবকপা কেশোনা মপুবোইবগী যুমদা ঙইশাক লৈতনা লাকপদা লৈতাদ্রবা মেধানা মপুবোইবনা খঙলে কবিসু নত্তে হাযবা ইঙ্গিৎ পীবকপদা শীজিন্নবিবা রাহে—

মেধাগী মাযখোংদু খোইবাং-খোইশাউনৈ অদুবু মদু
পৃক্লীংগী মমিদি নত্তে

অপাবশিংদা লংথোক্লবা অইবগী হৈশিংলবা রাহেগী ক্লাইমেক্সনি। অসুম্না অচম্বা লোন্না রাহে খবদনা তাক্লবা হোৎনবা রাবীমচা কযাদা থেংনৈ। নুংশি নুংওন্দা মপুং ওইনা উৎনবা হোৎনবদা ঐজ্ঞামচা দা লঙ্খোনিবু মপুং ফাবা ফিভমদা উবা নুমিৎতা ঐজ্ঞামচাগী ফিভমবু 'জগৎনাথকী নমিৎ মালহনখিবা হাযনা পীবম্বা অসিমক ফিভম অমদি মতমগা চানববা রাহেগী সিম্বোলনি। যাম্না শেবিয়স ওইবা রাবী লীবদা নত্তনা নোক্লীং ইস্কুল যাওবা রাবীসু চপ মান্নবা তোন্দা লীলা ঙম্বসি অইবগী তোপ তোপ্পা মগুণনি। অদুবু অহানবা অমদি অনীশুবগী লাইবিক্তনা হেন্না ফাগিগী মশক হাপ্পা চৎলি। অকোনবগী রাবীমচাশিংনা পীবিবা ফাগিগী মচলদা রাবীনা তাঞ্জবকপা মচল ওইবনা হেন্না লুম্বা ওইশিনখি। রাবীগী ক্লাইমেক্স যাম্না যাংনা পুশিল্লক্তনা থন্নম্বনা অপাবশিংদা হেন্না ইখৌ লাংবা পোকহল্লি। রাবীমচাগী ফজবসু মসিদনি, তেংনা হাইদোক্তবা লোৎনা থন্নম্বা মসি রাবীমচা খুদিংমক্তা উবা ফংঙি। কবিগুম্না রাবীমচা

খবদা অইবনা কিবপ তাবক্তুনা থৈদোক্তুনা চৎখিবা মানবা মাবী খবা থেংনৈ খুদম ওইনা মৈ চঙলবা চেক তা মৈ চঙলবা চেক ওইগদবদু উৎতনা তোকখি।

ফোঙদোকপগী মতাংদা মঙ, ফেন্তাসি, চিঠিগী পাউদম অমদি অনৌবা লীলাশিংনা চাংয়েং ওইনা পাঙথোক্লিবা ফুঙ্গাৱাবীগী মচলশিং তাইবং অমা অমদি থাজবা অমদি থাজদবা দা পুশিল্লক্তুনা উৎলি। তাইবং অমা দা নিংঙোল মৱা অমদি হেলোয়গী মাবী, থাজবা অমসুং থাজদবা দা শঞ্জেনহাগী মাবী পুশিন্দুনা মাবীমচাগী কলা অমা ওইনা উৎলি। সুধীবগী মাবী লীবা হৈবগী মগুণ অসিনা ইচম চম্বা থৌদোক অমথাও অইবগী খুত্তা তাখিবদা নুংঙাইববা মাবী ওল্লি। মহাক্তি মাবীমচা ইবা অমা ওইনা মায় পাক্রবনি হায়না আই ঐস কাঙজমনা—

সুবীব তশেংনা মাবীমচা ইগদবা মীশক্লি। মাবী লীবগী
ইং-শিংবা মগুণ মঙোম্দা যাওই (নহাবোলগী থৌদাং)।

অমুকসু অইবগী সেনসিতিব ওইবা মওংবু—

মাগীদি থৃপ্পুনা লৈবিবা, ওন্থোক্লা সেনসিতিব ওইগ্রবা
থম্মোয়গী লাইযুম হাংদোক্লবা হোৎনবনি।
(নোংমাই পণ্ডিত/পোক্লফম ২৩/৪/৯৯)

সুধীব আশা মাঙদ্রিবা মীওইবগী লমচৎপু যাম্না তাশিন খোমজিন্দুনা থমজবিবা ওইবা অমনি। লৈত-লাযববু মীনুংশিনা যোমদুনা পুখৎলক্লিবা অইবা অসিগী খোঙ্গেল ঐখোয় তাদবা ঙল্লোই। মেঙজববসু মাগী মাহৈ থৌই। অসিগুম্বা অইবা অসিদগী তুংগী আশা কয়া থমজবি।

--( )--

# ৱাহৈগী য়াওফম

## অ, আ

অঙাংহল হিজম, ৫,৭৪
অঙকপা মোমোন মীনোক, ১২৫, ১২৮
অমমবা অমসুং মণ্ডাল, ১০২
অন্ধা যুগ, ১১,১৪
অকনর্ধাং বোয, ২০
অশংবা নোংজাবী, ১১, ২০, ২১, ২২
অশ্বমেধ যজ্ঞ, ৩
অহানবা কাববাব, ১২৪, ১২৫
অহুর্টি, ১৯
অর্থব মিল্লব, ৪৯
অফ্রিকাগী ৱাখলদগী, ১২
অতীতেব স্মৃতি, ৭১, ৭২, ৭৩
অথীবা, ১০২
অবেপ্পা মকপ, ৬, ৭
অথৌবা নিপা, ৭১
অবোক্কী মণ্ডলান, ২৫, ২৬
অমোৎপা অমসুং অঙৌবা লৈ, ১০২
অমোৎপা অমখক, ১২৮
আব ডি এস , ৪
আবনযাবোধনা, ১৯

## ই

ইতা লাইথি লুরাক, ২০, ২৯
ইবসেন, ৩৭
ইবুংঙোহল লাইবেনময়ুম, ৩, ১৯
ইমাগী মশক্কো, ২৪
ইম্ফাল থিযেটব, ৩, ৫, ৬
ইয়া ইবুংঙো লৈহাউ টিনবা, ২৪
ইবেল অমসুং ৱাহং, ১০৫
ইবেম্মা, ৪
ইঙেল্লৈ, ৮১
ইকোপ পুংগী কাওবেন, ১৩

## ঈ

ঈপাক, ১০৩
ঈশিংদি শক্কোন পুবনি, ৫৯

## উ

উপনিষদ, ৯৬
উহনবিযু অবোইবদা নঙগী নুংশিবা শকফমদো, ৭৮
উপু দুকান, ১২৪, ১২৮

## এ

এন্নি, ২০
এবিয়ান থিযেটব, ৯
এ দোল'স হাউস, ৩৭

ঐ

ঐ, ঐ নত্তে, ৩৮
ঐ অমদি ঐগী অকোয়বশিং, ১২৬
ঐজ্ঞামচা, ১২৫, ১২৯
ঐ নঙবু নুংশিদবদি নত্তে, ৩০
ঐ নহোংই চংঙবোইয়ে, ২৫
ঐগী মায়ওন, ১০৫
ঐগী ফিমল, ১০৪
ঐখোযগী নহাবোল, ১২৭
ঐবু চৎলু হাযনুকো, ২৪
ঐবুসু পীযু শিবগী দণ্ডি, ৫৯, ৬১

ও

ও, ১০৯
ওল্লাংথাগী ম্বাংমদসু, ২০
উসমান থম্বাল, ১০

ক

কপকেবা নোক্কেবা, ২৭
কমল ডাক্তর, ৬৭, ৭৪, ৭৮
কনাগুম্না স্বদেশ ভক্ত অমদা, ৭১
কনাদনো হুক্কদবা, ১০৮, ১১০
কনানা হাযবিগনি, ১০৭, ১১০
কলচবেল ফোবম, ৭
কংসবধ, ২
কৎথোকপা, ১১
কবোক ওইগ্রবী কবোক্রে, ২৫
কাওফাবী, ৩৯, ১১২, ১১৩
কাওবৱা বাস শাস্নবগী অহিংদো, ২১, ২২, ২৩
কাও কৈ, ১৩
কাঙজম আই এস, ১৩১
কাববাব, ৪৫
কাঞ্চীপুবগী লেমহৌবা মখাক, ৭১, ৭২
কিবা, ১২৭
কুমথবক্কনু নঙ ১০৩
কুমশি কুমনা লোইশিন্নকপদা, ১০৫
১৯৮০ কুম্বাবা, ১০৭, ১০৮, ১০৯
কেতুকী, ১০৭, ১০৮, ১১১
কৈদৌঙৈ, ১০৮, ১১৪
কোসমোপোলিতান দ্রামাটিক ইয়ুনিযন, ৩, ৯
ক্যামফুম, ১০২

খ

খঙদনা অদুম লোইখিসনু, ১১
খম্বা থোইবী, ৬
খাগেম্বা, ৮৫, ৮৭, ৮৯, ৯৩
খুত্তেকপদুগী শৈবেং, ১০৭, ১০৮
খেঙ্গোংলাং, ১৬
খেলচন্দ্র এল, ৮৮
খোইমু অমসুং লৈ, ৬৮
খোংগমমেলৈ, ৬৮, ৬৯
খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে, ৮০

গ

গনতন্ত্র, ১০৯
গবিবনীরাজ, ৮৮, ৮৯
গাসকেল বোনালদ, ৫২
গোলজরোর্দি, ৫০, ৬১

ঙ

ঙবোংখাউ, ৩৮
ঙাইহাক লম্বীদা, ১১
ঙাইখো হিংমিন্নখিসি, ২৩

চ

চন্দ্রকৃর্তি, ১, ৯২

চন্দ্রনদী, ৭২
চবাইবোংবা, ৯২
চৎপবুদি চৎলনি শোযদনা, ১০৩
চৎলক্লিবসে শাংলক্রে, ১০৫
চাউবা খাইবাকপম, ৭৪, ৮৩, ৮৫, ৮৬
চা গ্লাস অনী, ১২৬
চাকখুম ৱাবী, ১২৪
চানক্য, ৯৭
যনবোল, ৯২
চিত্রা, ২০, ৩০
চিত্রঙ্গাদা নাট্য মন্দিৱ, ৩, ৪
চিত্রকাৱ, ১১১, ১১২
চিঠি, ১২
চীংনুংগী শৈবোল, ১২
চীংয়া লৈহাউ, ৭১ ৭৩
চীংগী লৈবাং অমদা, ৮১
চীংলোন অমসুং মখোয় তক্ক, ১০৫
চূড়াচান্দ, ৮৬
চৈথাবোল কুম্বাবা, ৮৬, ৮৮

ছ

ছাত্রমচা, ৭৫

জ

জর্জ সাহেবকী ইমুং, ১১, ৪৫, ১১২
জয়মতি কোংগ্রাইলাৎপম, ২০, ৩০, ৩১
জগোয জগোয়, ১২৬
জাং ওনবা, ৩০
জোনস্টোন জেমস, ৮৬
জোসেফকী মচা, ১২৭, ১২৮

ট

টি এস এলিয়ট, ৫০
টেবেল বেদ্রিগান, ৫০

ড

ডুম্রা বাজা, ১

ত

তপ্তা, ৪১
তাইবং অমা, ১১৪, ১৩০
তাঙ্গোই, ১২
তাজমহল, ১৩, ৩৮
তাদা দোলাই পাবা, ২৪
তীম্লোক, ১২৪, ১২৫, ১২৮, ১২৯
তীর্থ যাত্রা, ৪৫
তেংবাং শো, ২৪
তোনু লাইজিংলেম্বী, ৮০
তোমচৌ অথোকপম, ২৬, ৫১, ১১১
তোম্বা হাওবম, ১১১
তোম্বী এন ১০৪
তোংব্রা জি সি, ৭, ২৬, ৩৪, ৩৯, ৪০, ৪২, ৫১, ১১১, ১১৩

থ

থম্বাল উবদা, ৮২
থম্মোই তেংথা, ১০৭, ১০৮, ১১১
থৱাম্বাবা, ৮১
থৱায়গী ঈচেল, ১০৩
থৱায় অমসুং মতম, ১০৩
থাগোই দেবী, ৩০
থাজবগী ৱাংমদা, ৩০
থাজবা অমসুং থাজদবা, ১২৫, ১৩০
থাইনগী মৈতৈ সাহিত্য ৬৯, ৭১
থায়নগী লৈবাং, ৭৫
থাঙ্গাল অমসুং হুমনিগী অঙাংনা ৱায়েনবা, ১০৮, ১১৫, ১১৬
থিয়েটৱ সেন্টৱ মণিপুৱ, ৭

থিয়েটব এসোসিয়েসন ফোব কুমেন আর্টিস মণিপুব, ১২
থিয়েটব মিবব, ৯
থেসীস অমগী অবোইবা পন্দুপ, ৫৯, ৬৩
থোংলবী লৈ অমসুং মৈবুল, ১০৩

দ

দ থিওবি ওফ ড্রামা, ৬৫
দশা, ১১
দিল বিপর্টোবি, ৯

ধ

ধীবেন কোইজম, ১০৭, ১১১, ১১২

ন

ননাই মৈনোগী মগু, ১২৭
নব নাট্য মন্দিব, ৩, ৬
নাকম গুনবী তখেল্লৈ, ১২৫
নিকল, এ, ৬৫
নিজবোই ইমা অতোপ্পা অমা, ৭৭
নিজ্জ্রনতা, ৬৯, ৭০
নিলধজ খুমন, ১২
নিরুপমা ফুরুন, ১৯
নিশা হেল্লা পানখংলকই, ১২৫
নিঙোল চাক্কৌবা, ২৪
নীংবায়বে, ৭৯
নীবব বজনী, ৭২
নীমি, ১১৭
নুমিংকী মঙাল অমসুং লৈচিল, ১০২
নুংশি লৌনম্বী, ৩৭
নুংশিতোম্বী অমসুং ঐ, ১২৫
নুপী অধিকাব, ৩৯, ৪০
নেফাকী এক শ্যাম, ১৫
নোকপা অমসুং নোজ্বা, ১২৮
নোক্লীংদবা ফাগি, ১২৫
নোর্থ ইষ্টর্ন থিয়েটব ওর্গেনাইজেসন, ৭
নোংবান পোম্বী লুবাওপা, ১০৮, ১১৩
নোংমাই পণ্ডিত, ১৩০
নোংমৈ, ১২৭

প

পবসেপসন, ১২৪
পাম্বোইবী খোঙুল, ৮৮
পি-থাদোই, ৮৩
পুন্সি, ১২
পুন্সিসে মংলাননিকো, ৩০
পেবেং, ১২
পেবেদাইজ, ৪, ৫, ৬, ৯
পোইবৈতোন খুম্বোকপা, ২০, ৩০
পোইনুগী লৈচিল, ১২৫, ১২৮
পোজ্বী, ৪
প্রোসপেক্টিপ বিপেটোবি থিয়েটব, ১৭
প্রভাস মিলন, ১
প্রহ্লাদ চবিত, ২, ৩
প্রমোদিনি খাইদেম, ২৩, ২৬

ফ

ফৌওইবী লাইবেম্মা, ৮১, ১০৮, ১১৩
ফজবী ইতৈমা, ১২৪, ১২৫, ১২৮

ব

বব ইস্টবভিয়ু, ৯
ববমনি সবাংথেম, ১১১
বসন্ত-বিমোলা, ৬
বানিয়ান বিপর্টোবি থিয়েটব, ৯, ১৩, ১৪

বামাচবণ মুখোপাধ্যায় বান্ধব নাট্যা শালা, ১
বাসু দেব, ১০৬
বিদায় আশীর্ব্বাদ, ৯৫
বিদ্যাসাগব ঈশ্ববচন্দ্র, ৮৮
বিবাট পর্ব্ব, ২
বিল্বমঙ্গল, ৫
বীনাপানী খোকচোম, ২০, ২৭
বীনোদিনী এম কে, ২০, ২১, ২৩, ৩১
বীবেন, ১০২
বোলৰ্টোন মাৰ্জোবি, , ৫০, ৫৯
ব্রমভি ইন্ন, ২৭, ২৮

ভ

ভক্তবাজ, ৬, ১০
ভক্তগী কৃষ্ণ, ২৭
ভাগবত গীতা, ৭৩
ভাগ্যচন্দ্র, ১, ৮১, ৮৬
ভীস্ম, ১৪
ভোট খোম্বা, ১০৮, ১১২, ১১৩

ম

মচু মচুগী কুবাক, ১২৬
মন্তাগবত , ১, ৯৬, ১০৩
প্রতমগী বাংমদা, ১০৩
মপাল নাইদবসিদা ঐ, ১০২
মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদে, ২৫
মমৌ ইবেম্মা, ৫
মমি য়াওত্রবা মী, ১১
মহাভারত, ১, ৭৯, ৮৯
মহালক্ষ্মীগী খুৎপায়শেল, ২৬
মণিপুব ড্রামাটিক ইয়ুনিয়ন, ৩, ৪, ৫, ৬, ৯, ১০ ১৫
মণিপুব ফোঙবা, ৫
মণি মমৌ, ৩৩, ৩৪, ৩৫, ৩৬
মখোয়বুসু কনবীসি, ১২, ১৪
মফি য়াওদবা লাই, ১২৬, ১২৮
মহেশ্বতা ৩১
মবৈবাক য়ৌবদা, ৭৭
মৰূপ, ১২৫
মাংঙুববা মণি, ৯
মাদব ওফ ১০৮৪, ৩১
মাতৃ তর্পণ, ৬৯, ৭০
মাধবী, ৬৭, ১১০
মিতা দেবী, ১৯
মিবাং, ১১
মিংশেল য়েংলুবদা, ২০, ৩০
মিসিজ বাবেঙ্গ প্রোফেসন, ৩৭
মিংচৎ, ৭১
মিঠাই অমা, ১২৬
মীনকেতন, ৯৫
মীহাৎ, ১৩
মুনবিপ্রবা লৈঙাক, ১৪
মেট্রিক পাস, ৬, ২৬, ৩৫, ৩৬, ৪২
মেনস্রা মুংয়াং চাউবা, ৮১
মেবাগী থাবল, ৮২
মেবাব পতন, ১, ১৫
মৈতৈ কবি, ৭৬, ৭৮, ৮৪
মৈতৈ লৈবাক, ৭৬, ৮৪
মৈতৈ চনু, ৭৮
মৈ অমসুং অঙৌবা লৈ, ১০২
মৈ চঙলবা চেক, ১২৩, ১২৪, ১২৫, ১২৬, ১২৮, ১৩০

ব

বামাযণ, ১, ৭৯
বামচবণ, ১১
বামসিং লৈতাম্বেম, ৩০
বামমোহন বাজা, ৮৮
বাজকুমাবী শোল্লবী, ৩৮
বাজেন সবাংথেম, ৫৯
বিচার্দ কেথবিন সুছানা, ২৭
রূপমহল, ৪, ৫, ৬, ১০
বেঙশো, ১৪
বোম্মী, ৬, ১০
বোহিনিকুমাব সৌগাইজাম্বা, ১১৭

ল

লবঙ্গলতা, ৮৫, ৮৭
লমশি মক, ১০৯
ললিত সোবোখাইবম, ৭
লংমাই পীতঙা, ১০৮, ১১৩
লফু মকা বোকপা, ১০৩
লাইবা মচা লাইহোবি, ২৪
লাইযেকপা অমসুং লাইযেকপগী লাই, ১০৩
লাংমৈদোং ড্রামাটিক ইয়ুনিযন, ৭
লাংলোন, ৯৭
লিক্কী লৈমা, ৩৭
লুপা লাক্ক অমগী মীহুন, ১২৭
লূদ মী চঙবা ৬১
লৈই খব পুন্সি খব, ১২৩, ১২৪, ১২৫, ১২৭
লৈঙাকলেম্বী, ১২, ২০, ২৯, ৩১
লৈবাকমচা, ৪১
লৈবাক্লে, ৬৮
লৈমন চল্লবী, ২৭
লৈবাং লৈচল, ২০, ৩০
লৈশাবী চিঠিখেলা, ৩৯, ৪১, ৪২
লোইয়া লমগী মলযা, ২৪
লোইকাবা, ৮০, ৮৩
লোক্তাক মপান্দা, ৮২
লৌবুক্কী ঈশৈ— ১২৬

ৱ

ৱাংমদা, ১০৭
ৱমেন আর্টিষ্ট এসোসিযেসন, ১৩, ১৪

শ

শবৎ পূর্ণিমা, ১০
শগোল সনাবী, ২০
শামু পুখ্রম্বম, ১১১
শিংজমৈ ড্রামাটিক ইয়ুনিযন, ৩
শীতেল ইন্দু, ১০৮
শ্রী তোম্বগী যুম, ১৩
শ্রীনু ১০৮, ১১১
শুনুগী মহাও, ১২৩
শো বানার্ড, ৪৩, ৫০, ১১২

স

সনাগী সিংহাসন, ১৩
সনাগী কৈবাক, ১০২, ১০৪
সভাপৰ্ব, ২, ৩
সভাযাত্রা অমগী পম্বুং, ১২৬
সমবেন্দ্র অবাম্বম, ১১, ৪৫, ৪৭, ৫০ ৫১, ৬২, ১১১
সমাজগী লাংলেন সাহিত্য, ৪১
সমাজগী ৱাংমদা, ১০৮, ১১২
সবগম চানদ্রবা শুব, ১০৮, ১১২, ১১৩
স্বব ফুনবা ১০৫

সতী খোংনাং, ৩, ৪, ৭, ১৯
সঙ্গিত নাটক মন্দিব, ৩
সাবিত্রি সত্যবান, ৫
সীতা বনবাস, ২
সুভাদ্রার্জুনাম, ১৯
সুবন্য, ১০৮, ১১১
সুধীব নাউবোইবম, ১২২, ১২৮
সেক্সপীয়াব, ৬২, ১১২
সোসাইটি থিয়েটব, ৩. ৬, ৭, ১০

হ

হাওবং লৈশং শাফবী, ৬
হিংচাবী চাকথা, ১০৮, ১১৫
হুমনিগী অঙাংনা ব্রায়েনবা, ১১৫, ১১৬
হৈয়েন চবোং অচুম্বা, ২৬
হৌজিক্কী মৈতৈ সাহিত্য, ৬৯

য

যাওশঙ, ১২৪, ১২৫
য়েন্নিং থাগী ঈশৈ, ৪৫, ৫৪
য়োকচবী বাঙ্গলাদেশ, ১২৪, ১২৫, ১২৬, ১২৮

**কোইজম শান্তিবালা** (১৯৬০, খুবাই লম্লোং বাজাব, ইম্ফাল) মণিপুবী সাহিত্যবু সেবা তৌজবিবা মীশক্তি। মণিপুবী সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মবী লৈনৈ। **মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী** (২০০০-২০০২) *জেনেবেল সেক্রেটবী* ওইখি। **কলচরেল ফোরম** মণিপুবগী *জোইন্ট সেক্রেটবী* ওইনা থৌ পুবি। **সাহিত্য অকাদেমী** নিউ দিল্লিগী মণিপুবী লেঙ্গোইজ এদভাইজবী বোর্ডকী মেম্বব (২০০৩-২০০৭) ওইবি। **গুমথৈ গ্রাকপা** কৌবা শৈবেং লাইবিক্কী এডিটবিয়েল বোর্ডকী মেম্বব ওইখি।

**ডা কোইজম শান্তিবালা** হৌজিক হৌজিক **রাম লাল পাল** হায়ব সেকেন্দরিদা মণিপুবীগী *সেনিয়াব লেকচবব* ওইনা থবক তৌবি।